# অরিবা
# মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লোন

পোলেম নবচন্দ্র



রাইটর্স ফোরম
ইম্ফাল

Ariba Manipuri Sahityagi Shaklon
*A collection of critical essays in Manipuri by P. Nabachandra and published by Durgamohon Polem, Sagolband Thangjam Leirak, Imphal for Writers' Forum, Imphal, B.T. Road, Imphal 2006.*
*Price: Rs 95.00*




ISBN 81-89101-10-2



ফোঙবা : দুর্গামোহন পোলেম না
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক

মখুম : হেনেরিতা খুমনথেম

অহানবা ফোঙবা : মে, ২০০৬

কোপী মশিং : ১০০০

মমল : লুপা ৯৫/-

অইপ সেট : পি. আই. প্রিন্টর্স,
সগোলবন্দ থাংজম লৈরক, ইম্ফাল ।

নম্ফম : এস. টি. প্রিন্টর্স গভর্নর রোড, ইম্ফাল ।

# য়াওফম

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালনা খৃষ্টকুম ১৯৮৮ দগী হৌরদুনা মশাগী অইবা মেম্বরশিংগী লাইরিক ফোঙবদা মতেঙ পাংদুনা লাকই। লম্নাই ওইনা অমত্তদা শেনফম অমা পুথোক্তুনা লাইরিক অমা ফোঙদোকপা হায়বসি শেংলোক চাউনা লৈজদবা ঐখোয়গী মণিপুরগী অইবশিংগী ওইনদি অচৌবা অৱাবা অমা ওইরিবনি। মসিগী অৱাবা অসিবু খরগী মখৈ কোকহন্নবগী পান্দম অমসু য়াওনা সংস্থান অসি হৌদোকখিবনি। ঙসিদি চঙশিল্লিবা লম্বী অসিদা খোঙকাপ লত্তনা থাংদুনা, লাইরিক কয়া মথং মথং লেপ্তুনা পুথোকপা ঙমলে অমসুং মখা তানসু পুথোকখিগনি। লাইরিক ফোঙবা অসিদসু নত্তনা থা ৩/৩গী ওইবা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী ঈ-পাউ অমসুং নৈনবদা যূম্ফম ওইবা চেফোঙ 'সাহিত্যগী পাউ' য়াম্না চাং নাইনা ফোরম অসিনা পুথোকলি। মসিদসু নত্তনা মতম মতমগী ওইনা সেমিনার, ৱার্কশোপ, ইন্টরএক্সন সেশন কয়াসু চত্থরি।

মতৌ অসুম্না লেপ্তুনা চঙশিল্লিবা খোঙজং অসিগী ওইনা হন্দক পুথোকচরিবা দা. পোলেম নবচন্দ্রনা ইবা 'অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্লোন' কৌবা লাইরিক অসি রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী ৮৩ (মরিফুস্থমদোই) শুবা পোথোক্লি। লাইরিক অসিবু নুংঙাইজবগা লোয়নননা খ্বাই মীয়ামগী খুত্তা শিন্নজরি।

বি এস রাজকুমার
সেক্রেটরি
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

ইম্ফাল
৬ এপ্রিল, ২০০৬

# অইবদগী

মণিপুরী সাহিত্যগী মরমদা নৈনবা লাইরিক মশীং পঙয়াম য়ামদ্রবসু খরমখৈদি লৈরে । অরিবা সাহিত্যগী মরমদা খরদং ইনবা হোৎনজরিবসি লম অসিদা হান্ননা খূৎ থাবিরম্লবা ওজাশিং অহল লম্মনশিং অদুগী খোঙ্গুল লীজবনি । লাইরিকসিদা য়াওরিবা ব্রারেং খরদি মণিপুরগী মমিং লৈরবা সাহিত্যগী চেফোঙশিং- 'সাহিত্য', 'ঋতু', 'ব্রাখল' অমসুং 'সাহিত্য লৈচন'দা ফোঙখ্রবনি । ফোঙদ্রিবা ব্রারেংশিং খরগা পূনশিল্লগা লাইরিক ওইনা পুথোকচবনি । ফোঙখ্রবা ব্রারেংশিং অসিবু লাইরিকসিদা য়াওবা য়াহনবীবগীদমক মরী লৈনবশিংগী মফমদা থৌবীমল খঙবা উৎচরি । লাইরিকসিবু পুথোকপদা মরুওইবা মতেং পাংখিবা রাইটর্স ফোরম ইম্ফালগী থৌপুবশিং, দা. য়েনশেম্বম কুঞ্জবিহারী, শ্রী আরঃ কেঃ ভৈগ্যা সিংহ, প্রোপ্রাইটর, এস. টি. প্রিন্টর্স অমসুং মরূপ মপাং পুন্নমকপু থাগৎচরি ।

*ইম্ফাল, এপ্রিল ২৩, ২০০৬* *পি. নবচন্দ্র*

# অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবদা

## (১)

থৱায় পাঁনবশিংদি পুন্সীদা অমুক্তমক পোকই; কলাদি পুন্সীদা কয়ারক হন্না পোকই হায়বদু অচুম্বমক্কি মীওইবা খুন্নাইদা কলানা হেক পোক্লকপদগী হৌজিক ফাওবদা কলাগী অনৌ অনৌবা মচল থোরকপগী লোইবা নাইদ্রি । মীওইবনা ৱাখলগী মূর্তি (ইমেজ) শাগৎতুনা খনবা হৌরকঙৈদগী কলা থোরক্লে হায়নৈ । ঙল্লিঙৈগী মতমগী মিত্রং. লাইৱা, লাইশোন্নচিংবা কয়াসি মীওইবগী লোনগী মথৌনি । লাইৱা লাইশোনশিং অদুবু ময়াই কন্নবা লোনশিংদা ঈঙ্গিৎকা লোয়ননা অর্থ কয়া পুরবা খোন্থোক কয়া শীজিন্নৈ । অসুম তৌনা পুন্সীদা থেংনরিবা অৱাবা খুদোংথিবা, য়েক্লবগা লান্থেংনবা, শা তানবা, লায়না অমসুং অকিবদগী নান্থোক্লবা, লাইশোন তিনশোলশিং অসিনা কলাগী মওং লৌনবা হোৎনরকখি । অসিগুম্বা লাইরোল্‌শিং, নাহৈরোল্‌শিং অসিদা শৈথাবগী অমদি পাউদম্বগী শরুকশিং অসি চঙশিল্লক্তুনা মখোয়না মরু ওইবা মফম কনশিল্লকখি লোয়ননা তাইবংপানবু শক্তাক্লবা হোৎনবা অমসুং মীওইবা খুন্নাইগী শক্লোন্দা হেন্না মীৎয়েং চিংশিনলকখি অসুম তৌনা খুনুংলোন (ফোক লোর), লৈশেম্লোননচিংবা কয়া থোরকখি । মতম অদুগী কলাগী শক্লোন পুরিবা পোথোকশিং অসিগীদি অপান্নবা অইবা মীশক লৈতে; পূম্নমক মীয়ামনি । মখোয় অসিদা যূম্ফম ওইদুনা অইবা থাঙ্গৈশেংবা সাহিত্য হায়বদু পোকখি মমৈথংদা ইবনা শিনফম্ ওইবা কাঙবু থোরকখি ।

সাহিত্যগী য়াওলদা অচৌবা অহোংবা পুরকখিবনা চীন্থাং য়ৈনা লাক্লম্বদগী অইবা সাহিত্য ওইরকপা অসিসু অমনি । অশেংবমক, সাহিত্য হায়রগা মরু ওইনা অইবা মীশক য়াওবা অইবা সাহিত্যবু হৌজিক্কী মতমদদি মরু ওইনা লৌনরে । ভারত্তা ৩ শুবা সেন্চুরী বি. সী. দা অহানবা ওইনা অশোক্কী নূংদা হকপা ময়েক ফংলে । খৃষ্ট মতুং মঙাশুবা চহী চাদা ইবগী মতম্ অইবা মীগী মমিং খঙবা ঙমলে । মণিপুরদদি

ক্যাম্বগী মতম ১৫ শুবা চহীচা হৌগৎলকপদা অহানবা নূংদা হকপা ময়েক ফংলে হায়নৈ। তরানিপাল্ শুবা চহীচাদগী অইবগী মমিং অমসুং ইবগী মতম নীংথিজনা তাকপা থেংনরে। আসামদা ৫ শুবা চহীচাদা নূংদা হকপা ময়েক লৈরে, মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী মতমদা (১০৭৪-২১১২) "লোইয়ুম্বা শিনয়েল" গী শাংলবা শিল্পা পথাপ অসি চীন্দা ঙাক্তনা পুবদা ওইথোকপা ব্রানা থোক্কদবা মরমনা অইবগী মতেং লৌরম্বা য়াই হায়না কনাগুম্বনা মত পী। অমা নত্রগা অমা ওইরবসু মৈদিংঙু খাগেম্বগী হাক্তক্ খৃ: ১৬১৬ তদি লাইরিক থোকহন্দুনা তম্বা হৌনরে হায়বসি পুম্নমক্না খঙনরবা ব্রাফমনি।

ইতিহাস হায়বসি তৎপা নাইদ্রবা ঈচেলগী মশক্নি। মরম অদুনা মতম খায়বগী ব্রাফম অসি ইতিহাসতা তঙায়ফদবা হায়বদু ওইদ্রফাওবদা নৈনবদা খুদোংচানবগীদমক্তা ইতিহাসকী মতম খায়নৈ। সাহিত্যদা মতম খায়বগী ব্রাফম অসিসু ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী লাকপনি। কনাগুম্বনা রাজনীতি অমসুং ধর্ম্মগী য়ূম্ফমদা; কনাগুম্বনা মতম মতম অদুগী হেন্দোক থোইদোকপা মীওইশিংগী মিংদা মতম খায়দোকপগী চৎনবী উবা ফংই। ভারতকী মনুংদা লৈরিবা লোনশিং অসি ভৌগোলিক অমসুং ঐতিহাসিক ওইবা মরম্ কয়ামরুম লৈবদগী লম অদুগী মীশিংগী অমসুং লোনশিংগী চাউখৎপগী খোঙহৌ মান্নদে। মসিগা লোয়ননা মতম খায়বগী মতাংদসু খক মান্ননা চত্তে। অদুম ওইনমক মণিপুরী সাহিত্যদা অরিবা, ময়ায় অমসুং অনৌবা মতম হায়না অহুম থোক্না খায়দোকপসিনা খ্বাইদগী পান্নবা চৎনবী ওইরি। মরম্ অদুনা পণ্ডিত অমগা অমগা মতম খায়বগী মওং অমদি তাঙ্কক্ অমদা কোনশিল্লিবা মতম্শিং অসি চপ মান্নগনি হায়বা লৈতে।

মমাংঙৈগী লাইরিক ময়েক চত্রিঙৈগী মৈতৈ খুন্নাইগী মীওইশিংনা মখোয়গী পুন্সীগা শাগোন্নবা ঈরাৎ থৌরম্ লাইশোল্ তিনশোন্ কয়াগা ঈরোইননা সাহিত্যগী কাংখুন্ য়াৎপা হৌরকখি। খুন্নাইশিগী মনুংদা মী অমগা অমগা লৈনবা মরী, মহাক্কী অকোয়বদা উবা ফংলিবা প্রকৃতিগী লেঙলি পাল্লিবা পুন্নমক অসিনা পীরিবা ঈথিল্; পুন্সীদা থেংনরিবা থৌদোক কয়া; ফজবা অমদি অঙকপা অকিবা কয়াগী শাফুনা পূক্লিংগী ফিজংদগী থক্তোরকপা অনৌবা খুৎশেমগী মঙাল মশেক ওইনা অরিবা মণিপুরী কলা হৌরকখি। সমাজদা চন্নফম লৈবা (য়ুতিলিতরিয়ান) কলাগা অরিবা মতমগী কলাগা নক্লনা লৈবা উই। অরিবা মণিপুরী সাহিত্য অসি অতৈ অয়াম্বা নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী লোনশিংদা তৌবগুম্না শৈরেংনা ব্বারেংদগী হান্না

লৈরম্বগী খুদম ফংই। ইংরেজগী সাহিত্যদসু বিব্লফকী মতুং চহী চামা লৈরগা নিংথৌ অলফ্রেদগী হাক্তক মাপনগুবা চহীচাগী অরোইবদা ৱারেং থোরকখি। ভারতকী লোনশিংদসু অদুমঙাই শৈরেংনা ৱারেংদগী হান্না থোরকখি। তশেংবদি ভারতকী অরিবা কাব্যশিং অসি শৈরং অমসুং ৱারেং য়ান্ননা ইবনি। তরামাপনগুবা চহীচা লোইশিল্লকপদা, ঐচ. ওলদেনবর্গনা শৈরেংশিং অসিগী মচোই মচোই ওইবা মতৌ অসিবু তাক্লনবা কন্না হোৎনরম্মি। মহাক্না নেরেতিভ অসিদা চরিত্রশিংনা ঙাঙলিবা শরুক অদুনা শৈরেংগী মওংদা; অশৈবনা লীরিবা শরুক অদুনা ৱারেংগী মওংদা লৈরম্বা য়াই হায়রম্মি। মহাক্কী ৱাফম অসি অয়াম্বা পাণ্ডিতশিংনা য়ানৈ। অদুবু মতুংদা ৱাফম অসিগী মায়োক্তা অতোপ্পা মীৎয়েং কয়া পুথোরকখি। মখোয়না চরিত্রশিংনা ঙাঙনরিবা শরুক অদুদগী নাটক ওইরকপনি হায়বা ৱাফম পুখৎলকখি মসিমক্না ওলদেনবর্গকী ৱাফমসিদা মপুংফানা য়ান্নদবদি তৌখিদে।

অইবা সাহিত্য লৈদুনসু চীন্না লীবা অমসুং শকপদি অদুম্মক লীশাং শিংনা চত্থখি। মরম অদুনা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যদা চীঙ্খাংদা লৈবা সাহিত্যগী মচাক মরাং কায়না উবা ফংই। ইবগী মওং ফাওবদা অমনা শক্লগা অমনা তাল থারগা মখুৎ ফজবা মীশক্না ইশিনবগী মওংদা ইনরম্মি, মরম অদুনা শৈরেংগী মশক লৌরম্বা য়াই। তরামাপনগুবা শতাব্দীগী মমাংদদি ভারতকী সাহিত্যদা ৱারেং লৈরমদে অদুবু ধর্ম্মগী ফুরুপ খরনা মরক মরক্তা শীজিন্নবা অমসুং আসামীদা বুরঞ্জিনচিংবা ৱারেংগী মওংদা ইবা থেংনৈ। মসিগুম্বা খুৎই অসিবু ৱারেংগী মওংদা লৈবা শৈরেং নত্রগা অরিদমিক প্রোজ হায়না কৌনৈ। মৈতৈগী ‘চৈথারোল কুম্বাবা’ অসি অকোনবগী মখলগীনি হায়বা য়াই।

অরিবা সাহিত্য নৈনবদা ‘মহাভারত’ অমসুং ‘রামায়ণ’বু নৈনবদা ঐখোয়না কান্নবা য়াম্না ফংগনি। মহাকাব্য অনীসিগী অইবগী মতাংদা য়েৎনবা কয়া লৈতবা নত্তে। ‘রামায়ণ’বু বাল্মীকিনা ইবনি হায়না লৌরবসু কাংলুপ অমনদি ৱারী অসি অশৈবা কয়ামরুম্না মীরোল্ কয়া চঙনা শেমগৎলক্লবা চৎনরোল অমদি সংস্কৃতিগী ঈচেল কয়ানা তিল্লবা শৈরোলনি লৌনরি। ‘মহাভারত’কী মতাংদসু অদুমঙাই মহাকাব্য অসিগী অকক্লবা মতম লৈফম থোক্তে হায়না কনাগুম্বশিংনা হায়রি। মীরক্তগী অথোইবা রামগী ৱারীদগী মমৈথংদা রামবু বিষ্ণুগী অবতার ওইহন্দুনা মহাকাব্যগী থাক্তা পুৎলকপদা মতম কুইনা চঙলমগনি; চাউরাক্না কৃষ্ণনা লাই ওইরক্লবা মতমদতা রাম লাই ওইরকপা ওইরমগনি হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা মত

পীনরি। মীৎয়েং অসিদগী 'রামায়ণ'গী কাণ্ড তরেৎকী মনুংদা অহানবা অমসুং তরেৎশুবা 'আদি' অমদি 'উত্তরকাণ্ড' অনী অসিদি কোন্না হাপচিল্লকপনি হায়রিবনি। করিগীনো হায়ববু কাণ্ড অনীসিদা বাল্মীকি অমদি নায়ক ওইরিবা রামবু লাইগী মগুণ হেন্না হাপচিন্দুনা য়েকই।

পূন্নমক অসি য়েংলুরগা অরিবা মণিপুরী সাহিত্য অসি মীরোল্ কয়া চঙনা শেন্নম্বা য়াবা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল্ কয়া লৈরম্বা য়াই। খুদম ওইনা 'পোইরৈতোন খুন্থোক', 'চায়নরোল' অমসুং 'লৈরোন' খরদং লৌখত্তুনা য়েংবা য়াই। 'পোইরৈতোন খুন্থোক' হায়বা লাইরিক অসিগী অহানবদা শরুক্তা এনিমেল মোতিফ শীজিন্নদুনা এলিগরীগী শরুক অসি হৌরকই। খমনুংদগী পোইরৈতোন্না খুন্থোরকপদা মখোয়গী মথৌ লোইখ্রে; মরম অদুনা ইপিসোদিক্ এলিগরী ওইনা থৌদোক অদু লোইশিনখ্রে। পোইরৈতোনগী ৱারীসি শতাব্দী নীপাল শুবদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌ নাওথিংখোংনা লুৱাং নিংথৌদগী তমখিবগী ৱারী ঐখোয়না থেংনরি। 'খমওই য়াংওই শেকনিং' অমসুং 'কুমদমশৈ'দসু পোইরৈতোন খুন্থোক্কী মচি ওইবা ৱাফম য়াওরি। অসুম তৌনা ঐখোয়গী হৌজিক্কী 'পোরৈতোন্ খুন্থোক্' অসি ওইরকপদা মীরোল কয়া চংলম্বা য়াই। ইপিসোদিক এলিগরীশিদা মরুওইবা থৌদাং লৌরিবা ৱাবা, শবী অমসুং তোকপা, মখোয়শিং অসিবু মশকখঙনবা হোৎনবদা তোতেম্মিজমগী মীৎয়েংদগী নৈনবসু মতেং অমা ওইনবা য়াই।

মখল মথেলগী লৈ চামদগী হেনবা লৈশিংগী মরমদা শৈথাদুনা লেংলম্বনি 'লৈরোন'। 'তুবী চরাইরোংবনা শেনবী তেখাওলৈগী খুনলান্ লোইখা ফবা নিংথৌরেন্না লেংলমশৈনে' অসুম্না লাইরিক অসি মৈদিংঙু চরাইরোংবনা ইরম্বনি হায়না লৌনরি। অদুগা লাইরিক অসিমক্তদা অমুকসু য়েংবা য়াই - লাইরেন মৈদিংঙু লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বা ধর্ম্ম অত্যা নিংথৌরেন্ ভক্তি লাংওন চংখোনবনা খোইয়ম লাইগী থৌদাদি লাইরা অতোন্ তাবশিংনা,.. (লৈরোন, লা: ৯২) খুদমশিং অসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্মি হৌজিক লাইরিক ওইনা ফংলিবা 'লৈরোন' অসি তুবী চরাইরোংবগী 'লৈরোন' অদুদি নৎত্রে। চাওরাক্লা চহী চামরোম চঙনা লৈশাৎ তম্নক্লবা মশা মরেং ফল্লবা 'লৈরোন' ওইরে।

লাইরিক অমগী মনূংগী মচাক, মই (স্তাইল) অমসুং লোন্দগী লাইরিক্কী মশক্ অমসুং মতম লেপ্লবা হোৎনবদা মতেং ওইনৈ। 'চায়নরোল' হায়বা লাইরিক অসি মৈতৈগী অমসুং য়ূমলোন্নবা লৈবাকশিংদা লৈবা অকন্ অথৌশিংগী মতীক

মগুণবু শৈথাদুনা মখোয়গী পুন্নীগী মশক্ উৎপা বীর রসনা মপুং ওইরবা শৈশক ব্বারীনি । চাইরেন নিংথৌ য়াফুরাকপা অমসুং খেন্দে নিংথৌ হাওতক লাইবা পাথৌ অনীগী তেন চায়নবদগী হৌরদুনা খাগেম্বনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ মতমদা চায়নখিবগী থৌদোক ফাওবা য়াওরি । লাইরিক অসিগী মনুংগী থৌদোকসিদগী ওল্লবদা লাইরিক অসি মৈদিংগু খাগেম্বনা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈ ১৫৯৭ কী মমাঙদা ওইফম থোকই । লোনগী মতাংদগী য়েংবা তারবদি মতমসিদগী কোম্বুবসু ওইথোক্তবা নত্তে, অদুমকপু লোননা মতম লেপ্পবগী অমতা ঙাইরবা পান্দম ওইবদি য়াবা নত্তে । মীৎয়েং কয়ামকমদগী লাইরিক অসি হৌজিক্কী মওং অসি য়ৌনা শারেপ ফারকপদা অকক্নবা মতম অমতগী নত্রগা কবি অমতগী খুৎশেম ওইরমদবসু য়ানা লৈরি ।

ভারতকী বেদ অমসুং পুরাণগী মতাংদা তৌবগুম্না অরিবা মৈতৈগী লাইরিক্কী মতাংদসু লৈখাই তাবা ঙমদ্রবা কয়ামকম লৈ । ভারতকী অমসুং নোংচুপ্লোমগী পণ্ডিতশিংনা পুরাণগী ব্বারীশিংসি হেন্না শেমজিন শাজিনবা মচাক য়াওই হায়নরি । বেদদা উর্বশী অমসুং পুরূরব চহী মরি লৈমিন্নখি । বিষ্ণু পুরাণদনা চহী লিশিং হুম্ফুমাথোই লৈমিন্নখি । মতৌ অসুম্না মৈতৈগী পুয়াশিংদসু শেমজিন শাজিনবা মচাক য়াওরবা কয়া অমা থেংনদবা নত্তে । মহাকাব্যশিং অসি মপুং মরৈ ফারকপদা অয়াম্বনা অহৌবা অমসুং অরোইবদা থৌদোক কয়া হাপচিল্লকপা ঐখোয়না থেংনখ্রে । ইকুই কুইদনা ১৯ শুবা শতাব্দী ফাওবদা অসুম্না হাপতোক্ হাপচিন তৌবগী থবকসি লেপ্তুনা চৎথরকপা থেংনৈ । ইতিহাসকার আর. এস. শর্ম্মানা হৌজিক্কী ভবিষ্য পুরাণ অমদদি ভিক্টোরিয়া মহারাণীনা ভারতবর্ষদা পাল্লখিনি হায়না ইরম্বা য়াওরি হায়না মতীকচাবা খুদম পীরি (শর্ম্মা, ১৯৮৩:১৩৭) । মণিপুরদা ফোংলবা পাফন পুয়া, ভবিষ্য পুরাণ, শীংখল লাংহৈ, শীংকক পুয়া, মতমগী য়াওল্ তাকপা পুয়াশিং অসি অসিগুম্বা মখলগী পুয়ানি । 'শীংকক্'তা গুরু তরুক্না ওকশঙদা ফমদুনা লাইনিংথৌ খাগেম্বদা শীংকক্ পুয়া অসি লীখিয়ে হায়না ইরি। লাইরিকসিদা গরিবনিব্বাজ, ভাগ্যচন্দ্রনচিংবা নিংথৌশিংগী তুংদা থোক্লগদবা মরুওইবা থৌদোক কয়া ফ্যচর তেন্‌সতা পাম্বে পাউরৌগী মওংদা ইরি । ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তা থোক্লগদবা থৌদোক্কী মরমদা শীংকক্তা অসুম্না হায়রি : 'শঙাইথেন্দা চহী অমা লৈগদবনে । অদুগা শাঙাই পরৌদা চহী অমা অদুগা মখারোমদা চহী অনী লৈরগদবনে । অসিগী মতুংদা... য়েরুমচাবা লাইজ ঈঙৌ থকপনা নিংথৌ ওইরমগদবনে (লৈহৌ

নাওফমলোল্ লা: ২৩) অঙৌবা ফৈজা শাবগী মকোক্ ৫ তাগদবনে' অসিনচিংবা কয়া অমা ১৯ শুবা চহীচা লোইশিল্লকুবা ফাওবদা মৈতৈগী ভবিষ্য পুরাণশিংদা চৎনখি । অদুবু ঙসিগী লাইরিক লাইশু হৈরবা মীওইশিংগী মরক্তা লাইরিকশিং অসিবু তরাতরেৎশুবা চহীচাগী মাইচৌশিংগী শোয়ফদবা লাইফাওনি হায়না থাজনবসু থেংনদবা নত্তে ।

অঙনবা মতমদদি সাহিত্য হায়বসি তোঙানবা কলা অমা ওইনা লৈরমদে । ইতিহাস পুরাণ, ধর্ম্মগী পাউতাক পীনবা শৈশক ৱারী, অমসুং সাহিত্য অমত্তা ওইবগুম্না লৈরম্মি । মরম অদুনা অরিবা লাইতিনগী ৱারী লাইরিক অসি সাহিত্য অমসুং সমাজ বিজ্ঞানগী মচাক্ ওইনা অদুমক্ লৌনৈ । অসুম্না অকল্ অথৌ অমদি লাইতিনগী ৱারীশিং অসি মপুংওইনা নিংথৌগী থৌগৎ মীৎয়েংগা লোয়ননা চাউখৎলকপা থেংনখি । লৈমনিংথৌগী, লাইতিনগী থৌগন তৌনবা ঈশৈ নোংমাইগী লোইশং লিংখত্তুনা কলাসিবু য়োকখৎনবা হোৎনখি । নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংদা নিংথৌনা সাহিত্য অমসুং হৌন লীচৎ ঙাকশেন্দুনা থম্বগী চৎনবী উবা ফংই । রাজদরবারদা লৈরিবা অশৈবশিং অসিবু তোঙান তোঙানবা মমিং কৌনৈ । মখোয়না অচৌবা থৌদোক কুম্মেশিংদা অঙকপা থৌদোক ৱারী অমসুং অকনঅথৌগী ৱারীশিংসি লৈবাক নিংথৌগী মমাংদা শকই । 'ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা' নোংঙান কাইনৱাকনা নিংথৌগী অচৌবা কুম্মেদা মীয়াম মমাংদা শকখিবা ৱারীনি । অশৈবশিং অসি নিংথৌগী দরবারদদা লৈতে; শাদা লান্দা নিংথৌগা লোয়ননসু চৎলি । মৈতৈ নিংথৌশিংনা লানফমদা অশৈবশিংগা লোয়ননা চৎপগী খুদম 'সমসোক ঙম্ব'দা থেংনৈ । গরিবনিৱাজ নিংথৌনা সমসোক লান্দাবা চৎপদা ৱাকমা নমপোক চৈথংগী লাইশ্রম অরোইগা লোয়ননা চৎখি । লানফমদগী হল্লকুগা লাইরিকলেংবগী লোইশঙগী অখণ্ড অহৈশিংগা লোয়ননা নিংথিনা শৈহেক শৈদা শেমদুনা লেংথোকখি । নিংথৌগী লোইশঙদা লৈরিবা ৱাক্‌মশিংনা অসুম্না নিংথৌ অমসুং নিংথৌমচানচিংবা অকল অথৌশিংগী, লাইতিননচিংবগী ৱারীশিংবু লীশিন্দুনা থম্লবগী থৌদাং লৌরকখি । শম্না হায়রবদা ৱারীশিং অসি অইবা ওইনা লৈত্রিঙৈগী মমাংদা চীঙ্খাংদা মীরোল্ লান্না লাকখি । মীরোলশিং অদুদা মীয়ামগী পূক্লিং অমসুং মতমগী খোঙলে মতুংইন্না অনৌবা কয়া হাপচিল্লক্তুনা হান্নগী মশক্ হোংদোরকপা অমসুং অনৌবা শক্লোন লৌরকপা য়াওদবা নত্তে ।

(২)

লাইবক ফবা মরমনা মণিপুরীশিংগী অরিবা ময়েক অমসুং ময়েক্কুনা ইবা সাহিত্য মপা মপুশিংনা তুংগী মীরোলগীদমক থম্বীরম্মি । অদুম ওইনমক ময়েক অসি কয়াম কুইরবগে অমদি করম্বা মতমদগী চৎনরকখিবগে হায়বগী মতাঙদদি মত খেন্নবা কয়ামরুম লৈনরি । তাংদাংবা অচুম্বা অমা খঙনবগীদমক তোঙান তোঙানবা দিসিপ্লিনগী মীওইশিংনা পূন্না হোৎনমিন্নদুনা থিজিন হুমজিনবগী তঙাইফদবা লৈরি । মসিগীসু মথক্তা লমদমসিগী অখণ্ড অহৈ খরদি লমদমসিদা ফংলিবা ইতিহাসকী মচাকশিংবু য়াম্না লিহন্নবা হোৎনবগী ৱাখল চেনবসু য়াওদবা নত্তে । মরম অদুনা নৌনা থিজিন হুমজিনবদা ফংলক্লিবশিংদা যুম্ফম ওইদুনা হান্ননা চুম্মী লৌনরম্বা কয়া নৌহৌনা মমল লেপ্পা তারকই । মতম অমদা ফয়েংগী কোরী কোম্পাক নিংথৌ খোংতেকচাগী (৭৬৩-৭৭৩, এ.দি) মতমগীনি হায়না লৌনরম্মি । কোরী কোম্পাকসি মনা তরেৎ পাল্লি অরোইবগী মনা অদু নত্তনা অতৈদি লামাই অনী মত্তা লোইনা ই । ৱাহেংবম য়ুমজাওনা প্লেত অসি নীপালশুবা চহীচাগী খোঙতেকচা মতমগীনি হায়রবসু মরম ময়ামরুমদগী চিংননিংঙাই ওই অমসুং কুইদ্রিবা মাল্লি (য়ুমজাও, ১৯৮৫:১৫) হায়রম্মি । মতম অমদা পণ্ডিতশিংনা মহাক্কী ৱাফম অসিবু থোইনা নাচুংলমদ্রবসু হৌজিক্তি ৱাফমসি নৌনা খন্নরক্লে অমদি হান্নগী থাজনরম্বসিগী মায়োক্তা অকনবা মত পীনরক্লে । মসিদসু নত্তনা মৈদিংঙু ক্যাম্বগী (১৪৬৭-১৫০৮ এ.দি.) মতমগীনি হায়নরিবা খোইবুগী নূংদা ইরিবা অসি ফাওবা চিংনবা ৱাহং কয়া হংনরক্লে ।

মতমগী অমদি ইতিহাসকী চৈথেং কয়াদগী মৈতৈশিংগী শেল-থুম, লৈবাক ৱায়েল অমদি সমাজদা অহোংবা লাকপগা লোয়ননা খুন্নাইসিগী মীশিংনা তুং কোইনা লাচম্দুনা থম্বগী তঙাইফদবা ফাওরকপা মখোয়গী মদুমক ঙম্বা সংস্কৃতিগী থাক য়ৌরকপা মতমদা লমদমসিদা ইবগী চৎনবী হৌরকখিবনি হায়বা য়াই । লৈবাক

অমগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মরু ওইবা মচল ওইরিবা ইবগী মহৈ অসি অহাঙবা তরংদগী শকউদবা তাইবং মপু নত্রগা অথোইবা মহাপুরুষ অমগী অনীংবা মতুংইন্না ওইরকখিবা নত্তে। মরম অদুনা মৈতৈশিংনা করম্বা মতমদা ইবা হৌরক্লম্বা য়াবগে হায়বসি খঙনবা হোৎনবদা লৈবাকসিগী মতম অদুগী ওইরম্লিবা সমাজ অমসুং ইতিহাসকী ফিভম অদুবুসু কুপ্পা য়েংশিনবা তাই।

হৌখিবগী খোঙ্গুল লীনবা হোৎনবদা মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং ইতিহাসকী মতম লেপ্লবগী খ্বাইদগী মরু ওইবা য়ুম্ফম ওইরিবা লাইরিক 'চৈথারোল কুম্বাবা', নূং, ধাতু অমসুং শেলদা হুক্লম্বা অরিবা মচাকশিং নৌনা মমুৎতানা নৈননিংঙাই ওইরি। বিষয় কয়াগী লমদা থিজিল্লুবদগী নৌনা ফংলকপা জ্ঞানগী মতেং লৌদুনা অচুম অরানগী অরুম অয়াং ওন্দুনা নৌহৌনা মমল্ লেপ্পা তাই। ময়াম্না য়ানরম্বা নত্রগা থাজনরম্বশিংবু হেক্তমক অচুম্বনি লৌশিনবদি লমসিদা অনৌবা মঙাল পীনবা হোৎনবদা থোইনা কান্নবা ফংলোই। মসিগা লোয়ননা স্কোলার অয়াম্বগী ৱাখল মীৎয়েংদা মহৌশাদগী থাজনরকপা লমদমসিগী ওইবা ইমোসনেল এতেছমেন্ট মমি তাবগুম উরি। কনাগুম্বনা মতম মতমগী ওইবা সমাজগী ৱাখল ঈহ্লগা চান্ননা লমদমসিগী চৎনবী, থাজনবী, ইতিহাসকী শক্লোনশিংবু দার্শনিক অমসুং বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদগী ৱাহন্দোক পীনবা ফাওবা হোৎনবা য়াওরকই। মরম অদুনা মরী লৈনবা বিষয় কয়ামরুমদা থিজিন হুমজিল্লুবদগী ফংলক্লিবা লৌশিংগী মতেংনা অমদি মশাগী শক্তমবু হেজিন্না ৱাংনা উৎনিংবগী অখুবা মীৎয়েং থাদোক্লুনা অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্য নৈনফম থোকই।

মীওইবনা মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা মহৌশাগী অথূপ্পা শক্লোনবু খঙনবা হোৎনরকখি। লোয়ননা মীওইবনা মখোয়বু শুমহৎলিবা, অৱা চৈথেং পীরিবা মখল মথেল নাইবা পুন্সীগী শক্লোনবু মশক তাক্লবা তত্তনা হোৎনদুনা লাকখি। মরম অদুনা অতৈ লোনশিংদা তৌবগুম্না অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যসু মীয়ামগী পুন্সীগা শগোন্নরিবা পুন্সীদা অকনবা চৈথেং পীরিবা শাফুশিং অদুবু মশক খঙনবা অমদি খুদুম চন্নবা থৌরমশিংগা মরী লৈননা হৌরকখিবনি হায়বা য়াই। অঙনবা মতমদদি সাহিত্যবু মশক খঙনা অপান্ননা পুথোক্লবা নত্তে। লৈবাক্কী চহোং ভহোংনবা, পোৎথোক পুথোক্লবা থৌরমশিংগা মরী লৈননা অয়াম্বনা থোরকখিবনি।

লাইহরাওবদা শক্লরিবা 'ঔগ্রী' ঈশৈদা মৈতৈগী লৈশেম নোংশেম্বগী মীৎয়েং উৎলি। নিংথৌজাশিংগী অহানবা নিংথৌনি লৌনরিবা পাখঙবগী মতমদা 'ঔগ্রী'

শকখি থাজনৈ । 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা' কৌবা লাইরিক্তসু নাউথিংখোংনা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মফমদগী ঔগ্রীগী নুংগী ৱারোল খঙনবা হোৎনখিবগী মরমদা 'ঔগ্রী কেনলৌৱাক হংগেন কেনলো পাউতাকশৈ' (লা:৬২) অসুম্না পনবা থেংনৈ । মসিদসু নত্তনা মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা (১০৭৪-১১১২) গী মতমদা শেমখিবনি লৌনরিবা লৈবাক ৱায়েন থৌদাগী অকুপ্পা ৱারোল য়াওবা 'লোইয়ুম্বা শিলয়েন' কৌবা লাইরিক্তসু ঔগ্রীগী ৱাফম য়াওরি । ফিভমগী মতুংইন্না ৱাহৈ ৱাতাদা হোংদোক হোংজিন তৌরগা লৈবাক খুঞ্জাও লৈচাউনবা নত্রগা মাঙ তাক্লবগীদমক মসি শক্লরম্মি হায়না থাজনৈ । ঈশৈগী শরুক খরদি নুমিৎপু তোঙান তোঙানবা মিংথোল পীদুনা শৈথারম্বা থেংনৈ । অসুম তৌনা অঙনবা মতমগী সমাজদসু পাঙ্গল থৌনাগী মশক লৌরিবা নুমিৎপু অশেংবা অমসুং ফজবগী শক্লোন ওইনা লুনা তৌনরম্মি অমদি ঈরাৎনরম্মি । ঔগ্রীগা লোয়ননা শকমিন্নরম্বা নিংথৌরোল ঈশৈসু থেংলবদা লোইয়ুম্বগী মতমদা শক্লরম্বা য়াই লৌনৈ । নিংথৌরোল শকপা মতমদা ঔগ্রীনা হান্না শক্লগা নিংথৌরোলনা মখা তানৈ । শৈরেংশিং অসি নিংথৌগী থৌনা লিংজেল, লান্দা করম্বা মীওই ফাখিবা অসিনচিংবা লানফমশিং অদুগী মরমদা শৈথাবনি । 'নিংথৌরোল' অসি নিংথৌ অদুনা লান হেক ঙম্লগা মফম অদুদা নিংথৌগী মতুংইন্দুনা চৎলিবা অখঙ অহৈশিংনা লেংলগা শক্লে ।

'সনা লমওক' হায়বসিসু ঔগ্রীগুম্না লাইরোল ঈশৈনি । নিংথৌগী মতীক ময়াইবু শৈথাদুনা মৈতৈ নিংথৌগী ফম্বাল কাবদা ঈশৈসি শক্লে । 'নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা' কৌবা লাইরিক্তা মৈদিংঙু নাওথিংখোংনা (৮শুবা চহীচা এ.দি.) ফম্বাল কাবদা 'সনা লমওক' শকখিবগী ৱাফম য়াওরি । লাইরিক অসিদা ঔগ্রীগুম্না লিরম্বা য়াই লৌনরিবা 'খেঞ্জো' হায়বা লাইরোল ঈশৈ অসিগী মরমদসু পাল্লম্বা থেংনৈ । লাইরোলশিং অসিদা নত্তনা অতৈ ঈশৈশিং 'খোইজু লমওক' অমসুং 'অহোংলোন'গী মরমদসু 'লোইয়ুম্বা শিলয়েন'দা য়াওরম্মি । 'অহোংলোন'দা মঙাশুবা চহীচাদা চেংলৈগী নিংথৌ ওইখিবা থাংয়ি খোংজ্রোম্বগী মরমদা পল্লম্বা থেংনবনা শৈরেং অসি মতম অদুদগী ঙনখৎনা পুখৎপদা ৱানা থেক্লি । মথক্তা পনখ্রিবা লাইরোল ঈশৈশিং অসিগী লোনদি অরিবনি অমসুং খঙবদা ৱানা থোকই । চহীচা নীপালশুবা, মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী মতম ফাওবদা লাইরোলশিং অসি খঙবদা য়াম্না লুনা থোক্লম্মি ।

অঙনবা মতমগী শৈরেংশিংগী মনুংদা থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবদি অঙনবা অয়ুক্কী মরমদা শৈথাবা 'য়াকৈবা' শৈরেংনি হায়বা য়াই । শৈরেংসিদা লমদমসিগী

চীং অমসুং তমগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদা নোংঙাল্লকপগী নীংথিবা শৈথাবতা নত্তনা যুমলোন্নবা কবোগী লমদা নোংঙাল্লকপগী শক্তম উৎনবা হোৎনরম্মি । মীওইবনা লাংওনখি থাজনরিবা উচেক ব্রায়াশিংগী নুংশিরবা খোঞ্জেল অমদি অঙকপা ব্রারী কয়ানা শৈরেং অসিগী লূ-তোংদা খোম্থাং য়ৈদুনা লৈবগুম তৌরি । শৈরেং অসিগী হৌগৎলকপদা অয়ুক্কী ঙঙ্গোনবা নুমিৎকী ফজববু অসুম্না শৈথারম্মি :

চীংঙু খোইমোম লাইনিংথৌ
ইনুং ঙাল্লে য়াওল্লো
হাওরৈ নোংপোক পাংবদা
সনা চীংদোম পোক্তগী
মশেক মঙান লোয়ননা
মঙাং গুরু চাকব্রায়রে
কোরৌ নোংদোন ঙাল্লক্লে ।

অয়ুক্কী মতমদা ঈশৈ অসি পেনা শকপশিংনা পেনা থাদা পমদুনা নিংথৌগী অমদি লাই হরাওবগী অয়ুক্কী থৌরম ওইনা লাইগী থৌগন তৌবদা শক্লে । শৈরেং অসি ইচম চম্না মহৌশাগী শক্লোনবু শৈথাবতা নত্তে । লোনগী ফজবগী, খেম্থোক মশীং মান্ননা চাং পুবগী নীংথিরবা মশক কয়াসু শৈরেংসিদা চোংথোরকই । শম্না হায়রবদা 'য়াকৈবা' অরিবা মণিপুরী শৈরেংগী মরক্তা নীংথিরবা মচলনি ।

মসিদসু নত্তনা মীওইবগী চাওখৎ খোঙথাংদা অচৌবা থৌদাং লৌরকখিবা মৈগী মতীক মগুণবু শৈথাবা মৈগী তেংথারোল, লাগী তোঙান তোঙানবা শীজিন্নফমগী মরমদা শক্লম্বা 'লারোন'নচিংবা শৈরোলশিংনা অঙনবা মতমগী ফজবগী মীৎয়েংগা, হিংবদা চঙলিবা কান্নবগী ব্রাখলগা শাগোন্ননা চৎলম্মি হায়বগী মতীকচাবা খুদম উৎলি । 'লোইয়ুম্বা শিলয়েন'দা য়াওরিবশিংগী মনুংদা অশেম ঙাখাখোইবু য়াকৈশে শকউ হায়না শিম্থা পীরম্বগী ব্রাফম অসিমসু নীংশিংবা য়াই । মতমগী মতুংইন্না অহোংবা কয়া লাক্লবসু ঈশৈ অসি শকপগী চৎনবী অসি তরানীথোইশুবা চহীচাগী মমাংদা লৈরম্বা তারবসু খেঙলবদা মতম অসিদদি লৈরল্লে হায়না লৌবদা খোইনা লানগনি নীংদে ।

অঙনবা মতমগী শৈরেংশিংগী মনুংদা 'হিজন হিরাউ' থোইদোক্লা শীংথানবা য়াই । শৈরেংসিগী হীরম, নীংথিজবা লোন অমসুং মরীকচুল্লবা উপমা থোইদোক্লা পূক্লিং শুক্কৎনবগী মশক্লি । ঈশৈ অসি মরু ওইনা লাই হরাওবগী থৌরমগা মরী

লৈননা শক্লে । শৈরেংসিংগী থোইদোক্লা ফজবদি মহৌশাগী ওইবা শোৎলমশিংদা মীওইবগী লীচৎ হাপ্তুনা কায়নবগী অৱাবা মশক নীংথিবা অমসুং তাংথক নাইবা লোন্না য়েকপদনি হায়বা য়াই । অশৈবনা শৈরেংসিদা মহৌশাবু অমসুং মহৌশাগী মরুম থুপত্তুনা লৈরিবা হেন্না মতিক লৈবা শক্লোনশিংবু ঈথিল পীনবা হোৎনবদা নত্তনা মীওইবগী অথোৎপা থস্মোয়গী লমদমবুসু খুদুম চন্নবা হোৎনখিদবা নত্তে । ৱাংলবা চীংশাং নাপোমগী শুক্লবা লোককী চিদাইদা শাংথ-লেংথা হৌরিবা উপালশিংগী মরক্তগী ৱাংথোই চাউথোইবা উপাল অমবু লুৱাংগী উথিবনা য়াম্দুনা হি শাখিবগী ৱারীনা মপূং ওইরবসু মসিবু ফজরবা কলাগী খূৎশেম ওইহল্লিবদি মহৌশাবু মীওইবা ওইনা য়েকপদনি । ৱাংলবা চীংশাং নাপোম অমসুং লূরবা লোককী ঈচেলবু উপাল অদুবু চাউনবা নাওকোল্লকপা পল্বৌ মপা অমসুং পলেম মমাগী শক্তম লৌহন্দুনা, ইনূং ঙাল্লকপদা য়াল্লগদবা উপাল অদুবু মথাদা চেৎনা কোল্লদুনা তেংথারকপদা মতম্বাক্তগী শেত্তুনা পুখ্রগদবা মচাবু চেৎনা কোন্দুনা কপলিবী মমা ওইবী কনাগী অহক্পা অৱা মীকপথোলবু তক্তনা নীংশিংহল্লি । মসিগা লোয়ননা মীওইবা অমসুং মহৌশাগী মরক্তা চিংলিবা লৈই অদু তপ্লা তপ্লা মমি শাল্লকপগুম উহল্লকই । অদুম ওইনমক শৈরেংসিংগী লোন, নুংগী ৱাহল, মসিগা শগোল্লরিবা অৱাবগী ঈহুনশিং অসিদগী য়েংবা তারবদি শৈরেং অসি খরা থেংলবা মতমগীনি হায়না লৌবা য়াই ।

ভারতকী অয়াম্বা মশক্লাইবা লোনশিংদা ৱারেংগী খোঙহৌ থেঙনা হৌরকই । অদুম ওইনমক মণিপুরী সাহিত্যগীদি খর মখৈ ঙল্লা হৌরকই হায়বা য়াই । হৌজিক্কী মতমগী ৱারেংদগী য়াম্না খেন্নবা উবা ফংলবসু 'পোইরৈতোন খুন্থোক', 'নুমিৎ কাপ্পা' অমসুং 'তুতেংলোন'দা ৱারেংগী মশক খরমখৈ উবা ফংই । 'পোইরৈতোন খুন্থোক' কয়া কুইরবগে তংদাংবা লেপ্পা ঙমদ্রবসু 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাব'দা নাউথিংখোংনা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মফমদগী অরুবা ৱারোল কয়া তমখিবগী মনুংদা 'পোইরৈতোন খুন্থোকপা'গীসু য়াওখি । অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদা মরীক চুম্না শৈথাবগী অমসুং ৱারী ৱাতায় শাবগী মওং শীজিন্নরম্বা থেংনৈ । লাইরিক অসিগী লোনসু অরিবা লোন ওইবদা নত্তনা ৱারী ৱাতাই শাবগী মওংনা মপূংওইনা শাগৎলকপনি মসিদসু নত্তনা ৱারী মপূংগা লোয়ননা তোঙান তোঙানবা মফমশিংগী মমিং থোনখিবগী মরমদসু য়াওরি । অশৈবশিংনা অশাংবা ৱারী অমা শাগৎলক্লবা হোৎনবদা অসিগুম্বা মওংগী পাম্বৈ অসি লৌরম্মসু য়াই । ৱারী অসিগী মপূং ওইবা

হীরমদি পোইরৈতোন অমদি মাগী খোঙলোয়শিংনা মালেমসিদা নাদ-য়েক্তবা, শিদবা মফম থিরকপনি। অমরোমদা মীওইবনা মহৌশাগী কাঙলোন অমসুং লোন্না থৃপনা লৈরিবা লৌশিংগী পুক্কেবু খঙনবা অমদি ফংনবা হোৎনবগী ঈঙ্গিৎ অমনি।

অশাংবা ৱারীশিং অসি থোরকপগা লোয়ননা শকপা অমদি লীবগী চৎনবী মওং তানা চাওখৎলকপা হৌরকই। মতমগী মতুংইন্না শৈরাংবা নত্রগা ৱাক্যশিংনা চৎন পরিং অদুবু ঙাক্না শৈরাংনরকখি। অহানবগী 'শৈহৌ'দা নিংথৌ নত্রগা লাইগী মফমদা লৈশী লৈথোনজবা অনীশুবদা, 'ৱারীগী ঈঙ্গিৎ'; অহুমশুবদা 'ৱারী' অমদি মরিশুবদা 'শৈরোই'গী শরুকশিং য়াওই। হায়রিবা চৎনপরিং অদুগী মনুংদা চৎনরোল (নিয়ম) অসি ঙাক্না লৈশেম্বনা অনৌবা ৱারী পুথোকপদা হেন্না খুদোং চাহল্লম্মি। মসিদসু নত্তনা, পাঙ্গল থৌনাগী, লম্মিৎ তুম্মিৎকী, নুংশি নুংওনগী, ফজবগী, অৱাবা অমদি কায়নবগী মরমদা শৈথারকপদা মীরোল কয়াদগী শৈশক্লরক্লবা শৈরোলশিং মান্নবা ফিভম অমদি থৌদোকশিংদা মান্নবা প্রমান পাম্থে, উপমাশিং থোইনা খেন্নদনা শীজিন্নবা থেংনৈ। মখোয়দদি ৱারী নত্রগা শৈরোল অমা শেম্বা হায়বসি লাই তীনগী থৌরম পাংথোকপগা অমত্তা ওইনা লৌরম্মি হায়বা য়াই।

অঙনবা মতমদগী হৌনা লমদমসিগী মীশিংনা পাঙ্গল, লিংজেল অমদি থৌনাবু লাৎনরম্মি। অথৌ লীচা হেপ্পা থয়াং কোন্দাই লোনবশিংগী মতীক মথৌনাবু শৈথাদুনা শক্লরম্মি। 'তুতেংলোন'দা য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং মৈতৈ নিংথৌমচা অনীনা ইম্ফাল অমসুং ইরিল তুরেল মরুদগী হৌনা তেংখিবগী অমদি মখোয়গী অঙকপা পাঙ্গল থৌনাগী মরমদা মরীক চুম্না উৎলি। মতম অমগী সমাজগী ফিভম অমদি মীয়ামগী অপাম্বা ফজ-নুংঙাইবগী মীৎয়েং শৈখল শৈওং মতুংইন্না লৈশেম নোংশেম্বগী অমদি পাঙ্গল থৌনাগী অঙকপা ৱারী শীংবুন কয়া শেন্নম্মি। মখোয়না অরুবা নুং অমসুং পানগী অর্থ পুবা এলিগোরিকল ওইবা খৃৎইগী মওংসু শীজিন্নরম্মি। 'পোইরৈতোন খুন্থোক' অমসুং 'নুমিৎ কাপ্পা' অসিগুম্বা মখলগী খৃৎশেমনি। 'নুমিৎ কাপ্প'দা নুমিৎকুম্না মঙাল চাউবা নিংথৌ মচীন মনাও অনীগী মনাই ওইবা খ্বাই নুংজেম্বম পিবা য়েকমা হাওদংলানা অহিং নুংথিল পোৎথাদনা মখোয় অনীগী থৌ পুবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা নুমিৎ সনা খোমদোনগী ময়াম্না তাউহুইরেং অহনববু তেন্না কাপতুনা হাৎনবা হোৎনখিবগী ৱাফম য়াওরি।

অমরোমদা ভারতকী মশক্লাইবা অতৈ লোনশিংগা য়েংনবদা শৈরেংবগী অহকপা লীপুনদি অঙনবা মতমদা মণিপুরী সাহিত্যদা য়াম্না কোমথোকপগুম তৌরম্মি । মসিগী মরুওইবা মরমদি অঙনবা মতমগী সাহিত্যদা লোক সাহিত্যগী শাফু কন্না য়াওরম্বননি হায়বা য়াই । অদুম ওইনমক মসিগী তোপ তোপ্না ফজবা কলাগী ওইবা পূক্লিং হূবা মরমচংশিং অদুদি ৱাংতনা য়াওরম্মি । মসিগীসূ মথক্তা মীরোল অমদগী মীরোল অমদা শক্লা লীনদুনা শাগৎলকপা শৈরোলশিংবু অইবা সাহিত্যগী অমদি মসিগা খূৎশম্নরিবা অনৌবা মীৎয়েংদগী ওনবগী মহুত্তা মশাগী ওইবা সমাজ অমদি লমদমসিগী ঈশিং নুংশিংনা ওইহল্লকপা শাওং শাজৎ অমসুং শক্তমনা মসিগী মমল লেপফম থোকই । অতৈ অতোপ্পা লোনশিংদা তৌবগুম্না অরিবা মণিপুরী সাহিত্যদসু জগোয় ঈশৈনচিংবা অতৈ কলাগী মচলশিংগা শগোন্নন হৌমিন্নরকপগী মওং উবা ফংই মরম অদুনা মসিগী থোইদোকপা মশক খঙনবা হোৎনবদা অতৈ কলাগী মচলশিংগা লৈনরিবা মরী পূন্না নৈনবা মরু ওই । বাঙ্গলা, উড়িয়া, আসামীনচিংবা লোনশিংদা তৌবগুম্না অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী শাহৌদি ইন্দো-অরিয়ন লোনগী অকনবা মপানগী ঈথিলগা লোয়ননা হৌরকখিবা নত্তে । মণিপুরী সাহিত্য, ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা মতম চঙনা ওইরকখিবনি । ফজ-নুংঙাইবগী মীৎয়েং, ইমেজরী অমদি শৈশেল্পগী মওং লমদমসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী লৈহাওগা চান্ননা হৌরকখিবনি । মরম অদুনা তোঙান তোঙানবা সাহিত্যদা জাতিশিং অদুগী ওইবা মহৌশাদগী লৈরক্লবা থোইদোকপা চংনবীগী মশক উবা ফংই । হায়রিবশিং অসিমক মণিপুরী সাহিত্যদসু চপ চানা থোকলি ।

পূম্নমকসি নৈনরুরগা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যবু নৈনবদা লোন অমসুং সাহিত্যগী মাইগৈদগী নৈনবতা নত্তনা মীয়ামদা মসিবু য়ৌহনবগী মওং সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী ফিভমবুসু তঙাইফদনা নৈনফম থোকই । সাহিত্যগী খূৎশেমশিংবু মীয়ামদা য়ৌহনবদা শকপা অমদি লীবগী মতেং লৌবনা মসিগা চানবা ৱাহৈ পরেংগী মওং, ফোঙদোকপগী লম্বী থিরকই । মরম অদুনা, মরু ওইনা অশাংবা ৱারীশিংদা ৱাহৈ পরেংগী শক্লোন্দা ৱারেং অমসুং শৈরেংগী তাংদাংবা মশক খায়দোকপদা ৱানা থোক্ল বগী মরম ওইহল্লকই । অসুম তৌনা ৱাক্‌মশিংগী শৈরোল অমসুং ৱারী ঈশৈশিংগা চানবা সাহিত্যগী ফোঙদোক্লবগী পাম্বৈ লৌরম্মি । মরম অদুনা অঙনবা মতমগী সাহিত্যগী থোইদোকপা শক্তম খঙনবা হোৎনবদা হায়রিবা মীৎয়েংশিং অসিদগীসু কুপ্না য়েংবা চংলি ।

মসিদসু নত্তনা মণিপুরগী অতৈ লমশিংদা শক্ল লীনরিবা ঈশৈ নোংমাই ৱারীনচিংবা কয়াসু লৈতবা নত্তে। মরু ওইনা মোইরাংগী মরীক চূন্নবা শায়োন ৱারীশিংগী মনুংদা লোক্তাককী নীংথিজরবা ঈপাক্তগী লৈশাং তন্নকখিবা 'খম্বা থোইবীগী ৱারী' শীংথাবদা মতীক চাই।

# অরিবা সাহিত্যগী মহৌশা

অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্য অসি মশক নাইরবা অতে লোনশিংদা তৌবগুম্না মীয়ামগী পুন্সীগা শাগোন্নরিবা লাইশোল তিনশোল, খুঞ্জাও লৈচাওনবা, পোৎথোক পুথোক্লবা, থৌরমশিংগা অমদি পুন্সীদা অকনবা চৈথেং পীরিবা শক্লোনশিংবু শকখঙনবা হোৎনরকপগী থবক থৌওংশিংগা মরী লৈননা হৌরকখিবনি হায়বা য়াই । মমৈথংদা হৈশিংলবা অশৈবশিংগী খূৎথাংদা মীরোল লান্না নীংথিবা সাহিত্যগী শক্তম লৌরকই । অসিগুম্বা সাহিত্যগী খূৎশেমশিংদা চপ চাবা অরেপ্পা মশক লৈতবা টীম্থাংগী সাহিত্যগী মরমচৎ চেল্লি । অরিবা সাহিত্য হায়রগা চাউরাক্লা কুনশুবা চহীচাগী মমাঙদা লৈরল্লিবা, মরুওইনা অইবা ওইনা ফংলবশিংবু, ব্বারেংসিদা কোনশিন্দুনা থম্লবা হোৎনরি ।

অঙনবা মতমদদি জগোই, ঈশৈ, ব্বারী, লাইশোননচিংবা অপূনবা শক্তম ওইনা লৌনরম্মি । করিবু নত্রগা করম্ববু সাহিত্য ওইগদগে হায়বসিদা থোইনা মীৎয়েং চঙলমদে, তশেংনা হায়রবদা সাহিত্যগী পংখৈ ময়েক শেংনা লৈরমদে । মরম অদুনা ঐখোয়না অঙনবা মতমগী সাহিত্যগী মনূং চন্দুনা থল্লিবা অয়াম্বা লৈবাক খুন্নাইগী থৌরমগা চেৎনা শাগোন্নরিবা ঈশৈ, অমসুং ব্বারীনচিংবা ঙাক্তনি হায়বা য়াই । মরম অদুনা 'ঔগ্রী' 'খেঞ্জো' 'নুমিৎ কাপ্পা' 'য়াকৈবা' 'হিজন হিরাও' নচিংবা অয়াম্বা মৈতৈগী নাৎ অমসুং লৈবাক খুন্নাইদা মরুওইবা মফম কন্দুনা লৈরবা শৈরোলশিংনি । অসিগুম্বা শৈরেং অমসুং ব্বারীশিং অসি মশক্লা ইরবা খুন্নাই অদুগী অশৈবশিংগী খূৎশেমনি । অদুম ওইনমক চহীচা তরানীপালগী মমাঙগী মণিপুরী সাহিত্যগী ইরল্লিবশিং অসি কনানা করম্বা মতমদা করম্না লেংলম্বনো হায়বদু খঙবা ঙমদে । অপূনবা মীয়ামগী পুন্সীগী মশক উৎপদা হেন্না মীৎয়েং চঙলম্মি । শৈশেল্লিবশিংদগী মখোয়গী খূৎশেম্না হেন্না মরু ওইরম্মি । মখোয়না লৈবাক-নিংথৌগী, মহৌশা, লাইনীং লাইশোল, নুংশি নুংওন, ইতিহাস

অমসুং অকন অথৌনচিংবগী হীরমশিংদা ইরম্বা থেংনৈ । অদুম ওইনমক ইরল্লিবশিং অসি মতম অদুগী মীয়ামগী পুক্নীংগা অচেৎপা মরী লৈনবা শৈরোলশিং, কাউওমদ্রবা ৱারী অমসুং থৌদোকশিংবু শৈথাবনা মপুংনি । ৱারীশিং অসি অশেংবা নত্রগা অশেংবনি থাজনবা ৱারী ঙাক্তনি । শৈশেম্বনা ময়াম্না য়ানরবা নত্রগা অশেংবনি লৌনরবশিং অদু নৌহৌনা মীয়ামদা তাহনবনি । মসিদা মতম অদুগী লৈবাক্না য়ানরবা মরুওইনা নিংথৌ অমসুং য়াইতোং খমদোংবশিংনা মমল লৈনা লৌবা ৱাখল মীৎয়েং উৎপা নত্তনা অইবগী লন্নাইগী অনৌবা মীৎয়েং উৎনবা মফম লৈরমদে । মরম অদুনা অনৌবা খূৎশেম ওইরবা ফাওবদা অরিবগী ছাচাদা, লাইনীং লাইশোলগী মঙাল তাহন্দুনা লৈবাক্না য়াহন্নবগীদমক শেম্বা তাই । মরম অদুনা, অরিবা সাহিত্যগী নুংঙাইবদি তাপ্তবা ঈশৈ নৌহৌনা তাবদা ফংবা নুংঙাইবদুনি । অনৌবা ঈশৈনা পীবা নুংঙাইবদু নত্তে। কলা হায়বসিমক্তবু অশেংবা তাইবংগা খেন্নে । অরিবগা অনৌবা সাহিত্যগা মীৎয়েং খেন্নে । অহানবগীনা অচুম্বা নত্রগা ময়াম্না অচুম্বনি হায়না লৌনরবা অদুবু অপাবদা থাজহন্নবা হোৎনবনি । অপাবশিংনসু ওইথোকপা য়াবা নত্রগা য়াদবা, য়েৎলুবা তৌদনা অচুম্বনি উৎলিবদু থাজবনি । অদুগা অনৌবা সাহিত্যগীদি অচুম্বা নত্তে; কলাগী খূৎশেমশিং অসি অচুম্বা মানবনি, মানহন্নবা হোৎনবনি ।

মসিদসু নত্তনা অঙনবা মতমগী মীওইবগী ৱাখলগী মশক উৎলিবা লাইনীং লাইশোল, লম্মিৎ তুম্মিৎ অমসুং দর্শনগী তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইরম্বা পূম্বা থোইনা খেন্নবা লৈরমদে । মরম অদুনা হীরম অমদগী অমবু খায়দোকপদা লুনা থোকই নত্রগনা সাহিত্যনা হীরম কয়ামরুমবু কোনশিনবা তারকই ।

অরিবা শৈরোলশিংদা কাঙলুপকী অমসুং লৈবাক্কী অপূনবা ৱাখলগী মশক য়াওবতা নত্তনা মখোয়শিং অসিবু মীয়ামদা তাহনবদা অমসুং য়ৌহনবদা লাই তিলগী থৌরমগী মমি (সেরেমোনিয়েল) তাহনবা তত্তনা থেংনৈ । সমাজদা হিংলিবা অইবশিংনা হোংলক্লিবা সমাজগী খোঙথাংগা চান্ননা মতম মতমগী চৎনরক্লিবা শৈশেম্বগী কাঙলোনশিং অদুবু মওং অমা নত্রগা অমদা ইন্নবা হোৎনরকই । অশাংবা ৱারী-ঈশৈশিং লীশাং শীৎনা চাওখৎলকপগা লোয়ননা শকপা অমসুং লীবগী চৎনবী মওং তানা চাওখৎলকই । অদুগা অমরোমদা শকপা লীবগী কলা অসিগা লোয়ননা ৱারী-ঈশৈশিং অসিসু চাওখৎলম্না য়াই ।

মতমগী মতুংইন্না শৈরাংবা অমসুং ৱাক্‌মশিংনা চৎনপরীং অমসুং কাঙলোনশিং অদুবু ঙাক্লা শৈরাংনরকখি । মখোয়না মরুওইনা ৱারী, শৈরেংশিংদা 'শৈহৌ' অমসুং 'শৈরোই'গী শরুক হাপ্পুনা মদুগী চৎনপরীং অদু ঙাক্লবা হোৎনরকখি । করিগুম্বা লাইরিকশিংদা 'শৈহৌ'গী চৎনবী অসি য়াওদবসু থেংনদবা নত্তে । মৈতৈগী মিকোন থাগোনবগী চৎনরোল অসি 'শৈরোই'গী শরুক্তা তত্তনা থেংনৈ । অয়াম্বা মতমদা 'শৈহৌ' অমসুং 'শৈরোই'গী শরুকসিদগী লাইরিক অদু কনানা অমসুং করম্বা মতমদা ইরম্বগে হায়বদু খঙবা ঙম্মি । অনীশুবদা হান্ননা মথক্তা হায়খ্রবা থৌদোক অমবু অমুক হনজিন্না পাউদম্বগী খুদম তত্তনা থেংনৈ । 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাব'দা নাউথিংখোংনা খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সিবা অমসুং লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মনাক্তা লাকপা মতমদা মহাক্লা লাকখিবগী মরমশিং অমদি হান্নগী থৌদোকশিংদু অমুক হঞ্জিন্না লীদুনা তাহল্লি ।

চরিত্র অমা নত্রগা ৱাফম অমগী মরমদা হায়রকপদা য়াম্না কোইথোক্লা পাউদম্বা অমদি খঙহন্নিংলিবা ৱা অদু পাক খঙহন্দনা লাংতক্লবা অমদি খৌরাংবা পোকহন্দুনা 'তপথহন্নবা হোৎনবা' অসি অরিবা সাহিত্যগী থোইদোকপা শক্তম অমনি । ফজবগী নত্রগা অকন অথৌগী মরমদা অশেংবদগী কা হেনজিন্না শৈথাদুনা উৎপা চৎনরম্মি । ইরম্লিবশিং অসি চাউরাক্লা কাংলুপ অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই, : (১) শৈথারোলনা মপূং ওইবা - 'চীঙ্গোইরোল', 'লৈরোন', 'নিংথৌরোল লম্বুব'নচিংবা (২) ৱারীনা মপূংওইবা - 'নাউথিংখোং ফমবাল কাবা', 'নুমিৎ কাপ্পা', 'সমশোক ঙম্ব'নচিংবা । অদুম ওইনমক অকোনবগী মখলসিদা চীং, পাৎ, তুরেল, লম্‌নচিংবগী ফজবা শৈথারোল য়াওদবদি নত্তে । মসিনা ৱারীশিং অসিবু হেন্না মপূং মরৈ ফাহন্নবগী অমসুং শাংহন্নবগী পাম্বৈসু ওইরম্মি । মসিদসু নত্তনা 'পোইরৈতোন খুম্থোক' তা ৱারী ৱাতায়গী নত্রগা অৱায় অখুমগী পাম্বৈনা ৱারীগী পরীং শাগৎলকপসু থেংনৈ ।

অশৈবশিং অসিগী পান্দমদি খূৎশেমগী অনৌবা ৱারী অমা পুথোক্নুনা মীয়ামদা পাম্লহনবা নত্তে, খ্বায়না খঙনরবা, লুনা তৌনরবা শৈরোল অমসুং শৈরেংশিংনা মীয়ামগী পূক্নিংবু শুন্দ্ধৎনবা হোৎনবনি । হায়রিবা পরীং অদুগী মনুংদা চৎনবীশিং অদু ঙাক্লা শৈশেম্বনা অনৌবা সাহিত্যগী খূৎশেম পুথোকপদা হেন্না খুদোং চাহল্লম্মি । মতাং অসিদা পনবা য়াবদি 'চায়নরোল' অমসুং

'লৈরোন'নচিংবা মান্নবা হীরমদা শাগৎপা লাইরিকশিং অসিসু শৈরোল নত্রগা ৱারী কয়া পূনশিন্দুনা মীরোল কয়া চঙনা শেমগৎপা খুৎশেম ওইনা উরি ।

অতোপ্পা অরিবা সাহিত্যগী থোইদোকপা শক্তম অমনা, মান্নবা ফিভম অমসুং থৌদোকশিংদা মান্নবা প্রমাণ পাম্লে, মীরোল কয়াদগী লৈরক্লবা শৈথারোলগী মতেংনা পাঙ্গল থৌনাগী, লম্মিৎ তুম্মিৎকী, নুংশি নুংঙনগী, ফজবগী অমসুং কাযনবগী শক্লোন ইখেন খেন্নদনা য়েকপনি হায়বা য়াই । মহৌশা অমসুং অকোয়বদা লৈবিবা ফিভম্না মফম, মতম অমসুং চৎনবীনা লমদমসিগী মীশিংগী ফজবগী ৱাখল্লোন শাগৎপদা ঈথিল পীদবা নত্তে । মরম অদুনা লমদমসিগী উ-ৱা, উচেক ৱায়ানচিংবশিংনা ৱাখলগী শকপান্নবা মূর্তি ওইনা শেমগৎলকই । খুদম ওইনা মথোৎ কারক্লিবী শন্নাং কোইকক্লরিবী কনাগুম্বীশিংগী মায়থোংদা তারক্লিবা শন্নাংশিংবু ফাইরেল থাগী মরী পীক্লবা তুরেলগুম, অমদি উফোং কৌবী উচেক্কী মমৈগী ফজবগা চাংদম্নরম্মি । 'পাম্ছোইবী খোঙ্গুল'দা পাম্ছোইবীগী ফজববু অসুম্না শৈথারম্মি :

য়োয়পু তাঙজ লূমায় খায়বু চুনপী, শমলাং নাকতৈ পাংমনা
নাকা মাঙসোক ঈগুম্বী, শমলাং নাকতৈ পাংমতি কোম্বা
ফাইরেল ঈকুম্বী, তয়াম নাইৱান্নগে, কাওরেল শনশিন্নগে তৌগুম্বী ।
চেক্লস শাৱা উফোং মৈথোক্ল শমলাং তোন্না নানবী ।

(পাম্ছোইবী খোঙ্গুল : ৮)

অদুগা অমরোমদা মৈদিংগু থৱাম্বাবগী তালোই হেমজেং চকপা ঙম্বীগী ফজববুসু অশৈবনা থোইনা খেন্নবা লৈতনা শৈথারম্বা থেংনৈ :

হেমজেং চকপা ঙম্বী, মোমনু তঙজ শম্না ফবগী মিংথোনফবী ।
শন্নাং নাকতৈ পাংমগী অৱাং নাকা মাঙশোক ঈগুম্বী, শন্নাং
নাকতৈ পাংমগী য়েংলবদি মপাম কোম্বা ফল্লেন ঈগুম্বী তাঙজ
শম্বুম অমগা তয়ম নাইশিন্নগে তৌগুম্বী ।

(থৱাম্বাবা হিরান : ১৩)

অকোনবগী পরেংশিং অসি অহানবগী অসিদগী থোইনা খেন্নবা উদ্রবসু খুমন চনুবু শৈথাবদা মহাক্কী শম্বুম অমগা মীনাই অমগা শিন্নবা য়ানা ফজবী হায়না শৈথারকপদা মমাঙগী অসিদগী হেন্না ময়েক শেংলকই ।

খর খেঙথরবা মতমগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা মতোল ইবুংঙো নরসিংহগী য়াথং মতুংইন্না ইখিবা 'চহুই লৈরোং পান্থ'গী খুব্রাং লাংমৈরেম্বীগী ফজববু শৈথাবদা অহোংবা খরদং উরবসু হান্নগী উপমা অলঙ্কারগী মওংদগী মপূংফানা নাম্থোরকপদি নংখিদে। 'খুব্রাং লাংমৈরেম্বী মচেম লেপ্পু লেপফংদরিবী সমলাং কোইকক্লনা থমচেং মায়কোয় হেনকুমলিবী তাঙচা শমতোনবু নুচা পুকশিং হুইথাপলম খুব্রাং নিংতু য়ৈনা সাব্রা উফোং মৈবু থোক্কে তৌগুল্লিবী' (চ: লৈ: পা: ৫) । হায়না শৈথারকপদা লুতুং তারকপা শমগী ফজববু উফোং কৌবী উচেক্কী মমৈগী ফজবগা অদুম্মক চাংদম্নরি । মফমসিদা য়াওরিবা নুজা পুকশিং হুইথাপলম হায়রিবসি খ্বাংগী হুইথরকপা শরুক অদুবুনি । মতৌ অসুম্না 'খুমন কংলৈরোন'দা উফোং মৈগুম শমদোন পোঙনা য়োকএ হায়বগী খুমন নিংথৌ নোংয়ায় শময়োকফবা কৌখিবগী ব্রাফম পল্লি (খু:কং : ৩৬) । 'মোইরাং কংলৈরোন'দা ইব্রাংলোন থোইবীগী মরমদা অসুম্না শৈথারি :

ইব্রাংলোন কায়নৌ শমজিবু য়েংবদি শমলাং নাকতৈ পাংমনা
মম্নিম কোম্থা ফমলেন ইগুম্বী ইব্রাংলোন কায়নৌ নশমজিবু
নদু ঙাংঙোই য়োইমোংবা লূনিং হুক্কুম্বী অদোন লানচেনবম
লয়হনপাংতা হুপনৌ থাঙতপ ব্রায়না চাকথোকপা পোংনু
মচন কুরাও তাউবী শানওনচেক থৌপান উফোঙ মৈঅননা
শমজি মমৈ চেনথোকপি (মো : কং : ২০-২১) ।

ব্রারী মপূংগী নাক য়েংতা থেংনরিবা লমদমশিং চীং অমসুং তুরেলনচিংবগী মরমদা শৈথাদুনা ব্রারী পরীংদগী কোইথোকপা নত্রগা থৈদোরকপগী চংনবী তত্তনা থেংনৈ । মসিনা ব্রারীশিং অসিবু মশা মরেং থন্না উহল্লি অমসুং শৈরেংগী ঈপোম নাইহল্লি । মরম অদুনা লম্মিংলোনগী মরমদা ইরকপদা ব্রারী অমদা ফংলিবগা অতোপ্পা অমদা ফংলিবগা মপূংদদি থোইনা খেন্নরমদে । 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাব'দা কোংবা ঙাচৈথেল গী মতাং য়ৌরকপদা হৈরেম কাঙহৈনু লেমলৈ ঙাপাম্বীনা মপারী নুংবান য়াংহনবনা ব্রাকয়ৈ হিনুংদা থৌবাল তুরেল মতুংইন্না চেম্থ্রবদা চেন্না চেন্না থীকলেল থাদা থুনা ইন্নরকপদা শরেংনা ঈশিংদা মমৈ ফূনা মোংবা উবদা মপারী ওইরবোই নীংদুনা পারী ইবুংঙো নওবু লাউ-ও হায়না কৌরুববু লেমলৈ ঙাবু ওইরম্লবদা হৈরেম কাঙহৈনুনা ঙাদুবু শাওনা চৈখিবদগী 'কোংবা ঙাচৈথেল লিন্দু লৌখোংপাং' কৌখি (লা: ৫) হায়না ইরি ।

হায়রিবা ৱারী অসিমক 'পাঙ্থোইবী খোঙ্গুল' দসু য়াওরি । অসুম তৌনা লাইরিক অনীসিদা শেল্লোই লংমাই চীংগী ফজবা থারকপদসু 'শেল্লোই অমম্ লৈশারোক লংমাই হান্না শাবা চীং চীংলেন খুৎলামখাম, মণ্ডল তরং ৱাংবা চীং, সনা হৈয়াই চীং, য়ুচেংনা নীক্তবা,য়ুহানা হাদবা লংমাই হাতম্বনা ঙাইরোং শিংথাবা চীং' হায়না শৈথারম্মি। অদুগা লাঙ্গোনবু শৈথাবদসু 'চীংলেন খুৎলামখাম অমম্বদা লৈশারকপা মণ্ডল তরং ৱাংবা চীংবু লৈয়ে, । তুবু শেম্বা চীং, লম্বু তাবা চীং, য়ুহানা হাদবা চীং, য়ুচেংনা নীক্তবা চীং' হায়না ইরম্মি (চীঙ্গোইরোল : ১২১)।

মথক্তা পীরিবশিং অসিদগী শৈথাবগী অমসুং শৈশেন্নবগী চৎনপরীং অমগী মনুংদা লৈবাক্কী ওইবা য়ানরবা ৱারী, ইমেজবীনচিংবা অসিগী মপান্তাংদুনা অশৈবশিংনা সাহিত্যগী খূৎশেমশিং পুথোক্লম্মি হায়বা খঙবা ঙম্মি । মসিদসু নত্তনা কায়নবগী অৱাবা মশক উৎপদা পীতঙঙা লীকলু লৌথিবী নুয়াম শাফবীনা মপুরোইবা হোংনেময়োয় খুঞ্জাউবু হাৎপা লাকপশিংদা মহাক নহা ওইরি, মনুং মতম চাদ্রি, কায়নবগী মৈখু লাংবা মতম নৎত্রি, মপুবোইববু হাৎপিগনু হায়খি :

> নমোম ঐবু লাইরেন ইপারিবু শাৎনদরিয়ে । ইমোম তম্ফা
> ৱাংঙমলোনবু ফূয়নদরিয়ে, শীংঙেল ইচু থাউ লৈরাং ইৱাক
> চামদবিয়ে । য়াওৱা শুজা নম তিক্তা লাইকোয় থুংদরিয়ে ।
> (না:ফ:কা: ১৬)

মথংদা অমুক চোথে থাংৱায় পাখঙবনা লৈমা শুনু লেম্বীগা কায়নবা তাববদা শুনুলেম্বীদা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু য়েংবা য়াই :

> মোমনু তাল্লোয় ইরুম্বী নঙবু নপল মবালয়ায়দগীবু
> হোযথিরুববু লোয়দাম থাশিদবিয়ে, য়াওৱা শুজা নমদা
> তেক্তা লাইকোই থোংদরিয়ে । শীংঙেন নচু থাউ লৈরাং
> থাউপী নৱাক চামদরিয়ে । (চো: থা : পা: ১৮)

হায়রিবা মথক্কী ৱাফম অনীসিদা থোইদোকপা ইখেন খেন্নবা উবা ফংদে । অরিবা সাহিত্যগী শক্লোন অমদি অপাবা নত্রগা অতাবশিংগী পূক্নিংদা অশৈবগী পাউদম অদু শকপান্ননা চোংথোকহনবনি হায়বা য়াই । অশৈবশিংনা ফজনবগীদমক নত্রগা ময়েক শেংনা খঙহন্নবগীদমক উপমানচিংবা ৱাহৈ লৈতেংগী মতেং লৌরম্মি । মীওইবগী অৱা নুংঙাইবগী পূক্নিং ঈহুন অমদি

ফজবগী শক্লোন যেক্লকপদা লমদমসিগী মহৌশাগী পোৎলমশিংগী মপান তাংদুনা উৎনবা হোৎনবম্মি। কনাগুম্বগী মপুং মবৈ ফাবকপগী শক্তমবু থাবকপদা 'লাংবন চেঙ্গুম পান্দমগুম তোমশাৎনবী' (পা: খো: ১৭) নত্রগা 'লাংবন কৌখা মনাগুম তোঙ্গানবী', 'হুইদ্রুগুম মপোপ চাউ তিঙ্গোইগুম মনা লেকলে' (না: ফ: কা: ১৬) অসিনচিংবা লৈতেংশিং খুৎলোযনা শীজিন্নবি । কাযনবগী অব্রাবা উৎপদা 'তার্উজিং হৈপূন্মবু ক্কা শুংদাই খাযবগুম', 'চংবী লাবাক শেৎকুম', 'তুবেল ব্রাযখুবীচা মথা ফককুম', (সনামনিক : ১৪) 'লাংলেন কোংযাং ব্রাপূম খাযবগুম', 'তুবেল লৈবায খোইবী তৎপগুম' 'সাব্রা চাজুম ফক্লঙমদা পুনুং সোচৈ হাংনঙমদ' 'শীংলেন শেৎনবা লৈবাং খাইনবা' অসিনচিংবা ব্রাহৈগী মচলশিং শীজিন্নবা থেংনৈ ।

হেমজেং চকপা ঙম্বীনা মহাকপু থাব্রানথানগী যাথংনা হাৎপা তাববদা হার্যখিবা ব্রাহৈশিং অসিগা পীতঙঙা লীকলু লৌথিবীনা মপুবোইববু লংমাই অথৌবশিংনা হাৎপা তাববদা হার্যখিবা ব্রাফমসিগা চাংদম্মদুনা মযেক শেংনবগীদমক অমুক যেংবা যাই :

> মোম্মু খোইমা লাইবক থিবী যামজেং কাশা চাওবী শব্রা তুবোই শোযবী... হাওশী খূদোপ মল্লাইবী শাবল লাংনা কেমলাইবী, পুবা পানখোং নৌশিবী, শাবল নাউদু কেম্লাইবী, বাংলৈ থক্তনা যুপীংবী, তাওজিং চাদনা যাকুম্বী ঙাইবোং তংদনা লৈশবী, শব্রা তুবোই শোইবীবু কবম্না ওইশিবনো ।
>
> (থা: হি: ২৬)

> ঐবু শীংলেন কবম ঙন্না কেম, লৈবাং কবম ঙন্না মল্লো হাযবনো ! হাওশি খূদোপ মল্লাইবা হাওমন লাংনা কেমব্রাযবী তাউজিং চাদনা য়াকুম্বী, ঙাইবোং তংদনা লৈশাবী ব্রাংলৈ থক্তনা যুপিংবী, যামজেং কাসা চাও শব্রা তুবৈ হাঙবীবু ওইবঙৈনে । (না: কঃ কাঃ ১৭)

অকন অথৌগী অমসুং কাযনবগী শক্লোন যেক্লকপদা মীৎমাঙদা শঙশঙ উগদবা ব্রাহৈগী মচল কযানা মূর্ত্তি পান্দুনা চোংথোকহন্নবা তত্তনা হোৎনৈ । 'শমসোক ঙম্বা' অমসুং 'নিংথৌবোল লম্বুব'দা অকন অথৌগী মতীক মথৌনাবু 'কাওবেন

সনখাং তরা লান চুংলেপ হুম্ফু চোং' অসুম্না শৈথারম্মি । য়াম্না নুংঙাইতনা কপহৌই হায়না পাউদম্বগী মহুত্তা 'মালেম খোঙবু থীন থিক্লেন থাগা ফূনা য়াংদৌ তিম্লোক চোংগুম্না মিকপলৌয়ে' অসুম্না অপাবশিংগী পূক্লিংদা অহিংবা শক্তম ওইনা চোংথোকহল্লি ।

অশৈবনা তম্লিবা পাউদম নত্রগা লীরিবা ৱারোল অদু অপাবনা লৌশিনবদা থেক্লা কোইনা, মতম চঙলবসু মসিনা ফজ-নুংঙাইবা পীবগী থোইদোকপা মতেং ওইরমদবদি নত্তে । করিগীনো হায়ববু মতমদুগী ৱাক্‌মশিং অসি খজিক্তনা য়াম্না ফোঙদোকপা ৱাহৈগী মতীং খঙনা শীজিন্নবা ওম্বা মীওইশিংনি হায়বসি মখোয়না ইরম্বশিংনা ময়েক লানা উংলি । খুদম ওইনা খরদং লৌখৎলবদা- 'ঐদি ময়াই কাবদি ৱাংলৈ য়ুবু হেল্লে থকফরোইএ' মীওইবগী 'ঐ' হায়বা নাপনগী ময়াই অসিদি য়ুদগীসু হেল্লি হায়বনি । অদুগা 'সমশোক ওম্ব'দা মৈতৈ নিংথৌগী অৱাৎ অপা লৈতবা মবাং কায়বা মতৌবু 'সেরি মখোঙ পান্দবনা চৎসিল্লকএ, মুংফি মশা পান্দবনা পাইশিল্লকএ' হায়না ফোঙদোকই । তুবী চরাইরোংবগী মমোম চকপা মখাউ ওম্বীবু ঔৱা লৈবাক্তা অওং অউন তমদুনা থিল্লকপদা থৌবাল তুরেল লাম্থোক্লগা তেনজৈ পোকপী য়ৌরবদা ৱাংঙম্লোন অসিনা পোইবৈ মপাম লমদমবু অরোইবা ওইনা অমুক্তংদি য়েংলমগে খন্না ৱাগী খারাথক্তগী মপল লম্বু য়েংলকপদা শেল্লোয় লংমাই চীংবু লাপনা লৈচিন নোংফাই ওইনা উরক্লবদা ৱাংঙম হেকওায় মপাউ চাউনা কপ্লদুনা হায়খিবা ৱাহৈশিং- 'য়েংবা চীংনা খল লাম্বা সানা তেল্লে । অহিং সমু খোঙনা তাম নোংখিল চেংলৌ মিৎনা ৱাৎলে'। ওম্থোক্লা ফজবা অশৈবগী খূৎশেমনি । মতৌ অসুম্না 'পারি লংমাই চৈল্লে য়াঙবা নোংয়ায় লাংগোন শোয়দবা, নুংবান নাউয়োকফবা' হায়না নাউথিংখোংবু মশক তাক্লকপদা হৌখ্রবা থৌদোকশিংগী শাংলবা ৱারীবু পরেং খরতদা উৎপা ওম্মি ।

মতৌ অসুম্না ৱাহৈ খরদংনা য়াম্না ফোঙদোকপা ওম্বগী মতীক মঙন অসি অরিবা সাহিত্যগী মতাং কয়াদা থেংনদবা নত্তে । খুদম ওইনা, লৈ মখল কয়াগী মরমদা ইবা 'লৈরোন' গী হৌগৎলকপদা য়ে ন্নীংথাগী ফজববু শৈথারকপদা 'কুরাও কৈয়া শাবনা য়াইথোঙ লোল্লক্লে' হায়না তিংখং মরক্তা ঙাংনা শাৎপা কুরাও মপানগী ফজববু ঈ তৈরবা কৈগী ময়া পরেংগা মান্ননা উৎলকপা, মহৌশাগী অথোৎপা মতৌগা পাঙ্গল থৌনাগী মতীং থুদোক্লবা শক্তমগা য়ানশিন্নদুনা শেন্লবা ৱাখলচাউবা অশৈবগী হৈশিংলবা খূৎশেমনি হায়বা তাই ।

# অরিবা মণিপুরী ৱারেং: হীরম অমসুং মীৎয়েং

মতমগী মতুংইন্না হোংলক্লিবা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী য়াওনগা লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যদা অহোংবা কয়া থোরকই । নৈনবদা খুদোংচানবগীদমক লীশাং শিংনা চেষ্টুরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলবু খেন্নবা মত কয়া লৈরবসু অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা থম্বা য়াই । চাউরাক্লা অঙনবা মতমদগীনা তরানীপাল শুবা চহীচাগী মমাঙগী মখেবু 'অরিবা', তরানীপালশুবা অমসুং তরামাপলশুবা চহীচাবু 'ময়ায়চনবা' অদুগা মসিগী মতুংবুনা 'অনৌবা' মতমনি হায়না লৌনরি । অঙনবা মতমগী লমদমসিগী মীওইশিংগী পুন্সীগা চেংনা থাগোন্নদুনা হৌরক্লবা লাইৱা লাইশোন, লাইতিনগী থৌরমগা থাদোক্লবা য়াদ্রবা ঈশৈ নোংমাইশিং অয়াম্বা অরিবা সাহিত্যগী মচাক ঙাক্তনি হায়বা য়াই । মতুংদা শৈথাবগী, পাউদম্বগী অৱায় অখুমগী, ৱারী ৱাতাই শাবগী মচল কয়া হাপচিল্লক্তুনা শারেপ ফারবা ৱারী, ৱারী ঈশৈনচিংবা ওইরকখি । মতৌ অসুমনা মরেপ তাল্লকখিবা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী শাহৌদি তাংথক নাইবা শৈরেংগী ঈহুনগা অদুমক শগোন্নরকখি । মণিপুরগী অঙনবা মতমগী ৱারেংগী লাইরিক্লি হায়না লৌনরিবা লাইরিকশিং ফাওবদা তাংথক নাইবা শৈরেংগী লীপুন্দগী খক মপূংফানা নাম্ভোরকপা ঙমখিবা নত্তে ।

সংস্কৃত সাহিত্যদা কাব্যবু ৱারেং (গদ্য) অমসুং শৈরেং (পদ্য) হায়না খায়দোক্লবসু মদুনা কাব্যবু মশক লেপ্নবগী মরু ওইবা পান্দমদি নত্তে । অঙনবা মতমগী ভারতকী মশক্লাইবা সাহিত্যদা ৱারেং য়াম্না তাঙনা থোক্লম্মি । অয়াম্বা মতমদা শৈরেং ৱারেং য়ান্নবা ইবগী চৎনবী  য়াম্না পাম্নরম্মি (ৱিনতর্নিদজ, ১৯৭৮ : ১০) । তরাতরেৎশুবা চহীচাগী বৈষ্ণব  কবিশিংনা ব্রজভাষাদা ৱারেং ইনবা হোৎনরকখি । অদুবু ছন্দগী অরেপ্পা মশক লৈতবা ৱারেং শৈরেংগী

মবক ওইনা তৌবা অবিবা সংস্কৃতকী সূত্রগী মওং লৌবন্মি (সেন, ১৯৭৯ : ১৪৮) । মতৌ অসুম্না অঙনবা মতমগী লমদমসিগী ইবল্লিবশিংদা শৈবেংগী মগুণ চেনবা ৱাহৈ, তাংথক নাইবা ৱাহৈ পবেংনা মপূং ওইনা শীজিন্নবন্মি । মবম অদুনা অশাংবা ৱাবী ঈশৈশিংদদি শৈবেং অমসুং ৱাবেংগী তাংদাংবা মশক লৈবমদে হাযবা যাই ।

*হীবম :*

অইবগী মিং, ইখিবগী মতম যাওবমদবা অঙনবা মতমগী লাইবিকশিংবু লোন, খূৎই, হীবম, ইতিহাসকী ওইবা থৌদোক অমদি মীশকশিংদগী মতম লেপ্পবা হোৎনৈ । অসিগুম্বা থৌবাংশিং অসিগী মতেংনা অখণ্ড অহৈশিংনা চাওবাকপা মতম লেপ্পবা হোৎনবদা তাংদাংবা মতম লেপ্পা ঙমদবগী খুদোংচাদবা কযাসু মযোক্লদবা নত্তে । অদুম ওইনমক ৱাবেংগী মশক্লা হেন্না যাওই হাযনা লৌনবিবা লাইবিকশিংগী হীবম লৌখৎত্রিঙৈগী মমাঙদা অঙনবা মতমগী অশৈবশিংনা কবম্বা হীবমদা পূক্লিং চঙলম্বগে হাযবদু চাউবাক্লা মবি থোক্লা খাযদোক্লুনা যেংবা যাই : (ক) লৈবাক নিংথৌগী থবক অমদি লাইনীং লীচৎ অমদি, (খ) মহৌশা, (গ) নুংশি নুংওন অমসুং (ঘ) অকল অথৌ ।

(ক) 'পান্থোইবী খোঙ্গুন'দা' পান্থোইবীবু 'খাগেম্বা লাঙজে'দা তাইবঙ খাইববু 'নোংশাবা লাইহুই' দা নুংঙাই যাইফবা পীনৈ হাযনা থাজনবা লাইনিংথৌ নোংশাববু শৈথাবগী ৱাবোল যাওবি । মতম অসিদা কবিগুম্বা অখন্নবা লাইনীংবু চাওখৎনবা হোৎনবম্বগী ঈঙ্গিৎ উবা ফংই । 'শাকোক লমলেন', 'খম্মোই যাংমোই', 'লৈথক লৈখাবোল' লাইনীং লাইশোনগী, লীচৎ শাজৎকী মক ওইনা লৌশিং পীনবগী মীৎযেংগা মবী লৈনবা লাইবিকশিংনি ।

(খ) মহৌশাগী মবমদা শৈথাবা মৈতৈ অশৈবশিংগী নীংথিববা খূৎশেমশিংগী মনুংদা 'থাবোন'সু অমনি । অৱাং ভাবতকী মশক্লাইবা লোনশিংগী সাহিত্যদা থা তবানিথোইগী মনুংদা প্রেমিক প্রেমিকাশিংগী কাযনবা উনবগী অৱা নুংঙাইগী শক্লোন 'বাবহমাসী' দা যেকপগুম্না মৈতৈশিংনা থা তবা-নিথোইসিদা কবম্বা ঈবাৎ থৌনী তৌগদগে হাযবগী মাইগৈদা মীৎযেং চিংশিল্লি লোয়ননা থাশিং অসিদা ওইবিবা পূক্লিংগী ঈহুলবুসু নীংথিনা শৈথানবা হোৎনৈ ।

(গ) 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল' দা নোংপোক নিংথৌ অমদি পাঙ্গলগী তুনফম ওইরিবী পাম্ভোইবীগী মতীক মগুণ শৈথাদুনা তক্ষ। ৱাংঙমলোন অসিবু হুইয়েন লাম্লেমাগী থাক্তা পুখৎনবা হোৎনরবসু মপুঙদদি নোংপোক পাম্ভোইবী অনীগী নুংশি ৱারীনি । 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা' অমা নত্রগা অমা ওইরবসু পুন্সী পিখম্ন খিবা লংমাইচনু পীতগুঙাগী অৱা পোলোই ৱারীনা অপাবশিংগী পূক্লিংদা কোকগুমদ্রবা ফজ-নুংঙাইহবগী মচু শঙদুনা লৈহৌই ।

(ঘ) লমদমসিগী অঙনবা মতমদা পাল্লম্বা কাঙলুপশিংনা পাঙ্গল থৌনাদা মপান তাংদুনা মরৈবাকপু য়েক্লবদগী ঙাক শেন্নবা পুন্সীগী অচেৎপা ফিরেপ লৌদুনা মশাগী কাঙলুপকী ইকাইখুম্নবা ঙাক্লবা হোৎনবগী ময়েক লারবা খুদম 'চায়নরোল'দা উরি । মসিদসু নত্তনা অথৌ লীচা হেম্পা থায়াং কোন্দাই লোনবশিং অসিনা অচুম্বা ৱায়েন ফংনবগীদমক চায়না খোংফেন্নদুনা অঙম্বনা মায়থিরবা য়েক্লবগী মঙক কক্তুনা চিংনবা লৈতনা পুখিবগী অকি তুজুংলবা ৱারী কয়া উৎলি । য়োইমোংবা অমসুং তাউথিংমাং নিংথৌমচা অনীনা ইম্ফাল অমদি ঈরিল তুরেল তেংখিবতা নত্তনা কাকয়েন মীঙম্বা নমু পোংজেনববু হাৎখিবগী অঙকপা নুংঙাইবা ৱারী 'তুতেংলোন'দা য়াওরি ।

লৈশেম নোংশেম্বা অমসুং থৱায় পানবশিং হৌরকপগী ৱারী 'লৈথক লৈখারোল'দা নৈনরিবা হীরমশিংগী মরক্তা অমনি । ঈশৈ অমদি লাইশোল তিনশোলগী শরুক য়াওদনা অতৈদি ৱাবেংদা ইবনি লৌবা য়াই । মথক্তা য়াম্না শুপচিন্না থমজরিবশিং অসি অঙনবা মতমগী অশৈবশিংনা লৌখৎলম্বা হীরমশিংনি । অদুম ওইনমক ঐখোয়না লৌখত্তুনা নৈনরিবদি থোইদোক্লা অখঙ অহৈশিংনা ৱারেংগী শক্লোন্না মপূং ওই লৌনরিবা 'পোইরৈতোন খুম্ভোক', 'নুমিৎ কাপ্প'নচিংবা লাইহরিকশিংগী মরমদনি । মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমগী থোইদোকপা মশক অমদি ময়েক শেংনা খঙহন্নবগীদমক অমসুং ফজনবা লৈতেং ওইনা অর্থ মান্নবদা তোঙান তোঙানবা ৱাহৈ অনী নত্রগা অনীদগী হেন্না হঞ্জিন্না শীজিন্নবগী মওং অসিনি। অর্থ মান্নবা ৱাহৈশিং নত্রগা ৱাহৈ কাংলুপশিংদা নত্তনা করিগুম্বদা ৱাহৈ পরেংশিংদসু অনী পূন্না চৎমিন্নবগী মওং উবা ফংই : 'নুমিৎ মমায় মরুকএ, থবী মমায় তাইএ । নুমিৎ মশেক লুরুনা থবী মমায় হেননবা, নুমিৎ মচুপ শাবু সাপিকে' । (নু: কা: ৪১-৪২) । মসিদসু নত্তনা

ক্রিয়াগী মশক্তা সফিক্স য়াওদবা বাউন্দ রুটশিং হেক হেক শীজিন্নবনা শৈরেংগী মশক মান্নবগী মরম ওইহল্লি । খৃদম ওইনা : 'হুইমু মনুং লৌ, মেনাং মনাক মেৎ, য়েনপু মনুং লৌ সদু মান্দে লৈনা ফোইনা' (তুতেংলোন : ২৩) । লীরুং খোংচি তিং, লকা তেনমৈ লাকনা; কোংয়াং তংখায় লৌ, লাংলেন মচেৎ খায়খিয়ে অসিনচিংবা ।

মওং অমা নত্রগা অমদা ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) নিংথৌগী মতমদগী লৈরক্লে লৌনরিবা 'চৈথারোল কুম্বাবা' সাহিত্যগী খৃৎথা নত্রবসু ৱারেংদা ইরম্মি । লাইরিক অসি মতুংগী নিংথৌশিংগী হাকতক্তা ইথোকখিবা অমসুং মতম মতমগী ওইবা লৈবাক নিংথৌগী মরুওইবা থৌদোকশিংবু মথংশিংনা লাচনবগী ওইথোকপা লৈরবসু হান্নগী ইখিবগী চৎনবীদি ঙাক্লা থল্লবা য়াই । হৌজিক্কী মতমগী ৱারেংগী মশক্তগী য়াম্না খেন্ননা উরবসু অরিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা 'পোইরৈতোন খুন্থোক' অমসুং 'নুমিৎ কাপ্প'দা ৱারেংগী মশক উবা ফংই হায়না লৌনরি । অহানবগী লাইরিক অসিগী ইবস্পগী মতম তাংদাংবা লেপ্পা ঙমদ্রবসু চাউরাক্লা নীপালশুবা চহীচাদা পানখি লৌনরিবা মৈদিংঙু নাউথিংখোংনা লুৱাং নিংথৌ পুঙ্গিবগী মফমদগী, লৈবাক্কী অমদি লাইরোন তিল্লোনগী অকবা ৱারোল কয়া তমখিবগী মনুংদা 'পোইরৈতোন খুন্থোক'সু য়াওই হায়বসি 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা' কৌবা লাইরিক্তগী খঙবা ঙম্মি । ৱারীসিগী মপূং ওইবা হীরমদি পোইরৈতোন অমসুং মাগী খোঙলোইশিংনা তাইবংদা খুন্থোরকপা, মীওইবনা নাদ-য়েক্তবা অমদি শিদবা মফম অমা থিরকপনি । মসিগা লোয়ননা খোঙচৎ অসিদা অৱা অনা কয়া থেংনখিবগী তোঙান তোঙানবা লমশিংগী মমিং থোনখিবগী লম্মিৎলোনগী ৱারী য়াওরি । অঙনবা মতমগী সমাজ অমসুং পুন্সী মহীংগা চানবা নীংথিরবা মীৎয়েংনি ।

নিংথৌনা মীয়ামগী মপী মপানি, লৈবাক্কী চঙদবা য়াদ্রবা লৈতেংনি । লৈবাক মীয়াম য়াওদ্রবা নিংথৌ, নিংথৌ য়াওদ্রবা লৈবাক মীয়াম অৱাবগী মশক্লি । খ্বাই নুংজেংবম পীবা য়েকমা হাওদংলানা নুমিৎকুম মশেক মঙান চাউরবা নিংথৌ মচীন মনাও অনীগী মীনাই ওইবদা নুংশিরবা মচা অমদি মাগী নুপীবু নিংথিনা নাওকোঞ্জবা ফংদবদগী খাঙবা ঙমদ্রদুনা মচীন মনাও অনীগী মরক্তগী তাউহুইরেং অহনবা ওকলেন লাবা লৌচঙববু তেন্না কাপতুনা হাৎনবা

হোৎনখিবগী ৱারী নুমিৎ কাপ্পদা উৎলি । নুমিৎনা কিদুনা লোৎপ্রবদা তাইবংপান পূম্বা অমম্বগী মশক ওইখি । তরা লৌকুম্বা, শীংজা ৱাকোইবা, য়েল্লাং থৌচৎপনচিংবা হিংবগী মরু ওইবা শিল্পা পুম্বা লেপ্পা তাখি । হৃরান টিন্থি কনখৎলকখি । মরম অদুনা লৈবাক্কী চৈবাক ৱায়েন চূপ্পি পায়দুনা লৈঙাক থৌদাং পাংথোকহন্নবগীদমক নুমিৎ সনা খোমদোনবু অমুক লৈবাক্কী মপু ওইহনখি ।

মৈতৈগী মহৌশাগী চৎনরকপা ফিজেৎ চাকচা, চৎনবী, লাইনীং লাইশোনগী চাউরাকপা শক্তম অমা 'শাকোক লমলেন'দগী উবা ফংই হায়বা য়াই । চপ চাবা প্রমাণ পীবদা নোপ্পা থোক্লবসু মৈদিংঙু খাগেম্বগী মফমদা লাঙ্গোন লুখোই, য়ুম্নাম তোম্বা, খাইদেম তোম্বা গুরু অহুমনা হায়খিবা ৱা ওইনা লাইবিকসি ইরম্বনা নিংথৌসিগী মতমগীনি হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা লৌনৈ । মমাংঙৈদা কৌরম্বা লমদমসিগী মিংশিং নাওফংবগী মতমদা পাংঙল থোরকপা, অশাংবম লাইবগী মতেংনা কংলা শাখিবগী ৱারী, লমদমসিদা চৎনরম্বা পোৎলোইবা মখলগী মবমদসু ইবম্মি ।

> 'পোৎলোই মরি সুইএ । অমদি নুংশিৎকী পোৎলোইনে । অমদি ঈশিংগী পোৎলোইনে । অমদি মৈগী পোৎলোইনে । অমদি লৈবাককী পোৎলোইনে । নুংশিৎকা ঈশিংগা লৈবাককা অহুম্মক্তি সিথিনও । মৈদি সিথিনফবোইএ । মৈ কোইয়ো । নুপানা মঙাবক কোইযো । নুপীনা তকক রক কোইয়ো । (শা : লম: ৭)

মীওইবদা কান্নগদবা হকচাং শাজেল, পাঙ্গল য়োক্তুনা নাদ য়েক্তনা থম্বগী লাইৱা লাইশোল, পোকপা অমসুং শিবগী মরমদা 'খম্মোই য়াংমোই'দা নৈনৈ । চাউবাক্লা মৈতৈগী অরিবা থাজবা, লাইনীংগী মরু ওইবা শক্লোন য়াওবা লাইবিক্লি হায়বা য়াই ।

*স্তাইল :*

অবিবা মতমগী ইরম্বশিংসি চাউরাক্লা মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই । অহানবদা ৱারী পরীং অমগা শগোন্নগা চৎপা, 'পোইরৈতোন খন্থোক', 'নুমিৎ কাপ্পা' নচিংবা অশাংবা ৱারীশিং; অনীশুবদা-লৌশিং পীনবা নত্রগা পাউজেল

শীনবগী মওংনা পান্দম ওইবা 'শাকোক লমলেন', 'খম্মোই য়াংমোই' নচিংবা লাইরিকশিং। চৎনবী অমা ওইনা অশাংবা ৱারীশিংদা শৈহৌ, চৎথরকপদা উৎপা, ৱারী মপূং, অমসুং শৈরোইগী শরুকশিং য়াওনা ইরম্বা থেংনৈ। তৌইগুম্বসুং শৈহৌদা অইবনা তাইবং মপুবু নত্রগা নিংথৌবু লৈশী লৈথোনবগী মওং অদুদি চন্দ্রসিংহনা সম্পাদন তৌবা 'পোইরৈতোন খুম্ভোক'তদি উবা ফংদে। মদুগী মহুত্তা 'খানিংপা হোঙনতে মিকোনপা হোঙনতে। খানিং মিকোন অমা তৈবদি ইয়ুবা চিঙখোঙ পোইরৈতোন মখুরোনপু কোনপানে' অসুম্না ইরম্মি। লাইরিক অসিগী ৱারীগী পরীং শেম্বদা ৱারী ৱাতাই শাবগী নত্রগা অৱাই অখুমগী পাম্নে তত্তনা লৌরম্মি। লমশিংগী মমিং থোনবগা মরী লৈনবা লম্মিৎলোনগী মতাংদসু অৱাই অখুমগী মতেং লৌরম্মি।

> লোইপী পানফৌ চিঙও কৌপাতী কতৌনোংকিনো ? ঈয়ুৱা চিঙখোঙ পোইরৈতোননা চয়রৈ ময়িনফিবু কোরৌ নোংশামৈতা ফৌরময়ে, অদু নোংগীবু লোইবী পানফৌ চিঙও তৌনা কৌএ। (লা: ২৩)

অঙনবা মতমদা অশৈবনা করিগুম্বা অমা শৈশেম্বা নত্রগা লেংবগী থবকসি অরুবা থৌরম অমা পাঙথোকপগুম খন্নরম্মি। মখোয়না মশাগী ওইবা অনৌবা মীৎয়েং হাপচিন্নবা হোৎনবগী মহুত্তা মহৌশাগী চৎনরকপা পরীং অদুগী মনুংদা ময়াম্না শীজিন্নবা ৱাহৈ, ৱাহৈ পরেং অমসুং ৱাহৈগী লৈতেং উপমানচিংবা শীজিন্নে। অশৈবদগী অশৈবগী নীংথিরবা খূৎশেম অদুনা হেন্না মরু ওইরম্মি। কাঙলুপকী ওইবা চৎনবী, পুক্নীগী থৌদাং কয়া পূন্না শরুক য়ামিন্নবগী অপূনবা মীৎয়েং উৎপনা হেন্না মরু ওইনা লৌরম্মি হায়বা য়াই। ফজবা অমদি নুংঙাইবা পোকহন্নবগীদমক কোইথোক্ল অমসুং লোৎশিন্দুনা উৎপা খূৎশেম চৎনরম্মি। 'পোইরৈতোন খুম্ভোক' কী অহানবা শরুক ইপিসোদিক এলিগরী ওইনা হৌরকই। 'নুমিৎ কাপ্প'গী ৱারীসু নুং অমসুং পানগী ঈচেল অনী থোক্লা উৎপা নীংথিরবা সাহিত্যগী খূৎশেমনি।

অঙনবা মৈতৈগী ইরম্বশিংদা তরাতরেৎশুবা চহীচা য়ৌরকপদগীদি অতোপ্পা লোনগী ঈথিল অদুক হাক্লা কন্না লৈত্রবসু মরু ওইনা ইন্দো-অরিয়ান লোনগী নাশোন খরমখৈ ফংবা হৌরে। ইরম্বগী মতম তাংদাংবা খঙবা ঙমদ্রবসু

লাইরিক খবদি লাইরিকশিংদা য়াওরমলিবা ইতিহাসকী মরুওইবা থৌদোক অমদি মীশকশিংদগী চাউরাক্লা মতম লেপ্লা ঙমলে । অবিবা লাইবিকশিংদা নাউন অমসুং ভর্ব পুনশিন্দুনা নত্রগা সফিক্সনচিংবগী মতেংনা অশাংবা ভর্বকী ফোর্মশিং শেল্লম্বা থেংনৈ । খুদম ওইনা 'তাবা';'খুম্বা', 'খাম্ব'গী মহুত্তা 'নাতাবা', 'পাউখুম্বা' অমসুং 'থৌখাম্বা' হায়না ইরম্মি । কবিগুমবদা 'ঙাম' হাযবা ৱাহৈসি শীজিন্নদুনা শাংদোকহল্লম্বসু থেংনৈ । 'পাউহংএ', 'কদৌবগী' 'পৈবা' হায়বগী মহুত্তা 'পাউহংঙামএ', 'কদৌঙামব'গী অমসুং 'পৈঙামবা' হায়রম্মি । 'লোয়ননা' 'লোইনবনিনা''ওইরবনিনা' হায়বগী মহুত্তা 'চৈলোয়ননা', 'চৈলোইনাপানিকিনা', 'ওইপনিকিনা' অসুম্না ইরম্বা থেংনৈ । ৱারী ৱাতাই শারকপদা শীজিন্নবা 'হোই', হায়বা ৱাহৈগী মহুত্তা 'হোইতা' হায়না শীজিন্নরম্মি । লৈনুং থোঙঙারেননা 'সাপী নঙতি করি পোংনো' পাউহংবদা সবীনা 'হোয়দা ঐতা তাইপঙ পোংনে খুমখি' 'কৌএ' হায়বা ফাইনিত ভর্বকী মহুত্তা 'ও' নত্রগা 'ও-তৌনা কৌএ' হায়রম্মি । মরক মরক্তা 'হায়বা খংও' 'অদুসু মদোমদে' হায়বা ৱাহৈ কাংলুপশিং শীজিন্নরম্মি ।

ফজনবা লৈতেংগীদমক নত্রগা ময়েক শেংনা অর্থ খঙহন্নবগীদমক অরুবা ৱাহৈশিং শীজিন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা ৱাহৈশিং অদুগী অর্থ খঙহন্নবা হোৎনৈ । 'শেনবী কবোনা ৱাংলৈ খরুঙবুদি হাইও কৌএ । ৱাংলৈ খরুঙমাবু কুচাঙময়ে । অদু নোংগীবু হাইনু ও তৌনা কৌয়ে' (পো: খুঃ ৩৭) । হয়িঙৈদা লাইজা অথেনববু 'অশনবা' কৌএ ।

*মীৎয়েং ঃ*

করম্বা মতমদগী হৌনা লৈবাক অসিদা অইবা লাইরিক পুথোক্তুনা চৎনবা হৌখিবগে হায়বগী অরেপ্লা মতম হায়বা ঙমদ্রবসু থেংলবদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম ১৬১৬ তা চৈথারোল কুম্বাবদা অহানবা ওইনা লাইরিক থোকহনখিবগী মতম পল্লম্মি । নিংথৌসিগী মতমদা হান্না চিনবুংদা লৈরম্বা লৈবাকী মরু ওইবা ৱারোল কয়াসু ইথোকলম্বা য়াই । চহীচা অসিদা নোংশাবা, পাম্থোইবী অমসুং পাখঙবগী লাইনীং মকা ফোংনা থোকরপা হৌখি । মসিগা লোয়ননা অথোইবা তাইবং মপুগী মীৎয়েং চাওখৎলকপা উবা ফংখি । মৈতৈ লাইনীংদা লাইৱা লাইশোন ঈরাৎ থৌরম্লা হেন্না মরু ওইরম্বদগী লেঙলি পাল্লিবা তাইবঙবু শেল্লিবা

মহাক অদুবু থিনবা হোৎনবদা অফবা লীচৎ, লৌশিংগী মরুওইবা মফম হেন্না লৈরকখি।

> নবুধৌ পাখঙবদি চক খূদিংদা মীসুং মীওইএ । লাইশু ওইএ । অসুম্না খঙও । নপুরেন শিদবা অসিদি মরোল অহুমমক্কী মপু লাই খিবিককী অথোইবা মহাকনে । ... পাখঙবা লাইনীং হায়বদি থৱায় খঙবা, চাকচা ভৌখিবা ... অসিগুম্ববু নবুধৌ পাখঙবনা হরাওয়ে । (শাকোক লমলেন, লাঃ ৩১-৩২)

মতমসিগী লাইরিকশিং 'খাগেম্বা লাঙজে', 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল', 'লৈথক লৈখারোল' অসিনচিংবদা নোংপোক অমসুং পাম্বোইবীবু শিব অমসুং দেবীগা মান্নহন্নবা হোৎনরকপগী অমদি হিন্দুগী লাইনীংগী ঈচেল হায়জিল্লকপগী মমি তাবা উবা ফংই । অদুম ওইনমক হৌখিবা মপোকক্কী কর্ম্ম ফলগী ৱা, পুন্সীবু অৱাবগী মশক ওইনা লৌবা মীৎয়েং অদুদি অরিবা মণিপুরী সাহিত্যদা ময়েক শেংনা লৈতে । ফিদমদগী তাইবং পুন্সীদা হেন্না থাজরম্মি । মরম অদুনা মখোয়না অচুম্বা অমসুং ফজবদা থাজবা থন্নবসু মতম চুপ্পদা অচুম্বনা মায় পাক্কনি হায়বগী মীৎয়েংদি নৎলমদে । 'পোইরৈতোন খুন্থোক' তা অঙনবা মতমদগী হৌনা মীওইবনা মপান্নাইদ্রবা মহৌশাগী পাঙ্গলবু খুদুম চন্নিংবগী খৌরাংবগী মমি তাবা উরি । পাঙ্গল লিংজেলদা থাজবা পুন্সীগী মশক, লৈবাক অমসুং নিংথৌগী অচেৎপা মরী, মীয়ামগী লৈঙাক মপুগী পাঙ্গলদা ইকইখুম্নবগী মীৎয়েং 'নুমিৎ কাপ্প'দা উবা ফংই ।

তাইবং মপুনা নিংথৌগী মচা ওইনা লাংওনবা মতমদুগী থাজবা ৱাখল 'খাগেম্বা লাঙজে' দা য়াওরি । মসিদসু নত্তনা তাইবং মপুগী অনীংবা মতুং ইন্না কোরৌ, মালেম, তাইবং, থৱায় পানবনচিংবা শেমদুনা শাগে শলাই শেমলকখিবগী ৱারী 'লৈথক লৈখারোল' দা উৎলি । মৈতৈশিংনা হকচাংবু লেংলী পাল্লিবা জগৎ অসিগী অপিকপা তাইবং অমা ওইনা লৌবগী অথূপ্পা ৱাখল মীৎয়েং 'খম্মোই য়াংমোই'দা তারি হায়বা য়াই ঃ- "খম কৌবদি শিখি খমখিববু কৌই । য়াং কৌবদি পোক্লক শাৎলকপবু কৌই ।" মতৌ অসুম্না

অঙনবা মতমগী ইরম্বশিং অসিদা মৈতৈগী থাজবা অমসুং দর্শনগী অচেৎপা ৱাফম কয়া য়াওরি অমসুং লৌশিংগী থোঙ হাংদুনা থম্লি ।

*ৱারোই ঃ*

মথক্তা নৈনখিবসিদা পল্লিবা লাইরকশিং অসি ৱারেং ওইনা য়েংলবসু কনাগুম্বনা শৈরেং ওইনা য়েংদবসু নত্তে । করিগীনো হায়ববু মতমসিগী ইরম্বশিংদা করিগুম্বদা ৱারেংগী শক্তোন উবা ফংলবসু মওং তানা শাগৎলবা ৱারেংগী মশক ওইদ্রি । মহৌশাগী চৎন-পরিংদা শৈরেং-ৱারেং শাগোন্নদুনা ইবগী পংখৈদগী মনীং তম্লা নাম্বোরকপা উবা ফংদ্রি । মসিগীসু মথক্তা মৈদিংঙু খাগেম্বগী (১৫৯৭-১৬৫২) মিং পল্লম্বা নিংথৌসিগী মতমগীনি লৌনরিবা ৱারেংনি হায়রিবা লাইরিকশিংগী মতম লেপ্লদা লুনা থোকপা মতাং য়াওরি । মবম অদুনা অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবদা ৱারেং শৈরেংগী খেন্নবা মশক উৎপদগী অনীমক্কী খেন্নবদা অকুপ্পা মীৎয়েং থমলুদনা সাহিত্যগী মশক লেপ্পবা হোৎনবনা হেন্না চূনবা হেনগনি ।

# ময়ায়চনবা মতমগী মণিপুরী শৈরেং

মণিপুরী সাহিত্যগী ময়ায় চনবা মতম হায়রগা চাউরাক্লা চহীচা তরানীপাল অমসুং তরামাপননা কোল্লিবা মতমবু খঙনবা য়াই । অঙনবা মতমগী লমদমসিগী মীশিংনা পুন্সীগী শিন্থা পাঙথোক্লবা, খুদোংথিবা অকিবদগী নাম্থোক্লবা, মতীক ময়াই চেল্লবা লোন শীজিন্নদুনা শোন্না শক্লরম্বা লাইৱা লাইশোনশিং অরিবা শৈরেংগী মশক্কি লৌনরি । 'ঔগ্রী' 'খেঞ্জো' 'সনা লমওক' 'অহোঙলোল'নচিংবা অরিবা শৈরেংশিং অরুবা লাইরোল ওইনা লুনা তৌনরি । চহীচা তরানীপাল হৌরকপদা লমদমসিগী লৈবাক মীয়াম্না হিন্দু লাইনীং লৌখিবগা লোয়নননা সাহিত্যগী লমদসু অহোংবা কয়া লাকখি । অনৌবা লাইনীংগা মরী লৈনবা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগী লাইরিকশিং মৈতৈরোলদা ইথোকখিবগা লোয়নননা লোনশিং অসিগী ঈথিল হেন্না কনশিল্লকখি । মতমসিগী অয়াম্বা ইরম্বশিংদা অইবগী মিং, ইবগী মতম থানরকখি অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসতা য়াম্না মরুওইবা তাংকক অমা ওইখি । মসিগী মমাঙদা ইরম্বশিংদা ইবগী মিং, ইবগী মতম য়াওনরমদে ।

মরুওইনা হিন্দুগী লাইনীংগা মরী লৈনবা অশাংবা ৱারী ঈশৈশিংদা হোংলক্লিবশিং অসিগী খুদম খরা হেন্না শেংনা উবা ফংই । শৈহৌগী শরুক্তা অথোইবা লাইশিংবু অমসুং নিংথৌবু খুরুমদুনা হৌবগী চৎনবীগী মনুংদা হিন্দুগী লাইশিংদা অশৈবগী থাজবা অমদি চঙজবগী ৱাখল উৎপা অহানবা ওইনা হৌরকখি । মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না হীরম, লোন অমদি খুৎইদা অহোংবা কয়া থোরকখি । অইবগী ৱাখলনা শাগৎপা মীয়াম্না থাজনরবা থৌদোক ৱারী কয়া ইরকখি । ময়ায়চনবা মতমগী ইরম্বশিংদা অইবগী মিং হাপ্পরকপনা মতমদুগী লাইরিকশিং মতৌ করম্না ইরম্বগে হায়বদু খঙবা ঙম্নবগী মরম ওইহল্লি ।

অয়াম্বা ইরম্বশিং অসি মীশক অমত্তগী খূৎশেম ওইবগী মহুত্তা অনী নত্রগা মসিদগী হেনবা মীশকশিংনা পূন্না হোৎনমিন্নবগী পোৎথোক ওইরম্মি । অয়াম্বা মতমদা মশানা ইজবগী মহুত্তা অরেংবা অমসুং কলম পায়দুনা ইবা কাঙবু অনী থোক্লম্মি । অসিগুম্বা ফিভম অসিদা লন্নাইগী মীৎয়েং উৎনবা হোৎনবগী মফম য়াম্না ৱাৎনা লৈরম্মি ।

মৈতৈগী অরিবা ইরম্বশিংদা লৈথেৎ হাপ্তুনা তাংথক নাইবা ৱাহৈ পরেং নত্রগা ৱাহৈ কাংলুপ খন্দুনা ইবগী লীরি খোইরিবা মোং হাদবা মশক অমা তত্তনা উবা ফংই । মতৌ অসুম্না ময়ায়চনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদসু অরিবা নত্রগা পারিবশিংদা ফজবনা পোকহনবা নুংঙাইবগী ইহুন য়াকাইহন্নবগীদমক থেক্লা কোইনা অমসুং শাংদোক্লা ৱাহৈ পরেং শেম্বগী মওং উবা ফংই । মহৌশাগী শক্তম অমসুং মখল মথেলগী পূক্লিংগী ঈহুন য়েক্লকপদা, নীংথিরবা লমদম কয়াবু শৈথারকপদা হান্না চৎনরকপা ৱাহৈ লৈতেং উপমাশিংদগী লৌখত্তুনা শীজিন্নরম্মি । মান্নবা খোঙফমদা, মান্নবা শক্তম অমদি ঈহুনশিং য়েক্লকপদা অনৌবা মচল য়াওরবসু মপূংদদি ইখেন খেন্নদনা থোক্লম্মি । অনৌবা হীরম অমসুং মীৎয়েং য়াওবা অনৌবা খূৎশেম পুথোক্লবসু হান্নগী চৎন-পরীং অদু ঙাকপনা হেন্না পাম্লবগুম তৌরম্মি । কাঙলুপকী ওইবা অপূনবা মীৎয়েং পুন্সীগী থৌদাং পূন্না য়ামিন্নবগী মঙাল মতমদুগী ইরম্বশিংদসু তারম্মি হায়বা য়াই । ময়ায়চনবা মতমগী হোংলক্লিবা মরুওইবা শক্লোনশিং অসিগী মমি শৈরেংগী মশক নাইনা শেম্লবা সাহিত্যগী মচলশিংদা কদায়ফাওবা তাখিবগে হায়বসিসু নৈননিংঙাই ওইরি ।

সাহিত্যগী মীৎয়েংদগী মমল লৈনা লৌনরিবা ময়ায়চনবা মতমগী 'নুংবান পোম্বী লুৱাউবা' 'চোথে থাঙৱাই পাখঙবা' 'সমশোক ঙম্বা' 'ধনঞ্জয় লাইবু নীংব'নচিংবা লাইরিকশিংদা শৈরেংগী ফজবা মচল য়াওরবসু শৈরেংগী লাইরিক্লি হায়রুবদি য়ানিংদবা কাঙবু থোরক্কনি । অদুগা অমরোমদা অমুক শৈরেং নত্তবা মতমদুগী ইরম্বা খূদিং ৱারেংনি লৌবসু লানগনি । শাংথ লেংথা ইবা, মরীকচুম্বা উপমাশিংগা থাগোন্নবা অমসুং অয়াম্বা মতমদা তাংথক নাইদনা চেনবা খোঙচৎকী লোন্দাদা ইবনা সাহিত্য অসিগী শাজৎ ওইবম্মি (মণিহার, ১৯৮৩ : ৪০-৪১) । তশেংনা হায়রবদা অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী মরুওইনা অশাংবা ৱারী ঈশৈশিংদা শৈরেং ৱারেংগী ময়েক শেংনা খেন্নবা মশক উবা ফংদে হায়বা

য়াই । মদুতসু নত্তনা অয়াম্বা মতমদা ফংলিবা ক্রিয়াগী মওংসিনা শৈরেংগী মশক মান্নবগী মরম ওইহল্লি । 'বীরবাহু তুব'দা বীরবাহু অথৌবগী লাঙ্গোই শাথৌববু শ্রীরাম্না হাংখ্রবদা বীরবাহুগী ফিভমবু শৈথাবা মতাং অমা লৌখৎলবদা : 'শমু খোঙনা চৎ, উনবি কাচক হৌ, চীংলেন মপান ফুক, পামেল উজাও ফৈনা লং, থৌদু নুংজাও হুন, কোরৌ নোংথোঙ থিং'... (লা:৩৩) অসিনচিংবা । ভারতকী অরিবা সাহিত্যদা শৈরেং ৱারেং পুন্না চৎমিন্নবগী খূৎই অসি থেংনদবা নত্তে । সংস্কৃতকী নাটকশিং অসিমক শৈরেং ৱারেং পুন্না চৎমিন্নবগী ময়েক লারবা খূদমনি ।

> There are no dramas in Sanskrit which are purely in prose form or which are in a purely metrical form. Both are combined in all the dramas in Sanskrit'. (C. Raja, 1962:201).

হীরমসিগা মরী লৈননা অইবগী মিং য়াওনা ইরম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা লাইরিক 'লৈরোন' মীৎয়েং কয়ামকমদগী নৈনবা য়াই । লাইরিক অসি 'খোইয়ম লাইমিংথোংবু শৈওনবা, তুবি চরাইরোংবনা... লেংলমশৈনে' হায়রম্বনা নিংথৌসিগী খূৎথানি লৌনরবসু ঐখোয়না হৌজিক থেংনরিবা 'লৈরোন' সিমক্তি খরমখৈ মশক হোংলে । করিগীনো হায়ববু অশৈবশিংনা তুংদা মতম মতমগী ওইনা হাপচিল্লম্বা য়াবগী খুদম লাইরিকসিদা ময়েক শেংনা উবা ফংই । অশৈবনা শ্রীজকুসুমবু শৈথারকপদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী (১৭৬৩-১৭৯৮) মিং য়াওরি ।

> লাইরেন মৈদিংঙু নোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বা, ধর্ম্ম অত্যা নিংথৌরেন ভক্তি লাংওন চংখোনবনা শ্রীবৃন্দাবন নুংঙাইবদগী শিংঙেন মপান ফুক চরৈ ফিনা য়োম্না পুরকপা, পোঙ্গৈরৈ সনা পুংগী লমদম নুংঙাইবা, কৃষ্ণ চীংদোমপোক বিষ্ণুপুর লাইফমলেম্দা লৈঙোই মখোং শোম, লাইজা খিকফেন চাইনা নাওয়োক লৈ, লোইদাম কুমওল্লকপা, ঈঙা থারোইননা ইঙেন থাবুম লোম্না শাৎপা লৈ, শ্রীগোবিন্দ সনামখোংখাদা কৎতরবদি নমু কনানা চিন্নহন্দবা লৈ, শিংঙেন চুনবা

শ্রীজকুসুম লৈওহোক্লা, লোইদাম ইঙা থাদা শিংঙেল লৈ
অহুম থোক্লা লৈরাং মপান ফারক্লে। ( লা: ২৯)

লাইহিরিকসিদা করিগুম্বদা ব্রারেংগী মচন য়াওবা থেংনরবসু মহৌশাগী ফজববু, লমদমসিদা শাংলিবা মখল মথেলগী লৈশিংবু মরীকচুম্বা উপমাগা লোয়ননা শৈথারকপদা নীংথিরবা শৈরেংগী মশক লৌরকই। খোইদোক্লা অহৌবা শরুক্কী য়েন্নীংথাগী ফজববু শৈথারকপা পূক্লিং হুনবগী মশক্লি । অদুবু অমুক্কা ফজরিবদি য়েন্নীংথাগা লোইনা চোংলক্লিবা মীওইবগী ব্রাখলগী য়েন্নীং, পূক্লিং হকচাংদা ফাওরকলিবা অনৌবা ঈনোৎশিংবু মতীক মঙাল য়াওনা শৈথারকপদনি হায়বা য়াই। য়েন্নীংথানা লাক্লবদা য়েংলুবা খুদিং পূক্লিং হুনবগী মশক ওইরকই ঃ 'হাকুমশীংজা অকংবনা পামেল য়েন্নীং হুল্লক্লে। পামেল নাপূং শারক্লে। চীংয়া কুমদমলৈ, কুমজিন অঙল লৈনা, শাবন য়াংবি, মনম শিরকলে। মপান ঙাংনা শারক্লে। চীংহাও লমশং পান্না লোকলেন মঙান নাইরক্লে' (লা : ৩)।

ময়ায়চনবা মতমগী সাহিত্যদা থেক্ল-কোইনা, ব্রাহৈগী লৈথেৎ হাপুনা ইরম্বগী চৎনবী লৈরম্লবসু করিগুম্বদা মশেক্লা য়ৈদুনা ব্রাহৈ পরেং খবতনা শাংলবা ব্রাখলগী পরীংবু মনুং হুনজিন্না উৎপসু থেংনদবা নত্তে। নুপী ওইবীশিংগী ফজবগী তাংজফম অমুবা শম্লাংগী নীংথিববু ব্রাক্‌মনা মমল লৈনা, ব্রাহৈ খজিক্তুংদা ফোংদোক্লবা হোংনরকই : 'তাংজা শমতোনবু নুজা পুকশিং হুইথাপালম নুরা খুব্রাংচেং নিংতু য়ৈনা সব্রা উফোং মৈবু থোক্কে তৌগুল্লিবী' অসুম্না ফজবগী শক্লোনবু নিংথিবা লোন্না ফোংদোকপা ঙম্বা অশৈবশিংগী অব্রাংবা ব্রাখল, অরিবা শৈবোলশিংদা উবা ফংলি। মহৌশাগী পোৎলমশিংবু অমসুং তাইবং লীচৎপু মরীকচুম্না য়েকপা ঙম্বগী ময়েক লাবা খুদম শমজিবৈবু শৈথারকপা উবা ফংই। লংমাই লাংশানহাবি তরা মঙানা হায়জবদগী নোংপোক মরেম তাইময়াননা তল্লা উতোল লোম্না কাদুনা লৈহেক্লেগা পুথরকপদা অব্রাবা ওইখি।

শিংলেন অসিবু তাংজা লুদা থেৎলসি হায়বসুং লৈরাং চিন্নমল্লে হায়গনি। শমু ইখ্বাং অসিদা য়েপ্লকসে হায়বসুং শিংলেন লৈকা কেন, লৈরাং লৈরোং শমলঙেনে। ইমোম নখোয়গী চরৈ নয়িনফিনা চরৈ ফিগাও শানা ঙাইখমও হায়রবদা, লংমাই লাংশনহা তরামঙামনা চরৈ ফিগাও শানা য়াজখিএ।... শিংলেন লৈরোং খাইনা লৈরাং লৈকা থৎনা,

কাইনৌ শমজি পুলৈথক্তা থেৎনখিএ, অদুনোংগীবু খিং খিং
কাইনৌ শমজিরেও তৌনা কৌএ। (লৈরোন, লা: ৮১)

ময়ায়চনবা মতমগী ইরম্বশিংগী মনুংদা 'সনামহি লাইকন' 'লাংলোন' নচিংবদা মহৌশানা অশৈবগী খূৎইদা শৈরেংগী হৈনবী থাদোকপা ঙমদ্রবসু ৱারেংগী চূং ফিরান চাবা মওং খরমখৈ উৎলকপা থেংনখি। মতমসিদা কৃত্তিবাসগী 'রামায়ণ' বাঙ্গলাদগী মণিপুরীদা ইথোক্লবসু ছন্দগী, খোম্থোক (সিলেবল) মশীংগী, মতোনতাবা পরেংগী খোম্থোক মান্নবগী নিয়মশিং ঙাক্তুনা মচা তানা শেম্লবা শৈরেংগী মচলদি ওইরমদে। মণিপুরীগীদি লমদমসিগী চৎনপরীংগী পংখৈ মনুংদা হান্নগী লীকলম মতুংইন্দুনা পুশিল্লকখিবা ৱারীগী মওংনি। মরম অদুনা বাঙ্গলা সাহিত্যদা মহাকাব্যগী অচৌবা ঈচেলগা থেংনরুবদগী লাকখিবা অহোংবশিংদু য়ৌনা মণিপুরী সাহিত্যদা লাকখিদে।

মণিপুরী সাহিত্যগী ময়ায়চনবা মতমদা লাকখিবা অহোংবশিংনা হান্নগী চৎনবীগী মহুৎ শিনবগী মহুত্তা মতেঙ পাংবা ওইনা পুশিল্লকখিবনি। অদুম ওইনমক মতমগী খোংলৈ মতুংইন্না হোংলক্লিবশিংগী মঙাল অনৌবা হীরম, লোন অমসুং ৱাহৈগী মচল শেম্বদা তাবা উরি। অইবশিংনা মহৌশাদগী চৎনরকপা ৱাহৈ লৈতেংগী অমদি লোনগী পুক্কৈদগী মতাচাবা খন্দুনা শীজিন্নবা পাম্নরবসু মদুমক্তা অশৈবগী অনৌ অনৌবা শেমগৎ শাগৎতুনা উৎপা ঙম্বগী মতীক মরৌশিংদা অপনবা পীবদি ওইখিদে।

অনৌবা মতমগী চাউরাক্লা কুনশুবা চহীচাগী মমাঙগী অরিবা শৈরেংশিংদা, অমা অনী নত্তনা, অরেংবগী মিং য়াওবা, থাঙ্গৈশেংনা মশক নাইনা চোংথোরক্লবা শৈরেং হৌজিক ফাওবা থোইনা উদ্রি। অশাংবা ৱারীশিং নত্তনা 'য়াকৈবা', 'হিজন হিরাও' নচিংবা, সাহিত্যগী খূৎশেমশিং অসিগী পরীংদা কূপ্লা য়েংবা তারবদি হৌজিক্কী (মোর্দন পেরিওদ) মতমগী মমাঙগী মণিপুরীগী শৈরেংগী ঈচেলদি অরিবা অমসুং ময়ায়চনবা মতম হায়না অনী থোক্লা খায়দোকপদগী অরিবা মতম হায়না অমত্তমক থম্বনা হেন্না খুদোংচাগনি। সূর্য্যকুমার ভূয়ান্না অসামগী সাহিত্যগী ইতিহাসপু বৃটিশনা লৌশিনদ্রিঙৈ ১৮২৬ মমাঙগী মখৈবু 'অরিবা', মসিগী মতুংগী মখৈবু 'অনৌবা' হায়না অনীথোক্লা খায়দোক্লম্বদু মরু ওইনা মণিপুরী শৈরেংগী মতাং অসিদদি য়াম্না চানৈ হায়বা

য়াই । ঐতিহাসিক ওইবা মরম কয়াদগী মৈতৈগী অশৈবশিংগী অরিবা শৈরোল পূম্বা শক্লা শোন্নবা নত্রগা লীনবনি । মতম অদুগী সমাজদা কলাগী মচলশিংবু মীয়ামদা য়ৌহনবদা মসিগা চূশিন্নবা ৱাহৈ পরেংগী মওং অমদি ফোংদোক্লবগী লম্বী থিরকই । অসুম্না অশৈবগী খূৎশেমদা করিগুম্বদা শৈরেং ওইনা করিগুম্বদা অতোপ্পা মওং অমদা ফোঙদোক্লবা হোৎনরকই । খুদম ওইনা লৌখৎলকবদা 'সনা হঙজে য়েৎনা শৎ, লুপা হংজৈ ওয়না শৎ । ঙরাং লাইরেন নোংজাদা সনা লুকথোং হাদুনা ঈনুং মঙজঙ তমথিবা । মঙতম মতম ওইরেক্লে' হায়রিবা 'য়াকৈব' গী পরেংশিং হেক পারুবদা শৈরেংনি হায়গনি । মসিদা অকক্লবা খোম্থোক মশীং থমদুনা , ছন্দগী নুংঙাইরবা ঈপোম অমা য়াওহল্লি। মতৌ অসুম্না 'হিজন হিরাও' 'কুমদমশৈ' মশকনাইবা নীংথিবা শৈরেংনি । তৌবতবু লুরিবদি, শৈরেংশিং অসিগী মতম লেপ্লবগী মতাংদনি । মতাংসিদা হংবা য়াবা ৱাহংদি ময়ায়চনবা মতমগী শাংলবা চহী চনীরোমগী মনুংদা অরিবা মতমগীনি লৌনরিবা 'য়াকৈবা' 'হিজনহিরাও' নচিংবা অসিগুম্বা মখলগী মশক্লাইবা শৈরেং অমত্তা ইখিদ্রবরা নত্রগা বাঙ্গলাগী কন্না চেনশিল্লকলিবা ঈনোৎনা থূমহৎখ্রবরা হায়বসিনি । অদুনা ফনমক হায়দুনসু মতমদুগী মৈতৈগী অশৈবশিংনা শৈরেংগী খূদোল অমত্তা তল্লকখিদ্রে হায়বদি অচুম্বা ওইগনি নীংদে । মরম অদুনা হীরম অসিদা মীৎয়েং চংশিন্নবা হোৎনবদা তাংদাংবা চুম্মি হায়না লৌবা ঙমদবা ৱাফম কয়াদা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা তারকই । করিগুম্বা মতাংদদি অখঙ অহৈ অয়াম্বনা লৌবিবা ফিবেপ অমদি থাজবিবশিংগী অদুগী মায়োক্তা লেপ্পগী অকিবা থেংনবা তাবকই ।

অঙনবা মতমগী ৱাক্‌মশিংগী শৈরোলশিং শক্লবগীদমক মরুওইনা লেংলম্বনা থওইনা শেম্লুদ্রবসু তাংথক নাইবা নুংঙাইবগী ঈপোম অমা লোয়নরকই । মদুনা খোম্থোক্কী তপ্পা য়াঙবগী অমসুং ছন্দগী মশক লৌরকই । ছন্দগা শাগোন্নবা পুন্সীগী মহৌশানি । তঙাইফদবা চৎনবী অমা ওইনা লৈত্রবসু ময়ায়চনবা মতমগী অশৈবশিংগী ফজবগা শাগোন্নবা মীৎয়েং লৈরম্মি । হেপলি মপা থিনা অশৈ লিবোঙ শক্লম্মি (ধ: লা: নিং, ১-২) । 'য়াকৈবা', 'নোংলাউ ঈশৈ' নচিংবা শৈরেংশিংদা খোম্থোক্কী মশীং মান্নহন্নবা অমদি 'কুমদমশৈ'দা ৱাহৈ পরেংগী অরোইবা খোম্থোক মান্ননা থম্লবা হোৎনবগী খুদম উবা ফংই । করিগুম্বা পরেংদা ৱাহৈগী খোম্থোক মশীং মঙাদগী নীপাল ফাওবনা শাবা শৈবেংশিং

ইরম্মি, অদুবু খোম্থোক মশীং মঙা নত্রগা তরেৎনা শাবা শৈরেংনা হেল্লি। পরেংগী অরোইবদা 'ও', 'সে' 'দে' না লোম্বা শৈরেংশিংসু য়াওরি। অদুবু অশাংবা ৱারী ঈশৈশিংদদি হায়রিবশিং অসি ঙাক্লা চৎতে।

অরিবা শৈরেংগী মনুংদা অমা ওইনা শীংথানরিবা 'কুমদমশৈ' মরীক চূম্বা ৱাহৈ লৈতেংগা শাগোন্নরবা, মচা তানা শেন্নবা শৈরেংনি। অদুম ওইনমক লোন, ইরম, খূৎই, শৈরেংগী মওং য়েংলগা শৈরেং অসিগী মতম লেপ্পবগী পাম্বৈ ওইনা লৌরবদি খর থেংথরবা মতমগী ওইনা উরি। শৈরেং অসিগী পরেং ৪৬৩ গী মনুংদা ৱাহৈগী খোম্থোক মশীং (ক) ৭।৭।৪ না মপূংনি। করিগুম্বদা (খ) ৮।৭।৪ অমসুং (গ) ৭।৭।৫ য়াওরি। অহুমশুবা পরেং খুদিংগী অরোইবদা 'সে' নত্রগা 'দে' না লোম্মি।

(ক) লাংলেন শোইরেল হুল্লকলে
নমু পোংলেপ ফানদি
চাওরকলে দে। ( ৭।৭।৪) (লা: ৬৪)

(খ) শঙবায় লোন্দাম্বা লৌকুম্না
ইতোম পাংশোই নিকইদা
পাউখুম্মে দে। (৮।৭।৪) লা: ৬১

(গ) নোংমা খাতা পাল্লিথৈঙে
থৌজান পুকমান্নবনা
নুংঙাইনচয় দে। (৭।৭।৫) (লা: ৬৬)

অনৌবা কুম হৌরকপগী মহৌশাগী ফজববু শৈরেংসিদা শৈথাবগা লোয়ননা অরুবা ৱাখল ঈচেলগী মশক অমসু উৎনবা হোৎনরি। শৈরেংগী মওং অমদি শৈশেম্বদা অকক্লবা খোম্থোক্কী মশীং থমদুনা নীংথিনা শেন্নবা শৈরেংনি। 'গুরু' 'পাশি' 'রিতু' 'সান্ত' নচিংবা মপান লোনগী ৱাহৈশিং শীজিন্নবা থেংনরি। মসিদসু নত্তনা অখণ্ড অহৈশিংনা পরেংগী 'অরোইবদা' 'সে' নত্রগা 'দে' না লোম্বগী চৎনবী অসি য়াম্না লিবা মতমগী ওইনা লৌনদবসু য়াওরি :

> But refrain are by no means a constant of narrative folk poetry, despite theories to the contrary they seem to be rather late to the genre
> (Richmond : 1972, 92).

হীরমগী মতাংদা য়েংলবসু তাইবং পানবু লাংনি লৌবা, পুন্সীগী তয়াং তশোয়বা মতৌবু উত্তুনা লৌশিং শীনবগী ঈঙ্গিৎনা মাঙওইনবা ময়ায়চনবা মতমগী ইরম্বশিংদা থেংনরিবা হীরমশিংগা য়াম্না মান্ননা থোক্লি । তাঞ্জা চানরুবদগীবু ওইরবসু চহীচা তরানীপালগী লোইশিল্লকপদা ইখিবা 'লাংলোল' গী মতাং খরগা নকশিন্নবগুম উরি ।

(ক) লাংলোল : ঐনে ময়াই কাবদি ৱাংলৈ য়ুবু হেল্লে থকফরোইএ (লা: ৫)

কুমদমশৈ : নাপল ময়ায় কাবনা লাইজা থকফেন পান্দমনে তৌগুনোদে (লা: ৬৬) 'নিংথৌ লৈবাক মপুগি ঐনি ময়াই কাবদি ৱাংলৈ য়ুদগি থোইবনি, নাউৱা উনবী লৈখল লনবগা পাংখকনি 'গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা', (লা: ৮৯) ।

(খ) লাংলোল : য়োইময়াই তাউন্দনবদি নুমিৎ তরেৎদা হন্না হন্না মতেরকত্র, থবী লোইদাম্বনা থাজ তরানিথোইমাবু তেনা তেনা মহল্লকএ লাকহৈ কুম্বানা লাকয়েন কিশি মতাইশিল্লকএ, পুন্সী ইৱাল্লৈদি অৱাং শরু লুতোং লৈসুং হনবিদে (লা: ৫) ।

কুমদমশৈ : চৈওন খূদিং হনলৌয়ে । পুন্সী ঈৱানলৈদি হনফদে । লোইদাম থাসুঙ ওনলৌএ । শরু লুতোং লৈদুদি ওনফদে দে । (লা : ৬৭)

শৈরেংসিগী খূৎইদা ৱারী ঈশৈশিংদা চৎনরিবা পথাপশিং ঙাক্লম্বগী খুদম উদবা নত্তে । শৈহৌদা অশৈবনা লাইগী মশক ওইনা ইকায়খুম্নরিবা নুমিৎপু খুরুমদুনা অমদি মখা চৎথরকপদা 'হুম্বু নারেংশুবী'গী মফমদা কোক নোঞ্জদুনা হৌরকই । শৈরোইদা মিকোন থাগোন্দুনা লোইশিনবগী চৎনবী ঙাকপা উরি । পুম্নমকসিগী মথক্তা অইবগী মিং শৈরেংসিদা পল্লম্মি । 'লোইয়ম নুংবান থৌগ্লাওজমচাদুনা, গুরু পাউতাক মতুংইন্না হেপলি নাতৈ থিনদি, লেংজয়েদে' (লা: ৭৭) হায়রি অদু ওইরবদি নুংবান থৌগ্লাওজমচা কনানো, মহাক্লা মণিপুরী সাহিত্যদা করি খুদোল তৌরম্বগে থিবা.চঙলি ।

মথক্তা নৈনখিবসিদগী অরিবা মতমগী মনুং চল্লিবা 'য়াকৈবা' 'হিজন হিরাও' নচিংবা মশক নাইবা শৈরেংশিং অসি নত্তনা ময়ায় চনবা মতমগী অয়াম্বা অশাংবা ব্রারী ঈশৈ (নেরেতিভ) শিংদা শৈরেং ব্রারেংগী তাংদাংবা মশক লৈতে হায়বা য়াই । তঙাইফদবা নিয়ম অমা ওইনা থওইনা ইন্দ্রবসু মতম অদুদা শৈরেংবগী চৎনবী অমা লৈরমদবদি নত্তে । হৌজিক ফাওবদা অরিবা মতমগীনি লৌনরিবা শৈরেং খরদি শৈরেংগী মচাকশিংদা য়াম্না লিরবসু শৈরেংবগী মওং, খূৎই অমদি লোনগী মীৎয়েংদগী খর থেঙথরবা মতমগী ওইনা উরি । মরম অদুনা মাইগৈ অসোমদা মখা তানা থিজিন্নিংঙাই ওইরি ।

# ময়ায় চনবা মতমগী মণিপুরী ৱারেং

অঙনবা মতমগী সাহিত্যগী খোঙহৌ পুন্নমক শৈরেংগা লোয়ননা হৌরকই হায়বা য়াই। মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমগী লাইৱা লাইশোনগী মশক ওইবা ঈশৈশিং অসি শৈরেংগী মশক্কি । অরিবা নূংদা হকপা রেকোর্দশিংদগী, মমাঙদা লৈরম্বা তারবসু থেংলবদা অনীশুবা শতাব্দী (এ.দি.) দগী সংস্কৃত সাহিত্যদা কাব্যবু গদ্য অসুং পদ্য হায়না খায়দোক্লম্বসি খঙবা ঙম্মি (কনে, ১৯৭০:৩) । অদুম ওইনমক লোন অসিদা গদ্য অমসুং পদ্যনা মরম ওইদুনা কাব্যবু মশক লেপ্পবগী মরুওইবা পাদমদি নৎলমদে । অয়াম্বা মতমদা শৈরেংগী মওংদা ইবা য়াম্না পাম্নরম্মি । গ্রামার অমসুং দিক্সনারী ফাওবা ছন্দ নাইনা ইরম্মি । মরম অদুনা শৈরেং ৱারেং য়ান্নদুনা ইবগী চৎনবী লৈরম্মি । মীৎয়েং অসিদগী নোংচুপলোমগী পণ্ডিতশিংনা ভারত্তা শৈরেং অমসুং ৱারেংগী তাংদাংবা খেন্নবা মশক লৈরমদে হায়রম্মি । ভারতকী রাস্ত্রভাষা ওইরিবা হিন্দী সাহিত্যদা, মত খেন্নবা কয়া লৈরবসু তরামাপলশুবা চহীচাগী অহানবা তংখায়দা খড়ীবোলীদা ইবা ৱারেং থোরকখি অমদি ভারতেন্দু হরিশচন্দ্র (১৮৫০-৮৫) গী মখুত্তা অশেংবা শক্তম লাকখি । বাঙ্গলা সাহিত্যদসু অদুমঙাই, বাম রামবসুগী ১৮০১ দা ফোংখিবা 'রাজা প্রতাপদিত্য চরিত্র' না লোন অসিগী অহানবা ৱারেংগী লাইরিকনি (এস.কে.দে. ১৯৬২:১৪৬) ।

মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমগী ইরম্বশিংগী 'পোইরৈতোন খুন্থোক' য়াম্না লৈশী লৈথোনবা, শাংথা লেংথা ইবা ৱাহৈগী লৈতেং পংয়াও য়াওদবনা ৱারেংগী মশক্না মপূং ওইনা উরি । অদুবু করিগুম্বদা খোম্থোক্কী মশীং মান্নবা তাংথক নাইবা শৈরেংগী শরুক য়াওদবা নত্তে । খুদম ওইনা 'লাইচা ময়েংতা, তললা মপাল লোয়, কোঙয়াঙ কংলাং থাং, থৌতু নুংফম হোং...' (লা: ৫১) অসিনচিংবা । মসিদসু নত্তনা অয়াম্বা মৈতৈগী অরিবা ইরল্লিবশিংগী ৱাহৈশিংদা

মহৌশানা শাগোন্নজবা শৈবেংগী মগুণ চেনবা, তাংথক নাইবা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈ কাঙলুপ্না মরুওইনা শীজিন্নবনা লাইরিক অসিসু অতৈ অঙনবা মতমগী খূৎই মওংদগী থোইনা ময়েক শেংনা খেন্নবা উবা ফংদে। মরম অদুনা ময়ায় চনবা মতমগী ৱরেংগী মরমদা নৈনদ্রিঙৈগী মমাঙদা মতম অদুগী সমাজদা চৎনবম্বা করম্বা মখলগী ফোঙদোক্লবগী লম্বী অমসুং সাহিত্য লৈরম্বগে হায়বদু হান্না নৈনবা দরকাব ওই।

অবিবা সাহিত্যগী তোপ তোপ্পা মশক অমদি ময়েক শেংনা খঙহন্নবা নৎত্রগা ফজনবা লৈতেং ওইনা অর্থ চপ মান্নবদা তোঙান তোঙানবা ৱাহৈ অনী নত্রগা অনীদগী হেন্না হঞ্জিন্না শীজিন্নবনি হাযবা য়াই। অর্থ মান্নবা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈ কাঙলুপ (বাক্যাংশ) শিং অনী পূন্না চৎমিন্নবদা নত্তনা ৱাহৈ পবেংগী থাক্তসু পূংবা চৎপগী মওংসি উবা ফংই।

খেকলোয় মিংবু মিংথোংসে হাযপাসুঙ,
খেকলোয তাংনা খাকযে (১০+৬)
শিঙনাং মিংপু মিংথোংসে হাযপসুঙ,
নেমপী তাংনা চাউযে (১০+৬) (পো: খু: লা : ৬১)

মসিদসু নত্তনা ভর্বেল ফোর্মশিংদা, সফিক্স যাওদবা বাউন্দ রুতশিং মবক মবক্তা শীজিন্নবনা শৈবেংগী মশক হেন্না মান্নবগী মবম ওইহল্লি। খুদম ওইনা, 'কোংযাং তংখায লৌ, লাংলেন মচেৎ খাযখিয়ে' (নুমিৎ কাপ্পা : ৮)। অদুগা অমুক 'তুতেংলোন' দগী : লাইবেন ঙাংঙোই যোইমোংবনা মবৌ লৌনা হৈনা উনীং তাংমা কক লাইৱা মচিন মেন, কৌজেং ফাম্না তান, উনীং তাঙ্গহান... অসিনচিংবা। মযাযচনবা মণিপুবী সাহিত্যদা অহোংবা কযা লৈববসু অঙনবা মতমদগী সাত্তিত্যগী খূৎই অমসুং সিন্তেক্সগী মওংদি মতম অদুদসু থোইনা হোংবা লৈতে।

চহীচা তরাতবেৎ য়ৌবকপদদি ইতিহাসকী মরুওইবা থৌদোক নত্রগা মীশকশিংদগী মণিপুবী সাহিত্যগী ইবম্বগী মতম চাউবাক্লা খঙবা ঙমখি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী (১৫৯৭-১৬৫২) মিং পন্না ইবম্বনা মতমসিগীনি লৌনবিবা 'সাকোক লমলেন' অমসুং 'খম্মোই য়াংমোই' দা অচম্বা লোন্দা অহানবা ওইনা

ব্বারেংদা ইবা থেংনখি । মখোয়শিং অসি সাহিত্যগী মীংয়েংদগী য়াম্না মরুওইবা নৎত্রবসু লৈতারবা পূক্লিংগী শক্লোন উৎপা লৌশিং পীনবগী মওংদা ইরম্বা ব্বারেংগী লাইরিকনি । মসিগা লোয়ননা মৈতৈশিংগী য়াম্না মরুওইরবা মওং অমা নত্রগা অমদা থেংলবদা ক্যাম্বা নিংথৌগী (১৪৬৭ - ১৫০৮) মতমদা লৈরক্লে হায়না লৌনরিবা 'চৈথারোল কুম্বাবা' ব্বারেংদা ইরম্মি । লাইরিক অসি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতম চহীচা তরানীপাল লোইরকপদা অমুক হন্না ইথোক্লবসু অমদি নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা ইশিনবা ওইবরসু হান্নগী ইবগী চৎনবীদি ঙাক্তুনা থম্লম্বা য়াই । ক্রোনিকল থম্বগী চৎনবী অসিগা লোয়ননা মৈতৈশিংনা ব্বারেং ইবগী মওং অসিসু মরু হুনবা হৌখ্রবনি হায়বা য়াই । মসিদগী ঐখোয়না অতৈ ভারতকী মশক নাইবা লোলশিংদগী খেন্নবা মওংদা মণিপুরী সাহিত্যদা ব্বারেংগী মশক অসি মাঙজৌননা থোরকপা হৌখি হায়বসি খঙবা ঙম্মি ।

চহীচা তরানীপাল হৌবকপদা বাঙ্গলা সাহিত্যগী খূৎথাংদা ভারতকী অচৌবা চৎনরোলগা শকখঙনরকখি । মতমসিগী লাইরিকশিংদা ইরম্বগী মতম, অইবগী মিং শেংনা পীনবা হোৎনরকখি । অনৌবা হিন্দুগী লাইনীং মীযামদা চৎহন্নবা হোৎনবদা 'রামায়ণ' অমসুং 'মহাভারত' তগী হন্দোকপা শরুকশিংবু মীযাম্না খঙবা ঙম্বা লোন্দা বাঙ্গলাদগী মৈতৈবোন্দা ইথোকহনখি । মবম অসিনা লাইরিকশিং অসিগী লোন্না হান্নগী লমদমসিগী চৎনপরীংদা ইবা 'সমশোক ঙম্বা', 'তখেল ঙম্বা' নচিংবা লাইবিকশিংগী লোন্দগী লায়থোরকপা থেংর্নখি । মণিপুরী সাহিত্যগী ময়ায়চনবা মতমগী অহানবা তংখায়দা বাঙ্গলা সাহিত্যগী অকনবা ঈথিল ফংলবসু মণিপুরী ব্বারেংগী লমদদি থোইনা মতেং পীখিদে । মসিগী মরমদি মতম অদুদা বাঙ্গলা সাহিত্যদা ব্রাবেংদা ইবগী চৎনবী লৈরমদে । শতাব্দী তরামাপলগী মমাংর্দদি কাব্যগী অমদি অতৈ হীরমগী লাইরিকশিংদগী হেন্দোক্তুনা লাইয়েংবগী ব্বারোল ফাওবা পয়ার ছন্দদা ইরম্মি । (বন্দ্যোপধ্যায়, ১৯৮৬ : ১১) । গরিবনিব্বাজগী মতমদা মণিপুবী সমাজগী হোংলক্লিবা য়াওনগা চাননা মীয়ামদা ব্বাখল লৌশিং পীনবা ইখিবা লাইরিকশিংদা ব্বারেংদা ইরম্বগী মওং উবা ফংই । অদুম ওইনমক মতম অদুগী 'সনামহী লাইকন' অমসুং 'সনামহী লাইহুই' লৈশী লৈথোনবা শৈরেংগী নত্রগা সাহিত্যগী মহাও য়াওবা লোন শীজিন্নদুনা ইরম্মি; অশেংবা থৌদোকশিং অমসুং ব্বারোলশিংবু ময়েক শেংনা ফোঙদোকপা 'শাকোক লমলেন' গী লোনদুদি ওইখিদে । খুদম

ওইনা অশৈবগী খূৎইদা শৈরেংদা ইবগী হৈনবী উবা ফংলবসু 'সনামহী লাইহুই'গী মখাদা লৌখৎলিবা মতাংসি ৱারেংনি ।

> লিক্লাই মপারি থোংনাং ময়াম্বা নিংথৌ মহাকথক্তা বামোন গঙ্গাধর কৌবদা শাক্ষ্য ধর্ম্ম লৌনা পোইরৈ লৈবাক ঙাক্লে । অমরক শ্রীগোপালদাস বৈরাগ্য অথোইবদগী গৌরিয়া ধর্ম্ম লৌনা পোইরৈ লৈবাক ঙাক্লবদা ময়ু খোইয়ুম লাইনিংথৌনা ইনোংয়াই অসিদি লাইনীং মহৈ পাল্লরোই, হায়বগী শ্রীহট্ট মপুঙয়াইদগী শান্তিদাস বৈরাগ্য অথোইববু কৌথোক্লু ইয়ে । ভগবানদাস নরায়নদাস অনীমক্কা ঙাইরোইননা পোইরৈপুংদা ৱাইথুংলরে । (লা : ৯)

শতাব্দী তবানীপান লোইশিল্লকপা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা অচুম্বা লীচৎ শাজৎকী পাউতাক পীনবা ইখিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না শীংথানবা য়াবদি ৱাহেংবম মাধববামগী 'লাংলোন'নি । মীওইবনা তাইবং মপুগী মশাইকোন য়ৌনবগী থোঙ অদুবু লাংলোন তবেৎনা খন্দুনা মহাক্কী মনাক য়ৌবা ঙমদে । কল্লবা লাং অসিদগী নাম্থোক্লবা পাম্বৈদি সাধু সঙ্গ নত্তনা লৈত্তে । অইবনা তাইবংগী লাংশিং অসিবু শৈথাবকপদা কবিগুম্বদা শৈরেংগী মশক যাওরক্লবসু লাইবিক অসিগী অয়াম্বা শকক্তি নীংথিববা ৱাবেংদা ইবনি । মবম অদুনা অখণ্ড অহৈশিংনা মপানগী সংস্কৃত বাঙ্গলাগী লোন পংয়াও য়াওহন্দনা লমদাসিগী অরিবা লোল শীজিন্নদুনা অইবগী মমুন ফাববা ৱাখল মীৎয়েং উৎনবা ইবম্বা লাইরিকসিবু সাহিত্যগী মতাও চেল্লবা মণিপুরী ৱারেংগী লময়ানবনি লৌর্নার (মণিহাব, ১৯৮৩ : ৪৬) । অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ৱাবেংগী লময়ানবনি হায়না খঙনবিবা খূৎমাবা কবি অমসুং সাহিত্যকার খ্বাইবাকপম চাউবনা মহাক্কী 'লাইবক অমসুং থবক' কৌবা ৱাবেংদা 'লাংলোন্দ' গী ফজবা মতাং লৌখত্তুনা হাপ্লম্মি :

> চীঙু নোংদমখোনবু অমা তৈনা লৈতে, কুমার ফুশাবনা মালেম লৈফু শাবগুম মহাক মতোম মতোম শংলৌ থৌরাংজবদগী তৌজা মতিকমন অফ ফত্তা মহৈ য়ানবনে । লৈতাং পোম্বী চেককুরেক অঙৌবনা পোম্বী খোংনা হৈনা চেক্লা মবুক থন্নেএ ঙানু খেরে চীনবাকপী চানা শাৱা চীন্না

হৈনা চেক্লা মপুক থন্নেএ। ...নমু পোংওইবনা মানা মানা
নীংবা থৌরম্না খোইমোম লাইগী নোংদম মহৈবু ওইনরিএ।
(ব্রাখলগী ঈচেল)

ব্রাহৈ পরেং অসিদা য়াওরিবা উপমা অলঙ্কারশিং অসি অইবগী ব্রাখলগী পরীং অদু মথং মনাও নাইনা মচা তানা ফোংদোক্লবগীদমক খুদমগী মশক ওইনা শীজিন্নরম্বনি, পূক্লিং ঈহুনগী অপান্নবা শক্লোন পুবা লৈতেংগী মওংদা নত্তে।

মমাংগী চহীচাদা তৌবগুম্না তবামাপলশুবা চহীচাসিদসু 'শ্রীমদভাগবত গীতা' 'একাদশী পঞ্চালী' 'লাঙ্গোই শগোল থাব' নচিংবা হিন্দুগী লাইবিকশিং মণিপুবীদা ইথোকখি। মসিদসু নত্তনা গম্ভীর সিংহ অমসুং নবসিংহ নিংথৌশিং অসিনা বাঙ্গলা লোন্দা ভক্তিগী শৈবেং ইনবকখি। অদুম ওইনমক চহীচা অসিদা ইখিবা 'গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা', 'চহুই লৈরোং পাম্বা' নীংথিবা উপমাগা শগোন্নবা লমদমসিগী চৎনপরিংদা ইবা সাহিত্যগী মওংনি। মতৌ অসুম্না হান্নগী সাহিত্যগী ঈচেলদি লেপ্তুনা চেন্থহনখি। মতম অসি পনবা য়াবা ব্রাফমদি বৃটিশকা মণিপুরগা লৈনবা কুটনীতিগী মরী হেন্না ফগৎলকখি। লৈবাক্কী অমসুং লল্লোন ইতিক্কা মবী লৈনবা চেরোল কয়া চৎথোক চৎশিন তৌনবকপা হেঙ্গৎলকখি। হোংলক্লিবা সমাজগী ফীভমশিং অসিনা মতম অদুদা ব্রারেং চাওখৎনবগী মবম অমসু ওইহনখিদবা নত্তে। তশেংনা সাহিত্যগী মীৎযেংদগী থোইনা মক ওইদ্রবসু মতম অদুদা ইরম্বা লৈবাক নিংথৌগী ওইবা চেবোলশিং অদু মণিপুরী ব্রারেংগী খোঙ্গুল লীবদা মতেং ওইগনি।

মহারাজ গম্ভীরসিংহগী (১৮২৫-১৮৩৪) হাকতক্তা ঔব্রানা বৃটিশকা য়ানখিবা ব্রারোল অদুবু ঙাক্লা চত্তদুনা মৈতৈ নিংথৌগী মীদা নোংমৈ কাপ্লকখি। অসিগুম্বা ঙমখৈগী ব্রাথোক্কা মরী লৈনবা থৌদোক অসিদা কেপ্তেন গ্রান্টনা নিংথি লাকপদা ১৮২৭ জুলাই থাদা মৈতৈ ময়েক্তা ইখিবা চেবোল অদুগী শরুক খরদং লৌখৎচরি :

শ্রীমহারাজনা তাম্থোকখরবদা অদুদা লৈবা মীগী মাখৈ নংনা
পুদুনা নিংথি ব্রাংমা লান্না ঔব্রাগী লমদা চেনখিবিবনে।
অমসুং মাতম অদুদা মহারাজগা লোয়ননা নিংথি য়ৌনা
চৎখি। মারম অদুগী ঐসুং ব্রা পুমনমা খংএ। আমসুং কবু
হাইবা অসিমকসুং থাইনা ময়তৈগী লোইনে।

> সাহেবশিংনা হায়েং লম য়েন্নরগনি য়েন্নদরিঙৈগী মনুংদা মসুঙ ১ তারিবা অসিদি য়ান্নসি হায়এনদনা খৎনরিঙৈগী মতৌকুমএ ।

লৈবাক ৱায়েনগী, লম্বী, থোং শেমগৎ শাগৎপগী অমসুং লল্লোল ইতিক্কী খুদোংচাননবগী মরমদা ইস্ত ইন্দিয়া কম্পনিগা গম্ভীরসিংহগা ১৮৩৩ দা য়ানখিবা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা ৱারোল অদুসু মথক্তা ইরিবা লোন অসিদগী য়াম্না খেন্নবা উবা ফংদে । অদুম ওইনমক বৃটিশশিংনা বর্মাগী মণ্ডলে লৌশিনবগী পাউ তাবদা নুংঙাইবা ফোংদোকতুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহাবাজনা ১৮৮৫ গী দিসেম্বরদা ভারতকী ভাইসবোইদা বাঙ্গলা ময়েক্তা ইখিবা চিঠি অদুদি লোনগী মপূং মরৈ ফাবা হেল্লি, হৌজিক্কী মৈতৈরোনগা থোইনা খেন্নদে :

> ...ঐগী থোইদোক্লা চান্নরবা মর্যদা তৌফম ওইবা মরুপ শ্রীযুক্ত লার্দ গভর্নর জেনেরেল সাহেবকী মফমদা খঙহঞ্জখি । ব্রিটিশ গোভর্নমেন্টকী থৌজান্না অমদি পুকচেল ফচা মরমনা একখাই থিনগাইবা লৈতনা নুমিৎ কুইনা ঐ নিংথৌ ওইরি । মান্দলে লৌবগী পাও মণিপুরগী শ্রীযুক্ত পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবকী থোঙদগী তারদুনা শ্রীযুক্ত গভর্নর জেনেরেল সাহেবকী মফমদা নুংঙাই ফোংদোকপবু ঐনা তৌজে । পাও অসি তাবদা ঐসুং ঐগী প্রজা অপুম্বসুং য়াম্না নুংঙাইবে । ঔওা অসি ব্রিটিশ গভর্নমেন্টগী মখা পোনবা ওইদুনা নুমিৎ কুইনা লৈবা ঈশ্বরনা কুবিসনু । ইতি শক ১৮০৭ মাহ ২৭ অগ্রহাযন

মথক্তা নৈনখিবসিদগী শতাব্দী তরামাপল য়ৌরকপদা ভারতকী মশক নাইবা লোনশিংদা ৱারেংগী অনৌবা য়াওন লাক্লিবসি উবা ফংই । বাঙ্গলাগী ৱারেং চাওখৎনবা হোৎনবদা ১৮০০ দা লিংখৎখিবা সেরামপুর মিসন অমসুং উইলিয়ম কেরীনা মরুওইবা থৌদাং লৌখিবগুম মণিপুবী ৱারেংগী মরীদসু উইলিয়ম কেরীগী মিং পনবা তঙাইফদবনি । বৃটিশশিংনা লোইলম শাসন তৌবগা লোয়নননা মীখা পোল্লবা লমদমশিংদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোক্লবসু হোৎনরম্মি । লমদমসিগী মীয়ামদা মখোয়গী ধর্ম্মগী লাইরিক 'বাইবল' বু লায়না ফংহনবা

ঙল্লবদি মখোয়না হোৎনরিবদু মহৈ য়ানগনি খল্লম্মি । মরম অদুনা উইলিয়ম কেরী (১৭৬১-১৮৩৪) অমসুং মাগী কাঙবুনা লুচিংদুনা সেরামপুর মিসন প্রেসতগী ১৮০০ দা বাঙ্গলা লোন্দা 'নিউ তেস্তামেন্ত'কী মচেৎ অমগা লোইননা 'ওলদ তেস্তামেন্ত' ফোঙখি, আসামী লোনগী বাইবলনা ১৮১৫ দা থোরকখি । মতৌ অসুম্না মিসনগী প্রেস অসিদগী মণিপুরী লোনগী 'নিউ তেস্তামেন্ত' ১৮২৭ তা দেবনাগরী ময়েক্তা ছাপা তৌদুনা ফোঙখি । মসিনা মণিপুরী লোনগী খ্বাইদগী হানবা ছাপা তৌবা লাইরিকনি । লাইরিক অসিদগী ৱারেংগী খুদম অমত্তং লৌখৎচবি । :

> তল অদু নোংথকনিয়ে মাসি অসিনে করিনো মী মাসি চারপতি সিরোএতনে। নোংথকতকি হিংননপা তল অদু লাকলিপনে মাসি ঐনেয়ে অতুদা কনাকুমপা তল অসি চারো মাসি নুমিৎ খুতিং চারপতি হিংকতনে । অমসু তল অদু ঐ পিনকতনে মাসি ঐকি ঈচছা করিনো মতু তয়িংপালপকি হিংননপকি তমক পিনকে । অসিকি তমক য়িহুদিসিংনা কৈরোএলৈকাএত খৎননপকি হাএরয়ে অসি মী করিনো চানপকি তমক মাকি মছা মতোকরম তৌনা পিনপ ঙমকতপনো ' । (লা: ২৯৮)

কেরীগী লাইরিকসিদা ইরল্লিবা লোন অসি অর্থ নীংথিনা ফোংদোকপা, মওং তাবা লোন ওইখিদে । ৱাহৈপরেংশিংগী অবোইবদা যাওরিবা ক্রিয়াগী মতুংদা নো, য়ে, নে, কে নচিংবা সফিক্সশিং তত্তনা হাপ্লি । ৱাহৈ পরেং শেম্বগী নিয়ম নিংথিনা ইন্দবা, ৱাহৈগী লৈফম থোকপা মথং মনাওগী পবীংদা চুশীন্নদবনা মণিপুরী নীংথিনা খঙবা অইবগী খূৎই নত্তে হায়বদু উৎলি ।

মণিপুরী ৱারেং চাউখৎনবা হোৎনবদা শীংথানবা য়াবা খৃষ্টান ধর্ম্ম শক্‌ে দাকপা মীশক অমদি উইলিয়ম পেটিগ্রুনি । মহাক ১৮৯৪ দা শিলচরদগী ইম্ফালদা লাকখি । মতম অদু মণিপুরদা স্কুল লিংখৎতুনা নোংচুপকী শিক্ষা শক্‌ে দাক্লবা হোৎনরকপা মতাংনি । রিভরেন্দ পেটিগ্রুনা মহাক্কী মতমদা ফোঙখিবা মণিপুরী লাইরিকশিং অয়াম্বা য়েংশিন খোৎশিনবগী থবক তৌখি । মহাক মশামকসু স্কুলদা তম্লবা মৈতৈরোলগী লাইরিক ছাপা তৌদুনা ফোঙখি । মতম অদুগী খৃষ্টান ধর্ম্মগা মবী লৈনবা লাইরিকশিংগী মনুংদা দি এবোরিজিনস মিসন,

শিলচরনা ফোঙখিবা 'অৱাই অখুমগী পরেং' (১৮৯৩), 'কৃষ্ণগা যীশু খৃষ্টগা' (১৮৯৩) অমসুং কলিকতাদগী ফোঙখিবা 'অফবা ৱাপাউ' (১৮৯৬) শীংথানবা য়াই । অঙাংশিংগী তম্নবা, বাঙ্গলাদগী মহেশ্বরদাসনা মণিপুরীদা হক্দাকপা লাইরিক 'শিশু শিক্ষা' গী অহানবা অমসুং অনীশুবা শরুক ১৮৯৬ তা, অহুমশুবা শরুক্তা ১৮৯৭ তা মথংশিংনা ফোঙখি ।

লমদমসিগী অঙনবা মতমদা ইরম্বশিং অসি ৱাহৈগী মরক্তা স্পেস নাইনা ইবগী মহুত্তা অমগা অমগা পরেং শানা ইশিনবগী চৎনবী লৈরম্মি । মদুদগী হেন্দোক্লনা ময়েক অমদা চৈতপ অমদগী হেন্না তপশিনবসু মরক মরক্তা থেংনৈ । চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাকতক্তা ১৮৭৮ দা ইখিবা 'শঙ্গাই ফন্মাং' দা হৌজিক ইনরিবা খৃৎইগী মওংদা ৱাহৈশিং অসি মচা তানা ইরন্নবসু মরক মরক্তা ইশম শম্লনা ইবগী মওংসু য়াওরম্মি । ভারতকী অতৈ লোনশিংদা তৌবগুম্না মৈতৈগী ইরম্বশিংদসু চৈখৈ না পঞ্চুয়েসনগী মরুওইবা খুদম ওইরম্মী । ৱাখলগী অমসুং খোস্থোক্কী পরীংদা মতাং চানা লেপফম তাক্লবগীদমক চৈখৈ তোয়না শীজিন্নৈ । মথক্তা পনখ্রিবা নাগরী ময়েক্তা ফোঙখিবা মণিপুরী বাইবলদসু চৈখৈ নত্তনা অতৈ খুদম য়াওরমদে । মতৌ অসুম্না বাঙ্গলা লোনগী লাইরিকশিংসু চৈখৈতমক ইনরম্মি । ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা ৱাহৈপরেংগী অরোইবদা থম্লিবা চৈখৈগা লোয়ননা অহানবা ওইনা ইংরাজীগী পঞ্চুয়েসনগী চৎনবী অসি ১৮৪৭তা অহানবা ফোঙখিবা 'বেতালপঞ্চবিংশতি' গী অনীশুবা ইদিসনদা শীজিন্নবা হৌখি (বেনর্জি, ১৯৬৮ : ৬৪) ।

তরামাপলশুবা চহীচাগী লোইশিল্লকপা ১৮৯০ দা মণিপুরগী পোলিতিকেল এজেন্তনা কলিকতাগী মিসন প্রেসতা ছাপা তৌদুনা 'মণিপুর ইতিহাস' মৈতৈগী পুরাণ কৌবা লাইরিক অমা ফোঙখি । লাইরিক অসিনা মনিপুরী লোনগী বাঙ্গলাদা ছাপা তৌদুনা ফোঙবা অহানবা লাইরিকনি অমসুং ৱারেংনি । মতম অসিদা থোবকখিবা মণিপুরী সাহিত্যগী খ্বাইদগী শীংথানবা য়াবা অইবদি হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহনি । মহাক্না "খম্বা থোইবীগী ৱারীনি' (১৮৯৯), 'খাহিঙম্বা' (১৯০০), 'তক্ষেল ঙম্বা' (১৯০২) অমসুং 'চিংথংখোম্বা' (১৯০২) ইরম্মি । মহাক্কী লাইরিকশিং অয়াম্বা বৃটিশ অফিসারশিংগী থৌগৎপা অমসুং য়োকখৎপগা লোয়ননা শিলেটতগী ফোংলম্মি । ছাপা তৌদুনা ফোংবা লাইরিকশিং থোরকপগা লোয়ননা মসিনা মণিপুরী ৱারেং খুমাং চাওশিনহনবদা অচৌবা মতেং ওইখি ।

হাওদৈজাম্বা চৈতন্যগী 'খম্বা থোইবীগী ৱারীনি' হায়বসি য়াম্না লৈশি লৈথোনবা ৱাহৈ অমদি অলঙ্কার পংযাও যাওহন্দনা অচম্বা লোন্দা ৱারীগী পরীং কাযদনা লীবা ৱারেংনি । দাইবেক অমসুং ইন্দাইবেক নেবেসনগী খেন্নবা মপূংফানা লৈতে; চরিত্রশিংনা মশানা ঙাংলিবা ৱাহৈশিংদু অদুম্মক কাযদনা থম্লগা অইবগী ৱাহৈ খবনা শমজিন্নদুনা ৱারীগী লীশাং শিংনা চৎথহনবগী মওংনি । মহৌশাগী চৎনবক্লিবা লীবা নত্রগা শকপগী কলা অদুদগী মপূং ফানা নাম্থোবকপা ঙমদ্রি । হাওদৈজাম্বগী মতুংদা ফোংলকপা 'খাহি ঙম্বা' অমসুং 'তক্খেল ঙম্ব'দদি হান্নগী লাইবিকশিংদা যাওবিবা শৈরেংগী শাজৎ অদু তত্তনা উবা ফংই । 'খাহিঙম্ব'দগী খুদম ওইনা : 'মহাবাজদি অহিং অত্তা লমতন্দা নুংথিল অত্তা পোথাদা, চিংলেন যৌঙমকা ইবোক লাইজম কান্না চোঙ, লোইবী চিংথাং লান্না পোইবৈ তম্বাক তাবক্লে' হয়বা বাহৈ পরেংসিদা লেপ্তুনা চেম্থবা শৈরেংগী ঈফুৎ যাওবি । মহাক্কী লাইবিকশিংদা মপান্দগী চঙলকপা ইন্দো অবিযান লোনগী ৱাহৈ শীজিন্নববসু মদুনা মবিং মবাংবা ওইনা থোকহনবদি নত্তে । অদুবু খোম্থোক নত্রগা বানানদা খেন্নবা খবদি উবা ফংই । খুদম ওইনা, 'লাঙ্গোই' 'মচা' 'কৎচবি' হাযবগী মহুত্তা 'লাঙ্গই' 'মচ্চা' 'কচবি' অসুম্না ইবম্মি । 'ফৎত্রবা' অমসুং 'খুৎতসু' হাযবগী মহুত্তা 'ফাত্রবা' অমিসুং' 'খৎতসু' হাযবম্মি । হাওদৈজাম্বা চৈতন্যগী "খম্বা থোইবীগী ৱারীনি " হাযবসি পাবগা অযুক্কী নাপীদা পকপা অবংবা লিক্লানা ঈশিং ওল্লবদা মশাগী হান্নগী শক্তম মাঙখিবগুম কবিতানা ৱারেংগী শক্লোন লৌববদা তনিক তনিকপা, মোংহাদবা অবংবা মঙালগী ফজবদু মাঙখি হাযবম্বা জেমস মোন্টগোমরীগী ৱাহৈশিংদু অপাবশিংদা ফাওহল্লি (হদসন, ১৯৭৬ : ৭৪)।

মযাযচনবা মণিপুরী সাহিত্য, লমদম অসিগী হৌখ্রবা পুঙ্গী, মীযামগী অপাম্বা অমসুং মখোযনা থেংনখিবা শীংনবা কযাগী মপাউখোলগা লোযননা লেপ্তুনা চেম্থবিবা সাহিত্যগী ঈচেলদা ঈপাল থাগী মপূং মবৈ ফাববা ঈচেলনি । মতমসিদা ইখিবা লাইবিকশিং অযাম্বা মরীক চূম্বা উপমাগা লোযননা তাংথক নাইবা শৈরেংগী মওংদা ইবনি হাযবা যাই । অদুম ওইনমক অশাংবা ৱারী ঈশৈশিংদদি শকপা অমসুং লীবগী ফোর্ম অনীমক যাওবনা শৈরেং অমসুং ৱারেং য়ান্ননা ইবম্মি । মতম অসিগী শৈরেং খবদা ছন্দ, মাত্রাগী নিয়ম ঙাক্তুনা ইবা থেংনববসু সাহিত্যগী থোইনা নত্তবা নত্রগা লৌশিং পীনবনা মকুওইবা পান্দম

ওইদুনা ইরম্বা লাইরিকশিংদি ৱারেংদা মপূং ওইনা ইরম্মি । অয়াম্বনা, শৈরেংনা তাবদা নুংঙাইবা, লৈতেং ৱাহৈ, লীশাংশিংনা তাংথক নাইনা নত্রগা ছন্দ নাইবা লোন খন্দুনা ইনরবসু অদুগা ৱারেংগীনা ছন্দ, মাত্রাগী অচেৎপা লীপুন্দগী কোমথোক্লবসু অমদি অশাংবা ৱাহৈ পরেংদা ইরবসু মসিমক্না শৈরেং অমসুং ৱারেং খেন্নবগী মশক তাক্লবা অমত্তা ঙায়রবা পাদমদি নত্তে । মীৎয়েং অসিদগী হারভর্দ রীদনা অনীসিগী খেন্নবগী মরমদা অসুম্না হায়রম্মি :

> ...the difference between poetry and prose is a qualitative difference that has its effects in expression, but that these effects cannot be measured quantitatively, but only by the exercise of an intuitive judgement. (Read, 1963 : xii)

ফোঙদোক্লবগী মওং অমসুং পান্দম খেন্নবনা শৈরেং অমসুং ৱারেং খেন্নরবসু করিগুম্বা মতাংদদি অনীসিগী মরক্তা চিংলিবা খেন্নবগী লৈই অদু ময়েক শেংনা উবা ফংলক্তবা য়াওদবা নত্তে । হায়রিবা ৱাফম অসি মণিপুরী সাহিত্যগী ময়ায়চনবা মতমগী অয়াম্বা ইরম্বশিংদা অমুক্কা হেন্না চাননা থোকলি ।

# তরানীপাল শুবা অমসুং তরামাপল শুবা চহীচাগী মণিপুরী খুৎই লাইরিক

মণিপুরীশিং অসি ভারতকী মনুংদা মীশিং য়ামদবা কাঙলুপ অমা ওইরবসু মাঙলমচৎতা লৈরম্বা লৌশিং চাউবা মপা মপুশিংনা মখোয়গীদমক সংস্কৃতিগী লনগৈ মবাং কায়না থম্বীরম্মি হায়বদা থোইনা লানগনি নীংদে । হৌখিবা ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা লমদমশিগী মীশিংনা মহৌশাগা শাগোন্নদুনা অমসুং পাঙ্গল থৌনাদা মপাল তাংদুনা মতীং লৈনা হিংলম্বগী খুদম অশৈবশিংগী চীঙ্খাং য়েনা লীনবম্বা ব্বারী, শোন্নবম্বা লাইশোল, শক্লরম্বা ঈশৈ নোংমাইনচিংবদা নত্তনা, লাচন্দুনা থম্লম্বা অবিবা খুৎই লাইবিকশিংনা ময়েক লানা উৎলি। মৈতৈ ময়েক্কী চৎনবা হৌরকখিবগী মতাংদা খেন্নবা মত কয়ামকম লৈববসু থেঙলবদা 'চৈথারোল কুম্বাব'দা অহানবা ওইনা ময়েক শেংনা পল্লম্বদি মৈদিংঙু খাগেম্বগী (১৫৯৭-১৬৫২) মতম ১৬১৬ তা মৈতৈ লাইবিক থোকহন্দুনা তম্বা হৌখি হায়বা অসিনি (লা: ৩৬) । নিংথৌ অসিগী মতমদা লাইবিক কয়ামরুম ইখি থাজনৈ । লাইবিকয়েংবা লোযশঙ লিংই । খাবম লাইফম লাল্লুপ অনীদা লাইরিকয়েংবা লোযশঙনা ব্বারী লীবা লাইবিক ইবা থৌগল চঙই (লো: শি: ৭১) । মীবৈবাক্কা লাইবিক চৎথোক চৎশিন তৌবদা, মীয়াম তিনবদা নিংথৌগীদমক পাবা ইবগী থবক তৌই । নিংথৌনা অমসুং নিংথৌগী মচা মনাও ফমনাইবশিংনা শা-লান চৎপদা থৌগল লোইনৈ (লো:.শি: ৮০-৮১)।

লাইরিক ইনবগীদমক মৈতৈশিংনা আগব উদগী শেম্বা আগববাক অমদি চেনা মকুওইনা শীজিন্নরমই । মসি নত্তবা তেংনা মনা, ভজপত্র, কোনা মনানচিংবদা ইরম্বসু থেংনৈ । তেঙ্গালি, উদা শৌবা চা, চেঙ অঙৌবা উতি মহীদা হাপ্লগা মূক শেম্লম্মি । অসুন্না শেম্বা মুক অসি মচু চেৎপা অমদি ফজবা

হেল্লি । মচীন তুম্না ইৎপা ৱাচেৎ, উচেক মতু, কমেংনচিংবনা কলম ওইনা শীজিন্নে । ইরন্নিবশিং অসি খুদোংচাবগী মতুং ইন্না অচৌ পিশক খেন্নে । ফুরিৎ খাউদা হাপ্লা য়াবা অপীকপা মখলগী লাইরিকসু য়াওই । লাইরিক্কী মওংদি চাউরাক্লা মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই । অহানবদা, 'লাতম' হায়না খঙনবা তোঙান তোঙানবা লাতম কয়ামরুম পূনশিল্লগা মচীন মকোয় মান্নহল্লগা পুনশিনদুনা শেম্বা মখলসিগী লাইরিকশিংদা লাতম (ফোলিও) খূদিংগী অনীশুবা লামায়দা মসিগী মশীং থাই । অনীশুবা, 'লাথুপ'কী মখলদা চেনাশিং অসি অমগা অমগা শমজিন্নদুনা অথাবা লাইরিক্কী মওংদা শেম্মি । মসিদদি লামায় থাবা অমসুং থাদবা অনীমক থেংনৈ । অহুমশুবদা, লাতমশিং পুনশিল্লগা ময়ায়দা হুৎতোক্তুনা লংনা লেংশিন্দুনা ফাজিন্নবা শেম্বা লাইরিকশিংনি । হায়রিবা খূৎই লাইরিকশিংসি অয়াম্বা মতমদা উপাক অনীনা মথক মখা মখুম ওইনা চপশিন্দুনা থম্মি । করিগুম্বা মখুমদা শা উচেক্লচিংবগী লাই য়েকপসু থেংনৈ ।

মৈতৈশিংনা অরিবা খূৎই লাইরিকশিংবু য়াম্না লুনা কিনা তৌনরম্মি অমসুং চেকশিন্না থম্নরম্মি । মমাংঙৈ লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিংনা লৈশেম নোংশেম্বা, লাইৱা লাইশোল, লাইনীং লীচৎ, লম্মীৎলোন, হিদাক লাংথক, মৈহৌরোল, সাহিত্য, ইতিহাসনচিংবা হীরম কয়াগী মরমদা লাইরিক ইরম্মি । লাইরিক লাইশু হৈবা অমদি লাইরিকপু ঈকায় খুম্নরম্বগী খুদম অরিবা লাইরিকশিংদা থেংনৈ । গরিবনিৱাজনা হিন্দু লাইনীং লৌবগা লোয়ননা য়ূমলোন্নবা লৈবাক্তগী ভগবত অমদি ব্রাহ্মণ লাইরিক হৈবা পুশিল্লকখিবগী অচৌবা ৱাথোক 'তখেল ঙম্বা'দা থেংনৈ । নিংথৌসিগী মতমদা লৈবাক মীয়ামবু হিন্দু লাইনীং লৌহন্নবা হোৎনরকপগা লোয়ননা মৈতৈশিংগী হান্না লৈজরম্বা লাইরিকশিংসু মাঙহনবগী থৌওং অমসু পায়খৎলকখি । মসিগা লোয়ননা ১৭৩১ দা মৈতৈগী অফংবা লাইরিক মখৈ মৈ থাদুনা মাঙহনখি (চৈ : কু: ৯৩) । অদুম ওইনমক, থৌদোক অদুমক্লা মণিপুরগী হান্নগী থাজনরকপা চৎনপরীং অদুবুদি মপূং ফানা মাঙহনবা ঙমখিদে ।

চহীচা তরানীপাল ১সুং তরামাপলনা কোল্লিবা মতমসিদা সাহিত্যগী অনৌবা মচল কয়া পুথোরকখি । লোন, খূৎই অমসুং হীরমদা অহোংবা কয়া থোবকখি । শৈহৌদা হিন্দুগী লাইশিংবু লৈশী লৈথোনবগী শক্লোন উৎলকখি । সংস্কৃত বাংলাগী ৱাহৈ কয়া ৱাহৈগী লৈতেং ওইনা চঙশিল্লকখি । মরু ওইনা

হিন্দুগী অচৌবা ঈচেলগী মনুং চন্না ইবা লাইরিকশিংদা খুদমশিং অসি ময়েক শেংনা উবা ফংই । মতৌ অসুম্না তরামাপলশুবা চহীচাগী মখল অসিগী লাইরিকশিংদদি শৈহৌদা 'শ্রীকৃষ্ণায়নম:' 'ওঁ গণেশায়নম :' অসিনচিংবা ৱাহৈ পরেং তোয়না য়াওবা থেংনখি ।

চৎনবী অমা ওইনা মৈতৈগী খূৎই লাইরিকশিংগী হৌরকপদা অঞ্জি(২)গী খুদমসিগা লোয়ননা ইবা হৌই । শৈরোইদা মিকোন থাগোনবগী শরুক তত্তনা য়াওই, অয়াম্বা মতমদা অশৈবনা শোয়খী ঙামখীবশিংবু ঙাকপীনবগী হায়জবা নোঞ্জ-ৱারোল য়াওবা থেংনৈ । মতাং অসিদা লাইরিক ইবগী মশাগী থোইদোকপা মতৌ খরমখে উৎপসু থেংনৈ । অইবশিংনা অয়াম্বা মতমদা অসিগুম্বা চৎনবীশিং ঙাক্লবা হোৎনরম্মি । চহীচা ১৮ হৌরকপদগী অয়াম্বা লাইরিকশিংদা মরুওইনা ভারতকী মহাকাব্যগী ঈচেলগী পরীংদা মণিপুরীদা ইথোকপা লাইরিকশিংদা অইবগী মিং, ইবগী মতম য়াওরম্বা থেংনৈ । হোংলক্লিবা শক্লোনশিং অসি মৈতৈগী অরিবা খূৎই লাইরিক নৈনবদা য়াম্না মরুওইবা তাংকক অমনি । অরিবা সাহিত্য নৈনবশিংনা অইবগী মরী মখোঙ, খূৎইগী অমদি লোনগী মশকনচিংবা মরুওইবা ৱারোল, কয়া খঙনবা হোৎনবদা মসিনা অচৌবা মতেং পীবা ঙমহল্লি । অদুম ওইনমক লমদমসিগী চৎন-পরীংদা ইবা চহী চা ১৮ গী লৈবাক নিংথৌগী অয়াম্বা লাইরিকশিংদদি ইরম্বগী মতম পল্লম্বা তাঙনা থোকই । অরিবা খূৎই লাইরিকশিং নৈনবদা অমদি মতম লেপ্লদা অইবগী মিং য়াওরম্লবসু য়াম্না চেকশিনবগী তঙায়ফদবা লৈতবা নত্তে । করিগীনো হায়ববু ঐখোয়না হৌজিক ফংলিবা লাইরিকশিং অসি মতুংদা অমুক ইথোকপা নত্রগা মথং মথং শিন্দোকপদা হান্নগী মশক অদুদগী অহোংবা কয়া লাকই । মৈতৈগী ইরম্লিবশিংদা মরক মরক্তা ময়েক অমদা চৈতপ অমদগী হেন্না তপাশিন্‌বা, ৱাহৈ পরেংশিংদা ৱাহৈগী মরক খন্দুনা তোঙান্না খাইদোক্তুনা ইরম্বগী মহুত্তা পরেং শানা পূন্না ইশিনবগী চৎনবী লৈরম্বনা অর্থ তোঙান্না লৌখিবা য়াবগী মওংসু থেংনৈ । মসিদসু নত্তনা শিন্দোক্লিবা মীনা মহাক্না পামজবা ৱাহৈ, লমদমদুগী লোন্দা হাপচিন্দুনা ইথোকপগী ওইথোকপা লৈবনা হান্নগী মশক্তগী হোংলক্লবগী মরম ওইরকই । অদুগা করিগুম্বা খূৎই লাইরিক্তা ইথোক্লিবা মীশক অদুগী মীয়েং নত্রগা করিগুম্বা পান্দম অমা ফংনবগীদমক হান্নগী মশক হোংদোক্তুনা নত্রগা লোৎশিন্দুনা ইথোকপা লাইরিকশিং থোরকই । খূৎই লাইরিক

খরদনা শেমদোক্কে হায়বগী ব্রাখল থোইনা য়াওদনা শিন্দোক শিনজিন মথং মথং তৌরকপদা হান্নগী লাইরিক্কী মশক্তগী অহোংবা লাকই । অতোপ্পা লাইরিক খরদনা ইথোক্লিবা মীগী পান্দম অমা ফংনবা হোৎনবগা লোয়ননা লমদমদুগী ওইবা লোন্দা-পুদা হাপচিন্দুনা শেমদোকপদা অহোংবা কয়া চাউনা থোরক্লবগী মরম ওইহল্লি । 'এ কেতলোগ ওফ ওল্ড মণিপুরী মেনুস্ক্রিপ্ট' তা য়াওরিবা তোঙান তোঙানবা মীওইশিংদা লৈবা 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল' তরেৎকী মরমদা খরদং উৎলিবা খেন্নবগী মশক অসি খুদম ওইনা লৌখৎতুনা য়েংবা য়াই (লা: ১৩২-১৩৪) । মসিদগী ঐখোয়না হংবা য়াবদি শৈহৌ অমসুং শৈরোইগী শরুক্তা ইথোক্লিবা মীগী মনীং তম্বা খরমখৈ হেন্না ফংলবরা হায়বসিনি ।

অরিবা খুৎই লাইরিকশিং অসি খরা কুপশিন্না য়েংবা মতমদা মতুংদা ইথোক্লম্বগী নত্রগা ইথোক্লম্বা য়াবগী ইঙ্গিৎ খরসু থেংনৈ । 'খোইয়ম লাইমিংথোংবু শৈওনবা তুবি চবাইরোংবনা' লেংলম্বনি লৌনরিবা অইবগী মিং য়াওনা ইরম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা লাইরিক 'লৈরোন'গী অরোইবদা অশৈবনা শ্রীজকুশুমবু শৈথারকপদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী (১৭৬৩-১৭৯৮) মিং য়াওরি (লা : ৯২) । মহাভারতকী নীংথিবা মতাং খনগৎতুনা গরিবনিৱাজ মহারাজনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা অঙোম গোপীনা ইখিবা 'পরীক্ষিত' মতুংদা অমুক (১৮৬৪) ইথোক্লম্বগী ব্রাফম রাজকুমার সনাহলনা সম্পাদন তৌবা লাইরিকসিগী শৈহৌগী শরুক্তা উবা ফংই । অদুগা অমুকসু লাইরিকসিদা ইখিবগী কুমশীং পল্লমদে । 'জেষ্ঠ লোইদাম কালেন থা মাকমৈ ১২ নি পানবা কোরৌ নুমিৎ শগোলশেন্দা ইবনি' হায়বি । অদুম ওইনমক খেলচন্দ্রগী লাইরিক্তদি 'শক কুমশীং ব্রাচুম্বা মুনি উর্ম্মি ঋতু চন্দ্র লেপ্লিবা' অসুম্না ক্রোনোগ্রামগী মওংদা পল্লি অমসুং ফাইরেন থা মাকমৈ তবানীথোইনি পানবা কোরৌ নুমিৎ শগোলশেন্দা ইবনি হায় (খেলচন্দ্র, ১৯৬৯ : ১২৭) । পণ্ডিত অসিদা লৈরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াম্না মরু ওইবা লাইরিক 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল'সু হৌজিক ফোঙলিবা অসিদগী খেন্নৈ । অরোইবা শরুক্তা খাগেম্বা অমদি চরাইরোংবা নিংথৌনা লাইরেম্মা অসিবু লাৎখিবগী ব্রাফম য়াওরি ।

অয়াম্বা অখণ্ড অহৈশিংনা অঙনবা মতমগী সাহিত্যগী খুৎশেমনি লৌনরিবা 'থৱানথাবা হিরান' (সম্পা : গৌরচন্দ্র) এন. খেলচন্দ্রগী খুৎই লাইরিক্কী মতুং ইন্নদি ১৮ শুবা চহী চাগী পোৎথোক ওইনা তৌরি :-

> শ্রীহরি হয়া হে লিক্লাইও য়িপুংথৌ নোংথৌরেল বৈষ্ণব থোংনাং ময়ামপা ভক্তি ঙককোয় থোংপু চূনবা, তাইপঙ সরারোল নমু পোংহনবা লাইরেন নঙকী সনা নখোঙ খাদা হয়িঙৈগীবু তয়ুম ইব্রাকমনা শৈথিরক্কে ।

(খূৎই) গরিবনিৱাজ মহারাজগী মতমদা রামায়ণগী মশা তরেৎ আদি কাণ্ড, অযোধ্যা কাণ্ড, অরণ্যকাণ্ড, সুন্দরা কাণ্ড, কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ড, লঙ্কা কাণ্ড অমসুং উত্তরা কাণ্ড মৈতৈলোন্দা ইথোকখি হায়বসি অখণ্ড অহে অয়াম্বনা খণ্ডনরবা ৱাফম্নি । অদুম ওইনমক লৈবাকনা তোয়না লান নংবনা মচোই মচোই তারবদা লাবন্যচন্দ্রগী মতম (১৭৯৮-১৮০০) দা কৈশাম শ্রীদামনা অমুক হন্না ইথোকতুনা মপূং ফাহনখি । হৌজিক ফাওবদা অযোধ্যা কাণ্ড নত্তনা অতৈ কাণ্ডশিংদি ফোঙলে । ফোঙলবা রামায়ণ অনীসি মপূংদা মান্নরবসু খেন্নবা কয়াসু য়াওবা থেংনৈ । খুদম ওইনা খরদং পল্লবদা সনাহলগী আদি কাণ্ড 'প্রদীপ থাউমৈ থানগুম্বা' 'শ্রীরামচন্দ্র থোইখোইবা' 'তেংথারক্কে' তাঙজা কোকথক থোংনা হায়বগী মহুত্তা গৌরচন্দ্রগীদা 'প্রদীপ মৈরা থানগুম্বা' 'শ্রীরামচন্দ্র নামুংবা' 'অশৈ তেংথাজরক্কে' 'তাঙজা লূদ থোংনা' অসুম্না ইরম্মি ।

পূম্নমক অসি হায়বগী মরমদি মতমগী হোংলক্লিবা খোঙলৈ অমদি লাইরিক শুরিবা মীশক্কী অপাম্বা মতুং ইন্না লেপ্তুনা হোংদোক হোংজিল তৌবদগী করিগুম্বদা তেনশিনবা নত্রগা শাংদোকপা মতাং য়াওরকপনা লেঙদবা মশক চেংনা থম্বা ঙমলক্তবদগী লেঙদবা মতমগী পংখৈ অমগী মনুংদা থম্বদা লুনা থোকহল্লকই ।

'চৈথারোল কুম্বাবা', 'মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা' লৈবাক নিংথৌগী মশক নাইবা অইবশিংনা নিংথৌরোল কয়াগী থৌদোকশিংগা লোয়ননা ইরম্বা লাইরিকশিংনি । মপানগী অচৌবা লাইনীংগী ঈচেলগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংগী মনুংদা 'পরীক্ষিত' (১৭২৬), 'রামায়ণ', 'বিরাট শান্তুপরোল', 'রাম নোঙ্গাবা', 'অরোং নন্দকুমার', 'লাঙ্গোই শগোল থাবা', 'দাতা কর্ণ', 'ধ্রুব চরিত', 'বীরবাহু তুবা' (১৭১৩), 'লক্ষ্মীচরিত' (১৭৩৫), 'শ্রীমদ্ভাগবত গীতা' (১৮১০), 'একাদশী পঞ্চালী', 'বীরসিংহ পঞ্চালী', 'রুপবাল', 'ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা', 'সনামনিক'নচিংবা পনবা য়াই ।

মৈতৈ নিংথৌশিংগী মরমদা শৈথাদুনা ইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা 'তখেল ঙন্বা', 'সমশোক ঙন্বা', 'খাহি ঙন্বা', 'ঔবা ঙন্বা', 'চীংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা', 'চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙবা', 'গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাব'নচিংবা শীংথাবা য়াই। 'সনামহী লাইকন' অমসুং 'সনামহী লাইহুই'দা অরি অনৌ লাইনীং অনীগী চুৎশিন্নবা মশক অমা মরীক চুম্না উৎলী হায়বা য়াই।

লমদমশিগী হান্নগী চৎন-পরীংদা ইবা 'লৈরোল', 'কুমদমশৈ', 'পাখংবা নোঙ্গারোল', 'কোন্থৌজম লাইরেম্বী নোঙ্গারোল', 'চোথে থাংবায় পাখংবা', 'নুংবান পোম্বী লুবাউবা', 'চহুই লৈরোংপাম্বা', সাহিত্যগী নীংথিরবা মচলনি। 'চরাইরোংবা খুনগুম' অমদি 'লাংলোন' পাউতাক পীনবনা মরু ওইবা পান্দম ওইবা অরাংবা রাখলগী মশক উৎপা মতমদুগী লাইরিকনি। মতমসিদা 'সুবিকা লাইশাব'নচিংবা মীওইবগী অরা-অনা লাংফম য়েংনবা পাঞ্জিগী লাইরিক কয়াসু ইরম্মি। সুবিকাশিং অসি লাইরিকশিং অসিগী মনুংদা য়াওরিবা লাইশিং অসিমক্তদসু থোইদোক্না শীংথাবা য়াই।

লোনসিগী অঙনবা মতমদা ইরম্বশিংদা চৈখৈনা (।।) পঞ্চুয়েসনগী মরু ওইবা খুদম ওইরম্মী। চৎনবী অমা ওইনা অরিবা ইরম্বশিংদা রাহেশিংগী মরক হাঙহন্দনা শম্নদুনা ইরম্বনা অর্থ নীংথিনা পীবা ঙমহন্নবগীদমক চৈখৈ (।।) তোয়না শীজিন্নরম্মী। রাহে পরেংগী নত্রগা করিগুম্বা রাখলগী পরিং মপূং ফানা ফোঙদোকপগী অরোইবদা থোপ (।।০।।) হায়না খঙনবা খুদম য়াওরম্মি। মণিপুরী লোনগী নাগরী ময়েক্তা ১৮২৭ তা মপূংফানা অহানবা ফোঙবা 'নিউ তেস্তামেন্ত'সু চৈখৈ নত্তনা অতৈ য়াওরমদে।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈচেলগা লোয়ননা চেনশিল্লকখিবা বাঙ্গলা লোন্না মণিপুরীশিংগী পুন্সীদা অচৌবা চৈথেং পীখি। মহারাজ গম্ভীর সিংহ (১৮২৫-১৮৩৪) গী মতম ফাওবদা মরুওইবা লৈবাক্কী চেরোলশিং মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্মি। ১৮২৭ তা নিংথৌনা নিংথি লাকপদা ইখিবা লাইরিক, ১৮৩৩ দা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনিগা তৌনখিবা সহি মৈতৈ ময়েক্তা তৌখি। অদুবু নিংথৌসিগী মতুংদগীদি বাঙ্গলা ময়েক্তা ইবা হৌরকখি।

নরসিংহ মহারাজনা ১৮৪৪ দা পোলিতিকেল এজেন্টদা ইখিবা অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তিনা ভারতকী ভাইসরোয়দা ইখিবা চেরোলশিং বাঙ্গলা ময়েক্তা ইখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা ১৮৭৮ দা ইবা লোইখিবা হৌজিক ফংলিবা 'শঙ্গাই ফম্মাং' অসি বাঙ্গলা-আসামী ময়েক্তা ইবা লামায়গী চিদাইদা য়াম্না নীংথিনা য়েক খোৎলবা (ইলুমিনেতেদ) খুৎই লাইরিক্নি। লাইরিকসিদা ইরিবা ৱাহৈশিংগী মরক্তা ইশম শম্মনা পরেং শানা ইবা ৱাহৈ পরেংসু য়াওরম্মি । মসিগা লোয়ননা ১৮৯১ দা মাইবা শঙগী পাঞ্জিবু 'চৈথারোল কুম্বাবা' পুখৎহল্লক্তুনা মী তরানীথোই না মৈতৈ ময়েক্তগী বাঙ্গলাদা ইথোকহনখি (চৈ: কু:৪৯৯) ।

অখণ্ড অহৈশিংগী মত মতুংইন্না মৈতৈ ময়েক্কী অঙনবা থেংখাংদা ময়েক্কী মশীং য়াম্না লৈরমদে, তঙাই ফদবা মতমগী লীচিং মতুংইন্না ময়েক্কী মশীং হেনগৎলকখি অমদি ময়েক তপশিন্নবগী খুৎই মওংসু থোবকখি হায়না মত পীনৈ । রাজর্ষি শ্রীযুক্ত জয়সিংহ মহারাজনা শ্রীশ্রীগোবীন্দজিউদা কৎনবা বাসকী পুংলোন অমসুং ঈশৈ ইবকপদা মৈতৈ ময়েক্না সংস্কৃতকী যুক্তাক্ষব য়াওবা ৱাহৈশিং অমসুং মৈতৈ ময়েক্তা য়াওদবা ময়েক কয়ামুক শীজিন্নখি । মদুদা মৈতৈ ময়েক্কী যুক্তাক্ষব পুথোকখি । অদুগা ময়েক হাপকৎলকই (পম্থোইবী খোঙ্গুল ঃ ৱাহৌদোক)। ৱাফমসিনা চুম্বা তারবদি অরিবা মৈতৈগী খুৎই লাইরিকশিংগী মগুণ লেপ্পবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং অমা তঙাইফদনা ওইগনি, অদুম ওইনমক ৱাফমসি মখাতানা থিজিনবগী তঙাইফদবা লৈরি ।

'চাংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা' খুৎই লাইরিকসি অতোপ্পা লাইরিকশিংদগী তোঙাননা তাবা উই হায়বা য়াই, লাইরিকসিদা বাঙ্গলা ময়েক য়াওবম্বা অমদি ময়েক তপশিন্নবদা মনীং মখা তম্বগী মওং থেংনৈ । মসিদসু নত্তনা মমাঙদা ফংদবা 'গ' অমসুং 'ভ' শীজিন্নবা উবা ফংই । অদুবু মণিপুবগী মনুং অমদি মপানগী মফম কয়াদগী খুৎই লাইরিকশিং খোমজিন্দুনা লম লমগী ওইবা ময়েক অমদি লোনগী খেন্নবা মশক লৈব্রা হায়বদু চাংদম্নদুনা কুপ্না থিজিনবা চঙলি ।

অরিবা খুৎই লাইরিকশিংবু লাইরিক মপুনা লুনা কিনা তৌই অমদি অতোপ্পবু পঙনা য়েংহন্নিংদবনা অয়াম্বনি । করিগুম্বদা নুমিৎ-থা অফবা য়েংলগা অতোপ্পদা য়েংহন্নবগী অমসুং অহল-লমন্না শীজিন্নরম্বা খুৎই লাইরিকশিংবু ঈশিংদা থাদবগী চৎনবীসু তোয়না থেংনৈ । ভারতকী ওইনা খুৎই লাইরিক খোমজিনবগী থবক অসি চাউরাক্পা তরামাপলশুবা চহীচাগী তংখায় চম্লকপদগী হৌরক্লে হায়বা য়াই । মণিপুরদসু বৃটিশনা লৌশিল্লবা মতুং ১৮৯৩ দা মণিপুরগী পোলিটিকেল

এজেন্ত অমসুং ষ্টেটকী সুপারিনতেন্দেন্ট, এ. পোর্টেয়সকী লমজিং মখাদা মৈতৈ ময়েক্তা ইবা খুৎই লাইরিক খোমজিনবগী থবক পায়খৎহনখি । অসুম তৌনা বৃটিশকী অফিসার অসিনা হাওদৈজাম্বা চৈতন্যবু অরিবা খুৎই লাইরিক থিজিনহনবগী থবক্তা শীজিন্নখি । মদুগী মহৈ ওইনা হাওদৈজাম্বা চৈতন্যনা 'খম্বা থোইবীগী ৱারী'নি (১৮৯৯) 'খাহিঙম্বা' (১৯০০) 'চিংথংখোম্বা' (১৯০২) অমসুং 'তখেলঙম্বা' (১৯০২) মণিপুরগী মপান্দা ছাপা তৌদুনা পুথোকপা ঙমখি । অসুম তৌনা পোলিতিকেল এজেন্তকী মতেংনা বাঙ্গলা ময়েক্তা ছাপা তৌবা অহানবা মণিপুরী লাইরিক 'মণিপুর ইতিহাস' (১৮৯০) কলকত্তাদা ছাপা তৌদুনা ফোঙখি । মণিপুরী শিক্ষা অমসুং খুৎই লাইরিক নৈনবগী মায়কৈদা মসি অচৌবা তাঙ্কক অমনি ।

কনাগুম্বনা খুৎই লাইরিক খোমজিনবদা অপাম্বা বিষয় অমগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংতবু থিবা য়াওই । কনাগুম্বনা হিন্দু লাইনীংগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংবু মীৎয়েং চঙলুদবসু থেংনদবা নত্তে । অদুগা কনাগুম্বা খরনা অখন্নবা বিষয় থিদনা হেক ফংলিবা খুৎই লাইরিক মখৈ খোমজিন্নবা হোৎনবসু য়াওই । মৈতৈগী ময়েক অমসুং লোনগী হোংলক্লিবা শক্লোনবু খোঙ্গুল লীনবা হোৎনবদা অরিবা খুৎই লাইরিক নুং অমসুং শেলদা হকপা ময়েক নত্রগা ৱারোলশিংনা মরু ওইবা লংজিন অমদি উৎপা ঙম্মি । অমা নত্রগা অমবু ওইরবসু অরিবা খুৎই লাইরিকশিং মৈতৈগী ৱাখল চাউবা অহল লম্মনশিংগী থাজবা, মখোয়না তাইবংপাল অমসুং পুন্সীবু য়েংলম্বা মীৎয়েংগী শক্লোন্নি হায়বা য়াই । অনৌবা বিজ্ঞান অমসুং শিনশাবোনগী পাম্বৈ কয়া শীজিন্নদুনা সরকার অমসুং লন্নাইগী সংস্থান নত্রগা মীওই কয়ানা অরিবা খুৎই লাইরিকশিংবু খোমজিনবা মসিগী মরুওইবা মীয়ামদা খঙহনবা য়াম্না মরু ওই । ঐখোয়গী খুন্নাই অসিগী সংস্কৃতিগী মমল নাইদ্রবা লন অসিবু মাঙহন্দনা থম্নবা হোৎনবা হৌজিক্কী মীরোল অসিগী তঙাইফদ্রবা থৌদাংনি । •

# ময়ায়চনবা মণিপুরী সাহিত্যদা মহাকাব্য

সমাজগী চাওখৎলকপগী খোঙথাংগা সাহিত্যগী হোংলক্লিবা য়াওনগা মান্ননা চৎত্রবসু অনী অসি য়াম্না নক্লবা মরী লৈনে । হোংলক্লিবা সমাজগী ফিভম অমসুং ৱাখল মীৎয়েং হোংলকপগা লোয়ননা সাহিত্যদসু অহোংবা লাকই । লমদম অসিগী মীওইশিংগী অঙনবা মতমগী লাইৱা, লাইশোল লৈপাক নিংথৌগী অমসুং শুনোম্বগী থৌরমশিংগা মরী লৈনবা শৈরোলশিং অসি মীরোল লান্না চীংস্থাং য়ৈনা লাকপদা হৈশিংলবা অশৈবশিংগী মখূৎতা নীংথিরবা কলাগী শক্তম লৌরকই । অসুম তৌনা চীস্থাংগী শৈরোল ওইনা লৈবাক খুন্নাইগী অমসুং পুন্সীগী শিস্থা থৌরমশিংগা লীপক্লদুনা মতম শাংনা চৎথরকখি । চাউরাক্লা মমাঙদা লৈরম্বা তারবসু তরাতরেৎ শুবা চহীচা হৌরকপদগী মণিপুরী সাহিত্যনা অইবা সাহিত্যগী শক্তম লৌরকখিবগী খুদম মতিক চানা ফংলে । অদুম ওইনমক হান্নগী ৱারী শীংবুল অমসুং শৈরোলশিংবু মীয়ামদা য়ৌহনবগী মওং অদুদি অদুম্মক চৎথরকখি । হোংলক্লিবা মতমগী খোঙথাংগা চাননা কলাগী মীৎয়েংদগী হেন্না মমল লৈবা, লাইনিংথৌ লাইরেম্বীশিংগী মতীক মঙাল শীংথাবা, অকন অথৌশিংগী থৌনা লীংজেনবু শৈথাবা 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা', 'চায়নরোল' 'পাম্হৈবী খোঙ্গুল'নচিংবা লাইরিকশিং পুথোরকখি ।

তরানীপালশুবা চহীচাদা মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) না হিন্দু লাইনীং লৌখিবা অমদি অনৌবা লাইনীংসিবু লৈবাক মীয়ামদা লৌহন্নবা থৌরাং পায়খৎলকপগা লোয়ননা সাহিত্যদসু অচৌবা অহোংবা উবা ফংখি । হিন্দু লাইনীংগা মরী লৈনবা লাইরিকশিং লমদমসিগী লোন্দা ইথোরকপগা লোয়ননা মপান্দগী মরুওইনা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগী ৱাহৈশিং মণিপুরী লোনগৈদা চঙলকপা হেঙ্গৎখি । মতমসিগী অয়াম্বা ইরম্বশিংদা অইবগী মিং,

ইবগী মতম অমসুং অইবশিংবু য়োকখৎলিবা নিংথৌগী মিং ইনরকপনা লাইরিকশিংগী মতম লেপ্লদা মতেং পীথি হায়বসি খণ্ডনরবা ৱাফমনি । মসিদসু নত্তনা মতমদুগী অয়াম্বা ইরল্লিবশিং অসি মী অমত্তগী শূৎশেম ওইবগী মহুত্তা মী অনী নত্রগা মসিদগী হেনবা কাণ্ডবুনা ইরম্বনি হায়বদু খণ্ডবা ঙম্মি । মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াবদি অইবগী মিং অমসুং মতম পীদুনা ইরম্বা লাইরিকশিং অয়াম্বা হিন্দু লাইনীংগা মরী লৈনবা লাইরিকশিংনি । মতমসিগী থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবদি, ভারতকী অচৌবা পরম্পরাগী মহাকাব্য অমসুং পুরাণগী ৱারীশিং লমদমসিগী লোন্দা ইথোরকখিবা অসিসু অমনি । 'খুন্নাই অমগী পুন্সীরোলদা অচৌবা থেংখাং অমা হৌরকপা নত্রগা লোইরকপগা মহাকাব্যনা থোরকপগা য়াম্লা চাননা থোকপা য়াই' (রামকৃষ্ণন, ১৯৭৭:৩) হায়বদু লমদমসিগী সাহিত্যদসু য়াম্লা চুম্লা থোকখি ।

অরিরা মণিপুরী সাহিত্যদা মীয়াম্লা ঙাংনা শক্লরিবসিদগী খেন্নবা থোইদোকপা লোন, ৱাতপ (এফিক্স) হাপচিন্দুনা অশাংবা ৱাহৈ ৱাতা শীজিন্নরম্মি । হেন্না ফজহন্নবা নত্রগা ময়েকশেংনা খণ্ডহন্নবগীদমক ৱাহৈপরেংশিংদা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ পূংবা নত্রগা মসিদগী হেনবা ৱাহৈশিং পাম্লা শীজিন্নৈ । অয়াম্বা মতমদা অরিবা ৱাহৈগী মতুংদা অনৌবনা তুংইন্ননা চৎপা তত্তনা থেংনৈ । অসিগুম্বা চৎনবীশিং অসি ময়ায়চনবা মতমগী মপাললোমগী ঈথিল মকা লাম্লা চঙলবা মতমদদি অরিবা ৱাহৈগী মহুত্তা ইন্দো অরিয়ান লোনশিংনা শিল্লকই । অসুম্লা ফোঙদোকপগী মওং ৱাহৈ পরেংগী মশক্তা খরমখৈ হোংলবসু পুংহোং হোংবদি ওইখিদে । লমদম অসিগী অঙনবা মতমগী শৈরোলশিংদা ৱারীগী মচাক মরাঙ কায়না য়াওই । তৌবতবু ৱারী ঈশৈশিং অসি মপূংদা অয়াম্বনা খণ্ডনরবা নত্রগা য়ানরবা, মীওই কাণ্ডলুপ অমনা অচুম্বনি লৌনরবা শক্তমশিং অমসুং থৌদোকশিংগী ৱারীনি । ভারতকী অমসুং নোংচুপ্লোমগী অখণ্ড অহৈশিংনা মহাকাব্যগী চেনগদবা মরমচৎশিংগী মনুংদা ইতিহাসতা নত্রগা লৈবাক্লা খণ্ডনরবা থাজনরবা ৱারী ওইগদবনি হায়রল্লিবা অসি মতম অদুগী সমাজগী ফীভম অমসুং মীৎয়েংগা চাননা ওইরম্বা য়াই ।

ময়ায়চনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যগী পান্দমদি অশৈবগী অনৌবা শূৎশেম্লা মীয়াম্বু অঙকপা পোকহনবা নত্তে; ময়াম্লা খণ্ডনরবা ৱারী, তানরবা

শৈরোল নৌহৌনা থোক্লবা অব্বা নুংঙাইগী থম্মোয় ঈহনশিংবু ফোংদোকপগী মওংশিং অদুনা মীয়াম্না পেনহনবনি । অনৌবা শৈশকনা পীবা নুংঙাইবদু নত্তে, ফাগ্রবা ঈশৈগী মরুমদা লোৎলিবা নুংঙাইবগী ময়াই অদুনি । অশৈবশিংদা অনৌ অনৌবা শেম শাদুনা উৎপা ঙম্বা হৈশিংবা মতীক ময়াই য়াওরবসু মখোয়গী খুৎইদা নাৎকী, চৎনবীগী অমসুং থাজবগী কোয়শিল্লিবা পল অদুবুদি লাম্থোক্লুনা চৎপা ঙমদে । মরমশিং অসিদগী লমদমসিগী মীওইশিংনা অনৌবা মহাও পীবা সাহিত্যগী মচলশিং থোরকপদা তরাম্না লৌশিন্নবগী শেম শাদুনা লৈখি । তরানীপালশুবা চহীচাদা লৈবাক নিংথৌগী মরুওইনা অনৌবা লাইনীংবু পাম্না কোনশিল্লিবা কোনুংগী অমদি য়াইতোং ফমদোংবশিংগী অচৌবা সংস্কৃতিগী ঈচেন্দা য়াওনীংবগী অপাম্বদু ফংহন্নবা অমসুং খোঙলৈ থুহন্নবা হোৎনবদা হিন্দুগী পুরাণ অমদি লাইরিকশিং অসিনা চাউনা মতেং পাংখি । রামায়ণগী অথোইবা চরিত্র ওইরিবা রামগী কন থৌবা, লৈবাক প্রজাগীদমক্তা কৎথোকপগী, ওইজবা থাদোকপগী, লাইরৈবাক্কী লাই ফাওবনা কিনরবা য়েক্লবা হিংচাবা রাবণবু মায়থীবা পীবগী ফিদমশিং অসিনা গরিবনিৱাজ মহারাজগী পূক্রিং চিংশিল্লম্বা য়াই । রাম লাইনীংবু লৌহন্নবা, শান্তদাসনা নিংথৌবু থাজহন্নবা হোৎনখিবগী মতাং অমা 'সনামহী লাইকন'দগী লৌখৎপা য়াই :

> তুবী নঙনা চৎঙম্বা গৌড়িয়া লাইরমলেন অথোইবা ভক্তি মরমচৎ অসিদি ব্রজবাস চনুরা স্ত্রী নুপীশিংগী মবমচৎ মহাকনে... কাম, ক্রোধ, লোভ, মোহ, মবম ৪ মাবু শমু মহকচাংদা পক্তরবশিংনা লমচৎ মতীক ওক্লা তৌঙমঙৈনে । ক্ষেত্রি মরমচৎ হৌনশাদি পোইরৈ লৈবাক ঙাক্লবদি সনা অযোধ্যা মপুরেন শ্রীরামচন্দ্র লাইনিংথৌগী রামান্দি অচেৎপবু তৌরবদুম ঙমঙৈনে (লা : ৫১-৫২) ।

মতৌ অসুম্না রাম নত্তনা অতৈ লাই নীংলরোই হায়দুনা রামজী প্রভুগী মূর্ত্তি লাৎখি । ১৭২৯ দা সনা কৈথেলদা যুংবা নূংবু মোংবা হনবা তান্না চিংশিন্দুনা হনুমানগী মূর্ত্তি শারগা লাৎখি (চৈ.কু. ১৯৮৯ : ৮৯) ।

হিন্দু লাইনীংগী মপূংওইবা শক্তম অমদি অথোইবা লাই ওইরিবা হরিগী মিংথৈ শক শোনবা অমসুং তাবনি । 'রামায়ণ' 'মহাভারত'নচিংবা পাবা অমসুং

তাবা ঈশ্বরগী মিং শক শোনবগা মান্নে হায়না লৌনৈ । অহানবদা লাইনীংগা থোইনা মরী লৈনদবা শৈরেং ৱারী ওইনা হৌরক্লবসু মমৈদা নিংথৌকোনগী হৈশিংলবা পুরোহিতশিংগী মখুত্তা ব্রাহ্মণগী মগুণ থাগৎপা মখোয়গী ৱাখল মীৎয়েংবু অচুম্বনি উৎপা পাউজেল হাপচিন্দুনা 'রামায়ণ' ধর্ম্মগী ৱারোল শন্দোক্লবা ওইরকখি । মহাকাব্য অসি সাহিত্যগী ফজবা লৈচন অমা ওইবতা নত্তনা মসিগা শাগোন্নরিবা লাইনীং লাইশোলগী ওইবা মশক অদুনসু মীয়ামগী পূক্লিং চিংশিনখি । তরানীপালশুবা চহীচাগী অহানবা তংখাযদা ইথোকখিবা 'রামায়ণ'বু গরিবনিৱাজ মহারাজনা সাহিত্যগী নীংথিরবা মচল অমা ওইনা য়েংলম্বগী মহুত্তা অনৌবা লাইনীং শন্দোক্লবগী থোইদোকপা শাদোং অমা ওইনা লৌখৎলম্বগী মওং উবা ফংই । 'মদাইবেম প্রজা লৈবাক কোইবা অয়াম্ববু বামচন্দ্র ধর্ম্ম অথোইবদা পূক্লিং লেপ্লবা সপ্ত কাণ্ড মশা তবেৎমকপু পোইরৈ মৈতৈলোন্দা ওম্বোকশৈনৈ' (লঙ্কা কাণ্ড : ১০৩) ।

গরিবনিৱাজ মহাবাজনা নহারুপ শঙগী শেলুংবা ক্ষেমাসিংদা বামগী ৱাবীসিবু ইনবা শিন্নখি । ক্ষেমানা খুমম্বেম প্রমানন্দ, খোইস্নাম মুকুন্দরাম, ইবোম লক্ষ্মীনরায়ণ, নোংথোনবা বামচবন, লক্ষ্মীনবাযণ সাইখোম মখোয মঙাগী মতেং লৌদুনা বাঙ্গলাগী কৃত্তিবাসকী বামায়ণ মৈতৈলোন্দা ইথোকখি । মসিদসু নত্তনা নিংথৌ অসিগী য়াথং মতুংইন্না মুরাবী অমসুং গোপী অনীনা 'বীববাহু তুবা' (১৭২৩) মৈতৈলোন্দা ইখি । চীংথংখোম্বা মহারাজগী হাক্তকতসু কোম্থৌজাম্বা লবঙ্গনা 'বাম নোঙ্গাবা' ইখি । 'রামায়ণ' মশা তরেৎমক গবিবনিৱাজগী মতমদা মৈতৈরোনদা ইথোক্লম্লবসু লৈবাক্লা য়াম্না তোযনা লালগী অৱাবা নংবনা মতুংদা লাইবিকশিং অসি মশীং শুনা ফংবা ঙমখিদে । মবম অদুনা মহারাজ চীংথংখোম্বগী মজাইবুংঙো লোইরেনখোম্বগী (১৭৯৮-১৮০০) মতমদা কৈশাম শ্রীদাম্না খোমজিন্দুনা কাণ্ড তরেৎ শুনা অমুক ইথোকখি ।

মহাকাব্যদি সাহিত্যগী মচল অমা ওইবতা নত্তনা লাইনীং লীচৎকী অচেৎপা চৎনবীশিংগা চেৎনা শাগোন্নদুনা লৈ (দাস ১৯৯১:৭০) হায়নবগুম্না 'রামায়ণ' অমসুং 'মহাভারত' পু চুম্নগী ৱারী ওইনতা লৌনদে, অথোইবা চরিত্রশিংবু লাইগী থাক্তা পুখত্তুনা কাব্যশিং অসিগী অকোয়বদা চীংলেম্বা মতৌ অমসুং থোইদোকপা মশেক মঙাল হাপ্লবা হোৎনৈ । লমদমসিদসু অসিমঙাই ।

মহাকাব্যশিং অসিবু মণিপুরীশিংনা লাইগী নত্রগা লাইগী থৌরমগা নকশিন্নবা ফিদা অমা শীখিবনা সাহিত্যগী ওইবা মতীক মঙাল নৈনবরোমদা চঙশিনবগী মহুত্তা মসিগা শাগোন্নবা অশেংবা থৌরমশিংদা হেন্না মীৎয়েং থন্নকই ।

কৃত্তিবাসকী রামায়ণনা বাল্মীকিগী বামায়ণদগী খেন্নবগুম্না মণিপুরী 'রামায়ণ' বাঙ্গলাদকী চপ চানা হন্দোকপা নৎখিদে । ভারতকী অতৈ লোনশিংদা বামায়ণ ইথোক্লবকপদা অহোংবা কয়া লাকখি । অসিগুম্বা লাইবিকশিংদদি কবিশিংনা অনৌবা থৌদোক, অনৌবা মীৎযেং কয়া হাপচিল্লি, পামদবা কয়া'মসু লৌথোক্তুনা শেমদোক শেমজিন তৌই (দাস ১৯৯১: ৫৭) । অইবশিংনা কৃত্তিবাসকী রামায়ণদগী মৈতৈলোন্দা শৈওনবনি হায়ববসু মসিগা মান্নদবা, মসিদা য়াওদবা কয়া মণিপুবীগীদা য়াওরি । ময়াযচনবা মতমগী মণিপুবী শৈরেংদা উবা ফংলিবা মহাকাব্যগী মশক অসিমক মাঙলমচৎতগী লেপ্তুনা চেন্থবক্লিবা অমদি তত্তনা হোংলিবা অনীসিগী মনুংদা থোকপা শক্তমনি হায়বা তাই । কৃত্তিবাসকী রামায়ণদা রামনা বাবণ হাৎনবগীদমক দেবী পূজা তৌহল্লি, মণিপুবীগীদদি দেবী পূজাগী ৱাফমসি য়াওদে । বাল্মীকিগীদসু য়াওদে । মসিদসু নত্তনা বাঙ্গলাগী 'রামায়ণ'গী লঙ্কা কাণ্ডাদা য়াওরিবা রাম লক্ষ্মণবু মহীরাবণনা হূদুনা পুখিবা, মথক্তসু পনখ্রবা রামনা দেবী পূজা তৌবা, তবনীসেনগী অমসুং বীরবাহুগী লান, হনুমান্না নুমিৎ ফাবনচিংবা থৌদোকশিং মৈতৈরোলগীদা থেংনদে । কৃত্তিবাসকীদা 'সুন্দরা কাণ্ড'দা রাবণগী কোনুং ঙাক্লিবী উগ্রচণ্ডাবু হনুমানগা থেংনহল্লি অদুবু মণিপুরীগীদদি মতাংসি য়াওদে । কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ডদা হনুমান্না সম্পাতিদা বাল্মীকি মুনিনা ডাকু ওইরম্বা অমদি 'রামায়ণ' ইখিবগী ৱারী লীখি । অদুবু বাল্মীকি অমসুং মৈতৈরোলগী 'রামায়ণ'দদি য়াওদে ।

মণিপুরী রামায়ণগী 'আদি কাণ্ড'দা মিথিলাদগী সীতাবু লুহোংলগা হল্লকপদা নাপল চাউরবা পরশুরামগা রামগা অকনবা লান থেংনৈ । মমৈদা পরশুরামনা চঙজখি । কৃত্তিবাস অমসুং বাল্মীকিগী 'রামায়ণ'দদি পরশুরামনা লান থেংনবা তৌদনা চঙজখি । মৈতৈ অশৈবশিংগী খুৎশেমদা ফজবা কয়াসু য়াওদবা নত্তে । পঞ্চবতীদা লৈরিঙে রাবণনা সীতাবু হূদুনা পুখ্রবদা, মায়কৈ খুদিং কোয়না য়েংবদা সীতাবু উরক্তবদা রামনা ৱাখিবগী মতাংবু অশৈবনা অসুমা শৈথারি :

... হে শানৌ লক্ষ্মণ অহেনবা পল্ৌ পামচা নংসুঙ সনা অযোধ্যা লৈবাক্তা হনবাইখিরো । চীংভু নশাবী ঐদি বিষ হূবু চানা নোংমল্লগে । সংসার পূন্নমগী রাজ নিংথৌ অয়াম্বশিংনা নাতাখিরবগা তাঙজা ইকাইয়ে । (অরণ্য কাণ্ড : ৬৭) ।

অসুম্না সীতাবু খিরকপদা থম্বালগী মখোঙদা ঙানু কাংঙাশিংনা শান্নরিবদু উবদা সীতাবু নীংশিংলুদুনা হেন্না ৱাখি । জটায়ুগা থেংনখি । জটায়ু শিরবদা তেন কাপ্তুনা শা ফারুরগা উচেকশিংদা পীজখি । বাল্মীকিগী 'রামায়ণ'দসু থৌদোকসি য়াওই । কৃত্তিবাসকীদদি শা মতুম কৎপসি য়াওদে । খেন্নবশিং অসিদা নত্তনা সুপর্নাখাগী শক্তম য়েকপদসু মৈতৈরোনগী রামায়ণদা মান্নদবা কয়া উবা ফংই । বাল্মীকি অমসুং কৃত্তিবাসকী রামায়ণদদি সুপর্নাখানা মরান্নাই অপাম নুংশি ৱাখন্না রামগী নাক্তা লাক্তুনা মশাবু কৎথোক্লখি । রাবণগী মচননি হায়খি । সীতাবু চাথোক্কে তৌরবদা লক্ষ্মণনা নাতোন অমসুং নাকোং ককখি । সুপর্নাখানা লঙ্কা য়ৌরবদা বাবণনা রাম অমসুং লক্ষ্মণগী মরমদা খঙবা ঙমখি । লমদমসিগী 'রামায়ণ'দদি লঙ্কাগী নিংথৌগী মচননুপী সুপর্নাখাবু অদুক হন্থনা য়েক্লমদে । মবুং রাবণনা কন্না হায়বদগী মশানা য়ানিংদনা মবুংগী অমদি নিংথৌগী য়াথং হিকতোকফদবা ওইনা পঞ্চবতীদা লাকহল্লি । সীতাবু মহাক্না চাগে হোৎনবদু মণিপুরীগীদা য়াওদে । লীশুহৈবা লক্ষ্মণনা নিংথৌমচা অমগী তৌবা ঙম্বা অকন অরিং উৎপা ওইনা সুপর্নাখাগী মনাতোন ককখি, মনা ফাওবদি ককখিদে ।

বাল্মীকিগী রামায়ণদা কবন্ধ অমসুং সবরীগী ৱারী মরীক চুম্না য়াওই । বাঙ্গালাগীদা সবরীগী ৱারী মমিংতা ওইনা পল্লম্মি । অদুগা মণিপুরীগীদদি অনীমক য়াওরমদ্রে । অযোধ্যাদা হজিন্দুনা রামনা সীতাগা লোয়ননা নুংঙাইনা পাল্লবদা মীরোল্লবী সীতাবু মীনা ফজদনা ঙাংনবা তারবগী নুংঙাইতনা হল্লকপদা সীতানা য়েক্লম্বা রাবণগী মূর্ত্তি থেংনরম্মি । থৌদোক অসি বাল্মীকি রামায়ণদা য়াওদ্রবসু বাঙ্গলা অমসুং মণিপুরী রামায়ণ অনীমক্তা য়াওবা 'উত্তরা কাণ্ড'গী য়াম্না ফজবা মতাংনি । মতুংদা সীতাবু লক্ষ্মণ, সুমন্ত অনীনা বন্দা হুন্দোক্লমদাইগী অৱাবা পূক্লিং নুংশিনিংঙাই ওইবা পাউদম অদুদি মৈতৈরোলদগীদা থেংনদে । পূন্নমক অসিদগী খঙবা ঙম্বদি মৈতৈরোলগী রামায়ণ ইবা মতমদা কৃত্তিবাসকীদগী মপূং ওইনা

লৌরবসু অতোপ্পা ৱারী লীখুন কয়াদগী মতেং লৌদুনা লোনসিগী 'রামায়ণ' শাগৎখি হায়বা ৱাফমসিনি। গরিবনিৱাজগী মতমদা ইখিবা 'বীরবাহু তুবা' রামদা ভক্তি লৈবা রাবণগী মচা বীরবাহুনা রামগী মখুত্তা থৱায় থাখিবগী নীংথিরবা কবিতাগী ঈহুন য়াওরবা ৱারীনি। মৈতৈরোলগী 'লঙ্কা কাণ্ড'গী মনুংদদি থৌদোক অসি য়াওরমদে। মপাগী য়াথং কোক্তা থোংদুনা বীরবাহুনা লাম্লীশিংগা লোয়ননা মমাগী নাক্তা য়াইফ থৌনীজবা লাক্লবদা পলেম মমানা মপারীবু ঙকথি লুমাং কোন্না খজাই লেংলোন চুপ্পা মচাবু লানফমদা চৎখিদনবা খামখিবা, মচাগী হাক্কন্নবদা অকি অখং লৈত্রবী মমা ওইবীগী থম্মোয়গী অথোৎপা মশক উৎপা ফজরবা মতাংনি। 'শঙলেন ইয়মনাক সনা সিংহাসন্দদুম ফমফমলাও, নপল ঐগী থোঙলেন চার ইপৌরোল চার ইথোংথিং, পঙ্খৌ নপা রাজ দশানন খোইমা ঐবু তোমশাৎনফারোই' (লা:১০-১১)। মৈতৈরোলগী 'উত্তরা কাণ্ড' দা সীতানা লৈনূং চঙখিবগী থৌদোক্লা অরোইবা ওইরম্মি। চহীচা তরানীপালগী অনীশুবা তংখায়দা কোম্বৌজাম্বা লবঙ্গনা মদুগী মখা তারকপা 'রাম নোঙ্গাবা' ইদুনা মহাকাব্য অসিগী ৱারী মপূং ফাহল্লম্মি।

'রামায়ণ'গী ৱারীদা নত্তনা 'মহাভারত'কী ফজবা মতাং খবসু খঙ্গৎতুনা লমদমসিগী লোনদা ইথোক্লম্মি। গরিবনিৱাজ মহারাজনা বাঙ্গলাগী গঙ্গাদাস সেনগী লাইরিক্তগী 'পরীক্ষিত' কী ৱারী অসি শক ১৬৪৭ (১৭২৬) তা হন্দোক্লগা অঙোম গোপীনা ইখি। লাইরিক অসি ইরম্বগী মতম অসি ক্রোনোগ্রামগী মওংদা থনম্মি। মসিদসু নত্তনা মহারাজ চীংথংখোম্বনা কাঞ্চিপুরদা কোনুং ওইরিঙৈ ১৭৮১ দা মজাইবুংঙো নবানন্দ যুবরাজনা রামকৃষ্ণদাসনা ইবা মহাভারততগী মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লগা মাধবরাম অমসুং ময়েংবম বৃন্দাবন অনীনা ফজবা শৈশক ৱারী ওইনা 'বিরাট শান্তুপরোল' ইখি। চহী তরামাথোই বন চৎপগী খোঙচৎতা পাণ্ডব মঙানা দ্রৌপদীগা লোয়ননা বিরাটকী লৈবাক্তা লোত্তুনা লৈবা, ভীমনা কীচক হাৎপনচিংবা থৌদোক কয়াগী ৱারীনি। ৱারী অসি লেপ্পুনা চেষ্টুরিবা ঈচেলগী মতৌগুম্না থৌদোক অমগী মথংদা অমা পন্দনা চেষ্টুরকই। অইবশিংনা অরোইবদা য়াম্না নোল্লুকপা মতৌ উৎলি। থম্বালবু লৈখোক্তা তিনখং পাল্লি, লৈখোমদা শাংলি হায়দুনা হুন্দোক্লদে। লৈখোমদা শাংপী থম্বাল হেক্লগা খোইমোম লাইদা কৎপগুম অশোয়বা কয়া য়াওরবসু

য়াইফবা শীনরিবা 'পাপ লাইজ ঈরেনপুংগুম্ববু কোকপা' ভারত ৱারী ঈশৈনে হায়না অয়োন অরান পূম্বা ঙাকপীনবা অইবশিংনা হায়জে । 'মহাভারত'কী থোইদোকপা মতাং লৌখত্তুনা ইথোকপগী থবক অসি মহারাজ মধুচন্দ্রগী (১৮০০-১৮০৩) মতমদসু চৎথখি । নিংথৌসিগী হাকতক্তা অহল ওইরবা পণ্ডিত লোংজম পরশুরাম অমসুং মাগী সেবকশিংনা বাঙ্গলাগী গঙ্গাদাস সেনগী লাইরিক্তগী 'লাঙ্গোই শগোল থাবা' মৈতৈরোন্দা ইথোকখি ।

পুন্নমক অসি য়েংলুরগা ময়ায়চনবা মণিপুরী সাহিত্যগী চাউরাকপা শক্তম মরি থোক্লা থম্বা য়াই : (১) হিন্দু লাইনীংনা লৈবাক নিংথৌগী য়োকখৎপগা লোয়ননা চাওখৎলকপা, অমসুং মপাল লোনগী ঈথিল কনখৎলকপা (২) অচৌবা চৎনপরীংগী মনুংচনবা মহাকাব্য অমসুং পুরাণগী ৱারীশিং লোনসিদা ইথোরকপা (৩) লমদমসিগী হান্নগী চৎনরোলগা অনৌবা মীৎয়েংগা চূশিন্নরকপগী অমসুং খূৎইদা হোংলকপগী মশক উৎপা, (৪) ইতিহাসকী ৱারীশিং মরু ওইনা নিংথৌশিংগী লান্দা থৌবা নত্রগা অনৌবা লাইনীংদা শ্রদ্ধা লৈবগী মশক উৎপা লাইরিকশিং চাওখৎলকপনি ।

মণিপুৰী সাহিত্যগী নেরেতিভশিং অসি শক্ল শোন্নবা নত্রগা তাননবা ইরম্বনি । মতৌ অসুম্না 'রামাযণ'গী মশা তরেৎ ঈশৈগী মওংদা ইরম্মি । 'রামায়ণ'গী অরোইবা শরুক্তা 'উত্তরা কাণ্ড ৱারী নুংঙাইববু ঈশৈ মতোল লোমখিরে' (উত্তরা কাণ্ড : ২৮৯) হায়না লোইশিল্লি । "বিরাট শান্থুপরোল" বু ৱারী ঈশৈনি হায়রম্মি (লা: ১০০) । চীংথংখোম্বা মহারাজগী হাকতক্তা তেখাওদগী শ্রীজিউরাম শর্ম্মা কথাবচননা 'মহাভারত' অমসুং 'রামায়ণ' ৱারী লীবা হৌদোক্লুনা মীয়ামদা হেন্না পাম্লহন্নবা থৌরাং তৌখি । মসিদসু নত্তনা হিন্দু লাইনীংগী ৱারীশিংবু অমনা শক্লগা অমনা অর্থ হন্দোক্লুনা মীয়ামদা ময়েক শেংনা খঙহন্নবগীদমক 'লাইরিক থীবা হায়বা' হৌদোকখি । খুন্দ্রাকপম দামু অমসুং পুত্রম্বম শেল্লুংবা অনীনা 'লক্ষ্মণ দিগ্বিজয়' কৌবা লাইরিক মীয়ামদা তাহনখি । 'রিবাট শান্থুপরোল' হায়বা লাইরিকসিসু চীংনুংদা থা অনী চঙনা হি চিংবা চৎপদা নুমিদাং পোৎথারিঙৈদা মীয়াম্না তানবা ইখিবনি । চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ১৮৭৪ দা জিলা চঙবদা মদাইরেম থোকচাউবনা চীংঙু রামচন্দ্র নামুংবগী ৱারী 'রামায়ণ' লীদুনা তাহনখি (১৯৭৯ : ৪২) । মসিদসু নত্তনা চনম্বা বাপু

পেনা হঞ্জবনা 'রুপবান'গী ৱারী শকখি । হান্নদগী চৎনরক্লিবা পেনা শক্তুনা তাহনবগা লোয়ননা ৱারী লীবা অমদি লাইরিক থীবা হায়বনচিংবা অনৌবা কলাগী মচলশিং অসিনা ভারতকী অচৌবা ঈচেলগা হেন্না তোরোৎ খদান্নবদা অমসুং শকখঙহনবদা অচৌবা মতেং ওইখি ।

১৮৯১ গী মণিপুরগী নীংখা তম্বগী অরোইবা লানবু শৈথাদুনা শকখিবা 'খোংজোম পর্ব্ব' ময়ায়নবা মতমগী অরোইবা শরুক্তা থোরকখি । অদুবু মসিনা অনৌবা কলা অমা ওইনা তুংলমচৎতা মরুওইবা থৌদাং লৌরবসু চহীচা অসিদদি মসিগী মশাগী ওইবা মশক অমা লেপচনবা হোৎনবগী ফীভমদা লৈরম্বা য়াই । মরম অসিদগী মথক্তা পনখ্রিবা আর্ট ফোর্মশিংনা মহাকাব্য, পুরাণগী ৱারী অমসুং পাউজেলবু মীয়াম্না পামনহন্নবা হোৎনবদা শরুক য়ারিবা অদুগুম্না মসিনা পাঙথোকপা ঙম্লমদবা তাই । মদুগীসু মথক্তা "ৱারী লীবা" অমসুং 'লাইরিক থীবা হায়ব'দি মতম অদুগী অয়াম্বা কলাগী খুৎশেমশিংগুম্না নৈতিক সিদ্ধান্ত অমসুং লাইনীং মীৎয়েংগী মরুম থুপতুনা পুথোরকখিবা ওইনা তৌখি । পুম্নমকসি হায়রুবগী মরমদি মহাকাব্যগী ৱারীশিংসি মতম অদুদা করম্না মীয়ামদা য়ৌহনলম্বগে হায়বগী খোঙ্গুল লীনবা হোৎনবনি ।

ভারতকী মশক নাইরবা মহাকাব্য মপৃংদা 'রামায়ণ' মায়ায়চনবা মতমদা লোনসিদা ইথোকপনা মণিপুরী সাহিত্যগী তুংগী মায়ওন লেপ্পদা করম্বা মঙাল পীখিবগে হায়বসি নৈনবা য়াবা অমনি । প্রবন্ধ কাব্য অমদা তত্ত্ব মরি : অথোইবা ৱারী, অথোইবা চরিত্র, অথোইবা পাউজেল অমসুং থোইদোকপা খুৎই (শৈলী) য়াওফম থোকই হায়না লৌনরবসু মদুনা অরোইবদি নত্তে । মরম অদুনা আচার্য্য দণ্ডীনা মহাকাব্যবু নৈনবদা কবিগী থোইদোকপা সৃজনী শক্তিদা মীৎয়েং থমলম্মি (মিশ্র, ১৯৬৫ : ৪৬) ।

মণিপুরী রামায়ণ, 'অগ্নি পুরাণ' অমসুং কাব্যশাস্ত্রদা পীরিবা কাব্যগী পান্দমশিংনা চপ চানা ওনবা য়াদে । লমদম অসিগী মচু লোক্তুনা মীয়ামগী অপাম্বা কয়া থেৎচিন্দুনা ঐখোয়গী অশৈবশিংনা শেম্বা লৈচলনি । মৈতৈগী অশৈবশিংনা মরু ওইনা লানগী থৌদোকশিংদা, মমা মচা কয়ানবগী, অৱাবগী মশক য়েকপদা নুংঙাইগদবা অমসুং নুংশিগদবা মচাক খন্দুনা হাপচিল্লম্বা থেংনৈ । কৃত্তিবাসকী রামায়ণদি মরুওইবা চরিত্রবু হেন্না মশক থোক্লা শেম্লম্মি ।

মণিপুরীগীদি মখোঙ ফুয়না শিন্থবা ৱারীগী ঈচেলনি । সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী তঙাইফদবশিং অদুদা হেন্না মীৎয়েং থমলগা শেমলম্বা খুৎশেম ওইনা উই । কৃত্তিবাসকী রামায়ণদি পায়ারদা ইরম্মি । মণিপুরী রামায়ণদি পেনাগী শৈশক শৈদাদা মপাল তাংদুনা হায়নগী পরীংদা ইবনি । মরম অদুনা ছন্দ, মাত্রানচিংবা কাব্যশাস্ত্রগী লমদা শীংথানবা য়াবা অহোংবা পীবা ঙমখিদে ।

ভারতকী ময়ায়চনবা মতমগী সাহিত্যদা তোয়না তানরবা 'পুরাণ' হায়বসি মতম অসিদা লমদমসিদসু শীজিন্নরকখি । ৱাহৈ (টার্ম) সিনা মখল মথেলগী ঈরম কয়ামকমদা ইবা মৈতৈলোনগী 'রামায়ণ' 'পরীক্ষিত' 'চরাইরোংবা খুনগুম' নচিংবা লাইরিকশিংবু খঙনবকখি । ময়ায়চনবা মতমদা ইখিবা 'ধনঞ্জয় লাই নীংবা' 'সনামনিক' 'অরোং নন্দকুমার লাইবু নীংবা' 'লাংলোন' নচিংবা লাইবিকশিং লমদমসিগী হান্নগী পরীংগী উচনদা শেম্বা অচৌবা পরম্পবাগী মঙাল তাবা ঈচেল অনী ঈতিন্নবগী পোৎথোকনি ।

'রামায়ণ' অমসুং 'মহাভারত'না অতৈ লমদমগী মীওইশিংগী পূক্লিং চিংশিনবগুম্না লমদমসিগী মীওইশিংগী পূক্লিংবু তত্তনা শুক্নাৎখি, ঈখৌ লাংবা পোকহনখি । মরম অদুনা মতম অদুগী মণিপুরীশিংগী ৱাখল্লোনদা কাব্যসিগী মশেক মঙাল তাবা থেংনখি অমসুং মরুওইনা অশৈবশিংগী ইমেজরীদা, নাক-য়েৎ শেম্বদা অমসুং পুন্সী মীৎয়েংদা মশক হোংলকখি । অথোৎ অমেংগী, অকল অথৌগী অমসুং মখল মথেলগী পূক্লিংগী ইহুল য়েকপদা হিন্দুগী পুরাণ অমসুং লাইরিকশিংদা য়াওবা শক্তমশিং প্রতীক ওইনা শীজিন্নরকখি । নুংশিবা খোঞ্জেলবু শৈথাবদা 'কোকিল', অকল অথৌবু শৈথাবদা 'গরুড়' অমসুং 'রাহু'নচিংবগা পান্দম ওইনা উৎলকই । অইবগী মীৎয়েংসু হেন্না পাক শন্না উহনবা ঙম্নবগী মচাক ওইহল্লকই । শম্না হায়রবদা মৈতৈরোলগী রামায়ণ ইখিবগা লোয়ননা লমদম অসিগী সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যদা ভারতকী অচৌবা পরম্পরাগী থোঙ লাওনা হাংদুনা থমখ্রবনি হায়বা য়াই । চহীচা তরামাপনগী অনীশুবা তংখায় চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা 'খম্বা থোইবীগী ৱারী' নিংথৌগী অয়াবা অমসুং য়োকখৎপগা লোয়ননা শকপা হৌদোক্লুনা লমদমসিগী ওইবা তোপ তোপ্পা শক্তম পুবা মহাকাব্য থোরক্লবগী মায়কৈদা হেন্না খূমাং চাওশিনহনখি ।

অরোইবদা, অনৌবা মতমগী মমাঙগী মণিপুরী অইবশিংনা মশাগী মনীং তম্না মশক উৎনবা অমসুং অনৌবা চাংয়েং তৌনবা হোৎনজরসু মখোয়না মাঙলমচৎকী চৎনরোল অদুবু থৈদোক্কুনা থম্বদি ঙমখিদে । মদুগীসু মথক্তা মশাগী অনীংববু নমশিন্দুনা মখোয়বু য়োকখৎলিবা নিংথৌকোলগী য়াকা য়েংদুনা খোঙ থাংবা তারকই । মখোয়না লাইনীংগী, চৎনবীগী, থাজবা ব্রাখল্লোনগী কোয়শিল্লিবা পনখৈ অদুগী মনুংদা কলাগী খূৎশেমশিং পুথোকলমই । মপানগী লাইনীংগা শাগোন্নবা পুরাণ অমসুং কাব্যশিংনা ব্রারীগী অনৌবা নুংঙাইবা মহাও পীরবসু, পূক্লিং ঈহুন য়েকপগী, ব্রাহৈ খনবগী, শৈথাবগী, শৈহৌ অমসুং শৈরোইগী মওং পূম্বদি লমদমসিগী চৎনবীনা লেপ্পি । মরম অসিদগী লমদমসিগী নুং অমসুং পানগী মশক্তা অচৌবা অহোংবা পীবা ঙমখিদে হায়বা য়াই । মরম অদুনা লমদমসিগী লৈহাওদা চাউরাকপা মণিপুরী সাহিত্যগী মশাগী ওইবা কাব্য পুথোরকপদা অচৌবা পরম্পারাগী মশক নাইরবা কাব্যশিং অসিনা কদায় ফাওবা ঈথিল পীবা ঙম্বগে হায়বদু মখা তানা নৈননীংঙাই ওইরি । •

# মণিপুরী লোন্দা মপাল লোনগী ঈথিল

(১৯শুবা চহীচা ফাওবা)

মীওইবনা ঙাংনবিবা লোন হায়বা অসি অহোংবা নাইবা সমাজ অসিগী পোৎথোকনি । হোংলক্লিবা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী যাওন মতুং ইন্না মীওই কাঙলুপ অমনা ঙাংনবিবা লোন্দা অনৌবা ৱাহৈ কয়া চঙলকই, কয়া অমনা শীজিন্নবস্নদগী তোকখি । লৈঙাক পথাপকী, লাইনীংগী, লল্লোন ঈতিক অমসুং শিনশাবোনগী মতমনা পুবকপা অহোংবা কয়ানা হৌখিবা ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা মপানগী লোন কয়া চঙলকখি । কয়া অমনা মশক হোংদনা, কয়া অমনা লমদমসিগী হৈনবী অমসুং মহৌশাগা চৃশিন্নদুনা মশক ওন্থোকতৃনা লৌশিল্লকখি । লোনগী হোংলক্লিবা শব্দমগী মবমদা লেক্সিকোগ্রাফব ফ্রেক্সবনা 'সেক্সাপযাবদ ঙসি নিউযোর্ক অমসুং লণ্ডনদা হিংলম্বা তাববদি চাংচত্তা ঈংবাজী ৱাহৈ মাপলগী মনুংদা মঙাতমক খঙবা ঙম্লমগনি' হায়বর্ম্মি (তোফ্লব, ১৯৭৯ : ১৫৮) । ঐখোযনা হৌখিবা চহীচা অমা নত্রগা অনীগী মমাংদা ইবম্বশিং অসি উবগা মণিপুবী লোনগী হোংলক্লিবা মশক চাউবাক্লা খঙবা ঙম্মি ।

মণিপুবী লোন, তিবেতো বর্মন লোন কাংলুপকী মনুং চল্লি । হায়বিবা লোন অসি 'সিনো তিবেতান' হায়না খঙনবা চাউববা লোন কাঙলুপকী মশা অর্মনি । ৱিনফ্রেদ পি, লেমেননা তিবেতো বর্মনগী মনুং চল্লিবা লোনশিংগী মবমদা থল্লিবা মীৎয়েং অসি মতাং অসি খন্নবা যাবা ৱাফমনি ।

> Tibeto-Burman comprises the languages of Burma and Tibetan, which is attested from the seventh century A.D. (Lehmann, 1975 : 46)

সুনীতি কুমার চেতর্জিনা মণিপুরী লোন ওইরকখিবসু চাওরাক্লা তরেৎশুবা চহীচা এ.দি. অদুৱাইদনি হায়নিংঙি (চেতর্জি ১৯৭৪:২৫)। অদুগা অমরোমদা পনবা য়াবদি ভারতকী বাঙ্গলা, আসামী, হিন্দীনচিংবা অনৌবা ইন্দো-অরিয়ান লোনশিং অসিসু চাউরাক্লা তরাশুবা চহীচাদগী হৌনা মিদল ইন্দো-অরিয়ান নত্রগা অপভ্রংশগী থাক্তগী নাম্থোরকতুনা লম লমগী মরন্নাইগী ওইবা লোন ওইনা থোরকপা হৌখি। ৱাফম অসি য়েংলুরবদি অখণ্ড অহৈশিংনা পীরমলিবা মণিপুরী লোননা মশাগী ফিরেপ লৌজদুনা থোরকখিবগী মতম অসি থোইনা ঙক্লিংঙাই ওইদে।

অঙনবা মতমদা লমদম অসিদা মী কাঙলুপ কয়ামুক লৈরম্মী। কাঙলুপশিং অসিগী লোনশিংগী মরক্তসু খেন্নবা উবা ফংলম্মি। মমৈথংদা খুমন, মোইরাং, শেল্লোই লংমাইনচিংবা কাঙবুশিং অসি মৈতৈশিংনা খূদুম চনশিনখি। লোয়ননা কাঙলুপশিং অসি মৈতৈগী খুন্নাইদা চুপশিনখি অমদি মখোয়গী লোন কয়ামরুমসু মৈতৈগী লোনগৈদা তিনখি। খুদম ওইনা খুমননা পাৎপু 'কোন' কংফালবু 'য়া' শিবববু 'ফুরবা' নৌবু 'তাওতেক' কৌরম্মি। মোইবাংনা কংফালবু 'কোং' ঈশিংবু 'লোক্লৌ' শীংজংবু 'হাইবী' কৌরম্মি। মতৌ অসুম্না লুৱাংনা থোংবু 'তিংবী', লম্বীবু 'মুংবী' হায়না খঙনরম্বগী খুদম উবা ফংলি। মসিদসু নত্তনা মণিপুবী লোনগী ৱাহৈগী পূক্কৈ (ভোকেবুলবী) দা তিবেতো বর্মনগী কাংলুপ্তা চল্লিবা অতৈ লোনশিংগা মান্নবা খরমখৈ উবা ফংই। খুদম ওইনা তিবেতান্দা য়ুমবু 'খিয়ম' মৈবু 'মি' মিৎপু 'মিগ' অনীবু 'নী', মঙাবু 'ঙা' মীবু 'মী' শিববু 'শি' চাববু 'জা', উ (শীং) বু 'শীং' কৌই। মতৌ অসুম্না বর্ম্মিজদনা য়ুমবু 'ইম' (ইন), মৈবু 'মি' মীৎপু 'মীয়েৎ' অনীবু 'নিৎ' মঙাবু 'ঙা' কৌই। পোল. কে. বেনেদিক্তনা মৈতৈগী 'শিং' (ইংরাজী : জিঞ্জর) হায়বসি তাইদগী ওইরকলম্বা য়াবগী থাজবা ফোঙদোক্লম্মি :

> Other T-B forms are probably of Thai origin : Barish (hai) Ching ; Meithei Sing : Nung (lun) Zing (Benedict, 1975:103)

তাইশিংনা মুকপু 'মক' চেবু 'চি' কৌই ; চিনানসু 'মুক' অমসুং 'চি' হায়না খঙনৈ (ইবিদ : ৫৩), তাইগী লোনশিংদা 'চি' হায়রগা চে নত্রগা

দোকুমেন্টশিংবু খণ্ডনৈ (গোগোই, ১৯৮৬:১৮০ ) । মণিপুরগী অঙনবা মতমগী লাইরিকশিংদসু লমদমসিগা মরী লৈনরম্বা নক্লবা লৈবাকশিংগী লোনগী মরমদসু মরক মরক্তা পল্লম্বা থেংনৈ । তাইশিংনা ঈশিংবু 'নম', য়েনবু 'কৈ' কৌই হায়বসি 'নিংথৌরোল লম্বুবা' 'চীঙ্গোইরোল'নচিংবা লাইরিকশিংনসু অচুম্বনি হায়বদু উৎলি ।

> 'ময়িম শেনবী মীকৌনা কবো তেংথানা ঈশিংবুদি 'নম'-ও কৌএ হৈবু 'মাক' -ও কৌএ । মাক তাওজিং হৈপুমবু লাইজ ঈপাকথক্তা লংনা তাওথরকএ অদুগী নোংগীবু মাকলং তাউজিং হৈতাও ঈ-ও তৌনা কৌএ' (নিং: ল : ২৯৫) ।

ময়িম শেনবী কবোনা য়েনবুদি কৈ-ও কৌএ (চীঙ্গোইরোল : ৯৯) মৈতৈশিংনা অঙনবা মতমদা মরুওইনা পোং (শান) শিংগা মরী লৈনরম্মি । মৈদিংঙু নাউথিংখোংগী (৮ শুবা চহীচা) মতমদা পোং নিংথৌগী মনাও সামলুংনা থোরক্লুনা চহী তরা অপোং হিঙ্গোন্দা লৈরম্মি (চৈ : কু: ৬) । ক্যাম্বাগী (১৪৬৫-১৫০৮) মতমদা পোং নিংথৌ চৌফা খেখোম্বগা মরুপ শান্নখি, মৈতৈগী পুংয়ৈবগা পোংগী পেরে খোংবগা শিন্নখি । মতম অমগী মণিপুরগী লৈঙাকলোনগা মরী লৈননা শীজিন্নরম্বা ৱাহৈ 'পানা' হায়বসি শান ষ্টৈত কেংতুংদা খাজনাগী দিভিজন অমা ওইনা শীজিন্নৈ (হদসন, ১৯৭৫ : ৭০) । চহীচা তরানীপাল য়ৌরকপদা লমদমসিদা লাইশঙবু খঙনরিবা 'কিয়োং' নত্রগা 'ফুরা' হায়রিবা ৱাহৈ অনীমর্কসি শানশিংগী ৱাহৈনি । ক্যাং-ফ্রা : তেম্পল ফোর দি ইমেজেস (গোগোই, ১৯৪১:২৪) ।

লোন অমদা মপানগী লোন্ চঙলকপগী মরুওইবা মরমদি সমাজ অদুদা তঙাইফদনা অনৌবা লোনদু চঙদবা য়ারক্তবা অমসুং লোনশিং অদুবু ঙাঙন-শক্লবনা হেন্না লৈবাক মচা তাবা ওইনা লৌনরকপা অসিদগীনি হায়বা য়াই । মপান্দগী পুশিল্লকপা ৱাহৈশিং অসি অয়াম্বনা ফ্রি ফোর্ম ওইগল্লি, বাউন্দ ফোর্মদি য়াম্না তাঙনা থোকই (লেমেন : ৪০৪) । হায়রিবা ৱাফম অসি মণিপুরী লোনদসু য়াম্না চাননা থোকই অমদি মপান্দগী পুশিল্লুবা ৱাহৈশিংসি অয়াম্বনা নাউন ঙাক্তনি । চহীচা তরাতরেৎ য়ৌরকপদগীদি মণিপুরী সাহিত্যদা ইন্দো-অরিয়ান লোনগী ঈথিল মকা ফোংবা হৌরক্লে । মতমসিগী লাইরিক্লি হায়নরিবা 'লৈথক-লৈখারোল' দা লাখা, সমদ্রু, গরুড়, গন্তা, শুগ্যা, হেরামনিকনচিংবা; 'পাছোইবী

খোঙ্গুল' দা গঙ্গা, কাতি, চোটানচিংবা অমদি 'চায়নবোল' দা যুববাজ অমসুং সাক্ষী হাযবা ব্রাহৈশিং মশক হোংনা নত্রগা হোংদনা শীজিন্নবা থেংনবে । অসিদসু নত্তনা মপানগী লোন চঙলকপগী খুদম মতম অদুগী 'চৈথাবোল কুম্বাব'দা যাওবিবা হেবা, মুক্তা, পবনসিং, প্রতিকানচিংবা শামুশিংগী মিংদগী খঙবা ঙম্মি ।

মৈতৈশিংনা মকওইনা লৌনবিবা অমদি তোযনা শীজিন্নবিবা ব্রাহৈশিংগী মনুংদা গুরু, অঞ্জি, সনা অমসুং লুপা হাযবা ব্রাহৈশিংসিসু অমনি । অদুবু ব্রাহৈশিং অসি লমদম অসিগী ওইবা ব্রাহন্দোক শীনবা হোৎনববসু মপান্দগী চংলকপা ব্রাহৈনি হাযবসিদি শেংলবা ব্রাফম্মি । মৈতৈ মযেক্কী লাইবিকশিংগী অমসুং নূংদা হকপশিংগী অহৌবদা যাওবিবা অঞ্জ '৭' অসি শৈবর্শিংগী খুদম্মি অমসুং আসামদা ফংলিবা কোবী কোম্পাকশিংদা শিবগী প্রশস্তি ওইনা শীজিন্নে (বরুব্রা, ১৯৬৯:১৬৩) ।

মণিপুবগী অঙনবা মতমগী লোনগী মশক নৈনবদা মণিপুবগী নূংদা অমসুং শেলদা হক্লম্বা বাতৈশিং অসিবু নৈনবা যাম্না দবকাব ওই । কবিগীনো হাযববু লাইবিক্তা ইবল্লিবশিং অসিদি কুইনা থম্বা যাদবনা নৌনা অমুক ইথোকপা নত্রগা শিন্দোকপদা অনৌবা ব্রাহৈ হাপতোক হাপচিন তৌবা যাবগী ওইথোকপা লৈতবা নত্তে মবম অদুনা মতম কুইনা লৈবা ঙম্বা যোৎ অমসুং নূংনচিংবদা হক্লম্লিবশিং অসি মশীং পংযাম যামদ্রবসু অতৈ মচাকশিংদগী হেন্না থাজনীংঙায ওই । মণিপুবদা থেঙলবদা খাগেম্বগী মতমদগীদি ( ১৫৯৭-১৬৫২) শেলদা অমসুং নূংদা হক্লম্বগী খুদম মযেক শেংনা ফংবা হৌবে । ক্যাম্বা নিংথৌগী মতমগীনি লৌনরিবা খোইবুগী নূংসিদা ইবল্লিবা 'শ্রীলাইনিংথৌ কিযাম্বগী যাথংনে মথংসোই লৈসেম্বা লাইবেম্মগী সুকুংনে' । হাযবসিদা যাওবিবা 'শ্রী' অমসুং 'সুকুং' সংস্কৃতনি । অকোনবগী ব্রাহৈ অসিমদি সংস্কৃতনা অমুক গ্রীক্তগী লৌবনি । সুকুং < সুবঙ্গ (সং) < সুবিঙ্ক (গ্রীক) (চেতর্জি, ১৯৮৬:১৯৫) । ইপিগ্রাফিকেল বেকোর্দতগী অহানবা ওইনা শ্রী শীজিন্নবদি গবিবনিব্রাজ নিংথৌগী নিংঙেলগী অহকপা নূংদগী অমসুং মহাক্কী মতমগী শেলশিংদগী খঙবা ঙম্মি (বহাদুব, গুনীন্দ্র ১৯৮৬:১৮) । খৃ: ১৭২৪ দা পুথোকখিবা শেল মযেক্তসু নিংথৌসিবু 'জেশ্রী গবিবনিব্রাজ মেখলেশ্বব' হায়না নাগবী ময়েক্তা ইবম্মি । 'পরীক্ষিত' (১৭২৬) তসু অসুম্না ইবম্মি : 'লাইবেন মৈদিংঙু পোইবৈ মৈতৈ

নিংথৌ জয়শ্রী গরিবনিৱাজ শ্রীশ্রীযুৎগোপালসিং ময়াম্না বৈষ্ণব লিংজেল চেনবা... নিংথৌরেন্না পোইরে মৈতৈরোলদা লেংবা ত্তেংথাশেনে' (লা: ১-২)। নিংথৌবু 'মহারাজ' কৌবসু গরিবনিৱাজগী হাক্তক্তা হৌখি। 'শ্রীপঞ্চযুক্তা' হায়বা ৱাহৈ অসি অতৈ লাইরিকশিংদা হেন্না ঙনখৎনা থেংনবা য়াওরবসু 'চৈথারোল কুম্বাব'গী মতুংইন্নদি মহারাজ মধুচন্দ্র ( ১৮০০-১৯০৩) গী মতমদগী চৎনরকপা হৌখি (চৈ : কু : ১৮৯)। মথক্তা নৈনরিবসিদগী ইপিগ্রাফিকেল রেকোর্দতগী মপান্দগী চঙলকপা ৱাহৈশিংগী খোঙ্গুল লীনবা হোৎনবদা খোইবুগী নূংদা ইরল্লিবসিগী মতম নৌহৌনা অমুক লেপ্পবা হোৎনবগী তঙাইফদবা লাকই।

মণিপুরদা মপালগী লোনগী মরুওইনা সংস্কৃত অমসুং বাঙ্গলাগী অকনবা ঈথিল লাকখিবদি মৈতৈশিংনা হিন্দু লাইনীং লৌরবা মতম চহীচা তরানীপাল হৌরকপদগীনি। অনৌবা লাইনীংবু মীয়াম্না পাম্লহন্নবা 'রামায়ণ'গী মশা তরেৎ, অমসুং 'মহাভারত'কী ফজবা মতাং খঙ্গৎতুনা মতমসিদা মৈতৈরোলদা ইথোকখি। মসিগা লোয়ননা হিন্দুগী পুক্সী মীৎয়েংগা চান্নবা অফবা লমচৎকী লমজিং পীনবা লাইরিক 'লক্ষ্মীচরিত', 'ধ্রুবচরিত', 'চরাইরোংবা খুনগুম' নচিংবা লাইরিকশিং নিংথৌনা য়োকখৎপা অমদি শৌগৎপগা লোয়ননা ইহনখি। লাইরিকশিংদা অইবগী মিং অমসুং মতম য়াওনা ইবসু হিন্দু লাইনীংগা মরী লৈননা মৈতৈরোলদা ইথোকপা মতমসিগী লাইরিকশিংদা হৌখি। মরুওইনা অনৌবা লাইনীং চৈথেংনা হোংলক্লিবা সমাজগী খোঙথাংগা চাননবা ইন্দো অরিয়ান লোনশিং তঙাইফদনা মণিপুরী লোনগী পুক্কেদা হাপচিল্লকপা তাখি। মরম অদুনা মৈতৈগী অইবশিংনা পূশিল্লকখিবা মপানগী লোনশিং অসি অহানবদা ফিভম অমসুং মতমনা পুরকপা তঙাইফদবশিং অদু মেনশিন্নবগী মীৎয়েংদগীনি। অদুম ওইনমক মমৈথংদদি মীতোপকী লোনশিং অসিনা লৈবাকমচা তাবা নত্রগা অৱাংবা থাক্কী লোন অমগী শক্লোন লৌরকখি। তৌইগুম্বসুং মদুমক্না অয়াম্না মীয়াম্না ঙাংনরিবা মৈতৈলোনবু নম্ফাৎপদি ঙমখিদে।

মৈতৈগী অশৈবশিংনা অঙনবা মতমদগী হৌনা মশানা অর্থ থোকচবা নত্রগা মচেৎ ওইনা অর্থ চেনবা ৱাহৈ পূংবা শীজিন্নবদা য়াম্না খোয়দাজবগী মতৌ উবা ফংই। মচা তানা অর্থ খঙহন্নবা নত্রগা ৱাহৈগী লৈতেংগীদমক অইবশিংনা অর্থ চপ মান্নবদা তোঙান তোঙানবা ৱাহৈ হঞ্জিন্না শীজিন্নরম্বা তত্তনা থেংনৈ। খুদম ওইনা 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাব' দা 'কোরৌ থোইনা য়েং, ৱাংবন পাংনা

য়েংনা নোংথোইরৌএ' অমসুং 'ঈপন শেল্লোয় অয়াওবা ইদু লংমাই অথৌবশিংও' (লা: ১৫) অসিনচিংবা । খরা থেঙথরবা মতুং ময়ায়চনবা মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মপানগী লোন চঙলক্লবদা হোংলক্লিবা মণিপুরী লোনগী মশক খরদং লৌখত্তুনা অমুক য়েংবা য়াই ।

> শ্রীগুরু থোইখোইবা,ঈশ্বর মপুবেন নিব (নীল) হকচাং শংবান্নবা,জ্যোতি মঙাল অরাবনা, তাম্র কোরী থোকফবা....কুলঙ্গ শজি মিত্তানা... শিখি চন্দ্রিকা ৱাহোং তু নিংথৌনা... (ধন : লাই, নীং) ।
>
> কর্ণ নাকোং পীনা নাতাববদি দুখ অৱাবনচিংবা কুষ্টি লাইথুং অয়াম্বা খৈবিকপু কোকএ হায়রমএ । সম্পূর্ণ মপুংফানা মহৈ চুম্না য়ান্নে (লক্ষ্মীচরিত : ১১) অসিনচিংবা ।

ৱাহৈ পরেংশিং অসিনা মতমদুগী হোংক্লিবা লোনগী মশক চাউবাকনা উৎপা ঙম্মি । অদুম ওইনমক মপানগী ৱাহৈশিং চঙলকপনা হান্নগী লমদমসিগী ৱাহৈ লেংশিনবগী চৎনবীদা থোইদোক্না অকায়বা পীখিদে । হান্নগী চৎনবী পবীংদা অদুমক লেপ্তুনা চৎথখি ।

অইবা বেকোর্দ লৈহৌদবা হৌখিবা মতমগী মকুওইনা লোনগী মবমদা হায়বসিমক য়াম্না লুবা থবক্নি । সংস্কৃত অমসুং প্রাকৃততগী থোরকখিবা বাঙ্গলা অমসুং আসামীদা লম অদুগী ওইবা তশেংবা হৌবকফম খংদবা লোন (দেশী শব্দ) কয়া যাওবি । মবম অদুনা ৱাহৈ খবদংগী নত্তনা অযাম্বগী ওইনদি চাউরাকপা পাদম লাক্লবা হোৎনবা নত্তনা মখোযগী হৌবকফম অমদি মতম তংদাংবা হায়বদা লুনা থোকই । খবদং খঙলিবশিংগী মনুংদা খুদম ওইনা ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরনা (১৮২০-৮৯) 'বিশ্ববিদ্যালয়' হায়বা ৱাহৈসি শেমখি (গোস্বামি, ১৯৮৩:১৪৫) । ১৮৪০ দা কেম্ব্রিজগী উইলিয়ম হেবৱেলনা 'ফিজিসিষ্ট' অমসুং 'সাইন্তিষ্ট' হায়বা ৱাহৈসি পুথোকখি (হোকিৎ, ১৯৭০: ৩৯৩) । মতৌ অসুম্না পোৎশক্লা লোয়ননা লমদমসিদা চঙলকখিবশিংগী মনুংদা 'কুশুমলৈ', মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী (১৬৫২-১৬৬৬) হাকতক্তা চঙলকখি অমদি 'শ্রীজকুশুম' জয়সিংহ মহারাজগী মতমদা পুশিল্লক্তুনা বিষ্ণুপুরদা থাখি (লৈরোন : ১৩) ।

মৈদিংঙু খাগেম্বনা পানবা মতম ১৬০৬ তগী পাঙলশিংনা লৈবাকসিদা লৈবা হৌরকখি। মতম অদুদা মুগলশিংনা বেঙ্গল লৌশিল্লবা মতুংদা আসাম, কাছার, অমদি ত্রিপুরা য়ৌনা মখোয়গী লৈঙাক শন্দোক্লবা হোৎনরম্মি। বেঙ্গলদা মতম অদুগী ব্রাহ্মণশিংনা মচিঙ্গাক চাবা, মশক নাইবা মীশক ওইগে হায়রবদি মুগলশিংগী লৈঙাক পথাপকী লোন ওইরিবা পর্সিয়ান তম্লরম্মি। হৌজিক্কী মতমদা ইংবাজীনা ওইবগুম্না তরানীপালশুবা চহীচাদা বেঙ্গলদা পার্সিয়ান্না খ্বাইদগী অথোইবা লোন ওইরম্মি (চেতর্জি, ১৯৮৬ : ২০৫)। মরমসিদগী বাঙ্গলাদা পার্সিয়ান লোন কয়া পুশিল্লকখি। অরু অহেনগী থবক্তা থব্রায় তাজরবা মুগল সাম্রাজ্যগী পুন্সীগী মমি মতম অদুগী মণিপুরগী নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌশিংগী পুন্সীদসু তারম্মী। খাগেম্বগী মতমদা হিদাক কাংচুপ থকপা হৌদোকখি। হিদাকফুবু মঙ্গলফু হায়রগা খঙনরম্মি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা বেঙ্গলদগী চঙলকখিবা ব্রাহ্মণশিংসু পার্সিয়ান লোন খঙবা য়াওফম থোকই। 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাব'গী 'পোইরৈ নিংথৌহনবনা লাঙ্গোই খুনান থাবা চীংবু শেল্লোই চীংমৈ শমখিয়ে' (লা : ২৮) হায়বা পরেংসিদা য়াওরিবা খুনান হায়বসি পার্সিয়ানগী 'নাল' ব্রাহৈদগী লাকপা ওইরম্বা য়াই। 'উত্তরকাণ্ড'দা রাবণবু শৈথাবদা হায়রিবা 'রাক্ষস মালিক' হায়বসিগী মনুংদা 'মালিক' হায়বসি আরবীনি। মহাবাজ গবিবনিব্রাজগী মিং অসিমকপু পার্সিয়ান লোন্নি গরীবনিব্রাজ < গরীবনেওয়াজ (লাইরববু থৌজানবীবা)। মতুং তারকপদা নিংথৌ অসিগী মজাইবুংঙোশিংগী মিংদা শাই <'শাহ' হাপনবকখি। খুদম ওইনা শ্যামশাই, ভরত শাই, ধরশাই, আনন্তশাইনচিংবা।

শতাব্দী তরানীপালগী অনীশুবা তংখায়দা অহোমশিংগা মণিপুরগা অচেৎপা মরী লৈনখি। ভাগ্যচন্দ্রনা আসামদগী হল্লক্লবা মতুংদা 'বাজখ্বা' হায়বা অহোমশিংগী ফমথোন অসি লৈবাকসিদসু হাপখি। ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগা মণিপুরগা অহানবা ওইনা ১৭৬২ দা কুটনীতিগী মরী থম্লবা হোৎনখি। মদুগী মহৈ ওইনা মতমদুদা অচৌবা শক্তি ওইনা হাইগৎলক্লিবা ইংরেজশিংগী ব্রাহৈ চঙলক্লবগী লম্বী হাংবা হৌখি। হৌজিক্কী মতমগী মণিপুরী লোনগৈদা য়াওরিবা ইস্ত্রি, পাদ্রী, গীর্জ্জা, নীলাম, মিস্ত্রি, মেজ, আলমারি, আচার, গমলানচিংবা পোর্তুগীজগী লোন খরসু বাঙ্গলা অমসুং আসামী লোনগী পনখৈ লান্দুনা মণিপুরী

লোন্দা চঙশিনখি অদুবু ৱাহৈশিং অসি নৈনরিবা মতমসিগী মনুংদা কয়া য়াম্না শীজিন্নরবগে হায়বদু মখাতানা থিজিন্নিংঙাই ওইরি ।

নৈনবদা খুদোংচানবগীদমক মপান্দগী চংলকখিবা ৱাহৈশিং অসি চাউরাক্না অহুম থোক্না খায়দোকপা য়াই : ১) ইন্দো অরিয়ান লোনশিংদগী মরু ওইনা সংস্কৃততকী মশক হোংদনা চংলকপা ৱাহৈ ২) ভারতকী ৱাংমদগী চংলকখিবা পার্সিয়ান (আর্বিক অমসুং তুর্কি য়াওরবা) অমসুং ইংরাজী ৱাহৈশিং (৩) লমদম অসিগী খোম্থোক্না চাননা শেমদোক্লবা ৱাহৈশিং ।

মণিপুরী লোনগী পুক্কেদা মপান্দগী চংলকপা সংস্কৃতকী মশক হোংদবা ৱাহৈ মবাং কায়না লৈ । অদুবু বাঙ্গলা লোনগী খূথাংদা লাকপনা অয়াম্বা ৱাহৈদি হান্ননা মওং কায়না চঙলকখি । মরম অদুনা মশক হোংলবা ৱাহৈসু অদুম্মক ফংই । মণিপুরী সাহিত্যগী মরুওইনা চহীচা তাবানীপাল অমসুং তরামাপলদা থেংনরিবা মশক হোংদবা অমসুং হোংলবা ৱাহৈ খবতমক লৌখত্তুনা খুদমগী মশক ওইনা উৎনবা হোৎনজরি ।

*মশক হোংদবা ঃ*

অন্তর, অপরাধ, অবতার, কল্পতরু, আনন্দ, উত্তম, একান্ত, চিন্তা, মিত্র, বিষ, রাহু, দুখ, দুষ্ট, তেজ, তপস্যা, ত্রিভুবন, যাত্রা, যজ্ঞ, হংস, মায়া, মুর্খ, মুক্তি, শব্দ, কর্ণ, গুরু, মহাপুরুষ, শিক্ষর, সুমেরু; বেদ, পুবাণ, ব্রত, প্রসাদ, অসিনচিংবা ।

*মশক হোংবা ঃ*

দখিনা, শোরাৎ, খের, খেট্রি, বামন, ক্বা, দোলাই, কালিকর, অসিনচিংবা ।
মশক হোংনা নত্রগা হোংদনা শীজিন্নবগী মওং : যুগি লম্বোইবা, সন্যাসী খুনকোইবা, হংস কাঙ, কাণ্ডে লীরুং, পেনা যন্ত্র, বেদ লাইরিক, শব্দ খোঞ্জেল, হেলা উশিং থৌওইদনা, তাম্র কোরী থোকপা, জয় য়াইফমিং, শিক্ষর সরারেন, শিখা সরারেন, ধন্য ইনাকখুনবা, সত্য ৱাচুম শুবা, কমলুজ মিংলোং থম্বাল মকা মানবা, পক্ষি চেকনিংথৌ, আসন চৌক্রি, শান্ত পূক্লিং তপ্পা, শ্যাম শংবান্নবা, অষ্ট মাইগৈ নীপাল, পুরুষ নিপা থোকপা, কুর্তি ফুরিৎ, পরেং পঙক্তি তৌনা, ডম্বুর কোরৌ নোংখাংশঙ অসিনচিংবা।

*পার্সিয়ানগী ৱাহৈশিং ঃ*

ইংরেজ, বিলাতি, বিলাত, ফিরিঙ্গি, (পোর্তুগীজ, অসুং ইউরেসিয়ান, ইউরোপিয়ানশিংবু খঙনবা) জহাজ, চাকর, কুলি, নমুনা, নাগরা, শানাই, কাতি (কাঁচী), কারীগর, হফতা, দরবার, পুথি (লাইরিক, অরিবা খুৎই লাইরিক, সংস্কৃততা পুস্ত, পুস্তকা, পুস্তিকা), ফৌজ, দেৱান, ক্বাজ, মোহর, সরকার, আইন, অদালৎ, জবান, দরখাস্ত, সেপাই, সই, খাজনা, কাজী, মহুরী, সনদ (লেতর, পেতেনট, দিদ), সাহেব, জিলা, অশরফী, জবান, মাশুল, কুর্তা, (তর্কি), ফকীর, ভূত, কামান (লীরুং, মমৈদা নোংমৈবু খঙনরকই), সরদার, কয়েদি, হাজারী, (লানমী লীশিংগী মকোক), সলামী, তোপ, কেল্লা, শাহা (নিংথৌ), নাল (শগোলগী নাল), জঙ্গী (লানফম), গৈবী (অরোনবা),

*ইংরাজী ৱাহৈ :*

ফোটো, গারোদ, পিরেদ, কম্পানি, মেগজিং, জর্নেল, প্রেৎ, কর্ণেল, পলটোল, মেজর, কমেসন, লাট অসিনচিংবা।

*ওল্লক্লিবা মশক খর :*

ব্রক্ষ্মতাৎ < ব্রক্ষ্মদত্ত, চন্দ্রথাজ < চন্দ্রধ্বজ, কতমা < গৌতম, শরীপুত্র < শরী পুত্র, পুরুক < বুক, প্রেমতোন < প্রেমবর্ত্তন, বুরুন < ব্রাউন, মেঞ্জর <মেজর, জর্নেল < জেনেরেল, কর্নেল < কোলনেল, (বাঙ্গলাদসু চপ মান্নে)। লাট < লোর্দ, গারোদ < গার্দ (শঙবা, চৈরাকশঙ); কম্মেসন < কমিস্সার, হিদিঙ্গা < দিঙ্গা, (হি নত্রগা করিগুম্বা অমা লানবা; চেতর্জি ৪৯৫), কৃর্ত্তি < কুর্তা (তর্ক), খাহি < খাসি, পুখ্রি < পুখারী < পুকুরি, কোরাটি < করাত <করপত্র, (হোরাই : দাতাকর্ণ), দেৱান < দীৱান, কালিকর <কারীগর, ফিরিঙ্গী <ফিরেঙ্গী < ফিরঙ্গী (চেত : ৪৮৩), অশরবী < অশরফী (চন্দ্রকীর্ত্তি জি : চং: সনাগী শেল ময়েক), নাকনা < নাগনা < নাগরা (ধ : লা: নীং :), পারতোন < বার্ত্তা, নাতি < নপত্রিকা < নপত্র, কাতি < কাঁচী, নোমনা < নমুনা; ওঝা < ওজঝা < উৱাঝা < উপধ্যায় (পণ্ডিত, মহৈ তৌবা, লীল মাইবা), সাহেপ < সাহেব, দলান < দোতল্লা, খুনাল < নাল, পুয়া < পুরাণ, চক < চুক < যুগ, দোলাই < দোলা, ক্বজ < কাওয়াজ, কোর্বেক < করবেদ < খরবেদ < অক্ষরবেদ (কালাচান্দ, ১৯৬৪ : ১০) অসিনচিংবা।

করিগুম্বা মতাংদা মপান্দগী লৌশিল্লকপা ৱাহৈ খবদি লমসিগী লোন্দা অর্থ হন্দোক্লনা শীজিন্নবসু য়াওদবা নত্তে। খুদম ওইনা 'চন্দ্রকীর্ত্তি জিলা চঙব'দা ফোটো নম্ববু 'উনম তৌবা' জহাজবু 'মৈগী ৱাকযৈ' নত্রগা 'হিরেন মৈগী হি' হায়না শীজিন্নরম্বা থেংনৈ। মপান্দগী চঙলকপা লোনগী ঈথিলদা লমদম অসিগী লৈজরম্বা ৱাহৈবু অপূবা ওইনা লৌরকপা য়াবগী মওংসু থোকহল্লকই। মৈতৈগী 'প্রেম তাবা' হায়বসি 'পিরেম তাবা' নত্রগা 'পিরেম খকমা তাবা' হায়বসিদগী ওইবর্কনি। প্রেম < পিরেম, মিত্তগী প্রেম শিন্থবা < মিত্তগী পিরেম শিন্থবা। মসিগা লোয়ননা হান্নগী লোনদগী শক্তমদা মপানগী লোনগী চৈথেংনা অহোংবা পীবগী খুদম খরসু উবা ফংই। জগোই < চকোই < চুকোই; খ্বাইরস্কন্দ <খ্বাইলমপন। 'মৈতৈশিংগী মীয়াম্না খঙনরবা 'পুয়া' হায়বা ৱাহৈ (তার্ম) অসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা 'চৈথারোল কুম্বাব'দা ইরম্বা থেংনৈ (চৈ : কু: ৪৬১)। মৈতৈগী অশৈবশিংনা মপান্দগী পুশিল্লকপা লোনবু লমদমসিগী চংনবীগা য়াম্না চাননবা হোংনরম্বা উবা ফংই। খুদম ওইনা গদাবু 'থেংগু', সরস্বতীবু 'হুমবু নারেং শুবী', নত্রগা 'লাইবিক লৈমা', লক্ষ্মীবু 'ফৌযাই লৈমা', অগ্নিবু 'মৈরৈমা' গা মান্নহল্লম্মি। মপান্দগী চংলকখিবা ৱাহৈশিংদা হান্নগী অর্থ হোংনা শীজিন্নবকপা ৱাহৈসু য়াওদবা নত্তে। 'সরকাব' হায়বসি গোভর্ণমেন্তবু খঙনববা ৱাহৈনি অদুবু মতম অদুগী মণিপুর সমাজদদি 'বৃটিশ' বু খঙনখি। 'দিঙ্গা' হায়রগা হিতবু খঙনবা নত্তনা হিদা লল্লোনবা চংলিবশিংদুবুসু খঙনখি।

মপান লোনগী ঈথিলনা লমদমসিদগী হান্না লৈরম্বা লমশিংগী মমিং ওন্থোরকপশিংগী মনুংদা লাংথবালবু 'কাঞ্চিপুর' লম্মাংদোংবু 'বিষ্ণুপুর' কৌখিবা শীংথানবা য়াই। হিন্দু লাইনীংগী লাইরিকশিংবু মৈতৈরোলদা ইথোরকপগা লোয়ননা মতম অদুগী অতৈ লাইরিকশিংদসু হিন্দুগী লাইরিকশিংদগী লৌবা ইমেজরী শীজিন্নরকখি। 'তখেলঙম্বা' দা 'গরুড়' অমসুং 'রাহু' বু অকন অথৌ উংনবা উপমা অলঙ্কার ওইনা শীজিন্নরম্বা থেংনৈ। খুদম ওইনা 'রাহু শৱাইথৌগুম শানশেম্বা' অমসুং 'গরুড চেকনিংথৌবু তাংজা লিলনা ঙম্বা খেন্দা'... অসিনচিংবা।

তরানীপাল শুবা চহীচাদগী হৌনা মপানগী লোনগী অকনবা চৈথেং মণিপুরী সমাজ অমসুং সাহিত্যদা ফাওরকখি। অনৌবা চাংয়েং কয়া তৌদুনা মৈতৈগী অশৈবশিংনা মপানগী লোনগা লমদমসিগী হান্নগী লোনগা খূংশম্নদুনা নীংথিনা

লেংলবা লৈপরেংগী মতৌগুম্না ফজবা কলাগী খূৎশেম কয়া পুথোক্লবা হোৎনখি। অদুম ওইনমক, মসিনা লীশাংশিংনা চৎথবক্লিবা হান্নগী চৎনপবীংদা অনৌবা ঈনোৎ পীবা নত্তনা ঈচেল অদুবু থিংবদি তৌখিদে। শম্না হায়রবদা, মপান্দগী চঙশিল্লক্লিবা লোনশিংনা মতমদুগী মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী লনগৈবু য়েন্না মবাং কায়হনখি হায়বদা থোইনা লানগনি নীংদে।

# পাম্ভোইবী খোঙ্গুল : নৈনবা

'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল' মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমগী খ্বাইদগী শীংথানরবা লাইরিকশিংগী মনুংদা অমনি । তোঙান তোঙানবা মীৎয়েং কয়ামরুমদগী অখণ্ড অহৈশিংনা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱারেং কয়া ইনখ্রে । অরিবা লাইরিক শুবা মীওইশিংগী মখূৎতা খূৎই ওইনা লাইরিক কয়া লৈবা থেংনরবসু হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইরিক্তি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মোইরংথেম চন্দ্র সিংহনা সম্পাদন তৌবা অসিদনি । মরম অদুনা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী লনগৈবু মশক তাক্লবা হোৎনবদা অচৌবা লমজিং পীরম্বা পণ্ডিত অসিগী লমন হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংনা তোনশিল্লবনি । ৱারেং অসিদা খরদং নৈনগদৌরিবসি লাইরিক অসিগী মরমদা অখণ্ড অহৈশিংনা থম্লিবা তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংশিংগা লোয়নন সম্পাদক অসিগী মীৎয়েংবুসু নৈনবনি ।

মহৌশানা খূৎই লাইরিকশিং অসি মরম কয়া মরুমদগী মওং অমা নত্রগা অমদা খেন্নবা উবা য়াই । মতৌ অসুম্না 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল' নৈনবদা লাইরিক অসিগী অতোপ্পা খূৎই লাইবিকশিংগী মতেং তঙাইফদনা লৌবা তারকপা মতাং য়াওবকই । 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল' পারুবদা অয়াম্বা অপাবশিংদা চমম্নবা থোকহনবা য়াবদি লাইরিক অসিগী ৱামাঙ য়ানবগী হৌরকপদা 'খৃষ্টাব্দ ৭৬৩ দা ফম্বাল কাখিবা মৈদিংঙু খোঙতেকচা য়োয়রেনবগী মতমদা অকোইজম তোনবোইনা 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল' হায়বা লাইরিক অসি ইখি' হায়বসিনি । অদুবু লাইরিক অসিগী করিগুম্বা মফম অমতদা অইবগী মিং অমসুং ইখিবগী মতম য়াওরম্বদি থেংনদে । মদুগীসু মথক্তা চহীচা তরানীপালগী মমাঙদা ইরম্বা মণিপুরী সাহিত্যগী লাইরিকশিংদা অইবগী মিং অমদি ইখিবগী মতম য়াওরম্বা থেংনদে । মরম অদুনা পণ্ডিতসিনা হায়রল্লিবা ৱাফমসি তশেংনা ওইরিবা ফিভমগা চূশিন্নবদা খরা ৱানা থোকই । অদু ওইরবদি করিগীদমক মৈদিংঙু খোঙতেকচাগী মতমসিবু সম্পাদক অসিনা অপান্নবা পল্লমলিবা করিগীনো হংবা য়াবা ৱাফমনি । মণিপুরগী ইতিহাস

অমসুং সংস্কৃতি নৈনবশিংনা নিংথৌ অসিবু য়াম্না মরুওইনা লৌরুবগী মরম অমদি নিংথৌ অসিগী মিংগা চেংনা থাগোন্নরিবা 'ফয়েংগী কোরী কোম্পাক' অসিনি হায়বা য়াই । মতম অমদা মণিপুরগী ইতিহাস অমসুং সাহিত্যগী খোঙ্গুল লীবদা মসিনা মরুওইবা লংলা লংজিন অমা পীবে হায়না লৌনখি । অসিগুম্বা ৱাখল মীৎয়েং অসিগী মমি 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল' সম্পাদন তৌরিবা পণ্ডিত অসিদসু তারম্লোই করম্না হায়বা ঙমগনি । ৱাফম অসি ৱাখলনা শাগৎপা (হায়পোথেতিকল) ওইবা তারবসু কুপশিন্না নৈনবা য়াবা অমনি । মতুংদা অখণ্ড অহৈশিংনা মতীক চাবা মরম পীদুনা 'কোরী কোম্পাক' অসিবু নিংথৌ খোঙতেকচাগী মতমগীনি হায়বদু চিংনবা উৎনরকখি । হৌজিক ফাওবদা মী থরদি লমদমসিগী অরিবা মচাকশিংবু লিহন্নিংবগী ৱাখলদগী ওইবরসু নত্রগা অতৈ মরম কয়াদগী ওইরবসু হায়গী থাজবদু হোংবা পামদবসু য়াওদবা নত্তে । অদুম ওইনমক লম অসিদা মশক নাইরবা ৱাহেংবম য়ুমজাও মশানদি কোরী কোম্পাক অসিবু নীপালগুবা চহীচাগী মৈদিংঙু খোঙতেকচাগী মতমগীনি হায়বসি হান্ননা চিংনবা ফোংদোক্লম্লবনি । লোয়ননা য়াম্না নৌরিবা ওইরম্বা য়াবগী ইঙ্গিৎ তৌরম্লবনি ।

> ...from various reasons we doubt the authenticity of the time mentioned in it and are rather inclined to think that it may be of very recent period. (Yumjao, 1985 : 15)

লাইরিক অসিগী মতম লেপ্পদা নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রগীদা লৈরিবা 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল'গী খূৎই লাইরিক মতেং লৌবা কান্নগনি । খূৎই লাইরিকসিগী লোইশিল্লকপদা পাম্বোইবীবু লাৎখিবা নিংথৌশিংগী মমিং শৈথারকপদা হোংনেময়োই খুঞ্জাও, মৈদিংঙু খাগেম্বা অমদি চরাইরোংবগী মিং য়াওরম্মি । অমুক শাংনা হায়রুদ্রবসু নত্রগা অতৈ খুদম লৌখত্তুনা নৈনদ্রবসু পণ্ডিত চন্দ্রসিংহ মশামক্লা 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল' গী মরমদা হায়রম্বদু পনবা য়াই :

> ঐখোয়গী 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল' হায়বা লাইরিক অসি মুন্না নৈনদুনা য়েংলবদি মৈতৈগী ধর্ম্ম লাইরিকনি হায়বা অই ।
> ...লাইরিক অসি কনানা করম্বা মতমদা ইরম্বনো হায়বা অদুদি য়াওদে । মতমগী মরমদা য়েংবা তারবদি পাম্বোইবী লাৎখিবা নিংথৌশিংগী ৱারী নত্তনা মরম অতৈ লৈতে ।

> মহাকপু লাৎখিবা নিংথৌ অসি ইকোন কোনবা চরাইরোংবা মহারাজনা ওই । লাইরিকসু মতাং অসিদা লোই । মরম অসিনা লাইরিক অসি চরাইরোংবা মহারাজগী মতমদা মতম অদু ফাওবদা চৎলম্বা ধর্মগী লাইরিক ওইনা ইরম্বনি হায়না চাওরাকপা মতম লেপচরে । (এম.এস.পি.ভাষণ. চেফোং ২৫/২৬ : ৯৬)

পান্থোইবীগী মতীক মগুণ শৈথাবা মাগী মরমদা ইবা 'পান্থোইবী খোঙ্গুল'নি । লাইবিক অসি নৈনরুরগা পান্থোইবী কনানো হায়বগী মরমদা মখল মখাগী মত কয়া থোরকই । কবিগুম্বদা অঙকপা তাইবং খোনবা শক্লোন য়েক্তুনা মহাকপু লাইবেম্বীগী মওংদা উৎলবসু চাউবাক্লা ইতিহাসকী হৌরকপদা লৈরম্বা মী ওইনা লৌবা য়াবা মচলসু লাইরিকসিদা থেংনৈ । মহাকপু 'য়োয়বু তম্ফা ব্রাংঙমলোন মৈতেঙঙু চনু' হায়রম্বসিনা মৈতৈ নিংথৌগী মচা ওইনা উৎলি । পান্থোইবীগী মকুবোক খাবা শোকচ্রোনবা কংলৈ লৈপাক মপা হায়বদি কংলৈগী নিংথৌনি হায়না ইবি । পান্থোইবীনা নোংপোক নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বগী মশাইকোন্দা লৈরবদা হোঙনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবা মহাকপু উনবা নোংমাইজিংদা লাকখি । অমরোমদা অমুক মহাকপু লাইরেন তাউরোইনাই অমদি য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা 'লাই নামুং নামুংবী' মালেম তম্পাক লৈবেনহনবীনা লাংবন থাগী চেংগুমগুম্না মথন্তা পোকপীনি হায়না লাইগী মশক ওইনা শীংথারি ।

হৌজিক হংনিংলিবা ব্রাহংদি - পান্থোইবী লাইগী শায়োল্লা নত্রগা মীওইবনা পোক্লগা মমৈদা লাই ওইখিবরা; হায়বসিনি । মতাংসিদা কনাগুম্বনা পান্থোইবীবু তাইবঙ মীওইনা পোক্লগা লাইগী মশক লৌখিবরা হায়বগী নৈনিংঙাই ওইবা ব্রাফমসু পুখৎলকই । মী মরক্তগী থোইদোক হেন্দোকপা অকনবা অমসুং থৌনা লৈবসু মতমগী মতুংইন্না ঈরাৎনবা হৌরকখি । পান্থোইবী, পাঙ্গনবা, কোম্থৌজম লাইরেম্মা, পেতংঙা, হোংনেময়োই খুঞ্জাও, মুংয়াম্বা, খাগেম্বা পনবা য়াই (মণিহার, ১৯৮৫ : ২৬) । অদুবু হায়রিবা লাই ওইনা লৌনরিবা মীওইশিং অসিগা পান্থোইবীগা কাঙলুপ অমত্তদা থম্মিন্নবদা খর চুশিন্নবা ব্রাৎপগুম উই । অদুবু এ.কে. রামানুজননা অসিগুম্বা কাঙলুপ মচাশিংগী লাইরেম্বীগী মরমদা ভারতকী অচৌবা ঈচেলগী লাইরেম্বী (দেবী) গা চাংদম্নদুনা হায়রম্বদু মীৎয়েং অসিগা খর মখৈ নকশিন্ননা উরি : Theirs are not myths

of descent or avatars, but of ascent from the human into divine forms (Indian Literature 94; No. 162 : 101) পাম্বোইবীবু শৈথারকপদা:

> শিদবা মপাল থাবী, নাদবা মউ লীংবী...পম্বৌ পানাইদবী,
> পলেম পীনাইদবী...তম্পা চাকোক অখৈবী নুগী নুবম তাবী
> পাগী পারম শকপী লুমাং শল্লাং চগোলয় লুতুং শমজী
> ওয়রম হূল, খোইমোম লাইগী মপোক থোইখোয়বী মালেম
> লৈবু লুপ্পী, কোরৌ নোংবু খোনবী... মদোম ব্রাংই অব্রাংবী
> কোরৌ নোংফংবী কোরৌ নতে য়াম ব্রাংবন নওঙ য়াম্বী

অসুম্না শায়োন য়াম্বী নুপী নুপা অনীগী শক্লোন পুবী মপান্নাইদবা পাঙ্গলগী তুংনফম ওইবী ওইনা উৎলি ।

লৈবাক অসিদা করম্বা মতমদা পাম্বোইবী লাৎপা হৌরকখিবগে তাংদাংবা হায়বদা ব্রানা থোকই । মৈদিংগু লোইয়ুম্বগী (১২ শুবা চহীচা) মতমদগী লৈরক্লে থাজনবিবা 'লোইয়ুম্বা শিলয়েন'দা লাইশঙবগী থৌশিন্নবদা 'হৈম্নাম নংদি পাম্বোইবী শঙও' (লা: ১৯) হায়না পল্লম্মি ।

'নুমিৎ কাপ্প'দা নুমিৎ সনা খোম্মদোননা খ্বাই নুংজেং পীবা য়েকমা হাওদংলাগী নাব্রা খোইজু তেনববু কিবদগী তুবী ময়ানুংদা লোত্তুনা লৈগ্রবদা তুবী ঙাংয়েক চনু তংকানুবী ফুয়তিংব্রাক কোরৌ নোংমাইহনবী মালেম লৈমায়হনবীদা মপল লাইরেল তাউরোইনাইবু পাউথেমলুও হায়না নিংথৌ পোংবা তবানা থৌশীখি (লা: ৩৫) । মৈতৈশিংগী লৈশেম নোংশেমগী ব্রারীগা শাগোন্নরক্লবা নোংথাং লৈমগী লাইমিং লাইচত্তা পাম্বোইবী য়াওবি । মসিদসু নত্তনা শিদবনা মশাবু নুপী নুপা অনী থোক্লা খায়দোক্তুনা অমনা নোংপোক অমনা পাম্বোইবী ওইদুনা তাইবং শেম্নবা থৌরাং তৌখিবগী মতাং 'থিরেল মৈরম লীব'দা পল্লি । 'শিদবনা মশক অনী থোক্তুনা লয়হৌ মায়বী কৌনা লংখৎলকলে লংমাইবা মহাক্তি পাম্বোইবীগা নোংপোক্লা অনীমনা লাই অনীমবু ওইনা তরং চীং অদুগী মথক্তা তোংদুনা অমম্বদা লৈবাক শেমগে হায়দুনা লাওরক্লে' (লা: ২) । খাগেম্বগী মতমদা ইখিবনি থাজনরিবা 'শাকোক লমলেন'দা পাম্বোইবী অমদি নোংপোক অপানবগী মিং থেংনৈ । 'নোংপোক অপানববু খুরুম্না ইরাৎচৌও,

তাইবংপান অসিদা মহাকপু থোইবা লাই অমা লৈতে' পুম্নমক অসিদগী খণ্ডবা ওম্বদি পাম্বোইবী লমদমসিগী লৈহাও অমসুং পুন্সী মীৎয়েংগা লোয়ননা হৌরকখিবা অমদি লাংনরকখিবা লাইরেম্মনি ।

লাইরিক অসিগী মতাং খরদা পাম্বোইবীবু লান্দা থৌবী পাঙ্গল থৌনাগী শক্লোনপুবী ওইনা অশৈবনা শৈথারম্মি:

হুয়েন লাল্লেমা লানশোক মৈরা থাউমৈ থানকুমপী লাননা
নিংথিবী লানফম য়াইফা থোইবী, লানফম চয়ৈ কম্বোকপবু
খাঙফাতবী ... খোইমোম লাইরুপ তাম্বোকপা নমু খোঙলুপ
মাঙহনবশিংবু য়োয়থা লেঙথা শাথৌ থোইপী, তাঙজা
শকথোং ঈঙাঙকা পাম্বোম খুৎশু মশিঙশু, থাঙহাই
নোংথাং কুপকুমববু পানতম্নবী, তিমেল তাহুন শঙাইশেন
পাইগুম্বী, পূক্লিং তিংখং শৌশাববু মাঙহনবী, পাঙ্গল নমাঙ
খাঙফদবী, লানশোক মীথৌ শকপী (লা: ১৫) ।

হায়রিবা ব্রাফম অসিনা পাম্বোইবীবু লানগী মবেম্মা ওইরিবী দেবীগা নক্লনা উহনবগুম ফাওহল্লি । অদুগা অমুক,

পাম্বা কৈ মউন শেৎপা, লিল্লা খাউওন য়েৎনবা শম্লাং
জটানুংদা কংকা লাইজা ঈপুবা সনা লৈখাম তোল্লোং চিনবা,
তিমেন তারোং শুবা, য়োৎকী খুরুম তোংবা, শেলকী কাতি
শুপা মীৎয়েং হুমপান লোংবা কাওরেন শলতম্বা তোংবা,

হায়না নোংপোক নিংথৌগী মগুণ থারকপদা খেন্নবা খব য়াওরবসু মহাদেববুনি হায়বদি ময়েক শেংলে হায়বা য়াই । অদুমকপু পাম্বোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌবু শৈথারকপদা থেংনরিবা মতেক খরসি নত্তনা অতৈ লেমহৌরিবা ব্রারীগী থৌদোক পরীং চরিত্রশিংগী মওং নাকয়েৎ পুম্নমকতি শিব দুর্গাগী ব্রারীগা পুংখেন খেন্নবনি হায়বদা চিংনিনিংঙাই লৈতে ।

ইতিহাসকী অমসুং সাহিত্যগী মচাকশিংদগী চহীচা তরাতরেৎ য়ৌরকপদা পাম্বোইবী মরুওইবী লাই ওইনা থোরকখিবা থেংনৈ । মৈদিংগু পাইখোম্বগী মতমদা লাইরেম্মা অসিগী লাইশঙ শাখি । চরাইরোংবা হাক্তা পাম্বোইবীগী মূর্তি

হৈদুনা লাৎখিবগা লোয়ননা কালিকাগী লাইশঙ শাখিবগী ৱারোল 'চৈথারোল কুম্বাব'দা য়াওই, মরম অদুনা 'পান্থোইবী খোঙ্গুল'দা শক্তি লাৎপগী অমদি মসিদা থাজবগী মমি ময়েক শেংনা তাবা উরি । লৌউ শিংউবদা মপান তাংবা, লাইৱা লাইশোল, ঈরাৎ থৌরমদা মপূং ওইবা, জাৎকী খেন্নবদা মীৎয়েং থোইনা থমদবা লমদমসিদা প্রকৃতিবু মরুওইনা লৌবা লাইরেম্বী লাইনীং অসি চূশিন্ননা থোক্লম্বা য়াই ।

মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমসুং খর ঙকলপ্পা থোক্লিবদি চহীচা তরানীপালগী লাইরিক 'পাখঙবা নোঙ্গারোল'দা মৈদিংঙু খুই নিংঙোনবগী (৪শুবা চহীচা) মতমদা মেরা থাদা হুইয়েন লাল্লেমাদা হামেং অঙৌবা ঈবাৎতুনা লৈবাক নুংঙাই মরাঙ কায়না পানখি হায়না থেংনরিবসিনি -

> খুই নিংঙোনপসুং পোইবৈ সংসং ফাওবনিকিনা । পোইরৈ সনা পুংপু ৱায়বা সাথোঙসিন হুয়েন লাম্থোং অচৌপানা পোইরৈ পম্থেংলবদা লাম্নী অথৌলীচা হেপ্পবু লানপুক মরাং হৌনবা য়োইবু হুয়েল লাল্লেমবু মেননাং তনবা তুরেংকায় অঙৌবা কোবৌ নোংফানসা শিঙলেন পাঙ্গোংলৈ অঙৌবা কজেং থাংয়ানতম ইমু লাকৱোইশানা অরে মেরা মিকৌ থাদা য়োইবু হুয়েল লাল্লেমাবু চাউরেন ইরাৎ তন্নবগা... নুংঙাই মরাঙ কায় । ... পাল্লম লাপাকা চঙনা অৱাং কোবৌ নোংপোক পানে । (লা: ২২-২৩)

মকূ মনেমনা তাথিনা তৌবদগী পম্থোইবীনা খাবগী ময়ুম থাদোক্তুনা নোংপোক্কী মনাক্তা চত্তুনা মখোয় অনী উন্নদুনা নোংমাইজিংদা লৈখি । মমৈথংদা খাবা মতৈ মনাওনা মমৌনা শেৎলম্বা চরৈ অমনবা, চিল্লম্বা নাচোম, অকেনবা শম ফিনা য়োমশিন্দুনা লাইশঙ শাদুনা পান্থোইবী লাৎখি । মরম অসিদগী ওইরম্বা য়াই তি.সী. হদসন্না অপোক অশিগী নোংদল্লিবা পান্থোইবীবু খাবা শলাইগী মপা মপুগী লাই ওইরম্বা য়াই হায়রল্লিবসি (হদসন, ১৯৭৫ : ৯৭-৯৮) পণ্ডিত চন্দ্রসিংহনসু 'পান্থোইবী অসি মখোয়গী (খাবা শলাই) মপা মপুদগী হৌনা নিঙলকপা লাইনি' (চন্দ্রসিংহ ১৯৬৫:৬৫) লৌরম্মি ।

কনাগুম্বনা নোংপোক অমসুং পান্থোইবীবু শিব-দুর্গাগা মান্নহন্নবা হোৎনবসি পণ্ডিত চন্দ্রসিংনা য়ারমদে । মদুগী মহুত্তা নায়ক নায়িকা অনীসিবু

> মহাকপু লাৎখিবা নিংথৌ অসি ইকোন কোনবা চরাইরোংবা মহারাজনা ওই । লাইরিকসু মতাং অসিদা লোই । মরম অসিনা লাইরিক অসি চরাইরোংবা মহারাজগী মতমদা মতম অদু ফাওবদা চৎলম্বা ধর্ম্মগী লাইরিক ওইনা ইরম্বনি হায়না চাওরাকপা মতম লেপচরে । (এম.এস.পি.ভাষণ. চেফোং ২৫/২৬ : ৯৬)

পাম্ভোইবীগী মতীক মগুণ শৈথাবা মাগী মবমদা ইবা 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল'নি । লাইরিক অসি নৈনরুরগা পাম্ভোইবী কনানো হায়বগী মরমদা মখল মখাগী মত কয়া থোরকই । করিগুম্বদা অঙকপা তাইবং খোনবা শক্লোন য়েক্তুনা মহাকপু লাইরেম্বীগী মওংদা উৎলবসু চাউরাক্লা ইতিহাসকী হৌরকপদা লৈরম্বা মী ওইনা লৌবা য়াবা মচলসু লাইরিকসিদা থেংনৈ । মহাকপু 'য়োয়বু তম্ফা ব্রাংঙমলোন মৈতেঙঙু চনু' হায়রম্বসিনা মৈতৈ নিংথৌগী মচা ওইনা উৎলি । পাম্ভোইবীগী মকুবোক খাবা শোকচ্রোনবা কংলৈ লৈপাক মপা হায়বদি কংলৈগী নিংথৌনি হায়না ইরি । পাম্ভোইবীনা নোংপোক নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বগী মশাইকোন্দা লৈরবদা হোঙনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিবা মহাকপু উনবা নোংমাইজিংদা লাকখি । অমরোমদা অমুক মহাকপু লাইরেন তাউরোইনাই অমদি য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা 'লাই নামুং নামুংবী' মালেম তম্পাক লৈবেনহনবীনা লাংবন থাগী চেংগুমগুম্না মথন্তা পোকপীনি হায়না লাইগী মশক ওইনা শীংথারি ।

হৌজিক হংনিংলিবা ব্রাহংদি - পাম্ভোইবী লাইগী শায়োল্লা নত্রগা মীওইবনা পোক্লগা মমৈদা লাই ওইখিবরা: হায়বসিনি । মতাংসিদা কনাগুম্বনা পাম্ভোইবীবু তাইবঙ মীওইনা পোক্লগা লাইগী মশক লৌখিবরা হায়বগী নৈনিংঙাই ওইবা ব্রাফমসু পুখৎলকই । মী মরক্তগী থোইদোক হেন্দোকপা অকনবা অমসুং থৌনা লৈবসু মতমগী মতুংইন্না ঈরাৎনবা হৌরকখি । পাম্ভোইবী, পাঙ্গনবা, কোম্ভৌজম লাইরেম্মা, পেতংঙা, হোংনেময়োই খুঞ্জাও, মুংয়াম্বা, খাগেম্বা পনবা য়াই (মণিহার, ১৯৮৫ : ২৬) । অদুবু হায়রিবা লাই ওইনা লৌনরিবা মীওইশিং অসিগা পাম্ভোইবীগা কাঙলুপ অমত্তদা থম্মিন্নবদা খর চৃশিন্নবা ব্রাৎপগুম উই । অদুবু এ.কে. রামানুজননা অসিগুম্বা কাঙলুপ মচাশিংগী লাইরেম্বীগী মরমদা ভারতকী অচৌবা ঈচেলগী লাইরেম্বী (দেবী) গা চাংদম্নদুনা হায়রম্বদু মীৎয়েং অসিগা খর মখৈ নকশিন্ননা উরি : Theirs are not myths

of descent or avatars, but of ascent from the human into divine forms (Indian Literature 94; No. 162 : 101) পাম্থোইবীবু শৈথারকপদা:

> শিদবা মপাল থাবী, নাদবা মউ লীংবী...পম্থৌ পানাইদবী,
> পলেম পীনাইদবী...তম্পা চাকোক অখেবী নুগী নুরম তাবী
> পাগী পারম শকপী লুমাং শম্লাং চগোলয় লুতুং শমজী
> ওয়রম হুল, খোইমোম লাইগী মপোক থোইখোয়বী মালেম
> লৈবু লুম্বী, কোরৌ নোংবু খোনবী... মদোম ব্রাংই অব্রাংবী
> কোরৌ নোংফংবী কোরৌ নতে য়াম ব্রাংবন নওঙ য়াম্বী

অসুম্না শায়োন য়াম্বী নুপী নুপা অনীগী শক্লোন পুবী মপান্নাইদবা পাঙ্গলগী তুংনফম ওইবী ওইনা উৎলি ।

লৈবাক অসিদা করম্বা মতমদা পাম্থোইবী লাৎপা হৌরকখিবগে তাংদাংবা হায়বদা ব্রানা থোকই । মৈদিংঙু লোইয়ুম্বগী (১২ শুবা চহীচা) মতমদগী লৈরক্লে থাজনরিবা 'লোইয়ুম্বা শিলয়েন'দা লাইশঙবগী থৌশিন্নবদা 'হৈম্লাম নংদি পাম্থোইবী শঙও' (লা: ১৯) হায়না পল্লম্মি ।

'নুমিৎ কাপ্প'দা নুমিৎ সনা খোম্মদোননা খ্বাই নুংজেং পীবা য়েকমা হাওদংলাগী নাব্রা খোইজু তেনববু কিবদগী তুবী ময়ানুংদা লোক্তুনা লৈখ্রবদা তুবী ঙাংয়েক চনু তংকানুবী ফুয়তিংব্রাক কোরৌ নোংমাইহনবী মালেম লৈমায়হনবীদা মপল লাইরেল তাউরোইনাইবু পাউথেমলুও হায়না নিংথৌ পোংবা তরানা থৌশীখি (লা: ৩৫) । মৈতৈশিংগী লৈশেম নোংশেমগী ব্রারীগা শাগোন্নরক্লবা নোংথাং লৈমগী লাইমিং লাইচত্তা পাম্থোইবী য়াওরি । মসিদসু নত্তনা শিদবনা মশাবু নুপী নুপা অনী থোক্লা খায়দোক্তুনা অমনা নোংপোক অমনা পাম্থোইবী ওইদুনা তাইবং শেম্নবা থৌরাং তৌখিবগী মতাং 'থিরেল মৈরম লীব'দা পল্লি । 'শিদবনা মশক অনী থোক্তুনা লয়হৌ মায়বী কৌনা লংখৎলকলে লংমাইবা মহাক্তি পাম্থোইবীগা নোংপোক্লা অনীমনা লাই অনীমবু ওইনা তরং চীং অদুগী মথক্তা তোংদুনা অমম্বদা লৈবাক শেমগে হায়দুনা লাওরক্লে' (লা: ২) । খাগেম্বগী মতমদা ইখিবনি থাজনরিবা 'শাকোক লমলেন'দা পাম্থোইবী অমদি নোংপোক অপানবগী মিং থেংনৈ । 'নোংপোক অপানববু খুরুম্না ইব্রাৎচৌও,

তাইবংপান অসিদা মহাকপু থোইবা লাই অমা লৈতে' পূম্নমক অসিদগী খণ্ডবা ঙস্বদি পান্থোইবী লমদমসিগী লৈহাও অমসুং পুন্সী মীৎয়েংগা লোয়ননা হৌরকখিবা অমদি লাৎনরকখিবা লাইরেম্মনি ।

লাইরিক অসিগী মতাং খরদা পান্থোইবীবু লান্দা থৌবী পাঙ্গল থৌনাগী শক্তোনপুবী ওইনা অশৈবনা শৈথারম্মি:

হুয়েন লাল্লেমা লানশোক মৈরা থাউমৈ থানকুমপী লাননা
নিংথিবী লানফম য়াইফা থোইবী, লানফম চয়য়ৈ কম্থোকপবু
খাঙফাতবী ... খোইমোম লাইরুপ তাম্থোকপা নমু খোঙলুপ
মাঙহনবশিংবু য়োয়থা লেঙথা শাথৌ থোইপী, তাঙজা
শকথোং ঈঙাঙকা পাম্বোম খুৎশু মশিঙশু, থাঙহাই
নোংথাং কুপকুমববু পানতম্নবী, তিমেল তাহুন শঙাইশেন
পাইগুম্বী, পূক্লিং তিংখং শৌশাববু মাঙহনবী, পাঙ্গল নমাঙ
খাঙফদবী, লানশোক মীথৌ শকপী (লা: ১৫) ।

হায়রিবা ৱাফম অসিনা পান্থোইবীবু লানগী মবেম্মা ওইরিবী দেবীগা নক্লনা উহনবগুম ফাওহল্লি । অদুগা অমুক,

পাম্বা কৈ মউন শেৎপা, লিল্লা খাউওন য়েৎনবা শম্নাং
জটানুংদা কংকা লাইজা ঈপুবা সনা লৈখাম তোল্লোং চিনবা,
তিমেন তাবোং শুবা, য়োৎকী খুরুম তোংবা, শেলকী কাতি
শুপা মীৎয়েং হুমপান লোংবা কাওরেন শলতম্বা তোংবা,

হায়না নোংপোক নিংথৌগী মগুণ থারকপদা খেন্নবা খব য়াওরবসু মহাদেববুনি হায়বদি ময়েক শেংলে হায়বা য়াই । অদুমকপু পান্থোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌবু শৈথাবকপদা থেংনরিবা মতেক খরসি নত্তনা অতৈ লেমহৌরিবা ৱারীগী থৌদোক পরীং চরিত্রশিংগী মওং নাকয়েৎ পূম্নমকতি শিব দুর্গাগী ৱারীগা পুংখেন খেন্নবনি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে ।

ইতিহাসকী অমসুং সাহিত্যগী মচাকশিংদগী চহীচা তরাতরেৎ য়ৌরকপদা পান্থোইবী মরুওইবী লাই ওইনা থোরকখিবা থেংনৈ । মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা লাইরেম্মা অসিগী লাইশঙ শাখি । চরাইরোংবা হাক্তত্তা পান্থোইবীগী মূর্ত্তি

হৈদুনা লাৎখিবগা লোয়ননা কালিকাগী লাইশঙ শাখিবগী ৱারোল 'চৈথারোল কুম্বাব'দা য়াওই, মরম অদুনা 'পান্থোইবী খোঙ্গুল'দা শক্তি লাৎপগী অমদি মসিদা থাজবগী মমি ময়েক শেংনা তাবা উরি । লৌউ শিংউবদা মপান তাংবা, লাইৱা লাইশোল, ঈরাৎ থৌরমদা মপূং ওইবা, জাৎকী খেন্নবদা মীৎয়েং থোইনা থমদবা লমদমসিদা প্রকৃতিবু মরুওইনা লৌবা লাইরেম্বী লাইনীং অসি চূশিন্ননা থোক্লম্মা য়াই ।

মতাং অসিদা পনবা য়াবা অমসুং খর ঙকলপ্পা থোক্লিবদি চহীচা তরানীপালগী লাইরিক 'পাখঙবা নোঙ্গারোল'দা মৈদিংঙু খুই নিংঙোনবগী (৪শুবা চহীচা) মতমদা মেরা থাদা হুইয়েন লাল্লেমাদা হামেং অঙৌবা ঈরাৎতুনা লৈবাক নুংঙাই মরাঙ কায়না পানখি হায়না থেংনরিবসিনি -

> খুই নিংঙোনপসুং পোইরৈ সংসং ফাওবনিকিনা । পোইবৈ সনা পুংপু ৱায়রা সাথোঙসিন হুয়েন লাম্থোং অচৌপানা পোইবৈ পস্থেংলবদা লাম্মী অথৌলীচা হেপ্পবু লানপুক মরাং হৌনবা যোইবু হুয়েল লাল্লেমবু মেননাং তনবা তুবেংকায় অঙৌবা কোরৌ নোংফানসা শিঙলেন পাঙ্গোংলৈ অঙৌবা কজেং থাংয়ানতম ইমু লাকৱোইশানা অরে মেরা মিকৌ থাদা য়োইবু হুয়েল লাল্লেমাবু চাউরেন ইরাৎ তম্লবগা... নুংঙাই মরাঙ কায় । ... পাল্লম লাপাকা চঙনা অৱাং কোরৌ নোংপোক পানে । (লা: ২২-২৩)

মকৃ মনেমনা তাথিনা তৌবদগী পন্থোইবীনা খাবগী ময়ুম থাদোক্তুনা নোংপোক্কী মনাক্তা চত্তুনা মখোয় অনী উন্নদুনা নোংমাইজিংদা লৈখি । মমৈথংদা খাবা মতৈ মনাওনা মমৌনা শেৎলম্বা চরৈ অমনবা, চিল্লম্বা নাচোম, অকেনবা শম ফিনা য়োমশিন্দুনা লাইশঙ শাদুনা পান্থোইবী লাৎখি । মরম অসিদগী ওইরম্বা য়াই তি.সী. হদসন্না অপোক অশিগী নোংদম্লিবা পান্থোইবীবু খাবা শলাইগী মপা মপুগী লাই ওইরম্বা য়াই হায়রম্লিবসি (হদসন, ১৯৭৫ : ৯৭-৯৮) পণ্ডিত চন্দ্রসিংহনসু 'পান্থোইবী অসি মখোয়গী (খাবা শলাই) মপা মপুদগী হৌনা নিঙলকপা লাইনি' (চন্দ্রসিংহ ১৯৬৫:৬৫) লৌরম্মি ।

কনাগুম্বনা নোংপোক অমসুং পান্থোইবীবু শিব-দুর্গাগা মান্নহন্নবা হোৎনবসি পণ্ডিত চন্দ্রসিংনা য়ারমদে । মদুগী মহুত্তা নায়ক নায়িকা অনীসিবু

লৈবাক নোংথৌ ওইনা উহন্নবা হোৎনরম্মি । পাম্হৌইবী অমদি নোংপোকপু সম্পাদক অসিনা প্রকৃতি-পুরুষগী মওংদা উৎলিবা ৱাফম অসি থোইনা অকায়বা লৈত্রবসু মহাক্না পুখৎলক্লিবা ৱাখলগী পরীং অদুবুদি অয়াম্বা অপাবশিংগী পূক্লিং চিংশিনবদা ৱানা থোকই । মথক্তসু পনখ্রবা নোংপোকসু শৈথাবদা য়াওরিবা 'মীৎয়েং হুম্বান লোঙবা' অমসুং 'তিমেন তারোং সুববু', পণ্ডিত অসিনা হৌখ্রবা, ওইরক্কদবা, ওইরিবা মতম অহুম উবা অমসুং নুমিৎ থোকপা, নুমিৎ য়ুংবা, তাবা নোংমগী মতম অহুমবু খণ্ডনবনি হায়না ৱাহন্দোক পীরম্লিবসি য়াম্না ফজনা থোক্লবসু থাজবদা ৱানা থোকপগুম তৌহল্লি ।

'পাম্হৌইবী খোঙ্গুল' মীৎয়েং কয়ামরুমদগী নৈননিংঙাই ওইরবসু মসিবু থোইদোক্না শীংথানিংলিবদি নীংথিবা সাহিত্যগী মচল অমা ওইননি । অইবনা পাম্হৌইবীগী মপান নাইদ্রবা কোরৌ মালেম খোনবা মতৌবু মপা লাক্লবা হোৎনরকপদা নোংপোক অমসুং পাম্হৌইবী অনীগী মরীক চূন্নবা নুংশিবগী শক্লোন ময়েক লানা চোংথোকরই । ৱারীগী পরীং শাগৎলকপদা পাম্হৌইবীবু নোংচুপ মাইকৈদা লৈবা নিংথৌ শাপাইবগীদমক হায়রে । অদুবু মাগী ওইবদা মতীক চাদে হায়দুনা য়াখিদে । কংলৈ নিংথৌ খাবা শোকচ্রোংবগী মচানুপা তরম খোইনুচাগীদমক হায়রবদদি য়াদুনা লুহোংখি । খাবা ময়ুমদা লৈরবদা ইকুই কুইদনা মশাবী কাইনৌ খোংজোম্বগা উনখি । নোংপোক্না মাবু মরানয়াইদা চৎলসি হায়না থেম্বদা পাম্হৌইবীনা য়াখিদে । খাবনা হঙ্গোইনবা অমসুং য়াদনবা থবকশিং পাম্হৌইবীনা তৌখি । মদুনা মরম ওইদুনা মহাকপু তাথিনা তৌরক্লবদা নোংপোক্কী মনাক্তা চৎখি । মখোয় অনী উনদুনা নোংমাইচিংদা লৈমিন্নখি । লাইরিকসিদা য়াওরিবা 'লাইরেম্মা পাউশা' 'অনোয়রোল'গী শরুক, মতোমতা মপুং ফাজরবা শৈরেং ওইনা ৱারী মপুংদগী তোঙান্না তাবগুম উরি ।

'পাম্হৌইবী খোঙ্গুল'গী অহৌবা শরুক য়াম্না ফজে । মতাং অসিদা মনুং হুনজিনবা ৱাখলগা শাগোন্নবা, ফজবা ৱাহৈ খনবগী, অশৈবগী হৈশিংবা থোইদোকপা মতৌ মকা লাম্না চোংথোরকই । ৱাক্‌মনা য়োইবু তম্ফা ৱাঙমলোন পাম্হৌইবীগী মতীক মগুণবু শৈথারকপদা অৱাংবা কল্পনাগী ঈফুৎতগী চেম্হরকপা নীংথিরবা কবিতাগী মশক লৌরকই ।

তুবী চীংলাই লৈমা, লাইরেন কজেং ঙানবা চনু...নপল তাংশক্তবী নদু মীথাদবী তম্পা খোইমোম লাইরেম্মা, হৈনা থৌতিংফদবী...খুগা নানবা ৱা শমচেৎনা তোয়নান তোয়বী... তেকপগা তেকই মথক্তা, তেক্কা লাইজা ঈফুবী, নৌগা নৌই মথক্তা, থৌদু চেঙচা নূংনন্‌বী... চয়রৈ ইন্না রেকপী...য়োয়বু তাঙচা লুমায় খায়বু চূনবী, শমলাং নাকতৈ পাংমনা নাকা মাংশোক ঈকুমবী, শমলাং নাকতৈ পাংমদি কোম্থা ফাইরেল ঈকুম্বী, তয়ুম নাইউন্নগে কাওরেন শনশিন্নগে তৌকুমবী ...তম্পা চিম্বাল মোইগাই য়েংববু শেনবী ৱাবক শম্বল তয়াল হৈগুম মোইগাই ঙাঙনা হেনবী, মপন থোইনা পানবী পাম্থোইবী, নদু থোইনা ৱাংবী ৱাংঙমলোন। ৱাংঙম শক্তবিঙৈদা নতোম ৱাংঙম শকপী, তম্ফা থাদরিঙৈ নদোম হান্না তম্ফা থাবী...পুন্সি ঈৱাল লৈবু মপান থাবী...তম্ফা ৱাংঙমলোন কোরৌ অৱাংববু তেংথানবী... অসিনচিংবা ।

খাবগী মশাইকোন্দা পাম্থোইবীবু থাজরবদা মমা লাই নামুং নামুংবী মালেম তম্পাক লৈবেনহনবীনা মমোমগীদমক মবুং পাখঙশিং খোয়নৌ মতাশিংদা নত্তনা পামেল উফৈথক্তা খোংবা চেক্লাশিং, চীংদা তোংবা লমখুনুশিংদা ঙমখৈ খঙদবী মমোমবু থিনবীরুনবা পাওদমলকপা পূক্লিং হুনবগী মশাক্লি । নোংপোক্লা পাম্থোইবীগা উন্নরবা মতুং কায়নবমদাই য়ৌরবদা লৈহৌবা ঙমদ্রবা কাইনৌ চীংশোম্বনা খোইমু ওন্দুনা মশানৌবু ইন্নখিবা নুমিদাংগী শেকপী ওন, চংবী লাকোন্নুংদা থুপতুনা খাঙখিবা তাইবঙ লীচৎপু মমূৎতানা খঙলবা লৌশিং চাউবা অশৈবগী পূক্লিংগী ময়োন চোংহনগে তেমশিংবা ৱাখলগী খূৎশেম ওইরম্বা তাই ।

অরিবা খূৎইদা থেংনরিবা ৱাহৈগী পাঙ্গলদা মপান তাংবা অয়াম্বা মতমদা উপমাগা শাগোন্নদুনা চৎপা শাংথা লেংথবা তাংথক নাইবা ৱাহৈ পরেং নত্রগা ৱাহৈ কাঙলুপনা মরুওইনা শীজিন্নবা খূৎইগী মশক লাইরিক অসিদসু থেংনৈ । লম্মিৎ তুম্মিৎ থারকপদা, অৱা নুংঙাইগী মখল মথেলগী পূক্লিংগী ইহুন য়েক্লকপদা অরিবা সাহিত্যগী চৎনবী পরীং ঙাক্লুনা চৎলি । পাম্থোইবী অমদি নোংপোক

উননবগী হোৎনরকলিবা থৌরাং অসিদা কোংবা ঙাচৈথেল, ফিশুখোং, থেংয়া লমনুংশি, নাশিখুল, চিংমৈরোংনচিংবা মফমশিংগী মিং থোনখিবগী মতাং য়াওরি। মসিদসু নত্তনা নিঙোন হায়বা, থাজবা, লুহোংবা, শিবা, লাই হরাওবনচিংবা লমদমসিগী সংস্কৃতিগী অরংবা মচাকশিং 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল'দা চিংথদনা ফংই।

লাইরিক অসিগী লোন মপৃংদা অরিবনি। চোতা, মুক্তা, শিঙ্গা, গঙ্গা, কাতিনচিংবা ৱাহৈ খরসি নত্তনা অতৈদি অরিবা লোননি। অদুম ওইনমক মপানগী অনৌবা ৱাহৈশিং অমদি হিন্দুগী লাইশিংগা মান্নবগুম উরিবা মতাংশিং কোন্না হাপচিল্লকপা ওইরম্বা য়াই হায়বগী মীৎয়েংসু থেংনদবা নত্তে। অদুবু মথক্তা হায়খিবগুম্না ৱারীগী থৌদোক পরীংগা থোইনা মরী লৈনদ্রবসু পাম্বোইবীবু দুর্গাগুম্না লানগী মবেস্মা নত্রগা হিংচাবগী য়েক্লবা ওইনা উহন্নবা হোৎনবগী খুদম 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল' তদা নত্তনা 'লৈথক লৈখারোল' দসু য়াওরি (ভাগ্য ১৯৬৭:৫৩)। মবম অদুনা চহীচা তরানীপালগী মমাঙদা শক্তি লাইনীং হাইজিল্লকখিবগী মমি লাইরিকসিদা তাবা উরি।

লৈরী নোংলীশুবী, তাইবংগী মমাসু মপাসু ওইবী, থৱায় পানবা পূম্ববু নাওয়োকপীরিবী, শক্লোন য়াম্বী পাম্বোইবীগী তেংথারোলদা তাইবংগী নত্তবা অঙকপা মশেক মঙান ময়েক শেংনা উবা ফংলি। মরম অদুনা কুপ্না নৈনরুবা মতুংদা চোংথাম মণিহারনা 'পাম্বোইবী খোঙ্গুলগী' মরমদা অসুম্না হায়রম্মি :

> অরোইবদা, পাম্বোইবী শক্লোন য়াম্বী 'মহৌশা কৌবী' নি হায়না লৌবসু য়াই, ওন্নবা পুম্নমক তিল্লবা তাইবং মপুগী মশক্তি হায়বসু যাই। মীওইবগী কপ্পনাগী ঈফুৎনি হায়রসু য়াই, ৱাহৈগী খোম্বোক্কী পোকচবীনি হায়বসু য়াই।... মাগী মিংলেন, গুণ খুদিং অমমমতা লৌথোক্লুনা মাগী পুন্সীগী মতাং খূদিং তোঙান তোঙাননা মরী মখোং থিদুনা নৈনদ্রিমখৈ, 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল' নৈনবা মপুং ফারোই। (সাহিত্য ৫৬/৫৭ লা: ৬৫)

অচুম্বনি তন্ফা মার খোঙ্গুল হকপী য়াংবী খুভম য়াম্বী, খোইয়ুম কাইদোং হকপীগী মার খোঙ্গুল লীবা অরোই অখম নাইদ্রবা খোঙচৎ অমগী শেম শাবনি।

# চৈথারোল কুম্বাবা : মীৎয়েং অমা

*ব্রাহৌদোক* ঃ

মণিপূরীশিংগী ইতিহাস অমসুং সংস্কৃতি নৈনবদা তংঙাই ফদনা চঙদ্রবা য়াদ্রবা শ্বাইদগী মরুওইবা লাইরিক্তি 'চৈথাবোল কুম্বাব'নি হায়বদা চিংননিংঙাই লৈতে। লাইরিক অসি লমদমসিগী মীশিংনা নীংশিংদুনা থম্বগী তংঙাইফদবা, খঙলকপা, ইতিহাসকী য়াওন্না পুরকপা সংস্কৃতিগী থাক মতুংইন্না করম্বা নিংথৌগী হাকতক্তা কবম্বা মরুওইবা থৌদোক থোকখিবগে হায়বদু লৈবাক নিংথৌনা য়ানবা মতুংইন্না মথং মনাও ওইনা ইশিন্দুনা থমহৌবা ব্রারোলনি। লাইরিকসিদা খৃ: ৩৩ এ.দি.দা নিংথৌ ওইখি হায়নরিবা নোংদা লাইবেন পাখঙবদগী হৌনা ইথরকপনা কুনশুবা চহীচাদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌশিং ফাওবগী মরমদা ইরি। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা লাইরিক অসিগী অনীশুবা খৃৎনম ১৯৮৯ দা পুথোক্লে। মসিগা লোয়ননা ১৯৬৭ তা ফোঙবা অহানবা ইদিসন্দগী খরদং ওইরবসু য়াম্না মরুওইবা অহোংবা উবা ফংলে।

অহানবদা, তোঙান তোঙানবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা থোকখিবা থৌদোকশিং হান্নন‌া পাকতক্লনা ইরম্বদু হৌজিক্তি পাবদা খুদোং চানবগীদমক পশ দুপ খায়দোক্নুনা থম্লে। মসিদসু নত্তনা নৈনবদা মতেং ওইনবগীদমক, ফুটনোৎ অমসুং রিফরেন্স মরাং কায়না হাপচিল্লে।

অনীশুবদা, পনবা য়াবা মরুওইবা অহোংবদি ইতিহাসতা নুংঙাইতবা থৌদোক ওইরিবা খৃ: ১৭৩২ দা মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংবু মৈ থাখিবা 'পুয়া মৈথাবা' হায়না খঙনরিবা থৌদোক্কী মরমদনি। অহানবগীদা য়াওরিবা ১৭নি নোংমাইজিংদা মৈতৈ লৈমা মাংহল্লে' (চৈ: কু: ১৯৬৭:৮০) হায়বসিগী মহুত্তা অনৌবদদি মৈতৈ লাইরিক মাঙহনএ (চৈ: কু: ১৯৮৯ : ৯৩) হায়না ওম্লোকই।

অহুমশুবদা, থেংনরিবা অহোংবদি গরিবনিৱাজগী চরিত্র অমদি মহাক্কী মীয়ামদা হিন্দু লাইনীং চৎহন্নবা হোৎনবদা লৌরিবা ফিরেপকী মমল লেপ্পবা হোৎনবগা য়াম্না মরী লৈনৈ । গরিবনিৱাজনা রামানন্দি লাইনীং লৌরবা মতুংদা নিমান্দি চৎপশিংবু চৈরাক পীবা, ৱাকোংবা অমসুং লোই থাবগী থবক চৎথরকখি । অদুবু অহানবা 'চৈথারোল কুম্বাব'গী মতুংইন্নদি ১৭৩১, ১৭৩৫ অমসুং ১৭৩৬ তা নিংথৌসিনা রামানন্দি চৎপশিংবুসু অকনবা চৈরাক পীখি । মসিনা অপ্পাবশিংদা চমম্নবা পোকহন্নবা মচাক ওইহল্লি । অনীশুবা খুৎনমদদি চহীশিং অসিদা পল্লিবা 'রামানন্দি' ৱাহৈশিংগী মহুত্তা 'নিমান্দি' হায়রে । মরমদুনা নিংথৌশিংগী লাইনীংগী থৌশিল (রিলিজস পোলিসি) গী মতাংদা লৈরিবা চমম্নবশিংদু কোকহল্লে । অহোংবশিং অসি ময়েক শেংহন্নবগীদমক্তা খুদম অমত্তং লৌখৎপা য়াই ।

> শক ১৬৫৩ শজিফু থাদি থাংজনা হনএ । ১০ নি নিংথৌকাবা কৈ ৪ ফাইএ । মী ৪ শোকএ । ২৭নি লৈবাকপোকপদা কৈখোংদা কৈ অমা ফাইএ । ২৯নি থাংজদা রামান্দি চৎপা খিবিক ৱাকোংএ (১৯৬৭ : ৭৯) ।
> শক ১৬৫৩ শজিবু থাদি থাংজনা হনএ । ১০ নি নিংথৌকাবদা *লমকা কোচিন্দা* কৈ ৪ ফায়এ । মী ৪ শোকএ । *১৭ নি লৈবাকপোকপদা নিমান্তি* (নিমানন্দি) চৎপা খৈবিক ৱাকোংহনএ ১ (১৯৮৯:৯২)

*মতম লেপ্পা :*

'চৈথারোল কুম্বাবা' কবম্বা মতমদগী লৈরক্লবগে হায়বগী মরমদা মত কয়ামরুম লৈ। অদুম ওইনমক মসিগী মতাংদা 'চৈথোরোল কুম্বাবা' অনীশুবা ইদিসন লামাই ৫২৮ দা অসুম্না ইরি ।

'বড় সাহেবনা গারোত্তা ফমদুনা পণ্ডিত কৌশিন্দুনা চৈথারোল কুম্বাবা অসিবু নিংথৌ কনানা লিংলম্বনো হংএ । কিয়াম্বদগী ইরমএ, হৌবদি পাখণ্ডবদগী হৌএ, খুমএ (লা: ৫২৮) ।

মৈদিংগু ক্যাম্বগী (১৪৬৭ - ১৫০৮) মতম ১৪৮৫ দা হিয়াংলোইনা অহানবা চৈথাবা হৌখিবদগী মথং মনাও নাইনা চৎথরক্লুনা কুম্বাবগী অমসুং

থৌদোকশিং পরীং নাইনা কাউদনা থম্মবগী চৎনবী লৈরম্লগনি হায়বসি য়াম্না থাজনিংঙাই ওই । মসিগী মমাঙগী খৃষ্ট গী অহানবা চহীচাদগী হৌনা 'চৈথারোল কুম্বা'দা য়াওরম্লিবা থৌদোকশিং অসিদি কা হেন্না তেল্লি অমসুং নিংথৌশিংগী মিং, মখোয়গী মতমগী মরমদা খজিক্তং হায়রম্বদগী হেল্লমদে । খাগেম্বগী (১৫৯৭-১৬৫২) মতমদগীদি থাগী মমিং য়াওবা হৌই । খুঞ্জাওবগী মতম ১৬৬৬, পোইনু, থাংজদগী নুমিৎকী মমিং য়াওবা হৌরকখি । (চৈ: কু: ১৯৬৭ : ৩৪) । মৈতৈশিংগী চয়োলগী নুমিৎ তরেৎনিগী মিং অসি হিন্দুশিংগীগুম্না গ্রহশিংগী মিংদগী লৌই । অদুবু হিন্দুশিংগী থাগী মিং নক্ষত্রশিংদগী লৌবগুম্না মৈতৈশিংগীদি লৌদে । মীওইবনা হৌখিবগী মরমদা খঙনিংবগী ঈথিল, নিংথৌ নত্রগা লুচিংবশিংনা মখোয়গী শাগৈবু হেন্না মন্ত্রিক মঙন হাপ্লবা ৱাখলনা মরম ওইদুনা অঙনবা মতমগী নিংথৌশিংবু লাইগী শক্তম ওইনা য়েক্লবা হোৎনরকই । চীস্থাং য়ৈনা লীনরকপা ৱারী কয়াদা য়ুম্ফম ওইদুনা নিংথৌশিংগী অঙকপা থৌদোক ৱারী কয়াগী মমি লাক্লবা হোৎনরম্মি । মরম অদুনা ক্রোনিকলশিংগী অঙনবা মতমদা য়াওরিবা ৱারোলশিং অসি হেন্না চিংননিংঙাই ওইহল্লি, ইতিহাসকী মীৎয়েংদগী মমল উহল্লি । মণিপুরগী য়ুমথংনবদা লৈরিবা অহোম, ত্রিপুরী, পোং অমসুং বর্মিজশিংগী ক্রোনিকলশিংগী অঙনবা মতমগী ৱারোলশিংদসু হায়রিবা অশোনবশিং অসি থেংনৈ ।

অহোমশিংগী ক্রোনিকল 'বুরঞ্জি' খরদি খৃ: গী ৫৬৮ এ.দি. দগী হৌবা য়াওরবশু ১২২৮ দা সুকানফানা নিংথৌ ওইদ্রিঙৈগী মমাঙ ফাওবদি য়াম্না তেল্লি অমসুং থাজনিংঙাই ওইদে হায়না ঈ.এ. গেইতনা হায়রম্মি (গেইত; ১৯৬৭: ১৩) । মসিদসু নত্তনা ত্রিপুরাগী 'রাজমালা' শতাব্দী তরামঙাদা পানখিবা ধর্ম মনিক নিংথৌগী মতমদা ইখিবনি অমসুং মসিগী মমাংদা ইরম্লিবশিং অসিদি থাজবা ৱাৎলি (চটর্জী, ১৯৭৪ : ১৩১) ।

*সামলুংফাগী খোংচৎ :*

ইতিহাসকী মতম লেপ্লবগীদমক মপানগী লাইরিকশিংদা পীরিবা অমসুং মপান্দগী চঙলকপা লমকোয়বশিং নত্রগা লান্দারকপগী ৱারোল য়াম্না মরু ওই । মরম অদুনা মেক্স ম্যুলরনা অহানবা ওইনা বেদগী মতম লেপ্লবা হোৎনরকপদা আলেকজেন্দরনা ভারত্তা লান্দারকপা অমসুং বৌদ্ধ ধর্মনা হৌরকপগী মতমশিং

অদুবু মরু ওইনা লৌখি । নাউথিংখোংগী মতমদা পোং নিংথৌ সুকানফাগী মনাও শামলুংফানা পাশা য়ৌনা লোই চল্লুরগা মণিপুরদা থোরক্লুনা চহী তরা লৈরম্বগী থৌদোক অসি 'চৈথারোল কুম্বাব'দা পল্লম্মি । লাইরিকসিদা য়াওরিবা নীপাল শুবা চহী চাদা শামলুংফানা মণিপুর থোরকপগী ৱাফমসি শান্গী ক্রোনিকলদা য়াওই তৌবতবু শানগী লাইরিক্তনা চহী ৬০ থেংথৈ হায়না পেম্বরতন্না হায়রম্মি । তৌইগুম্বসুং পণ্ডিত খরনদি শামলুংফাগী খোংচৎ অসি তরাহুমদোই শুবা চহীচাদনি হায়বা উৎলম্মি ।

> ... Samlungpha the brother of king of Mungmau who ascended the throne in A.D. 1220 gained serveral notable victories in Upper Assam, where he defeated the Chutiyas, as well as in Arakan, Manipur and other countries ( Gait, 1967 : 77)

ঐখোয়না অচুম্বা খঙনবগীদমক্তা পেম্বরতনগী ৱারোলতদা পেন্থোকপা চুমদে । লম অসিদা হেন্না মখা তানা থিজিন্নিংঙাই ওইরি । পি. গোগোইনসু পেম্বরতন্না পীরিবা শানশিংগী ক্রোনোলোজিকেল তেবল অসিদগী নে ইলিয়াসকিনা হেন্না চেকশিল্লি অমসুং মরীক চূন্মি হায়রম্মি (গোগোই, ১৯৬৮ : ১৯০) ।

*নিংথৌশিংনা পানবগী মতম :*

ভারত্তদি ইতিহাস ইবগী ৱাখল আস যাম্না থেঙনা লাকখি । মরম অদুনা আর. সি. মজুমদারনা ১৯ শুবা শতাব্দী হৌরকপদা হিন্দুশিং অসি হিস্ত্রিওগ্রাফি খঙলমদে হায়রম্মি : Historiography in modern India, at least among the Hindus is thus barely a century old (Subrahmanian, 1982 : 245) । মখোয়না পুরাণ অমসুং ইতিহাস অমত্তা ওইনা লৌরম্মি । কলহননা তরানীথোই শুবা শতাব্দীদা কাশ্মীরগী নিংথৌশিংগী ৱারী ' রাজতরঙ্গিনী' ইখি । লাইরিক অসি ইতিহাস অমদি কাব্য অনীমক ওইরম্মি ঔৱাশিংগী 'মহায়জাৱিন' অহোমশিংগী 'বুরঞ্জি' ফজরবা কাব্যগী মচাক য়াওরি । মৈতৈগী 'চৈথারোল কুম্বাব'দি ৱারেংদা ইবনি, সাহিত্যগী থোইদোকপা

মচাক য়াওদে । লাইরিকসিদা পাখঙবদগী নাওখম্বা ফাওবা নিংথৌরোল তরেৎ অসিদি মাঙখি শিখিবা মফম খঙদে লাইনি হায়রম্মি ( ১৯৬৭ : ২) । মখোয়শিং অসিগী মনুংদা পাখঙবা, খুইয়োই তোম্পোক অমসুং তাউথিংমাং চহী ১২০, ১১০ অমসুং ১০০ নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মি । মৈতৈগী মাইচৌশিংনা ইরম্লিবশিং অসিদা করিমত্তা য়েৎপা তৌদনা থাজরম্মি অমসুং থাজফমসু থোকলম্মি । মতাং অসিদা ঐখোয়না য়েংগদবদি মীচমশিংদগী হেন্দোক থোইদোকপা মৈতৈ নিংথৌশিংগী অকোয়বদা শাগৎলিবা অঙকপা ময়াইচেনবা ৱারীশিং অদুনি । মসিনা নিংথৌশিংবু লাই ওইনা শাগৎনবগী পাম্বৈ অমসু ওইরম্মি । ভারতকী ইতিহাস ইবশিংগী মপানি হায়রিবা কলহনগী 'রাজতরঙ্গনী' দা য়াওরিবা নিংথৌ অমদি চহী ৩০০ ফাওবা পানবা য়াওখি । য়াম্না নুংঙাইরিবদি ইউরোপিয়ান পণ্ডিতশিংবু কোট তৌদুনা, ভারত্তদি হায়রিবা চহীসি য়ৌনা পুক্নিবা য়াই হায়না এ.কে. মজুমদারনা কুনশুবা শুবা চহীচাসিদা কলহনবু চুমহন্না হোৎনরম্বা অসিনি (সুব্রমনিয়ন ; ৯৮২ : ২৬৫) । মরম অদুনা মরিং মরাংবা ৱাফমশিং অসি মৈতৈগী 'চৈথারোল কুম্বাব'তদা য়াওবা নত্তে, সমাজগী ফিভম অমসুং মতমনা ওইহল্লম্বা ইতিহাসকী শক্লোন অমনি ।

*মণিপুরদা শকাব্দ* :

চৈথারোল কুম্বাবদা ইরিবা কুম্বাচহী (ইরা) অসি শকাব্দনি । শক নত্রগা শালিবাহন ইরা (৭৮ এ.দি.) না হৌজিক ভারত্তা খ্বাইদগী হেন্না চৎনৈ । ভারতকী অয়াম্বা নুং অমসুং চীংমায়দা হক্লম্বশিং, মসিদসু নত্তনা ইন্দোচিনা অমসুং ইন্দোনেসিয়াগী সংস্কৃততা হকলম্বশিংদসু শকাব্দ শীজিন্নবা থেংনৈ । হৌজিক মরী লৈনরিবা ৱাফমদি মণিপুরদা করম্বা মতমদা শকাব্দ চৎনবা হৌখিবগে হায়বসিনি । 'চৈথারোল কুম্বাব'দা লাচন্দুনা লৈরিবা মরুওইবা থৌদোক পুম্নমক শকাব্দদা থম্বা য়ানবগীদমক লাইরিক অসিগী অহৌবা লামাইদা অসুম্না লংজিন কাঙবা হৌরকই ।

'কলিগী কুমশিং ৩১৩৫ শুবদা মৈদিঙু পাখঙবনা নিংথৌ ওই এ । পাখঙবনা নিংথৌ ওইবা চহী ৪৫ শুরকপদা শকাব্দ অমা হৌএ' । কল্যাব্দ অসি এস্ত্রোনোমরশিংনা হোৎলগা পুথোকপনি । হিন্দুশিংনা পাক শন্না চৎনরম্বা নত্তে । ফেবুরারী ৩১০২ বি.সি. দগী কলি হৌই হায়বসি পংকুই কুইদ্রিবনি ।

"The Kali era is important and possibly, the oldest of Hindu eras. But its use was never widespread; and the traditional date 3102 B.C. is relatively late invention. (Subr, 82 : 241),

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপুর, কলি যুগ মরিগী মরমদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা ইখিবা 'বিরাট শান্তুপরোল' দা মরীক চূম্না ইরম্মি । মৈতৈশিংগী যুগ মরিগা মান্নবা হয়িচক 'হয়াচক' 'খুনুংচক' 'লাংবচক' লৈ । করিগুম্বদা অকোনবগী অনী অসিগী মহুত্তা 'খুনুংলাংবচক' অমসুং 'কোন্নচক' হায়বসিনা খণ্ডনবসু য়াওরি । মসিদসু নত্তনা মৈতৈদি মরিদগী তরেৎনা হেন্না হৈনজবা কাণ্ডবুনি । মরম অদুনা চক মরিগী ব্রাফমসি লমদমসিদা নৌনা থোক্লি অমসুং তংদাংবা মশক লেপ্পা ঙমদ্রি ।

'নিংথৌরোল লম্বুবা', 'মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা', 'খুমন কংলৈরোন'চিংবা ইতিহাসকা মরী লৈনবা লাইরিকশিং অসি নিংথৌশিংগী শা-লানগী লৈবাক্কী মরুওইবা থৌদোক্কী মরমদা মরীক চূম্না ইরবসু থৌদোকশিং অসি থোকখিবগী মতম শকাব্দদি পীরমদে । মতমদুগী অইবশিংগী মীৎয়েংদা 'মতম' হায়বদি শক তারিকতগী থৌদোক ৱারীদনা হেন্না মরুওইনা লৌরম্বা তাই ।

হৌজিক ফাওবদা থেংনরিবা অরিবা লাইরিক, নূংদা অমসুং শেলদা হকলম্বশিংদগী খণ্ডবদি মৈতৈশিংনা হিন্দু লাইনীং লৌরবা মতূং তরানীপালশুবা চহীচাদা অহানবা ওইনা শকাব্দদা, ইরম্বশিংগী মতম পীবা থেংনৈ । ক্যাম্বা নিংথৌগী হাকতক্তগী শকাব্দ চৎনরম্বা তারবদি মহাক্কী মতূংদা পানখিবা মৈতৈ নিংথৌশিংগী মতমদা চৎনরম্বা শেল, ধাতু অমসুং নূংদা ইরম্বশিং অমদি অতৈ লাইরিকশিংদসু মতম পীরম্ফম থোকই । অদুবু হায়রিবা রেকোর্দশিং অসি থোরকপদি গরিবনিৱাজ নিংথৌগী হাক্তক ফাওবা ঙাইখিবা তারম্মি । মতমসিগী লাইরিকশিংগী মরক্তা 'বীর বাহু তুবা' (শ: ১৬৩৫) অমসুং শকাব্দ ১৬৪৬ (১৭২৪ এ. দি.) দা পুথোকখিবা শেল ময়েকশিং খুদম ওইনা লৌখৎপা য়াই ।

মৈতৈশিংনা ইরন্নিবশিং অসিগী শকাব্দ পীবদা ক্রোনোগ্রামসু শীজিন্নরম্মী । মসিগী খুদম য়াম্না তাঙনা থোক্লবসু 'পরীক্ষিত' তা উবা ফংই ।

'শক কুমশীং ৱাচুম্বা, মুনি উর্মি ঋতু চন্দ্র লেপ্লিবা লোইদাম ফাইরেন থা মাকমৈ তরানীথোইনি পানবা কোরৌ নুমিৎ শগোলশেলদা ইরৌ শৈনে । মুর্খ শ্রীগোপী তুনুং লংলা পূনগুম্বনা মুকমৈ নারিন শোল্লৌএ (খেলচন্দ্র, ১৯৬৯ : ১২৭)

পাউখোংগী মতৌগুম্না পীরম্লিবা ৱাহৈশিং অসিদগী লাইরিক অসি শক ১৬৪৭ তা ইরম্মি হায়বা খঙবা ঙম্মি । (মুনি - ৭, উর্মি - ৪, ঋতু - ৬ চন্দ্র - ১) অসুম্না তোঙান তোঙানবা ৱাহৈশিংনা অপান্নবা মশীং খঙনদুনা শকাব্দ পীবগী মওং অসি জাভাদসু চৎনরম্মি । (বর্গ, ১৯৬৩ : ১৫) ।

অহোম অমসুং বর্মিজশিংগী 'ইরা' লৈবগুম্না তরানীপাল শুবা চহীচাগী অহানবা তংখায় ফাওবদা মণিপুরগীদি মশাগী চহী (ইরা) লৈরমদে । মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক ১৭৬০ দা চন্দ্রাব্দ হৌদোক্লুনা লমদমসিগী 'ইরা' পুথোকখি । মসিগা লোয়ননা নিংথৌসিগী মতমদা 'চৈথারোল কুম্বাবা' অমুক হন্না ইথোকখি অদুবু 'চৈথারোল কুম্বাবা' অমসুং মতম অদুদা ইখিবা লাইরিকশিংদদি শকাব্দদা অদুম্মক থম্মি।

*ৱারোই :*

মথক্তা নৈনখিবশিং অসিদগী খঙবদি মৈতৈশিংগীতা নত্তনা অহোম, তখেল অমদি ঔৱাশিংগী ক্রোনিকলশিং ইখিবগী মতম অদুক হাকনা ঙনখিদে হায়বসিনি । বর্মিজশিংগী ক্রোনিকল তরামঙা শুবা শতাব্দীদা ইখিবনি । The chronicles were first written in the fifteenth century which was a great age of Burmese Literature (Ohn, 1961 : 85 ) অহোমশিংগী বুরঞ্জিশিং ইখিবগী মরমদা চপচাবা মতম হায়বা ঙমদ্রবসু বি. কে. বরুৱানা লাইরিকশিং অসি শতাব্দী তরাতরুক লোইরকপদগী হৌরগা তরামাপলশুবা শতাব্দী ফাওবদা মতম চঙনা খোমজিল্লম্বনি হায়রম্মি (বরুৱা, ১৯৭৮ : ৯৮) । 'চৈথারোল কুম্বাবা' ক্যাম্বাগী মতমদা হিয়াংলোইনা চৈথাবা হৌবদগী, চৈথাবগী মমিং অমসুং মরুওইবা থৌদোকশিংবু রেকোর্দ তৌদুনা থমলম্লবসু, মমৈথংদা হিন্দুশিংগী ঈথিল মকা ফোংলবা মতুংদা মমাংগী থৌদোকশিংবু শকাব্দদা পাশিন্দুনা অমুক হন্না ইথোক্লম্বা য়াই । সমাজগী

চাওখৎপগী খোঙথাংদি নিয়ম কয়াগী মখা পোন্না চৎলি । থানবা য়াদ্রবা সমাজগী নুংগী কায়াৎশিং অসি পূন্না চাওখৎমিন্নবা নত্তনা কয়াৎ অমতমক চাওখৎপা তারবদি মদু মহৌশাগী পথাপ অমদি চৎনবীগী ৱাংমদনি । বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদদি অচুম্বা হায়বসি মীয়াম্না মশীং হেন্না য়ানবনা লেপ্তে মরম চাবা প্রমাণ অমসুং চাংয়েংগী মতেংনা লেপ্লি । অমা নত্রগা অমবু ওইরবসু 'চৈথারোল কুম্বাবা' মণিপুরীশিংগীতা নত্তনা মীওইবগী হৌখিবা পুন্সীবু মশক খঙনবা হোৎনরিবা, অচুম্বা থিবগী লম্বীদা মপান নাইদ্রবা লৌশিংগী মঙাল ফংনবা চঙশিল্লিবা মীওইশিংগী তাঙলবা লন্নি ।

# পোইরৈতোন খুন্থোক তা সংস্কৃতিগী মশক

'পোইরৈতোন খুন্থোক' অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী য়াম্না শীংথানরিবা লাইরিকশিংগী মরক্তা অমনি। মণিপুরগী ইতিহাস অমদি সংস্কৃতিবু থৱায় য়াওনা খোঙ্গুল লীনবা হোৎনরিবা কাঙবুশিংগীসু মরু ওইবনি। অঙনবা মতমগী অশৈবশিংগী খুৎশেমদা হান্নগী লীশাংশিংনা চেন্থবক্লিবা চৎনবী ঈচেলশিংবু চেকশিন্না ঙাকপদা মরু ওইবা মীৎয়েং থম্মি। শৈশেন্বগী মওং অমসুং ৱাহৈগী মচল শেন্বদা চীন্থাং য়ৈনা লাক্লিবা হান্নগী চৎনবীশিংদু ঙাক্তুনা থম্নবা হোৎনরম্মি। লাইরিক অসি করম্বা মতমদাইখিবগে হায়বগী মতাংদা অখঙ অহৈশিংগী খেন্নবা মত লৈববসু মসিবু চহীচা তরানীপালগী মমাঙদা ইখিবা লাইরিকশিংগী মনুং চন্না থম্বদা য়ানদবা থোইনা লৈতে। অদুগীসু মথক্তা ঐখোযগী পূক্নিং হেন্না চিংশিন্নিংঙাই ওইরিবদি মতম লেপ্পদা নত্তে, লাইরিকসিদা তারিবা সমাজগী অমদি সংস্কৃতিগী মশেক মঙালশিংদনি।

অঙনবা মতমগী মৈতৈগী অশৈবশিংনা নুং অমসুং পানগী অর্থ চেনবা লাইতিনগী ৱারীগী মওংদা শৈশেন্বগী চৎনবী য়াম্না পান্নবগুম তৌরম্মি। লাইরিক অসি অঙকপা মওংগী শা-উচেক্কী ৱারী ওইনা হৌরকই। অদুবু ৱারী মপূংদি পোইরৈতোন অমদি মাগী খোঙলোইশিংনা খুন্থোরকপা, তাইবংদা করম্বা শিদ নাদবা মফম লৈরিবনো হায়না কোয়না থিরকখিবা অৱা অনা কয়া থেংনখিবগী ৱারীনি। মসিগা লোয়নননা কবো অমসুং মরুওইনা পোইরৈ মৈতৈগী তোঙান তোঙানবা লমশিংগী মমিং থোল্লম্বগী ৱারোল লাইরিকসিদা য়াওরি। অরিবা লাইরিকশিংদা লমদম অসিগী মমিং অঙনবা মতমদা 'নমথক শারোনপুং', 'মুৱা পল্লি'নচিংবা কৌরম্বা থেংনৈ। পোইরৈতোন খুন্থোকপদগী পোইরৈ মৈতে কৌখি থাজনৈ (খেলচন্দ্র : সাহিত্য ১৯৮৮: ৬৯।৭০)।

*সমাজগী শক্তম :*

অঙনবা মতমগী মীয়ামগী পুন্সী, সমাজ অমসুং হিংবগা মরী লৈনবা শুনোম্বগী মওং, লাইরিক অসিদগী খঙনবা হোৎনবা অরায়বা থবক নত্তে । 'পোইরৈতোন খুম্ফোক'কী অহানবা শরুকসি মপানগী সিম্বোল শীজিন্নদুনা শেম্বা অর্থ অমদগী হেন্না পুবা য়াবা খুৎইনি । অদুবু ব্রারীগী মখা চৎথরকপদি মদুগী মওং নত্তে, অহৌবগী তাংকক অদুগী ওইবা ইপিসোদিক এলিগরীগী মওংনি । পোইরৈতোন অসি অখণ্ড অহৈশিংগী মীৎয়েংদা খৃষ্টগী অহানবা চহীচাগী নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মতমগীনি থাজনৈ । 'পোইরৈতোন খুম্ফোক'কী অহৌবদা কাঙলুপ মশেল অমনা অমবু খূদম চন্নবা হোৎনরকপগী অকনবা লাল্লোং শীন্নরকপগী মশক উৎলকই । তোকপনা শবী অমদি ব্রাববু নমথনবা হোৎনরকপদগী মমৈথংদা ব্রাববু য়োৎশিনখিবা, শবীনা তঙাই ফদবা ফিভমনা চেন্দুনা অতোপ্পগী (থোংঙারেন) মতেং লৌখিবগী থৌদোক য়াওরি । মতাঙ অসিদা ঐখোয়না 'তোকপা', 'শবী' অমদি 'ব্রাবা' কনানো করি ওইরম্বা য়াবগে হায়বদু মপা লাক্নুনা য়েংবা যাই ।

অঙনবা মতমদা লমদমসিদা সোরারেন অরিবা অহুম পাল্লম্বগী ব্রাফম থেংনৈ । চীংঙু নোংথৌ সোরারেন অরিবা লয়কু লৈরাইনুংদা মরান হান্না য়িমতমঙমপা অহুম্মানা লাইরেন লাইপাখঙ অহেনপাদা, মসানৌ লাইসনা অহেনপীকা মালেম 'কংলৈ পুংময়োল নুংঙাইবতা পাল্লবদা খুরুমজবগী অমদি কংলৈ পুংময়োলদা, মবান হান্না য়িমতম ঙম্বা খাপা লৈরেনখৈ কংলৈ লৈবাক মপা'না নোংদা লাইরেন পাখঙবনা খুনকুম্লকপদা ময়াম চঙদুনা ওকখিবগী থৌদোক 'পাখঙবা নোঙ্গারোল'দা য়াওরি (লা: ১১) । মসিদসু নত্তনা মৈতৈগী অরিবা লাইরিক 'পাম্ফোইবী খোঙ্গুল' 'চকপা খুন্দা খুম্ফোক'নচিংবদগী খাবা শলাইনা লমদমসিগী কোনুং কংলাদা পাল্লম্মি হায়বসি খঙবা ঙম্মি ।

> খৃষ্ট অহানবা হৌগৎলকপদা নোংদা লাইরেল পাখঙবনা লম অসিদা পাল্লম্বা নিংথৌ অহুমবু মখা পোলহনখি । হায়রিবা নিংথৌ অহুম অসিবু সোরারেন অরিবা অহুম হায়না খঙনৈ । হায়রিবা নিংথৌ অহুমসিগী মনুংদা অমদি থাঙ্গা কম্বোংগী নিংথৌনি । থাঙ্গা কম্বোং অসি হৌজিক চেংলৈ হায়না খঙনরিবা কাঙলুপ অসিনি (খেলচন্দ্র, সাহিত্য ৮৮:৬৯/৭০) ।

চপ চানা হায়বা ঙমদ্রবসু নত্রগা য়েৎননিংঙাই ওইবা য়াওরবসু 'লৈহৌ নোংহৌ'গী মতুংইন্নদি 'ব্রাবা', 'শবী' অমসুং 'তোকপবু' 'চেংলৈ', 'ঙানবা' অমদি 'লুব্রাং'নি হায়বগী খূদম পীরি ।

> কোঞ্জিন তিংথোকপনা নিংথৌ ওইগে হায়বদুনা পাখঙবা কৌনা নুমিৎকী পৃংমায়দা লৈরে । মহাক্তগী সোরারেন অহুম থোক্লে । অমদি শাবিনা শারে । অমদি তোকপনা শারে । অদুগা ব্রাবা নংদি লৈকু লৈরায়দা ঈমশা তমঙমও । ফুসা ব্রানসা তমঙমও । চেংলৈবম ওইনা ফুশা ব্রানশা তমলৌও । শাবি নংদি ঙানবা খমজিংকোন শাও । তোকপা নংদি লুব্রাং শাও । (অমুবী, ১৯৮১ : ৪৩-৪৪)

পূম্নমক অসি য়েংলুরগা লৈবাক্কী মপু পান্দ্রবা অকনবনা অশোনববু, তুহৎলবা, লৈবাক ব্রায়েল লৈত্রবা মতমদা অচুম্বা লৈঙাক পথাপ অমা পুরকনবগীদমক পোইরৈতোনবু কৌথোকলুবনি হায়বা তাই ।

পোইরৈতোন্না খুম্বোরকপদা খূৎশু খূৎলাই য়োৎকী চৈশু, লিরুং তেন, থাং শীংজঙ শম্থিনতা, থোংদুনা চাবা য়াবা, হিংনা চাবা য়াবা, পোৎলম চান্না পুদুনা লাকই । মৈবু চেকশিন্না পুবা মনাই অমসু লোয়নরম্মি । মৈতৈশিংনা মৈবু শৈথারকপদা 'পোইরৈতোননা খুম্বোকখে মতৈ লৈমা লৈনাওতোবীনা তাইবং খুল্লিং মৈ' হায়বম্মিবসি মহাক্কী কাঙবুনা মৈবু লুনা ে্রাইনম্না অসিন্দগীসু ওইনম্বা য়াই । তৌইগুম্বসুং মহাক্না খুম্থোক্লুইঙেদা লমদমসিদা হায়না মৈ শাগৎলম্মদংগী ব্রাফমদি নত্তে । চীংখোং পোইবৈতোন্না লোইবী শিদবা হেন্না নাদববু লৈরিব্রা হায়না খুম্থিরকপদা ময়িম লোইবী মরেমনা চীংখোং পোইরৈতোনবু চকমোম খাম্বী মৈবু লিংনা (লা: ৪৪) ঙাইরম্বা থেংনৈ । মহাক্না অমুকসু শিদ নাদবা মফম কদায়দা লৈরিবগে থিরকপদা মরেংবান্দা শীংজং থোংদুনা চৎপা চকপা পাখং অমদা মৈবী তাঙ্গোই পাইরিবা মৈখু নোংলেন কাবা অসিবু করি মৈনো চফু মৈ ইকপগী, চরু ফুদিৎ থাবগী মৈরা হংখি । চকপা পাখঙনা চকপা ফাল্লৌ ঙমপী মপারী শাংফুরাইবা শিবগী পোৎলোইবগী মৈনি খুমখি (লা: ২৯) । পোইরৈতোন্না খুম্বোরকপদা লৈবাক অসিগী লাইশোন, তিনশোন মিকোন থাগোন, ইরাৎ থৌনিনচিংবদা অহোংবা লাকখি হায়বসি অতোপ্পা মৈতৈগী

লাইরিকশিংদসু থেংনৈ । অয়াম্বা অতৈ অরিবা লাইরিকশিংদগী তোপ তোপ্না তারিবা পোইরৈতোন খুন্থোককী শৈহৌ- 'খানিংবা হোংনদে মিকোনবা হোংনদে, খানিং মিকোন অমা তৈবদি ইয়ুব্রা চীংখোং পোইরৈতোন মখুবোনবু কোনবনে' হায়বসিগী মরমদা খুৎই লাইরিকশিংদা অসুম্না ইবম্বা থেংনৈ ।

> পোইবৈতোন কৌবা ... লাই অদুনা লৈরিবা খৈবিক শেম শাবে, চাকচা ফমফম ... অথুম অহাও, অঙাং অমু ঈবাৎ থৌনী, ... হিয়াঙ্গে কুম্মৈ, মিকোন থাকোন, লমথোক হিদোং সুনা পান্না তম্বীবে । মমাংদা লৈঙম্বা শাককপা ব্রানককপা, ককশুবা তোনলোংবা,... পিতীংকোই লমপিচা নিংথৌ ককসু তোনলোংবা, লৈমা উকম খাওচোনবী লৈমা তানু নিংথৌ কাংবা, মোবিযাফমবালচা অসি খৈপিক লৈঙম্ববু অহোং অচাও ইবাৎ থৌনী লৈঙমদে । পোইবৈতোন্না অহোং অচৌ, ঈবাৎ থৌনী থোকহল্লে হাযনবগীদমক খানিংবা হোংনদে মিকোনবা হোংনদে, খানিং মিকোন অমা তৈবদি নযুব্রা চীংখোং পোইবৈতোন মখুবোনবু কোনবনে হাযবিবনি (খম্মোই যাংমোই) ।

লমদমসিদা অমদি অনকপদা লৌবিবা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপশিংগী লৈফম ফিজেৎ চাকচা চৌনবী শাভাংনাচিংবগী মরমদসু 'পোইবৈতোন খুন্থোক'তা উবা ফংই । থোংনাং মযাং ওইগদবা নগাঁদি থাংশাং ওইবম হুন্না থা যংচু শাযনা মোইবুং পোৎতম শেম 'নকোল খাউজাও যান্না থোংনাং লৌমনলাংদা কোইনাখিও । তখেল লংনং ওইগবা নঙতি পাশোৎ ফোইতাং শেৎ থাংশাং ওইবম হুলনা কোইনখিও । (লা: ১৮/১৯) । মতৌ অসুম্না শেনবী কবো, তাংখুল, তবাউ, মবিং, খোইবু, খাবম চকপা মোইবাং ওইগদবা মৈতৈ ওইগদবা পূম্নমক্কী মবমদা লাইবিকশিদা ইবম্বা উবা ফংই । অচৌবা ফুরূপ অমদগী মশানা মবোমদোম হিংজবা ঙম্বা অপীকপা কাঙলুপ মচাশিং থোকরপসিনা অমবোমদা মপাঙ্গল লৈবা অচৌবা লৈবাক অমা শেমগৎতুনা অনৌবা লৈঙাক ব্রায়েল পুবক্ল বা হোৎনবদা খুদোংচাবা পী হাযবা যাই ।

*পুন্সীমরেল :*

মফম মতম অমদি ইতিহাসকী ওইরিবা ফিভমনা অঙনবা মতমগী মীশিংনা মহৌশাদা মপান তাংলম্মি, মহৌশাদগী মশাবু ঙাকথোকচনবসু হোৎনরম্মি। মখোয়বু অনা অয়েক অমসুং অশিবনা অত্তনা মিপাইবা পোকহল্লম্মি । শা চারম্মি য়ু থক্লম্মি, শীংচনবা, শা তানবা মতমদুগী হিংনবগী তাংঙাইফদ্রবা থৌ ওইরম্মি । লীরুং তেননচিংবা খূৎশু খূৎলাই শীজিন্নরম্মি । লাং থাক্লুনা শা ফানবা হোৎনরম্মি । চীংখোং পোইরৈতোন্না কোয়না চৎপদা মাগী হুয় অদু মীনা থাকপা শা ফানবা লাংদা থুবদগী মহাক্না অমুক হন্দুনা লৌরুবগী থৌদোক য়াওরি । হুই, ওক, য়েন্নচিংবা লোইদুনা, খোং তৌদুনা, পান, শিং থাদুনা খুল্লিংবগী মওং উবা ফংই । পোইবৈতোন্না কোয়না চৎলকপদা মাগী হুয় অমসুং ওকপু মচিঞ্জাক পীজবম্মি (লা: ৩৩) । কবোশিংনা মঙোন্দা য়ু খরুং পীদুনা খুদোল তৌরম্মি (লা: ৩৩) । লীক্লোন, মোইবুং শেনবুংনচিংবা মমল লৈনা লৌনরম্বা হাওফি কোয়েৎ ফৈজোম্ন চিংবগী মরমদা পল্লম্বা থেংনৈ ।

অকোয়বদা লৈরিবা সমাজগী ফিভম, শু নোম্বগী অমদি য়েক্লবদগী ঙাকথোক্লবগীদমক মচা মশু য়াম্বা পাম্নরম্মি । নামা হাঙলবা মীওইশিংবু ফনা লৌনরমদে । শবীনা তোকপবু কিবদগী লৈনুং থোংঙারেনগী মনাক্তা লাক্লুনা মতেং নিরবদা থোংঙারেনদি তাইবং খুম্থোকসি য়াখিদে । মনাওনুপা পোইরৈতোনবু খুম্থোকউ হায়খি । মদুদা পোইরৈতোন্না মাগীদি নুপী লৈতে নুরা ঙাইখোং শিনশুলুককুম মপা হাঙঙে । খুমনুংদসুঙ পাখ্রা ওই হয়েং তাইবংপানদসু পাখ্রা ওইঙেনে তাইবং পাউনোক চাউয়ে হায়না য়াখিদে । থোংঙারেন্না খুনুং ঙানবা মপু নিংথৌগী মচানুপী লৈমা লৈনাওতাবীগা লোয়ননা খুম্থোকউ হায়বদি য়াখি ।

অরিবা মতমগী লাইনীংদি ঈরাৎ থৌরম লাইশোল তীনশোন্দা হেন্না মীৎয়েং চিংশিল্লম্মি । খগুঙমদবা অতোপ্পা তাইবংদগী হৌজিক্কী পুন্সী অমসুং তাইবংদনা হেন্না পূক্লিং চঙলম্মি অমদি মদুবু শাফু কয়াদগী ঙাক শেন্দুনা থম্নবা হোৎনবনা মপূং ওইবা পান্দম ওইরম্মি হায়না লৌবা য়াই । 'থিরেল লায়াৎ' তা 'চরাৎ', 'কোরাৎ', 'মোরাৎ' ঈরাৎ অহুমগী মরমদা ইরম্মি ।

চরাৎ কৌবদি মী পীগনি । কোরাৎ কৌবদি শমুক, সন্দং,
ইরোই অঙৌবা, হৌদোং হুইনাও অসিতনা লৈসেম

নোংসেমনৈএ । মোরাৎতি মাইকৈ মৈরমদা সরেং কাবাক খানবা পীও । মাইকৈ নোংপোকলমদা ঙারেনবিচা পীও । অৱাং লাইচিরমদা য়েন অমুবী পিচৌও (ইবোচৌবা, ১৯৮১ : ৪০) ।

অহানবগী ঈরাৎ অসি নত্তনা অতৈদি 'পোইরৈতোন খুম্বোক'তা য়াওই । অখঙবা মাইবনা মিকোন থাগোনবগী থবক তৌরম্মি । অশিববু কিরম্মি । মচা নুপী নুপা কয়া শিরক্লবদা পোইরৈতোন অমসুং লৈনাওতাবী শিবগদ্রা হায়বগী মিপাইবা পোকখি । শম্বোং তাইময়েল অখোম শিঙভুং য়েন নারবসুঙ শিতায়েন শিরপসুঙ পুমদায়েনবু করিগী থৌকা ওরমবনো ? পারি খাইনয়াম ঈমোম তোকনা হকলে য়িপীগুঙাসু খাইনগত্রা খঙতে (লা: ২৪-২৫) হায়খি । মসিদসু নত্তনা অশিবগী লাই অমা লৈ থাজরম্মি । পূং য়ৈদুনা ঈশৈ শক্তুনা অশিবগী মথৌ মঙম পাঙথোক্লম্মি পোইরৈতোন্না মচানুপা চাখা খোংহনবা অমসুং মচানুপী হাওচেং লাংমৈনু হুইয়াই কোন্দিংনু শিরবদা য়েলহিং থাদুনা হুই হাৎতুনা অশিবগী মথৌ পাংথোক্লবা থৌরাংখি (লা: ২২-২৩) ।

মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংদা শিরগা খমনুংদা চৎপা নত্রগা কোরৌ নোংদা কাবগী ৱাখল লৈরম্বা থেংনৈ । অদুম ওইনমক মদুমক্লা অফ ফত্ত থবক্কী মহৈগা মরী লৈনরম্বগী ৱাফমদি নৎলমদে হায়বা য়াই । অতৈ লাইশিংগী ৱারীশিংদা তৌবগুম্না লাইরিক অসিদা পোইরৈতোনগী মচানুপা তবুং শীংমিংনবনা শিরগা খমনুং লৈবাক্তা চৎলি । 'পাম্বোইবী খোঙ্গুল' দসু থোইদোক হেন্দোক্লা মতীক ময়াই চেনবী পাম্বোইবীনা খমনুং লৈবাক্তা চৎপগী ৱারী থেংনৈ । শিরবা মতমদা নুরা পাখঙ চাম চামনা খমনুং লৈবাক্তা ফিবুন কোক্তা থোংলগা, ফক্লোং নাকন্দা য়েপ্তুনা চৎলী থাজনৈ (লা: ২৫) । শল, ওক, অমসুং য়েনবা অনী ঈরাৎলগা মনুং মতম চাদনা শিবা নাবদগী নাম্বোকপা ঙম্মি, পুক্নী নুংশাংই থাজনরম্মি ।

মালেম খুনফাও শল থৌদু নুঙথোঙ হাংনা শলবু মানবী লীকা থুনা তেৎনৌ লুমাইথাংনা তারংলৈমচা য়াংলৈ ঙম্ববু মরোং চৈকা তমহল্লো । কংলৈ শায়ী তানা চীংখোঙ নামিং য়োক্লা লুৱাং নশাল কন্নৌও হায়খৎলকয়ে । তেকপী ওকচাউ হাৎনা কায়রৈ য়েনফাং য়ৈনা য়োয়্য়োকও (লা: ৬৫) ।

*মিংথোনবগী থাজনবী* :

মৈতৈশিংগী মরক্তা মিংথোনবগী থোইদোকপা থৌরম লৈত্রবসু মিংথোনববু য়াম্না মরুওইনা লৌরম্বগী খুদম 'পোইরৈতোন খুম্ফোক'তা উবা ফংই । শাচুং নিংথৌ শাচাং লাংমৈরেম্বনা পোইবৈতোন্দা মচাগী অমদি মাইবগী মমিং হংখি । পোইরৈতোন্না মচাগী মমিং চাখা খোংহনবা মাইবগী মমিং থীকনম কোইনম্বা কৌই খুমখি । মিংশিং অসিনা মরম ওইদুনা পোইরৈতোনগী মচা মশুদা অনম অহা চুদুনা শিবনি হায়না শাচুঙ নিংথৌনা হায়খি । য়াংগেননা মৈবা ওইবা উপন্না শীং ওইবনা মচাদা অপনবা ওইদুনা কেম্বনি হায়না মহাক্না অমুকসু মখা তাখি । শাচুং নিংথৌগী মাইবা থোংনাংকাইবয়াঙগা, পোইরৈতোনগী থীকনম কোইনম্বগা শিন্নখি । মরম অদুনা মতমদুগী খুনাইদা অমাইবশিংগী থৌদাং চাউনা লৈ হাযবা অসিদগী খঙবা ঙম্মি । শাচুং নিংথৌ লাংমৈবেম্বগী পাউতাক মতুংইন্না পোইরৈতোন্না য়েনবঙ ফাইবঙ পোকপা চীং অৱাং কৌব্রু তান্না লাকখি । পুন্সীদা থেংনরকপা থৌদোক কয়ানা পোইরৈতোনবু অনৌবা লৌশিং মঙাল পীখি । তাইবংপান্দা শিদ নাদবা মফম লৈরমগনি হায়বগী ৱাখলদা চীংখোঙ চীংয়া কোযনা চত্তুনা থিবদা য়োংকী চৈশু ফাওবা তুমশিনলকখি । অদুবু তাইবংপানদা শিদ নাদবা মফম লৈতে হায়বা খঙলক্তুনা কোয়না চৎপা তোকতুনা খুন্দা লৈতানা পুন্সী লেনবা হৌখি । 'ঐদি পোইরৈ শিদববু খুম্থিরবোইয়ে । য়েনবঙ ফাইবঙ পোকপা পুংফাই তোল্লোঙ য়ামপানবা চীংদদুম ইন্দাল্লগে' হায়না লমদেংদা খুম দাখি । মফমসিদা লৈরবা মতুংদা পোইরৈতোন্না মাগী মাইবদা মচা নুপা পোক্কদ্রা হায়না মঙতমহনবদা নুপা পোক্কনি হায়রগা নুপী পোকখি । অদুবু মাইবদি মাগী মঙদি শোয়দে, মখোয়না লৈরুরিবা মফমনা মরম ওইদুনা শোয়বনি হায়রম্মি । মথংদদি মাইবনা নুপা পোকনি হায়বা মতুংইন্না নুপা পোকলে । কবম্বা মিং থোনশিগে হায়বা মাইবগা কুপ্পা খন্নরে থোংনাং কাইবয়াংনা খেকলোয়গী মতাং খাকই, শীংনাংনা মতাং চাউই য়েংবদা ফজবা শীংঙুৎকী মিং লৌদুনা থোলসি হায়দুনা অঙাংগী মমিং 'শীংঙুৎ শীঙদপুং তাবুং শীংমিংনবা' কৌখি ।

> খেকলোয় মিংবু মিংথোংসে হায়পসুঙ খেকলোয় তাংনা
> খাকয়ে শিঙনাং মিংপু মিংথোংসী হায়বসুঙ নেম্বী তাংনা
> চাউয়ে; শীঙঙুৎ কুরোনয়াম্বা মিংবু মিংথোংসি হায়না শীংঙুৎ
> শীঙতাপুং তাপুং শীঙমিংনাপা তৌনা কৌয়ে (লা: ৬১) ।

ওল্লিঙৈ মতমগী মিংথোনবদা ফজবা লৈপাক্লল অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা পাম্বীশিংদগী লৌদুনা চেকশিন্না মিং থোন্নম্মি হায়বসি লৈশং থেকখ্রায়বা, শীংভুং শীংতাপুংনচিংবা মিংশিং অসিদগী খঙবা ঙম্মি হায়বা য়াই । সমাজ অমা লিংবদা নুপীগী থৌদাং চাউনা লৈরবসু 'পোইরৈতোন খুন্থোক'তা উবা ফংলিবা নুপীগী শক্তম নুপাগুম্না ব্রাংনা লৈবদি নত্তে । ঈরাৎ থৌরমদা, মিকোল থাগোনবদা নুপীগী মহুৎতা মাইবশিংনা মপুংওইবা থৌদাং লৌবা থেংনৈ । মৈতৈগী খুন্নাইদা নুপানা মপাগী মহুৎ শিনদুনা য়ূমগী নত্রগা শাগৈগী মপূ ওইবগী ব্রাফম লাইরিকসিদা য়াওরি । 'পন্থৌ নপানা উরেপ কনাবু চারখিননা ফমলেল কনাবু লুথুপ ওইনসিপনো হায়না পীরেম খকমা তানা মিকপলিঙৈনে । পারি নঙসীদি তাইবং মালংপালদা হলব্রাইখিও' (লা: ৬২) হায়না লৈনুং থোঙঙারেল অহনপনা তাবুং শীংমিংনবদা হায়খিবা অসিদগী নুপাগী য়ূম্ফমদা লিংবা খুন্নাইগী মশক শেংনা উৎলি । নুপানা হায়বা খূদিং নুপীশিংনা ইনগনি হায়বা লৈত্রবসু সমাজ অমদি চৎনবীগী মীৎয়েংদা নুপীশিংগী ফিভম হন্থনা লৈবগুম উৎলি । লৈনুং থোঙঙারেল অহানবনা মাগী তালোয় লাইখুরেম্বীবু মনাওনুপাগা লোয়ননা খুন্থোকখিনবা হায়বদা লাইখুরেম্বীনা য়াখিদে । অদুমওইনমক মহাক্কী তালোয় অতোনবী লৈমা লৈনাওতাবী পোইরৈতোনগা লোয়ননা খুন্থোকমিন্ননবা পীখি । ময়াম্বগী অয়াবা ফংদুনা পোইরৈতোন্না লৈনাওতাবী পান্নদুনা মচা নুপী নুপা কয়া পোক্লম্মি । অঙনবা মতমদা লৈরম্বা লৌন লৈনবগী লেমহৌবা চৎনবী পোলিন্দ্রিগী মওং অমনি হায়বা য়াই ।

*ব্রারোই:*

মথক্তা নৈনখিবা অসিদা নত্তনা 'পোইরৈতোন খুন্থোক'পু মীওইবনা তাইবংপানদা খোঙদারকপ (পোক্লকপ)গা মান্ননা লৌবগী মীৎয়েংসু অরিবা লাইরিক কয়াদা থেংনদবা নত্তে । অদুম ওইনমক সাধারণ ওইনা লৌনরিবা ঐতিহাসিক ওইবা মীৎয়েংদা পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লক্ত্রিঙৈগী খুন্নাইদি কাঙবু অমগা অমগা মূক্লবা (সোসিয়েল কন্ট্রাদিক্সন) গী মওংনি হায়বা য়াই । অমরোমদা ব্রারীগী অহৌবদা মরুওইবা থৌদাং য়ারিবা শা উচেক্কী শক্তমশিং অসি মৈতৈগী অশৈবশিংনা মতৌ করম্না পাউখোংগী মওংদা শীজিন্নরম্লিবনো হায়বসি মখা তানা থিজিনবদা অনৌবা মঙান পীবা ঙমগনি । হিংনবগী লম্বীদা থেংনরিবা মীওইবগী শুনোম্বগী

অমদি অনা অয়েক, পোকপা শিবনচিংবা কয়াদা মশক উদবা শাফুশিংনা অকনবা ঈথিল পী হায়না অণ্ডনবা মতমগী মীশিংনা থাজনরম্বা তাই। মখোয়না মহৌশাগী অরোনববু খণ্ডননবা অমসুং খুদুম চন্নবা হোৎনবদা ঈরাৎ থৌরমশিংদা হেন্না পৃক্লিং চংলম্মি। মিং থোনববু য়াম্না লুনা লৌনরম্মি। শিরে খন্নরুবদগী হিংগৎলক্লবা পোইরৈতোনগী মচা তবুং শীংমিংনববু মিং হোংদোকতুনা নিঙোল শীহনবা কৌখিবগী ৱাবী 'পোইরৈতোন খুন্থোক'তা য়াওরি। চীংয়া তময়া কোয়না চত্তুনা শিদ-নাদবা মফম থিরুবদগী মমৈদা তাইবংদা অসিগুম্বা মফম খক লৈতে হায়বা খণ্ডলক্তুনা পোইরৈতোন্না মখা তানা থিবা লেপ্তুনা খুন্দা লৈতাবা পুন্সী অমা লিংখিবা অসিমক অনৌবা সমাজগী থেংখাং অমদা খোঙ থাংজিল্লকপনি হায়না লৌবসু য়াই। শম্না হায়ববদা লাইরিক অসি মীৎয়েং কয়াদগী মখা তানা নৈনবদা লমদমসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী অনৌবা মশক কয়া থোরকখিবা য়াই।

# হিজন হিরাও অমসুং মহৌশা

অঙনবা মতমগী চীঙ্খাংদা মীরোল লান্না লীনরকপা ৱারী অমদি শৈরোলশিংদা মীওইবা হায়বসি মহৌশাগী তৎন থানবা য়াদ্রবা শরুক অমা ওইনা লৌবন্না তত্তনা থেংনৈ। মখোয়গী ৱাখল মীৎযেং থাজবা, লাইনীং লাইশোল, ফিজেৎ চাকচা অমসুং কলা কৃষ্টিদা মখোযগী পুন্সী মহীং, অকোযবদা লৈরিবা মহৌশাগী পোৎলমশিংগী লেংলী পাল্লিরশিংগী মণ্ডাল তাবা উবা ফংই । মবম অদুনা লমদম অমগী মীযামগী পুন্সী, মখোযগী সংস্কৃতিগী মশক লেপ্লদা অকোযবদা লৈবিবা ফীভমগী মখা যান্না পোল্লি । অঙনবা মতমগী খব হেন্না মহৌশাদা মপান তাংদুনা হিংলম্বা মীওইশিংগী সাহিত্যদসু মহৌশাগী চাউববা মফম কল্লম্মি । ভাবতকী কাব্যগী পবম্পবাদা মহৌশাগী শক্তম য়েকপা অসিমক যাম্না মকওইবা শক্লোন অমা ওইনা লৌবম্মি ।

অরিবা মণিপুবী সাহিত্যগী নীংথিরবা মচল ওইনা অখণ্ড অহৈশিংনা শীংথার্নরিবা “হিজন হিরাও’ (হিজিং হিবাও) মৈতৈগী কংলৈ হরাওবগী লাইরোই নুমিত্তা অশৈবশিংনা পেনা নুংওনববু থাদা পম্না চৈজিং খৃত্তা পায়দুনা শক্নরিবা ঈশৈনি । অনৌবা মতমগী মমাঙদা লৈরম্লিবা শৈরোলশিং অয়াম্বা লৈবাক খুন্নাইগী ওইবা নত্রগা লাইশোল খৌরমশিংগা মওং অমা নত্রগা অমদা অচেৎপা মরী লৈনরম্মি । ঈশৈ, ঈশৈগা শাগোন্নবা যন্ত্রশিং অমসুং জগোয়, অহুমসি পূম্লগা সঙ্গীতপু খঙনরম্বগুম্না কলাগী মচলশিংসু অয়াম্বা মতমদা অমগা অমগা তোৎনর্তিন্নদুনা হৌরকখিবগী খুদম উবা ফংই । মীয়ামগী পুন্সীগী অমসুং মহৌশাগী থৌদোক কয়ানা পূক্লিংদা ফাওহল্লিবা কয়াবু অশৈবশিংনা ফজবা,চান্নবা ৱাহৈনা পূক্লিং হূবা শৈশক ৱারী ওইনা শৈশেন্না থেংনরবসু মীরোল কয়া লান্না হিংদুনা লৈরিবা শৈবোলশিংদি নুংঙাইবা তুজুংবা ফাওবা সামাজিক পুন্সীদা শরুক য়াদুনা থৌদাং লৌবিবশিং অসিনি হায়বা তাই ।

অঙনবা মতমগী মণিপুরী সাহিত্যদা তোঙান তোঙানবা হীরম কয়াগী মরমদা ইরম্মি। অকন অথৌগী, নুংশি নুংওনগী, লৈবাক নিংথৌগী ইতিহাসকী অমসুং মহৌশাগী মরমদা অশৈবশিংনা খুৎ থারম্মি। 'থারোন' 'লৈরোন' 'কুমদমশৈ' 'খোংজোমনুবী নোঙ্গারোল', 'হিজন হিরাও' নচিংবা মহৌশাগী মরমদা মপূং ওইনা শৈথাবা শৈরোলশিংনি। মসিদসু নত্তুনা অরিবা সাহিত্যগী শক্লোন অমদি লমদমসিগী মহৌশাগী ওইবা চীং, পাৎ, তুরেল অমসুং মফমশিংগী মমিং করম্না থোনখিবগে হায়বগী মরমদা অশেংবা নত্রগা ৱাখলনা শেমগৎপা ৱারী কয়া মরাং কায়না শাগৎপনি।

'হিজন হিরাও'দা অশৈবনা মহৌশাবু করম্না য়েকপগে হায়বদু নৈনদুনা য়েংবা য়াই। শক্লোন য়াম্বী মহৌশানি। করিগুম্বদা মহাক্কী অকনবা নোংলৈ নুংশিৎনা, তমথিবা ঈচাওনা থৱায় পানবশিংবু মাঙ তাকহল্লি। শুক্লা মম্বা অহিংদা অকি তুজুংহল্লিবা নোংথাংনা, মালেম থক থক নীক্লা খাক লাউরিবা নোংগী মখোলনা ঐখোয়বু খংপ্রেক খংহল্লি, পূক্লিংবু থরক হুনগৎহল্লি। অদুবু করিগুম্বদসু তৎতনা হোংলিবা মহৌশাগী কুম্মৈনা মীওইবদা নত্তুনা থৱায়পানবা খিবিক্কী পূক্লিংবু শুক্কাৎলি। অয়ুক্কী মেঙলবা ঙ্রাঙ্রানবা নুমিৎকী মঙালনা, মক্ত্রবা থাবলগী অঙৌবা ফিজোলনা মালেমসিবু লৈতেংই। 'হিজন হিরাও'গী হৌরকপদা লাইনিংথৌ, লাইরেম্মা চীংঙু মতৈ মনাও অনীনা হরাও শকলোন তমদুনা ইনুং য়াকৈবগী, চীংঙু উদবা, খোইয়ুম খঙদবা মপা লাক্তুনা চীংঙু লাইবাও চেনবগী থৌরমশিংবু থৌদোল লোম্লগে থৌরাংলকপগী, ঔগ্রী ৱাকমা খোল্লোনশৈ, খেঞ্জো পাউদোয় শৈবুসু থৌদোল লোম্লবদা, চীংঙু মতৈ মনাওনা ৱাকয়ৈ অনী খাজিক্লা, তোংজেং অনী খাব্রাংনা ৱাকয়ৈ হিদাম্লগে তৌরকপগী মোং হাদবা, লেংঙম শাঙমদ্রবা অরূম্বা খোঙথাংগা শাগোন্নরবা মেঙলবা সুর অমগা লোয়ননা হৌরকই। হিদাম্নবগীদমক, চিংথোরকই হি: হি: হি: হি : হায়রদুনা মসিগী মখা তাবদি করম্বা মতমদা হি শাদুনা কনানা অহানবা হিদোংখিবগে হায়বগী ৱারী পরীংনি।

হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা শাবন লমথোকপা কোংলৌ লময়েংবদা শীংথা খন্দোমঈনা ইপাম্বাগী ঈশিং চাউরবদা কৌজেং চোংবীচানা নাপী য়াদা চিক্তুনা ঈরাম্লকপা উখি। অদুগা নোংমনা উচি অমনা খিকলোয় মতাং অমা ময়াদা চিক্তুনা মমৈনা নৌ ওইরগা লাইজা ঈরাম্লকপা থেংনখি। থৌদোক অসিনা নিংথৌসিদা করম্না ৱাকয়ৈ হি শাদুনা লাইজা ঈপাক লানগদগে

হায়বগী লংলা লংজিন ওইখি । নিংথৌনা ময়ুমদা হল্লবদা মদাইরেম লুৱাং মপাচা নুংবান ময়েল্লুশিংদা পামেল চাউথোইববু থিরুরগা তল্লা উকু হন্দুনা ৱাকয়ে হি শানবা য়াথং পীখি । নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না নুংবান পাচা হুপ্লা, তরা চেংজেন য়োম, শীংজং লেংদা থোংদুনা কৌবা ইংঙেন (হিংলেন) চীংদা উ থিবা চৎখি । নুংবান ৱাংমিৎখু খুৎহৈবা, লুৱাং ৱাংমনাও শিলহৈবা অনীনা হাওশী ঙমগা চিংনা তলা উ থিবদা চীংশাং নাপোম অৱাংবগী তময়া লোকমায় হেনবদা তল্লা লম্মুক্করবগী পামেল উখোং ফান্না, হৈরাং অশং য়েন, তাউজিং অমুন খন্না লুৱাং মমাইবনা চংবী লরাক থক্তা চেংঙৌ ফাহাপ্লা য়েরুম কাংখিন্না সনা কোনয়াই হুন, লুপা কোনগা থানা, কাইরৈ য়েল্লিং থানা তল্লা মমল হল্লে, পামেল উরাই হক্লে ।

মথংগী নুমিত্তা পামেল উরু তৃপ্লসি হায়না ইরুম খাংপোক শঙদা কৌবা য়ারেক্লিঙে ইনুং তাংলৌ অথেংবদা উপী উরেন পোকপী মালেম তম্পাক লৈরেনহনবী চীংশাং নাপোম লৈমনা তল্লা চাউথোইববু থীকলেন থাদা কোন্না মীকপখি । নুংবান মপাচাশিংনা তল্লা উরু তৃপ, থৌরী খোঙজী নারিল লোন্না পামেল হোইচিংলক্লবদা তল্লা চৎনিংদবনা খোংনা লাউনা খাঙবদু মতৌ করম য়েংশিবনো হায়না উপী উরেন পোকপী মমানা তেংথাখি । নুংবান মপাচাশিংনা ইনুং ঙাল্লবদা পামেল উরু তৃপ্লে । তল্লা চাউথোইবনিনা পামেল হোইচিং ঙমদরবদা লুৱাং খুৎহৈবনা পালেম উরাও চৈবু পায়দুনা তল্লা মতীক মঙন হায়রবদা নুংবান ময়ুমনাক্তা থুংলে । অসুমনা তল্লা উকু হন্দুনা হি শাবা লোইরবদা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা হিসিবু কনানা হান্না তোংহনসিবনো হায়না ৱাখল তৌখি । নিংথৌনা মশাবী পুদোংকোই খুৎকোইবনা ওইখিবা য়ারৌ শঙাইগী শরু অকংববু ৱাকয়ে লৃদা হাপ্তুনা চেংলৈ লুৱাংঈদা হি হোনখি । মসিনা 'হিজন হিরাও'গী শন্নপ্লা ৱারীনি ।

মৈতৈগী অশৈবশিংনা নুমিৎ থা, থৱাম্মিচাক অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী পোৎলমশিংগী মতীক মঙনবু কুপ্লা য়েংশিন্নবা হোৎনরম্মি । 'মৈ' অমসুং 'লা' গী মরমদা ঈশৈ শক্লম্মি । চীংখৈ ফিদুপ হল্লকপা অয়ুক্কী নীংথিববু শৈথারম্মি । শু নোমদুনা পোৎথোক পুথোকপগী, লৈবাক্কী অমসুং লাইগী থৌরমগা মরী লৈননা শক্লম শোল্লম্বা অয়াম্বা লাইনিংথৌ, লাইরেম্মা অমসুং শকউদবা অমবু মপা লাকতুনা পেলহন্নবা ওইনা তৌরম্মি । শম্মা হায়রবদা

লাইবু পেলহন্নবা, মাগী থৌজাল মীৎয়েং ফংনবা হোৎনবনা মরু ওইবা পান্দমফম ওইরম্মি । অদুবু 'হিজন হিরাও'দা উবা ফংলিবা থোইদোকপা শক্তমদি অমরোমদা তাইবং মপুগা মরী লৈনরবসু, অতাবা, অপাবশিংদা খোয়রাংবা-নুংওনবা ফাওহল্লিবা শৈরেংসিদা য়াওরিবা হোংবা নাইদ্রবা মীওইবগী পুন্সী শক্তমনি । হৈশিংলবা অশৈবনা য়ৌগে তাল্লিবা লমদমসু মীওইবগী থম্মোয়গী শেংলবা লমদমদুনি । মরম অদুনা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যদা 'হিজন হিরাও' না তোপ তোপ্পা মফম অমা কন্দুনা লৈরিবগী মরম অমনি হায়বা য়াই ।

'হিজন হিবাও'দা মরু ওইবা চরিত্র ওইরিবা উপী উরেন পোকপী তম্পাক লৈরেনহনবী, তল্লা পোকপা চীংশাং নিংথৌ অমদি মপারি তল্লা চাউথোইবা, মহৌশাদা মীওইবগী লীচৎ গাপতুনা মহৌশাবু মীওইবা ওইনা যেকপনি, পার্সনিফিকেসন তৌবনি । খ্বাইদগী মতীং লৈনা মীয়ামগী পুক্লিং চিংশিনবা ঙল্লিবদি ইনুং ঙাল্লগা মথাদগী মুন্দুনা পুখ্রগদবা মচা কাযনবগী মৈশা লাংলবী মমাগী শক্তমদা শেল্লিবা চীংশাং নাপোম লৈমা পলেম তম্পাক লৈরেনহনবীগী শক্তমনি । অসুন্না শেল্লিবা মহৌশাগী শক্তম অসিনা ব্রারীসিগী ময়োল (কেন্দ্র) ওইনা লৈ । ব্রাবীসিগী অহৌবদা ঈরোক লাইচম লৈমা (চনু) তম্পাক লৈবেনহনবী অমসুং মপারী তল্লা চাউথোইবা মহৌশাগী খুৎশেম ওইনা হৌরক্লবসু ব্রারীগী অয়ৌবী পংখৈ 'চরমসীমা' য়ৌরকপদদি মহৌশাগী কুম্মে অদু মীওইবগী কুম্মে ওইবকই । মহৌশাগী ব্রারী অদুম্মক মীওইবগী ব্রারী ওইরকই । মহৌশা অদুম্মক মীওইবা ওইরকই । মচাবু চাউনবা য়োক্লকপদা অৱা কোঙ্গায় নংলবী, মচাগী হাকন্নবদা ব্রায় কৌবদা হায়দ্রবী মমানা মচাবু কায়নবা তারবদা, নুংতি খুদিং নুমিৎ থাগুম য়েংজরিবা মচাবু মথানুংদা চেৎনা কোল্লদুনা কপ্লিবী মমা ওইবী অমগী তেংখাখোল 'হিজন হিরাও' গী পরেংশিং অসিদা শোয়দনা তাবা ফংগনি ।

পারি ইবুংঙো নঙবু । ইমানা অৱাংখাবা ।
'উল্লেন হীবু' চঙহনদা । মালং নোংশীৎ য়ৈহন্দা ।
খাম্বী মৈশা লাংহন্দা । তল্লা চাউথোইবা নঙবু নাউয়োকপদি
শীংঙেল অরেম্বা । লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেদা ।
(থাইনগী শৈরেং, লা: ৩১)

থায়নগী লমদমসিগী অশৈবশিংনা মহৌশাগী মপান্নাইদ্রবা মতীক ময়াইবু তত্তনা শৈথাদুনা ফজরবা শৈরোল কয়া শেম্লম্মি । উন নংলবা মরু কোক্লবা উপাল লৈপান কয়া য়েন্নীংথা লাকপদা ময়োল চোংই, পাম্বী কয়া অনৌবা মনা হুল্লকই । অদুবু মীওইবগী পুন্সী ঈৱানলৈ, অৱাং শরু লুতোংলৈদি অমুক হল্লকপা লৈত্রে হায়বসি 'কুমদমশৈ' দা থেংনৈ । অসিগুম্বা মীৎয়েং অসিমক তেনিসনগী 'মীদি লাকখিনি চৎখিনি, ঐদি মতম চুপ্পা অদুমক লৈহৌখিনি' হায়বসিদসু উবা ফংলি । মরু ওইনা শৈরেংশিং অসিদা মহৌশাগা মীওইবগী পুন্সীগা খেন্নবা মশক তাক্লবা হোৎনরম্বনি । অদুবু 'হিজন হিরাও'দা উবা ফংলিবদি মহৌশা অমসুং মীওইবা পূন্না অমত্তা ওইনা হিংমিন্নবগী মীৎয়েংনি হায়বা য়াই । মরম অদুনা মীওইবগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী মরু ওইরবা হি পুথোকখিবগী থৌদোকশিংগা লোয়ননা অমরোমদা মহৌশাদা থোক্লিবা নুংঙাইতবা থৌদোকশিং পূন্না উৎলি ।

মহৌশাগী লেংলী পাল্লিবা থৱায় পানবা অমসুং পান্দবা কয়াগী মরমদা 'হিজন হিরাও'গী মতাং মতাংদা পল্লম্বা থেংনৈ । করিগুম্বদা মীওইবগী পুক্নিং ঈহুনগী মখল মথেলগী শক্লোন উৎনবা কাব্যগী লৈতেং ওইনা , করিগুম্বদা ৱারীগী মচল ওইনা মহৌশাবু শৈথাবগী শরুক ওইনা, অহানবগীনা অলঙ্কারগী মওংদা অকোনবগীনা ৱারীগী পরীংদা থেংনবা 'অচম্বা মওংদা' লৌবা য়াই । উমংগী পুন্সীগা নকশিন্নবা ওইবনা মসিগা মরী লৈনবা লেংলী পাল্লিবা অমসুং অতৈ পোৎলমশিং হেন্না মরাং কায়না য়াওবা থেংনৈ । হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা তালোই মরুম্বী ঈরেম তাইদন লৈমা লৌবদা মপানা মমোমগীদমক নেম্বী শীংনাংবু উল্লম্মি । লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা মশানৌগীদমক লনউন শীংনাং অদুবু থাখি । চীংশাং নাপোম লৈমনা মপারীবু কৌদুনা তেংথারকপদা উ মখল কয়া য়াওরি :

পামেল ৱাংথোইবা নঙবু । পলেম নমা ঐনা ।
নহান্নোং তল্লা নাউৱা নখুঙৈ ।... শাম্বা ওইয়ু ।
থাংথোং ওইয়ু । তন্মু তলহাও ওইগনু ।
শয়ি কুহি ওইয়ু । উপন লেংদা ওইয়ু...
ফৈজা ফৈঙৌ ওইয়ু । মিসি থাঙয়ান ওইয়ু ।
হায়না পাওমেনববু ইবুংঙো

পলেম থৌতিক খোনবু । মাই ৱাচানদবগী মরমনা ...
খৈরোয় লুৱাংবনা কাণ্ডমদা । য়োংনাও শাথিবনা তনণ্ডমদবা
তল্লা উনিংথৌ নাচুম্ববু । লৈনা শানলোল্লক্লবনিগিনা...
নুংবান উথিবা । লুৱাং উয়েংবনা ।... চংবী লাগা থা
চেংঙৌ ফাহাপ্না । য়েরুম কাংখিন্না। হৈরাং অশংয়েন
তাউজিং অমুন খল্লদুনা । পারী ইবুংঙো নঙগী । তল্লা নমন হল্লল্লে ।

মতৌ অসুম্না শৈরেং অসিদা শীংনাং, খীকলোয়, উনিংথৌ, শম্নি, কুহি, নচিংবা পাম্বী মখল কয়া ৱাক্‌মনা শৈথারকপদা য়াওরি । মসিদসু নত্তনা মহৌশাগী খুৎশেমশিং অসি উপমা অলংকার ওইনা শীজিন্নবসু থেংনরি ।

পলেম মমাদো মীৎম্না । থম্বাল মানবা অনীমক্তা ।
তরণ্ড লাইজা মরাণ্ডহৌ । পীরেম খকমা তা
মীৎকোয় লাইজা ঈফম তাউ । চীংজুম লাইজ ঈফুৎ থোক্লুম
কৌবা ঈহৈথবগুম । কোরৌ নোংখোংবগুম মীকপখিয়ে ।

ঈরোক লাইচম লৈমা ফৈজা ফৈঙৌ পোকপীবু চীংনুং নোংথাং কুপ্পদা চেংলৌ শকথোং ওইবী নোংথাংগুম মঙান নাইবীনি হায়না শৈথারি ।

শৈরেংসিদা ফংলিবা শা উচেকশিংগী মরমদা খরদং পনবা তারবদা কুরাক, শেন্দাং, কৌজেং, য়েন, লিন, খৈরোয়, য়োংনাও, শঙাই, শীংথানবা য়াই । মসিদসু নত্তনা 'হয়েং কৌবা ইম্নুং ঙাল্লবদি, তোংজেং নাউমৈ কক্লা, লাইরেল শাংবা, য়াতাগে হায়ঙেনে' হায়বা পরেংশিং অসিনা নিংথৌকোলগী অৱাংবা, চীংলেম্বগী মঙাল উৎলি । কৌজেং অমসুং উচিনা ঈশিং লানবা উবদগী হি শাবগী ৱাখল লাকখিবা অসিনা অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী লেংলী পাল্লিবশিংনা মীওইবগী পুন্সীদা অনৌবা ৱাখল লমজিং পী হায়বসিগী লেংদ্রবা খুদম ওইরি । শম্না হায়রবদা মীওইবা সমাজনা খুমাঙ চাওশিনবদা অমসুং পুন্সীগী থৌদোক কয়াদা মহৌশাসু শরুক য়ারি হায়বদা থোইনা লানগনি নীংদে ।

শীংথা খন্দোমঈনা ঈশিং চাউরকপগী, শক্তম য়েকপদু মহৌশাদগী চৎনরকপা শৈশক্কী মওংদগী থোইনা খেন্নবা উদে :

শীংথা খন্দোমঈনা লাইজা মথিনাই । ইম্নু মঙাও হৌরক্লবদা
শাবন য়াংবী মনম চাই । ৱাংবন লাউথরকনা
খোংবান লোইথোং মরীন থন্না । লিল্লি কোন্না তাউ

ককচেং তৌদোন খোম । তাংজা ফৈনা লাম্না ।
লাইজা ঈরেন পুংলক্লবদা... অসুম্না শৈথারম্মি ।

চীং, পাৎ তুরেল অমসুং লমশিংগী মিংথোনখিবগী লম্মিৎলোনগী মরমদসু অতে অঙনবা মতমগী ব্বারী ঈশৈশিংদা তৌবগুম্না শৈরেংসিদসু থেংনৈ । হোংনেম লুব্বাং নিংথৌ পুন্সিবনা মাগী নুপী ঈরেম তাইদন লৈমা লৌবা মতমদা মপা থরৈ চমোইবনা মচানুপীগীদমক উল্লকপা নেম্বী শীংনাং অদুবু হয়েং তুংদা পোইরৈ চাদোন্না কাউদনবগীদমক নেম্বী মপান ফুক্লা থাখি হায়দুনা 'শীংথা' কৌখি । অসি নত্তবা অতোপ্পা ব্বারী অমনা লুব্বাং চনু খোংজোমনুবী মতা তরুক্লা মশাবী মমান মচা হাওকু পাখঙ তরুক্কা কোরৌ নোঙ্গামিন্নসি হায়না নেম্বী শীংনাং মকু খোক্লগা মতাং থেক্কুনা কোরৌ নুমিৎ মঙানি থানরম্মে হায়বগী 'শীংথা' কৌখি হায়রি ।

লুব্বাংশিংনা অহানবা ওইনা হি হোনখিবা তুরেল 'চেংলৈ লুব্বাংঈ কম্বোং নাব্বাং ঈ, তাকনা লৈরোং ঈ, করম্না থোনখিবগে হায়বগী থৌদোক ব্বারীশিং 'লুব্বাংলোন খোঙগুন'দা থেংনরি । 'নুংবান, হোঙনেম লুব্বাং নিংথৌ পুন্সিবনা ব্বাকয়ে,হি তোংবদা, লাইজা ঈনা ব্বাং ঈগুম ব্বাকয়ে লুনা ব্বাকয়ে ব্বাংথোইএ । অদু নোংগীসু 'লুব্বাংঈ'ও থোন্নৈএ' । অতোপ্পা মতাং অমদনা কম্বোং সাংখু সাংহন্নাওনা লাংবন উয়ুং শীংজনবা শীংবী তংখায় লৌবদা থাঙ্গ শনশেনবা কম্বোং শনঙাকপনা পাওমেনখিয়ে । লাইজ ঈপাকথক্তা চান্নৌ য়োইথম্বাল থম্বাল শীংলেল লৈরোং অনী খায়ববু উরমএ হায়না তাক্লমএ । অদু নোংগীবু 'তাক্লা লৈরোং ঈ'ও তৌনা কৌএ । কৌবা ইংঙেল চীংগী মরমদসু ফজরবা ব্বারী অমগা লোয়ননা থনম্মি । লুব্বাং চনু তরুক্লা মফম অসিদা থুংলবদা, মশাবী মমান মচাশিং পলেম পম্বৌশিং কনাসু লাকপা উরক্লুবদা নুংবান মপন লম, লুব্বাং মদুরম্বু য়েংমিন্নখিসে হায়না মমায় পোইরৈলম পাংনা য়েংলম্মি । থৌদোক অদুদগী মফম অদুবু 'লোইবী খোয়নৌ লময়েং চীং' হায়না কৌববু মৈতৈ অশৈবশিংনা কৌবা 'ইংঙেল চীং' হায়না খঙনখি ।

লুব্বাং নিংথৌ পুন্সিবনা হি শাদুনা লুব্বাং ঈ তুরেলদা হিতোংখিবগী ব্বারীসিগা লোয়ননা 'হিজন হিরাও'দা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনীনা হোল্লিবা হি অসি খরদৎ কুপশিন্না য়েংবা চঙই । শৈরেংসিগী লোইশিল্লকপদা অসুম্না হায়রি :

হিও হিও । হি নঙবু হোন্দেদা । লাইনিংথৌবু হোনবনে ।
হিও শমদে করেংঙা, করেংঙা ।
হিও হিও । হি নঙবু হোন্দেদা । লাইরেম্মবু হোনবনে
হিও শমদে তরেংঙা, তরেংঙা ।

হায়রিবসিদগী 'হিজন হিরাও'গী হি অসি নুং অমসুং পানগী অর্থ অনী পুরি হায়বসি খঙবা ঙম্মি ।

হিবু অচৌবা ঈপাক লান্নবা পাম্বে ওইনবগুম্মা তাইবঙ ঈপাক লান্নবা হিগী প্রতীক ওইনা লমদমসিগী ৱাক্‌মশিংনা তত্তনা শীজিন্নরম্বা থেংনৈ । 'থবাম্ছাবা হিরান' দা খূমন নিংথৌগী মমোম চকপা শম্ফবীবু থবাম্ছাবনা লৱাই কোইবেন্দা য়োংগী হুইগা থানা নোংমলহল্লবদা নোংয়ায় খূমন নিংথৌ অদোন পুক্সিবনা মমোম খয়োয়রোনবু 'ৱাকয়ৈ মৈনায়দবা তোংজং লূনাইদবা খন্নৌ য়াইশি লান্নহিদা তোংজেং কূমায় চল্লে' (লা: ৩১ ) হায়না কূবু মমৈ মকোক পান্দবা হিগী মশক ওইনা উৎলি । অদুগা 'কৌবরোন খুনগুম'দা অমুক য়েংলবসু 'ৱাকয়ৈ হি মৈনাইদবা, তোংজেং হি লূনায়দবা, খমনুং লাংওন হি, সৱাই পলকেন হি' (লা: ২২) অসুম্না কূবু অশিববু তাইবঙদগী লান্নবা হিগী মশক ওইনা উৎপা থেংনরি । 'হিরোল তেংথা' দগী পরেং খরদং অমুক লৌখৎতুনা য়েংলবদা 'নয়ু তুবি য়োয়নোংতা নোংতা লাইরেন পাখঙবগী থাবা মখুৎনেৎ তোংজেং মনুং চঙ থবায় অপকমা লান্নহি তোংজেং ৱাইথুংহি, থবায় কায়দোংহি' হায়বসিদা মীৎয়েং অনী থোক্লা য়েংবা য়াই । অমনা পাখঙবগী মখুৎনেৎ, থবায় পানবা পূম্বা লান্নাবা হি, অমনা থবায়গী কায়দোং ওইবা হকচাং মশক ওইরিবা হিগী অর্থ পীরি ।

লমদমসিগী মীওইশিংগী পুন্সীদা হিগী মফম চাউনা কন্দুনা লৈরম্মি । 'হিয়াং' য়াম্না চাউবা কুম্মৈ অমা ওইরম্মি । মসিগীদমক হি শানবা নুমিৎ কয়ানি চঙনা মশক্লাইবা নিংথৌকোনগী মীশকশিং, অঙম অথৌশিংনা লুচিংদুনা উয়ানবা চৎপগী থৌদোক অরিবা লাইরিকশিংদা থেংনৈ । মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা হাকথক্তা চহী খুদিংগী হি তান্নবগী কুম্মৈ পাঙথোক্লম্মি । মরম অদুনা মসিগীদমক মজাইবুংঙো নবানন্দ যুবরাজনা লুচিংদুনা হি চিংবা চৎপগী মরীক চূন্নবা ৱারোল 'বিরাট শাম্বুপরোল'গী অহৌবা শরুক্তা নীংথিনা য়াওরি :

> নোংচুপ তূয়াপং লোক্লেন অচনবদগী ৱাকয়ে হিরেন অমা চিংএ ।... নোংচুপ কোংয়াং লোক্কী ৱাকয়ে অমা চিংএ । লাইরেন মৈদিংঙুগী তোংজেং মখুৎনেৎ ৱাকয়ে অহূম্মকপু নুমিৎ শীংবুম য়াম, চীংনুং উনা চা, কৌবা লোকঙ্গ থক, লোইদাম থাবুম অনীশুনা য়ারেক থোংশা য়াম, পামেল খাংতপ শেম, থৌতু নুংফম থাং ৱাকয়ে হিরম ফাৎনা, খোংচি নারেং লোল, তুনৌ খোংজোমলম ঔরি লিয়াই নোপ্লা তোংচেং হোইচিংলকঙৈদা...

হায়রিবা ৱাফমশিং অসিনা হি চিংবগী খোংচৎ অসিগী মবমদা খরমখৈ মযেক শেংনা উৎলি হায়বা য়াই ।

লমদমসিগী অঙনবা মতমগী মীওইশিংনা য়ানগদৌরিবা উ অদুবু ইচম চম্বা থরায় য়াওদ্রবা পোৎশক ওইনা খক লৌবমদে । মতীক মযাই চেল্লবা অহিংবা থরায় পানবা ওইনা লৌরম্মি । মরম অসিদগী ওইরম্বা য়াই - মখোয়না উ অমবু য়ানবা মতমদা তংঙায়ফদবা মক ওইবা লাইতিনগী থৌরম অমগা শাগোন্নবল্লিবা । 'হিজন হিরাও'গী লাইরিক খরদদি যাল্লবা উ অদুবু চিংবা ঙমদ্রবদা, উরাউ চৈ পায়দুনা 'তল্লা নঙবু য়ুমলেন শাইগঙখাদা, কোরৌ নোংয়া হিবু ওইনগে, উপাক তংখায় লৌনা তুবেল মোংবা ঈবু ফৈনা থিংনা নমু পোংবু চৎনগে, হায়দে' হায়না তল্লা মতীক মঙন হয়রবদা ইয়াং য়াংনা চৎখিবগী থৌদোক য়াওবি ।

মথক্তসু হায়খিগুম্মা থায়নগী লমদমসিগী মীনা মশাবু প্রকৃতিগী তৎন থানবা য়াদ্রবা শরুক ওইনা লৌরম্মি । মহৌশাদা ওইবিবা খূদিং মীওইবদসু ওইগনি, মীওইবদা থোক্লিবা খূদিং মহৌশাদসু থোকনি লৌরম্মি । মালেমসিদা লৈরিবা উচেক ৱায়া, মহৌশাগী উবী উপাল কয়া মীওইবনা ওইখিবগী অঙকপা ৱারী কয়া শাগৎলম্মি । মখোয়গী তাইবঙদদি মীনা উচেক ওনখিবা, হারি নোংনাং ওইখিবা পূম্নমক ওইথোকপা ঙাক্লি । হোঙনেম লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মশাবী লুৱাং পুদাংকোই খুৎকোইবনা শঙাই ওনখিবগী অঙকপা ৱারী শীংবুল অসিনা মীওইবা অমসুং মহৌশাগী অচেৎপা মরীগী নুংশিরবা ঈঙ্গিৎ তৌরি । তথক তথক য়েংবা শঙাইগী মীৎয়েং অমসুং মাগী শক্তম্মা লুৱাং পুদাংকোই খুৎকোইবগী ৱারী হৌজিক্কী মীরোলদা তত্তনা লীরিবগুম ফাওহল্লি । মহৌশানা কদোমদা মীওইবনা কদাইদা তত্তনা হংনিংহল্লি ।

মাঙলমচৎতগী হৌনা মীওইবনা মহৌশাদগী নীংঙাইবা লৈতনা লৌদুনা লাকই । অদুবু পীনহৈবী মহৌশাগী লনগৈ, অসিগীসু পংখৈ লৈ হায়বসি ঙসিগী চাওখৎলবা মতম অসিদসু ঐখোয়না তত্তনা নীংশিংফম থোকই । 'হিজন হিরাও'দগী ঐখোয়না তাবা ফংই - মমা ওইবীগী তেংথাখোল, উপী উরেন পোকচবী উমং লাইরেম্বীগী মচা কায়নবগী মীকপখোল । উমংগী লৈতেং ওইবা ৱাংথোই চাউথোইবা পামেল অমবু মশাইকোন্দগী চিংদুনা পুখিবা তারবদা উমংগী লাইরেম্বীনা ৱানা খাঙহৌবদু, মথানুংদগী মচাবু মুন্দুনা পুবীখ্রবদা ওনথোইনা মৈচাক খাঙলিবী মমাগী শক্তম ওইনা ৱাক্‌মনা শৈরেংসিদা মরীক চুম্না য়েকলি । অদবু 'হিজন হিরাও' দা কায়নবগী অৱাবা ঈহূন অমা ফুমদুনা চৎলবসু অৱা পোলোইনবা ৱারীদি ওইদে । মসিদা মীনুংশিগী, খ্বাইগী য়াইফবদা লন্নাইগী শরুক থাদোকপগী কৎথোকপগী নীংথিরবা ৱাখল অমা লোন্না থূপ্লা য়াওরি । মচা কায়নবগী চৈনা ফংনা ফংনা তল্লা পোকপা চীংশাং নিংথৌনা মপারীবু লুৱাং লাইজা তান্নহি, লোইদাম হিয়াঙ্গৈ কুমশা হিবু ওইরু ও হায়না লনকুবীখি । শম্না হায়রবদা 'হিজন হিরাও'দা য়েক্লিবা প্রকৃতিনা মহৌশাগী খল কায়হন্দনা থম্বা, ঐখোয় মীওইবগী চাওখৎপা অমসুং নুংঙাই য়াইফবদা পান্দমফম থম্লি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই ।

হিও হিও । হি নঙবু হোন্দেদা । লাইনিংথৌবু হোনবনি...

হিও হিও । হি নঙবু হোন্দেদা । লাইরেম্মবু হোনবনি...

খুঞ্জাউ লৈচাউনবা হোনবনি । লৈবাক মরা তপ্লবা হোৎনবনি ।

# Bibliography

*অরিবা সাহিত্য*


১: অরিবা মণিপুরী সাহিত্য্য নৈনবদা

১. এন. খেলচন্দ্র, এল. ইবুংঙোহল সিংহ (সম্পা:), ১৯৮৯. *চৈথারোল কুম্বাবা*, ইম্ফাল।

২. ইরোম অমুবী সিংহ (সম্পা:), ১৯৮১. *লৈহৌ নাওফমলোন*, ইম্ফাল।

৩. রাজঃ কুঃ সনাহল সিংহ (সম্পা:) , ১৯৭২. *লৈরোন*, ইম্ফাল।

৪. Winternitz, M. 1977. *History of Indian Literature.* Vol-I. Delhi.

৫. Sharma, R.S. 1983. *Material Culture & Social Formation in Ancient India*, Delhi.

৬. W. Yumjao Singh, 1985. *Archaic Meitei or Early Manipuri*, Imphal.

২: অরিবা সাহিত্যগী মহৌশা

১. এন. খেলচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৮২. *চীঙ্গোইরোল.* ইম্ফাল।

২. এন. খেলচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৬৭. *নাওথিংখোং ফম্বাল কাবা* , ইম্ফাল।

৩. এন. খেলচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৮০. *খুমন কংলৈরোন*, ইম্ফাল।

৪. এন. খেলচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৮০. *চোথে থাঙরাই পাখঙবা অমসুং নুংবান পোম্বী লুরাউবা*, ইম্ফাল।

৫. এম. চন্দ্র সিংহ (সম্পা:), ১৯৭৯. *পাম্বোইবী খোঙ্গুল*, ইম্ফাল।

৬. এম. গৌরচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৭৮. *থরাম্বাবা হিরান*, ককচিং।

৭. কে. সবিতা (সম্পা:), ১৯৮২. *মোইরাং কংলৈরোল*, ইম্ফাল।

৮. নলিনী হাওবম (সম্পা:), ১৯৮৬. *সনামনিক*, ইম্ফাল।

৯. থৌয়াংবা (সম্পা:), ১৯৮৮. *চহুই লৈরোং পাম্বা* , ইম্ফাল।

*ময়ায় চনবা সাহিত্য*

৩: অরিবা মণিপুরী ৱারেং : হীরম অমসুং মীৎয়েং

১. ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পা:), ১৯৭৭. *নুমিৎ কাপ্পা*, ইম্ফাল।

২. এম. চন্দ্র সিংহ (সম্পা:), ১৯৭৯. *পাম্বোইবী খোঙ্গুল*, ইম্ফাল।

৩.এম. মংাওয়াইমা (সম্পা:), ১৯৮০. *তুতেংলোন*, ককচিং।

৪. সুন্দর অমসুং কুমার (সম্পা:), *শাকোক লমলেন*, ইম্ফাল।

৫. Sen, S.K. 1979. *History of Bengali Literature*, Delhi.

৬. Winternitz, M. 1978, *Some problems of Indian Literature*, Delhi.

৪: ময়ায়চনবা মণিপুরী শৈরেং :

১. রাজ. কু. স্নাহল সিংহ (সম্পা:), ১৯৭২. *লৈরোন*, ইম্ফাল।

২. এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা:), ১৯৬৮. *ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা*, ইম্ফাল।

৩. এন. খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা:), ১৯৬৬. *থায়নগী শৈরেং*, ইম্ফাল।

৪. এম. চন্দ্র সিংহ (সম্পা:), ১৯৬৭. *গম্ভীরসিংহ নোঙ্গাবা*, ইম্ফাল ।
৫. এম. গৌরচন্দ্র সিংহ (সম্পা:), ১৯৮৪. *বীরবাহু তুবা*, ইম্ফাল ।
৬. ৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহ (সম্পা:), ১৯৬৬. *লাংলোন*,
৭. ঐচ. গৌরদাস (সম্পা:), ১৯৮৩. *মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা*, ইম্ফাল।
৮. Bhuyan, S.K. 1985. *Studies in the Literature of Assam*, Delhi
৯. Dorson, R.M. (Ed.) 1972. *Folklore and Folklife an Introduction*, Chicago.
১০. Raja, C.K. 1962. *Survey of Sanskrit Literature*, Bombay.

৫: ময়ায়চনবা মণিপুরী ৱারেং ঃ

১. এম. চন্দ্র সিংহ (সম্পা:), ১৯৭৯. *পোইরৈতোন খুন্থোক*, ইম্ফাল ।
২. এম. গৌরচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৮২. *সনামহি লাইহুই*, ককচিং ।
৩. য়ুমজাও (সম্পা:), ১৯৬৬. *লাংলোন*,
৪. ঐচ. গৌরদাস (সম্পা:), ১৯৮৩. *মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা*, ইম্ফাল ।
৫. রাজ. কু: স্নাহল সিংহ (সম্পা:), ১৯৮২. *হাওদৈজাম্বা চৈতন্য সিংহগী লাইরিকশিং পূনশিনবা*, ইম্ফাল ।
৬. De, S.K. 1962. *Bengali Literature in the Nineteenth Century*, Calcutta.
৭. Bandyopadhyay, A. S.1986. *History of Modem Bengali Literature*, Delhi.
৮. Raghavan & Nagendra (Ed.), 1970. *An Introduction to Indian Poetics*, Madras.
৯. Banerjee, H. 1968. *Iswarchandra Vidyasagar*, Delhi.
১০. Read, Herbert. 1963. *English Prose Style*, London.

৬: তরানীপাল অমসুং তরামাপলশুবা চহীচাগী মণিপুরী খূৎই লাইরিক

১. এন. খেলচন্দ্র সিংহ, ১৯৬৯. *অরিবা মণিপুরীসাহিত্যগী ইতিহাস*, ইম্ফাল ।
২. কেঐচ. চন্দ্রশেখর (সম্পা:), *লোইয়ম্বা শিলয়েন*, ইম্ফাল ।
৩. Bhuyan, S.K. 1985. *Studies in the Literature of Assam*, Delhi.
৪. *A catalogue of old Manipuri Manuscripts*, 1991. Manipur State Kala Akademi. Imphal.

৭: ময়ায়চনবা মণিপুরী সাহিত্যদা মহাকাব্য

১. এম. গৌরচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৯১. *অরিবা মৈতৈলোনগী রামায়ণ*, ককচিং ।
২. এম. গৌরচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৯৪. *বীরবাহু তুবা, ককচিং ।*
৩. রাজ. কু. স্নাহল, *মৈতৈরোন অরিবগী রামায়ণ*।
৪. ঐচ. নীলমনি (সম্পা:), ১৯৮৭. *বিরাট শান্থপলোন ।*
৫. ও. ভোগেশ্বর (সম্পা:), ১৯৭২. *সনামহি লাইকন*, ইম্ফাল ।
৬. ভগীরথ মিশ্র, ১৯৬৫. *কাব্য শাস্ত্র*,

৭. Ramkrishnan. S 1977, *The Epic Muse: The Ramayana and Paradise Lost.*

৮: মণিপুরী লোন্দা মপাল লোনগী ঈথিল (১৯শুবা চহীচা ফাওবা)

১. এন. খেলচন্দ্র, এল. ইবুংঙোহল (সম্পা:), ১৯৮৯. *চৈথারোল কুম্বাবা,* ইম্ফাল ।

২. ও. ভোগেশ্বর (সম্পা:), ১৯৭৯. *চন্দ্রকীর্তি জিলা চঙবা,* ইম্ফাল ।

৩. ও. ভোগেশ্বর (সম্পা:), ১৯৬৭. *নিংথৌরোল লম্বুবা,* ইম্ফাল ।

৪. কালাচান্দ শাস্ত্রী, ১৯৬৪. *অশংবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস,* ইম্ফাল ।

৫. Gwoswami, G D 1983 *Essays on the Folklore and Culture of Assam,* Guwahati

৬. Chatterjee, S K 1985 *The Origin and Development of the Bengali Language Vol-I,* Calcutta

৭. Lohmann W P 1975 *Historical Linguistics an Introduction* New Delhi

৮. Chatterjee S K 1974 *Kirata -Jana-Kriti* , Calcutta

৯. Benedict P K 1975 *Austro-Thai Language and Culture*

১০. Hodson, T C 1975 *The Meitheis,* New Delhi

১১. Hockett L H 1970 *A Course in Modern Linguistics,* New Delhi

১২. Gogoi, L 1986 *Historical Literature of Assam, Guwahati*

১৩. Gogoi, L (Comp ), 1971 *The Tai-Khamtis,* Dibrugarh

১৪. Toffler, A 1979 *Future Shock,* London

১৫. Barua, B K 1969 *A Cultural History of Assam (Early Period),* Guwahati

১৬. Bahadur and Gunindro, 1986 *Epigraphical Records of Manipur Vol-I,* Imphal

*লাইবিক নৈনবা*

৯: পাম্ভোইবী খোঙ্গুল নৈনবা :

১. এম. চন্দ্রসিংহ (সম্পা:), ১৯৭২. *পাম্ভোইবী খোঙ্গুল,* ইম্ফাল ।

২. এম. চন্দ্রসিংহ, ১৯৬৫. *নোংপোক পাম্ভোইবী,* ইম্ফাল ।

৩. ভাগ্য য়েংখোইবা (সম্পা:), ১৯৬৭. *লৈথক-লৈখারোল,* ইম্ফাল ।

৪. এন. অঙৌ (সম্পা:), ১৯৮৩. *পাখংবা নোঙ্গাবোল,* ইম্ফাল ।

৫. এন. ইবোচৌবা (সম্পা:), ১৯৮২. *থীবেন মৈবম লীবা,* ইম্ফাল ।

৬. মণিহার. ১৯৮৪. পাম্ভোইবী খোঙ্গুল, *সাহিত্য,* (৫৭/৫৮), লমায় ৫৪-৬৫

৭. মণিহার ১৯৮৫. মৈতৈগী অবিবা লাইনীং, *সাহিত্য,* (৫৮/৫৯)

৮. *শাকোক লমলেন.* (খুংই),

৯. *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ভাষণ চেকোঙ,* ১৯৬২. (২৫/২৬)

১০. *Indian Literature,* 1994. (No. 162).

১১. Hodson, T.C. 1975. *The Meitheis,* New Delhi.

১২. W. Yumjao, 1985. *Archaic Meitei or Early Manipuri,* Imphal.

১০: চৈথারোল কুম্বাবা :

১. এন. খেলচন্দ্র, এল. ইবুংঙোহল (সম্পা:), ১৯৬৭, ১৯৮৯. *চৈথারোল কুম্বাবা,* ইম্ফাল।

২. এন. খেলচন্দ্র, ১৯৬৯. *অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস,* ইম্ফাল।

৩. Chatterjee, S.K. 1974. *Kirata-Jana-Kriti: The Indomongoloids their contributions to the History and Culture of India,* Calcutta.

৪. Barua, B.K. 1978. *History of Assamese Literature , Delhi.*

৫. Gait, E.A. 1976. *A History of Assam,* Calcutta.

৬. Subrahmanian, N. 1982. *Historiography.*

৭. Gogoi, P. 1968. *The Tai and The Tai Kingdoms.*

৮. Berg, C.C. 1963. Javanese Historigraphy: A synopsis of its evolution in Hall, D.G. E. (Ed.), *Historians of South East Asia,* London.

৯. Tim Ohn. 1963. Modern Historical Writing in Burmese 1724-1942, in Hall, D.G.E. (Ed.), *Historians of South East Asia,* London.

১১: পোইরৈতোন খুন্থোক্তা সংস্কৃতিগী মশক :

১. এম. চন্দ্রসিং (সম্পা:), ১৯৭৯. *পোইরৈতোন খুন্থোক,* ইম্ফাল।

২. কেঐচ. য়াইমা (সম্পা:), ১৯৭১. *পোইরৈতোন খুন্থোকপা,* ইম্ফাল।

৩. এন. ইবোচৌবা (সম্পা:), ১৯৮১. *থিরেন লায়াং,* ইম্ফাল।

৪. এন. অঙৌ (সম্পা:), ১৯৮৩. *পাখঙবা নোঙ্গারোল,* ইম্ফাল।

৫. ইরোম অমুবী (সম্পা:), ১৯৮১. *লৈহৌ নাওফমলোন,* ইম্ফাল।

৬. এন. খেলচন্দ্র, ১৯৮৮, অঙনবা মতমগী মণিপুর, *সাহিত্য* (৬৯/৭০) লা: ৪৮-৬২।

১২: হিজন হিরাও অমসুং মহৌশা

১. এন. জি. কুলচন্দ্র. ১৯৬৩, *মৈতৈ লাই হরাওবা,* ইম্ফাল।

২. এম. নরেন্দ্র (সম্পা:), ১৯৯৬. *কৌবরেল খুনগুম,* ইম্ফাল।

৩. এম. নরেন্দ্র. (সম্পা:), ১৯৬৫. *খোংজোমনুবী নোঙ্গারোল, ইম্ফাল।*

৪. এম. গৌরচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৭৮. *থবাল্লাবা হিরান,* ককচিং।

৫. এন. খেলচন্দ্র (সম্পা:), ১৯৬৬. *থায়নগী শৈরেং,* ইম্ফাল।

৬. ঐচ. নীলমনি (সম্পা:), ১৯৬৭. *বিরাট শাকুপরোল,* ইম্ফাল।


MANIPUR UNIVERSITY CANCHIPUR
13608 / Man
LIBRARY


MANIPUR UNIVERSITY
13608/MAN

পোলেম নবচন্দ্র (১৯৪৮) মণিপুরী সাহিত্যগী মশক নাইরবা নিবন্ধকার অমসুং সমালোচকনি । অইবসিগী 'সাহিত্যগী মহৌশা অমসুং অতৈ ৱারেংশিং' (২০০০) কৌবা লাইরিক্তা 'মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি' না 'সেরাম মুক্তা মনা' (২০০১) পীখি । মণিপুরী সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনৈ । 'মণিপুর ষ্টেট কলা অকাদেমী'গী জেনেরেল কাউন্সিলগী মেম্বর, 'সাহিত্য অকাদেমী' নিউ দিল্লিগী মণিপুরী লেঙ্গোইজ এদভাইজরী বোর্ডকী মেম্বর অমসুং 'নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি'গী ভাইস প্রসিদেন্ত ওইরম্মি । 'মীনকেতন নৈনবা ৱারেং' (১৯৯৭), 'জি. সি. তোংব্রা নৈনবা ৱারেং' (১৯৯৯) নচিংবা নৈন-ৱারেং লাইরিক কয়াগী সম্পাদক ওইখি ।

ডা. পোলেম নবচন্দ্র হৌজিক মণিপুর য়ুনিভর্সিতিগী মণিপুরী দিপার্টমেন্তগী প্রোফেসর অমসুং হেড ওইরি । 'অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী শক্রোন' হায়বা লাইরিক অসিনা অইবগী অনীশুবা লাইরিক্নি । লৈফম: সগোলবন্দ থাংজম লৈরক, ইম্ফাল ।

ISBN 81-89101-10-2 রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল